

ইশিঙ্গব হৌখিব নুমিৎ - ২৬-১-২০০৯ (নিংথৌকাব - সূর্যগ্রহন তৌরঙৈদ ।।)



26/1/09

ꯄꯂꯦꯃ ꯏꯃꯥꯒꯤ ꯃꯐꯃꯗ

পলেম ইমাগী মফমদ



"মাইপাকপী শিজ দেবী

২২-৬-১৯১৩ — ২২-৪-২০০৩

# খুদোল অমতং

খুদোলসিমতং তমজরি -
পুন্সি খোঙচৎসিমগী মরুপলোই
খুৎনাইবশিংগী খুৎনাইপুরেল
উদ্যোগ লোয়শঙদ মণিপুরগী।
নখোয়গী লিচিং মথাদ
রাজধানী য়ৌহনবীথিব
রাষ্ট্রপতিগী নুংশি মিৎয়েংন
পুন্সি মহাও পীবীখিব
অপিকপ খুৎনাইবোল শেমগৎনব
য়াথং সনা তাকপিখিব
মালেম শিন-থুংন শরা-শন
উপাধি কয়া পীবিখিব
থুপচিল্লকলব পুন্সি মমৈদ
নিংশিং খুদোলসিমতং তমজগে।

কল্লাক কৃরু কা, হেদো নাহে চল্লব
পুন্সি মমৈ ওইরকপদ
সাহিত্য, কলা-সংস্কৃতি বিভাগ-ন
পুন্সি খোঙ্গুল লী, মাঙলমচৎপু নিংশিংবী
মাঙখ্রগদব ৱারী শিংবুন কয়া
তাবুনুংদ হাপচিনবী
নুংশি-ন, লু-ন, চান্ন
মথংগী মপোক অমগীদমক
মৈরা চাও-ন থানগৎপীদুন
লমজিং লমতাকপীরকপ -
শিংঙমলরোইদব লমনদো !
ঐগী থৱায়ন্ নৈরিঙৈ
লোম্হোক্তব শৈরোনসিন
খুদোলসিমতং তমজগে॥

২০১২

*লিটল ইণ্ডাষ্ট্রিজ, ইম্ফাল*
(লিংখৎখিব - ১৯৬৭)

*ফোঙজব :-*
অইব
(রাজকুমার নকুল)

মমল : লুপা ৩০০/-

ꯅꯀꯨꯜ ꯔꯥꯖꯒꯤ ꯄꯨꯟꯁꯤ ꯋꯥꯔꯤ

# নকুল রাজগী পুন্সি ৱারী

## অহানবা পন্দুপ

*"অনিশুবা পৃথিৱীগী লাঞ্জাওগী (জাপান লান হায়না খঙনবা) উংখৎনবা হৌরকপ, তংদু লৈতাদ্রবা মতম খৃষ্টাব্দ ১৯৪৩গী নয়ায় চল্লকপদা মহী মরায় কল্লি হায়নরিবা জুন ১৮ লৈবাকপোকপ নুমিৎ ইঙাগী ১৩নি পানবা নোংজুপ অহিংদা নমলেন শগোলবন্দদা লৈবা কংলৈখোম পাখংবগী য়াখোকফম হেক ঙমদাইনবদা লৈবা শংলেন অমদা টেকবীর অমাদা হরিপ্রিয়া অনিগী তাঙুন ফংজরবা চাদা-নাওদা ওইনা নারা অম তাইবঙপাল অসিদা খোঙদারকখি। পলেম পন্থৌগী তাঙুন ফংজবা অমত্ত ঙাইজরবা পারী অসি মীপুম খুদিংমক্কী মীনুংশি কয়া চিংশিন্দুনা অরা নুংঙাই কয়ান থল্লবা পুন্সি মরেল অমদা তাইবঙদা খোঙদাজবা হৌরকখি। পুন্সিগী ইহান হানবা খোঙকাপ থাংলকপা অহানবা চহিদা পন্থৌ কায়না মৈশা লাংদুনা উপাই লৈজদ্রবী পলেমনা হিংননবগী লানফমদা অকনবা লাঞ্জাও মরক্ত পারী মাবু চাওননবা য়োকচরকখি।"*

- নাৱাগী অহানবা শৈথারোন -

পন্থৌ শেংনা খাইর্নাখিবগী মৈখুরক্ত নোংমতসু মিৎলুদগী পিবাং কংবা ঙমজদ্রবী পলেম মমান মপাবী নুংশিজবা মহাক্ক মথক থোংবা মচেম অহুমগ লোয়নন হিংননবগী অকন্ন লাম্থেংদ মালেমগী অকন্ন লাঞ্জাওগী মনক্ত শেংনিঙাই চানিঙাই ফংদ্রবা, শুফম নোম্ফম লৈত্রবা অকিবা ফংলবা শকলোনলক্ত হিংলকখিবা পুন্সি মরেল - ৱারীনবদা খঙলুবা খরা নত্তনা পীক্লিবা নারানদি করিগুম্ব মখলগী অৱা-মায়োক্লখিবা খঙলুদবনা অহানবা পুন্সিগী পন্দুপ অসিমদি মঙলান্দ হিংলকপা মরেলগুম লেল্লকখি।

অনিশুবা লাঞ্জাও হৌরকপদা খৃষ্টাব্দ ১৯৪২দা মণিপুরদা জাপান্না অহানবা বম থাদরক্লবা মতুংদা লৈবাক কাং-খোং চাইদুনা মহে মহে লৈবা য়াদদুনা অরাপ-অরাপ্প মফমশিংদা লাঞ্জেন্নদুনা মাগী মাগী হিংনবা উপাই

থিনদুন অকিব ফংলব লানগী অৱা-পোৎলুম খাঙদুন লেন্নবকখি। ইহান হায় ইম্ফালদ বম তাবগী নুমিৎ নোংঙানবদগী হৌন যুম থাদোক্লদুন অরাপ-অরাপ্প মফমদ চেন্নদুন মাগী মাগী হিংনব থিদুন চেন্নরকপন পিক্লব ইমুং অসিগী মীওইশিং অমদি মরী-মতা খরগ লোয়নন শগোলবন্দ লমছাংদ লৈব যুরেম্বম হায়ব খুল অদুগী পুকচেল চাওরব ইমুং অমদ শাইদাংদুন মতম কুইন লান হঞ্জিন্দ্রিবফাওব হিংননব লেনখি। মকন্ন লানগী চৈথেং নংলিব মতম অসিদ পীক্লিব অঙাং নাৱাগী শকলোন ওইরিব ঐহাক্কী অহান্ব পুন্সিদ হকচাংগী ফিভমদ খমথেংন শোকচিল্লকপ অমদি লায়েংফম লৈতব, মাইকৈ শালাই খঙদ্রব মওংদ - তাইবঙ মীবু ওইরকখিগদ্রা, থোয়ুম লাইবু ওইখ্রগদ্রা হায়ন মীপাইনদুন, কপ্প লাওনদুন খাঙনখি হায়ন পলেম ইমাদ্ন কাইনথংদ ৱারীনরমই। ❖ ❖ ❖

মতম খর লাঞ্জেল্লুরব মতুংদ মীগী ময়ুমদ কুইন তাংদুন লৈবদ খুদোংচাদব কয়া থেংনরকপদগী লান লোইফাৎত্রিঙৈদ হঞ্জিল্লক্লুন, ইম্ফালগী জাগা অয়াম্বদ লাম্মীশিংন পৈদুন/ঙাক্লুন লৈরিঙৈদ পলেম ইমান ফৌশু লল্লোন্দুন অমদি কৈথেল মচা মচাশিংদ অফং অফংব পোৎ-চৈ য়োন্দুন ফংলকপ খরন চরা নোংখন্নদুন পুন্সি লেল্লকপগী ৱারী তত্তন লীবীখি। ঐহাক্ল জ্ঞান খর তারকপদ ইচেম অহলন ঐবু পোদুন পমদুন শেন্নরকখিব খরমখৈদি খঙহৌই। অদুগ অরোইব ওইন লাল লোইশিল্লকপদ নোংমগী সন্ধ্যা য়াচঙবদ সাইরেন খোংলকপ, এরোপ্লেন অম মৈ অঙাংব থাল্লগ পাইরকখিব, লমদম অসিগী অনকপ মফমদ খিন্দুন লৈব অচৌব নোংমৈশিং কাপখিব অদুগ ইকান কান্নদন বম অম থাদরকখিবগী মখোল তাহৌব, ঐখোয়ন থোঙ্গাল ময়াদ তৌদুন লৈরিব কোম অমদ চঙশিন্দুন লোৎপনচিংব খরমখৈ অসিন ঐহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী লাঞ্জাওগী হাকথেংনব খুদম ওইরবনি।

ইকুই কুইদন অহল লমনশিংন লান লোইবে, লান লোইরে হায়দুন শোন্নব, ৱারীনব, অৱা নুঙাই ফোঙদোক্লব কয়া তাবা ফংখি। মতম অসি খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬ অদুৱাইদ ওইরম্ব য়াই। ঐহাক্ল জ্ঞান নিংথিন তারক্লব মতমসিদ ঐবু না হুৎলগনি (চুড়া-করন তৌরগনি) হায়ন লাইগী/বিজয়গোবিন্দজিগী মাঙুপত নোংম থৌরম অসি পাঙথোকলিবনি হায়ন তৌখি। ইকুই কুইদন, ঐগী ইচেমশিংন ঐবু লাইরিক তম্বদ তমকন্দব য়াদে হায়দুন পুমলাং লাংনরমই। কনান ইনাশিল্লক্লুন তৌরিবনো খঙদে; ইচেম অতোম্বীন ঐবু পুদুন নুমিৎ খুদিংগী লাইরিক তম্ব থিল্লিবনি হায়দুন পুদন পুদুন চংলমই। ঐন অহান্বদ লাইরিক তম্ব হৌখব মচা শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক্ল লৈবা "পালিকা স্কুল' কৌবা প্রাইমারি স্কুল অমদ তম্ব হৌখি। ঐবু নুতিগী থিল্লিব ইচেম অতোম্বীসু লাইরিক তম্ব অদুম য়াওরে। খর লৈরগ, শক ১৯৪৮দ মৈনো লৈরক্ল লৈব শ্রীঅতোম্বাপু শর্মাগী মাঙুবত লিংখৎলকপ স্কুল মচা অমদ অমুক তমলে। তশেংবদি, মতম অসিদ মণিপুরদ লাইরিক লাইগী তম্বগী ফিভম অসি অসুপকী মতিক হন্থব মওংদ লৈরমই। মহে তম্ফম

শঙসু মতীক চান লৈরমদে। হায়নব লৈ - লান মমাঙগী মতমদদি লাইরিক তম্ব অসি মাংই, শোক্ল পন্নরুন্নু হায়নরমই। লান লোইরব মতুংদফাওব লমদন অসিদা লাইরিক তম্ব মীওই অসি মাইকৈগী ওইন মী ৪/৫ খক্তমক ওইন লৈনরমই। লাইরিক তম্ব চৎলে - কাঙগ্রু স্লেট অমগ, স্কুলদ ফমফম ফালফাওব লৈতবন ফমনব ফিদাগীদমক মশা মশাগী বোরা মচেৎ অমমমগ পুদুন চৎনরম্ব মতমনি। করিগুম্ব অম খঙলক্তুব মতমদ কৈরোয় লৈকাইদ খঙদবদু হংনফম মী লৈরমদে। স্কুলদ চৎলগ তম্বীরিব ক্লাসকী ওঝা গুরুদ নত্তন হংফম লৈরমদে। মাসিন তাকপদি মহে় তম্বগী চাং অসি অসুপকী মতীক নেম্ন লৈরম্ব অসিনি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭কী আগষ্ট থাগী তাং ১৪ অমসুং ১৫গী নুমিৎনি। ভারতবর্ষ অসি স্বরাজ ফংলে হায়দুন পুমনিল নিলনরমই; মফম মফম খুদিংদ হরাও তয়াম্বগী খোঞ্জেলতন অঙকপ মওং অম ওইখিরমই। অহান্বদদি স্বরাজ ফংলে, নিংতমলে হায়ন লাংনরিব অসি করিনো হায়বদু ঐহাক করিমত খঙলমদে। ঐহাক্কী লৈরিব ইশ্কোল অসিদ য়াম্ন অহল ওইরব, ইপাগ পোকমিন্নব ইনে লৌব মা-ম শ্রীনান্দেবম হৈতোন কৌব অহল অম য়াওং ইন্দুন লৈরমই। স্বরাজ ফংলে হায়বগী পাও অসিদ অহল অসি অসুপকী মতীক হরাওখিরমই; মরমদি মহাক অসি মতম অদুগী মহাত্মা গান্ধীবু অসুপকী মতীক নুংশিজব, লাই ওইন খঞ্জব, কঙ্গ্রেস হায়ব পার্টিদুগী য়াম্ন মরুওইব ৱার্কর অম ওইরমখি। নুমিৎশিং অসিদ নুংঙাইমনখিদুন ঙা লৈদুন থোংলগ ইমুং মনুংগী মীয়ামশিং পুন্ন চাক-চানদুন নুঙাইব ফোঙদোকনখি। নুংথিলগী মতমদ ঐবু খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদ পুদুন চৎলগ মতম অমগী মমিং চৎলম্ব রসিকলাল দুকান পরেংগী মথক্ত ইমা কৈথেলগী ঙায়োনফমগ তাইনবদ লৈব কঙ্গ্রেস ওফিসত পুসিন্দুন য়ুথ কঙ্গ্রেসকী মেম্বর ওইহনগদৌরিবনি হায়দুন মিং চনশিনবীরমই। লু-ন তিন্নজবা মমান্নব কঙ্গ্রেসমেনশিংদ, ঐগী অমত্ত ঙায়জরব ইমাকনিপানি, অফাওব রাজনিতিৱালা অম ওইহনগদৌরিবনি হায়দুন ৱা ৱা নোক্তুন নুঙাইব ফোঙদোক্লখি। স্বাধিনতা নুমিৎ অসিদ কঙ্গ্রেস ওফিসতগী শিকি অম পীব কঙ্গ্রেস তুপী অমা লৈরগ ঐঙোন্দ উপর্শিনবীদুন কঙ্গ্রেস ওইবৰনি হায়ন তাকপীরমই। ইশাগী চহিন ৬/৭ত ঙায়রিঙৈ মতম অসিদ থোকখিব থৌদোকশিং অসিগী নিংশিংনব খুদম অমা ওইন হায়রিব তুপী অসি তুংগী পুন্সিগীদমক চেৎন লুন থমজিঞ্জখি।

ইং শোক ১৯৪৯ অদুৱাইদ ঐবু শেম্বী শাবীরকপ অহল অসিন নোংমগী নুংথিলদ মৈরাগী সভাযাত্রা অম চৎলুসি, কুম্মৈ য়েংলুসি হায়দুন ঐবু পুরমই। ঐন তাবদ, গান্ধী মৈদান হায়ব চাওরব লমহাং-লম্পাক অম লৈরমই। হৌজিক্কী গান্ধী হোল, কঙ্গ্রেস ওফিস ওইরিব মফম অসিদ অঙকপ ফংন কঙ্গ্রেস কর্ম্মী ময়াম তিন্দুন মিটিং তৌরমই। করিগী মীফমনো, করি ঙাংনরিবনো হায়বদি অঙাং ওইবন মুন্ন খঙলমদে। নুমিদাংৱাই ওইববকপদ তিল্লিব মীপুম খুদিংমক্ত মৈনম/মৈরা অমমম য়েন্দুন পায়হল্লমই। অদুগ, লম্বী শোরোক্ত পরেং লেংদুন মরী মরী চৎপ হৌরমই। অসুম নোংপোকলোমদ লাকপন সঞ্জেন্থোং লাল্লগ কোনুং মাইকৈ তম্ন

চৎলমই। সভাযাত্রা মৈবা পরেং অদু হৌজিক্কি ৱাঙ্খে লম্বী - থাঙ্গপাৎ মপান অসুম লাকপন মহাবলীগী তুরেল মপাললোমদ অসুম কোয়ন লাকলমই। মাদুদ ঐন খঙজবদ মীয়ামগী অকম্ব খোল্লাও অম লাওদুন চৎলমই। “ঐখোয়গী ভারত নীংতমলে, নিংথৌ লৈব পামদে, গাডি থম্ব পামদ্রে” হায়ন হন্ন হন্ন লাওদুন লাকলমই। কাইনথংদ জ্ঞান নিংথিন তারক্লব মতমদ ইহৌ অসিন মণিপুরগী নিংথৌ বুধচন্দ্র মফম লৌথোক্লগ মনিং তম্লম্ব মণিপুর ভারতবর্ষদ নমদুন তিলহনখিবনি হায়ব খঙলকখি।

ইং শোক ১৯৫২দ মণিপুরদ ইহান হান্ন পাঙথোকখিব টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী ভোট (ইলেক্সন) তৌরকপদ ঐখোয়গী লৈকাইদগী ভোট লেপখিব কেন্দিডেট অহলশিংন ভোট খোম্বগী/ থাদবীনব নুংঙাইব ফোঙদোকপ ওইন শগোলবন্দ তেরাকৈথেলগী ভোট থাদফমদ অচা-অথক কয়া য়েন্দুন ভোটকী থৌরমশিং পাঙথোকখি। নুংথিলগী মতমদ ভোট লেপলিব মীগী ৱার্করশিংন লৈকাইগী অঙাং ময়াম খোমদুন পুরগ সিনেমানি হায়ব কুম্মৈ অম মতম অদুগী এম. এন. বি. কৌব হোল অমদ য়েংহনখি। নিংশিংলি হৌজিকসু - মিৎ থক্লব রামায়নগী কুম্মৈ - “সিতা বনবাস” - কাওবসু লৈররোই. পুন্সিগী অহান্ন মমি তাথ্রব খোঙথাং কয়াদ লমজিংথ্রব কুম্মৈনি। মসিমক্ল ঐগী পুন্সিদ ফিদম অম পীবা হৌরকখি।



অবোক ইশামক ইমা

*(১৯৫২-৫৩দ ক্লাস থ্রি তমলকপগী মতমদ ইহান হান্ন নমখিব ফোটোগী শক্তম : মতাং অসিৱাইদগী হৌন ঐগী পুন্সিগী চত্থরক্কদব খোঙচৎকী মমি তম্ব হৌরকখিরমই)*

ঐহাক্কী পুন্সিন শঞ্জেন-শনঙাক ঙমলকপগী মতাং অসি য়ৌরকপদ ঐবু পোকপী ইমান লাইরিক লাইশু হৈজদ্রবী খুন্নুংগী নুপী ওইজরবসু অমত্ত পোকচব মচাশিংবু করম্ন য়োক্কদগে, করিদ শোয়খিগদগে হায়ন অসুপকী মতীক কুপ্ন শেন্নদুন ঐবু য়োকপীরকখি। সংসারগী অৱা অনা কয়ান থক্লব ৱারী ৱাতাই খুদমগ লোয়ন লোয়নন পীদুন মরীক চুম্ন-চুম্ন লীবীদুন মমুৎ তান তাকপী তম্বীব হৌরকখি। মরাইবক থীদুন নুংশিথ্রব পম্বৌন হিংলিঙৈ মতম ঙাইহাক্কী মনুংদ ওক্তব সঙ্গ খর তৌরুবগী দোষন য়ুম্বানব পুন্সিদ লৈফম

চাফম খঙদন লেল্লকপদগী ঙাওচৎনখিবদগী পুন্সি পিখম্নখিব, নুমিৎ থাগুম য়েংজদুন অমত্ত ঙায়জরব মচানিপা ঐবু অচুম্ব লম্বেলদগী নাথৈদুন চত্তনব কন্ন শেন্নজরকলিব পলেমবু য়াম্ন থাগৎলুবসু হায়মনব থোক্কনি। ৱাহৈ ৱাতা ফজব, প্রমান-পান্থে চান-চান খুদম চাংদমগ লোয়নন ৱারক ৱাতেম তৌদুন য়োকপীরকপগী মনুংদ অশোয়ব অমদি থেংনখিদব নত্তে। লাল লোইরকপগী চহি খরগী মনুংদ লৈকাই/ মাইকৈ অসিদ লৈরম্ব মরৈবাক্কীদমক মথ্বায় কথোকল্লগে হায়ন লাকলব লান্মীশিংগী মরক্ত অঙাংশিংতবু (শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দগী মাগুপত কেম্প শাদুন লৈরম্ব লান্মী) য়াম্ন লুন তৌজব লান্মী ১/২ য়াওরকপন ঐখোয় অঙাং খরবু নুমিৎ খুদিংগী পীজ-পীথক তৌদুন, পমদুন পোদুন লোয়নরকপদ অচা অথক পীজবদগী হেন্দোক্লুন নুংশিরিবনি হায়দুন মখোয়ন থকলিব চুরুপ মৈখু অদু নুতিগী তাহন্দুন অমদি কাইনথংদদি চুরুপ অদু হেক চিংহন তৌদুন হৈনবী অম ওইহল্লকখি। মসিমক মতম অদুদদি মখোয়ন অফ-ফত্তগী মরমদ করিমত খঙখিদবদগী তৌখিব ওইরম্ব য়াই। ঐহাক্ল ঙসিসু নিংশিংলি, 'পাকা সাধু' কৌব সিফাই অমন অয়ুক খুদিংগী ঐবু লৌবদুন বিস্কুট, তল পীজে, শঙ্গোমসু পীথকই, অদুগ নুংশিরিবনি হায়দুন মাখোয়ন থকপ চুরুপ 'পাসিং সো' 'লালটেন' কৌবনচিংবদু ঐঙোন্দ অসুম চিংহল্লি। মমৈথংদদি মখোয়ন চৎত্রব তুংদ ঐহাক চুরুপ থকপ অঙাং হায়বদু ওইহৌই; তুংগী পুন্সিদ মখা তান ফত্তব অভ্যাস অসি চূদুন লৈহৌই। চুরুপ, বেরী লৈত্রব মতমদ থকনিংবন ঙাওদুন মীন থকপগী হুন্দোকলম্ব মতেক ফাওব খুন্দুন থকখি। ❖ ❖ ❖

কুনশুবা শতাব্দীগী অনিশুব তঙ্খায় হৌরকপগী চহিশিংদ ইশাগী পাঙ্গল খর লৈরক্লব মতমদ লাইরিক তম্ন তম্ন, শেৎনিঙাই চানিঙাইগী, ইহৈ তম্বগী অৱাব মায়োক্লরিব ময়াম অসি খঙলু উরুবদ পলেম ইমাগী মতেং খরদং ওইরবসু করম্ন পাংশিগে হায়ন খন্ব হৌরকখি। হায়রিব মতম অসিদ লম্ফেল পাৎ, লাঙ্গোল চীংগী মফম মফমশিংদ লমজাও লমহাং ওইরিবৈদ মনাক নকপ, অকোয়বদ লৈবিব লায়রব প্রজাশিংন চীংদ কাদুন শীং চনব, লম্ফেল পাত্তন শম্থী অকংব, তিংথৌ অকংব, চাওখোংনচিংব ফোয়দুন শীং থানব হোঞ্জিনবগী থবক কন্ন চত্থনরমই। ঐহাকসু ইমাদ শম্বী খর লোইশি, মাদু শেন্ন শেন্ন মৈ থানব শীঙসু ময়াম্ন চন্নরিবসিদ চত্তুন য়াওগে হায়দুন হৌদোকখি। অদুগ, ইমানসু মতেং খরদংবু ফংলবদি হায়দুন য়াবীখি। অসুম্ন, লাইরিক তম্ন তম্ন অশং-অশংব মতমদ ইমুং মনুংগী মতেং পাংনব থবক কয়াসু শান্ন শান্নন পায়খৎখি।

অসিগুম্ব তাঞ্জা অসিদ ঐগী তুংগী ফিভম শেমগৎনব, অসুম থোকউ হায়বদু তমলক্লুন, মতম অদুগী মপুঙ ফারক্লব পাখং মচা কয়া লৈকাই অসিদ কোয়ব লাকপদ ঐহাক্লসু থেংনদুন মাখোয়ন ঐবু য়াম্ন নুংশিন, লুন তৌবীব হৌরকখি। মাখোয়সু পাখং ওইব, মথোপ কারকপগী ঙাওজব, মাগী মাগী নিংজব কয়া লৈবগী মতুংইন্না খর পংতক শুদক তৌব ঐগুম্ব অঙাংগ লোয়নরগ মাখোয়গী কান্নগদব সুবিধাগীদমক ঐহাক্কী ইতেংসু লৌননব হোৎনরকখি। ❖ ❖ ❖

নোংমগী নুংথিলদনি। ঙসিসু ঐন হন্ন হন্ন নিংশিংলকলি। ঐখোয় অঙাং খর বিজয়গোবিন্দগী লম্পাক্ত শান্নরিঙৈদ মশা যাম্ন নানব ইথক থোংব পাখং মচা অনিখক অসুম কোয়ব লাকপদ ঐখোয়ন শান্নরিব অদু মুন্ন য়েংদুন লৈরমই। ঙাইহাক লৈরগ পাখং অমন ঐবু কৌরক্লগা হায়রক্লমই।

"ইনাও, লাওনে। শান্নবসু ৱারমলগনি; নুঙাইব ৱারী অম শাশি ঙাইহাক পোথাখো, লাওনে।"

"তামো, করি হায়বগে ? কবি ৱাবীনো শাশি হাযরিববো?"

"নহাক ফোটো নম্ব হাযবদু খঙলববা ? ফোটো নমনিংদ্রা ? ঐহাক অসি ফোটোগ্রাফব হায়বদুনি। নহাক্ত পামলবদি ঐন নংবু ফোটো নম্ব হৈনব তম্বীগনি। মাসিন নং ঐগী শক্তম অসে চপ মান্নব লাই ওইন নম্ব/ যেকেপ য়াউ। মসি হৈরবদি পৈশাশু যাম্ন ফংব য়াব থবক অম ওইগনি। লাইরিক তম্ন তম্ন হৈজিনবদ যাম্ন ফরব বিদ্যা অমা ওইগনি।"

"তামো নহাল নোংম ঐখোয়গী মাম অমন ফোটো নম্ব মী অমা নেক্লগ পুরক্লুন ঐগ, অবোক্ক ইমাগ পুন্ন ফোটো অম নমখি। ঐখোয়গী ইচে, মমান্নবীশিংশু পুল্লপ্ন নর্মাখ। ঐদি মাসি করম হায়ন নম্বনো, করম্ন মীগী মর্মিশিং তারিবনো হায়বদু যাম্ন খঙনিংই, হৈনিংই। তামোন হৈরবদি খর তম্বীযু, পৈশা কয়া চঙগদগে ?"

"পৈশা চঙব চঙদবগী ৱা নত্তে। নহাক্লবু হৈনিংলবদি হয়েংমক ঐন যাম্না লায়রব খুৎলাই (কেমেরা) অম ফিল্ম হাপ্লগ পুরক্কে। করম হায়ন নম্ব হৈগদগে হায়বনচিংব ঐন লোইন তাক্কনি। নুমিৎ নিনি হুমনিগী মনুংদ হেক্তা হৈগনি। তৌবতবু হয়েং নঙন নম্ব হেক হৈবগ নখোয়গী লৈকাইগী লৈশাবী ১/২দি নংন ফোটো শোয়দন নম্বীব তাই।"

"হৈবু হৈববদি অমত্ত নত্তে; চাম চাম নম্বীগেনে।"

"ফরে, ইনাও, ঐখোয় চৎলগে ঐগী মিং চাউব কৌই। হয়েংমখৈ চাউব, তা চাউব হায়ন কৌ। হয়েংসু মফম অসিদ ঐবু ঙাইরমউ। ঐহাক শোয়দন কেমেরা অম পুরক্লগ নহাকপু ফোটো নম্ব তম্বীব হৌগদৌরিবনি।"

"যাম্ন নুঙাইজরে, তামো। ঐসু লৈজগৌরগে।" ❖ ❖ ❖

অসুন্ন, পাখং অনিদু চৎখ্রব মতুংদ ঐহাক য়ুমদ হঞ্জিল্লকলে; নুমিদাংৱাই ওইশিল্লক্লবদ ইমাখোয়ন কৈথেল কুমলকত্রিঙৈদ থাউমৈ থানগৎলগ লাইরিক ওৱাইরমই। ইচেমশিংন ইমুং মনুংগী থবক ইনখাং তৌরি, নুমিদাংগী চবানচিংব থোং থাকপ হোৎনরি। নুমিৎ অসিমদি ঐহাক লাইরিক পাবনচিংব অমত্তা

নিংথিন তৌব য়ারমদে। ঙসাইগী, ফোটো নম্ব হৈনিংবরা, তম্বীগে; মাসি হৈরবদি লাইরিকশু তম্ন তম্ন পৈশা য়াম্ন তানব য়াগনি হায়রম্ব ৱাফম অদুদ যুম্ফম ওইরগ ৱাখল অসি জাৎ-জাৎ ঙাক্ত খন্ব হৌরকখি। লাইরিকশু তম্ন তম্ন পৈশা তান্ব য়াব থবকনি হায়বদুদ অসুপকী মতীক পুক্লিং অসিন খোয়দারুরে। মরমদি ঐহাক লাইরিক তম্বগী থবক অসি চথরুবন মখা অসুম তমথখিব ঙম্নব হোৎনব হায়বসি অরায়ব থবক নত্তে। নংগ্রব ইমুং অসিদ লায়রগ্রবী ইমাগ অবোক্কন য়ুম পানব অমদি মহে-মশিং তম্বগী পোৎলুম পুম্নমক পুব হায়বসি ওইথোকপদ খর ৱান থোক্কদব মাল্লি। করি করম্ব উপাই তৌরগ বি. এ. এম. এ. কা হায়বদু য়ৌন তম্ব ঙমগদগে হায়ন খন্বতন অরাব শরুক ওইদুন লৈরিবনি। পরিক্ষা পাশ তৌরগ মিং চনব, লাইরিক অনৌব লৈনব পৈশা লৈতদুন মরী মতাশিং, মরুপ মপাংশিংদগী লাইবিক অমনব খরা ৱায়রু-নিরুব, মিং চঃব লুপা ১০/২০ নিরুব অদুনদি তুং কোইব য়াদবনিন খবদং ওইরবসু শেল থোক্লব উপাই থিদব য়াদদুন লৈরিবনি; অসিগুম্ব ফিভমদ লৈরব ঐগী অৱা-মৈখু চেল্লব হৌগৎলকপ পুন্সি অসিগী মতাং অসিমদ খঙহৌদন লাই-ন পুশিল্লকপগুম ফোটো নম্ব তম্বীগে হায়ররিব অসিমক ঈশ্বর মান পীবিরকপ থৌজাল ওইরগনি হায়ন থাজজব হৌখি। পাখং অনি অদুন থরায় য়াম্ন য়াওন হৌদোকলমলিব ৱাফম অদুমকসু মাখোয়গীদি মশা মশাগী সুবিধা অমগী য়েংদুন হায়ররিবনি। ঐগীসু অসুম থোকউ হায়বদুন মপা মপা চানখিবনি। থোইন ফত্তব ৱাখল্লোন অমত্ত হিরম অসিদ মমি তাব উদে। তশেংনমক্তি, নুমিৎ অসিদগী হৌন ঐগী পুন্সিগী শোয়ফদ্রব শিনফমগী অহানব খোঙথাং থাংব হৌখিব পুংফম ওইরবনি। অদুনা, হায়রিব চাউব কৌব পাখং ফোটোগ্রাফর অসিন ঐগী পুন্সিগী অহান্ব গুরু হায়বদু ওইখ্রবনি।

হায়নখিব মতুংইন্ন, তা-চাউব মমান্নব অদুগ লোয়নন মথংগী নুমিত্ত (নুংথিলদ) লাইগী লম্পাক্ত লাক্কুন ঐবু ঙাইদুন লৈরমই। ঐন স্কুলদগী হেক হল্লকপগ থোক্কুন য়েংলুবদ মাখোয় অনিন ঙাইদুন লৈবম্বদু উবদ হায়নিঙাই লৈতন নুংঙাইজখি।



*পুন্সিদ ইহান হান্ন পায়খিব কোডাক ৬২০ কেমেরা-১৯৫৩*

"কয়াম কুইরবগে তা-চাউব ? ঙরাং তাদন পুরক্কনি হায়ব কেমেরাদু পুরক্লবরা ?"

"কুইদ্রি লাকপ। তু সিদ লৈরে কেমেরা হায়বদু। সে:।"

"অহানবদ, ঐন মরম পুম্নমক লোইন হায়গে ইহান হানবদ, ফিল্ম হাপত্রিঔদ কেমেরা অদু লোইনমক হাংদোক্লগ মনুং-মপান তৃন য়েংহন্দুন করম্ন নম্ব, করম্ন নমগদব পোৎসক্তু ফোকস তৌব, লেন্সতগী চঙলকপ

মঙালন ফিল্মদ করম্ন মমি তাহল্লকপ, ফিল্ম করম্ন হানব, চিংব, লোইরগ লৌথোকপ, অতৈ অতোপ্প মঙাল চঙব য়াব, য়াদবনচিংব মরম কয়া শুগায়ন তাকপীখি। নুমিদাংগী মতমদন ক্লাস বলব, ক্লাস গন পাল্লগ করম হায়ন নমগদগে হায়বনচিংব পুম্নমক শুগায়ন তাকপীরমই।

"ইনাও, ঐনা হাল্লিব ফিল্ম অসিন ফোটো নিপাল্লক মথং মথং ওইন নমগদবনি। লোইরগ ফিল্ম অদু পুরা লৈশিল্লগ উরুম লাংব মফমদ লৌথোক্লগ গম-ন নপশিন্দুন/পুনশিন্দুনা ফোটো চামথোক্লবগীদমক পীরক্কদবনি। মসিদ ফোটো ফজন নম্ব হৈরবদি মখা তান ফিল্ম অমমুক নম্নব পীরক্কনি। মসিগ লোয়নন ফোটো চামথোকপ শিন্দোকপসু তম্বীগনি।"

মতৌ অসুম্ন ABC at Photography হায়ন ইহান হানব ফোটো নম্বগী নিতি নিয়ম কয়া তম্বীদুন ফোটোগ্রাফিদ তশেংন খোঙদাব হায়বদু হৌরকখি। খর হৈরক্লব কান্দ তা-চাউবগীসু নীংব থুংননব মহাক্র হায়ব মতুংইন্ন পামজব ফোটোশিং মথং মথং নম্বীখি। ঐন ফোটো নম্ব অসি খর হৈরক্লব মতুংদ ফোটো নমনিংবনদি খাঙব ঙমদদুন অমদি পৈশাদি লৈতবন কেমেরান মীঙোন্দগী ৱায়রগ ফিল্ম লৈনব পৈশাদি লৈত, নোংম ইমাগী শেঙ্গাওদগী লুপা ২.৫০ (অনি মখায়) খক লোম্ন লৌথোক্লগ ফিল্ম অম লৈরুরগ নমখি। ইমান, শেল লৌথোকখ্রে খঙলকপদগী নোংমদি ঐবু চৈ অমন কন কন্দুন করিগী হায়দন শেল লৌরি হায়ন কন্ন ফুখিরমই। ফুবগী চৈনা খাঙব অমদি অরানব তৌরুবগীদমক পুক্লিং নুংশিরক্লুন কপল-কপলদুন নোংমদি চরা হেনখি, অদুগা ইমাদ মতুংদ অমুক তৌজররোই হায়জখি।

ঐহাক্র মখা তান লাইরিক তমথরকপ অসি ক্লাস সিক্স ফাওব তেরা গোভর্নমেন্ট মিদল স্কুলদ তমজকখি। ইং ১৯৫৪-৫৫ লোম্নবদ ঐহাক ক্লাস সিক্সকী কম্পীটিসন পরিক্ষা (মতম অদুদ মৈনার থাব হায়নসু খঙনরম্ব) থাখি অদুগ রিজল্ট লাওথোরকপদ মায় পাকলক্লুন জোনষ্টোন হায় স্কুলদ ক্লাস সেভেন্দ মিং চন্দুন মখা তমথখি। মতম অসিদ ঐগ হেক থংনব ইচেমশিন ওংখ্রব সলাম লৈকাইদগী শ্রীসলাম নবকুমার সিংহ (ইবাই)দ মতম অদুদ য়াম্ন মমল য়াল্লব ফোটো নম্নব কেমেরা আগফা বিলি-১২০ কৌব অম লৈরম্বদ ঐন ঙাইহাক লৈতন লৌদুন ফোটো নম্বগী থবক তৌরকপদ ইবাই অসিন কেমেরা অদু লৌজরো হায়দুন পীথোরকলে। কেমেরা অসিম পায়বদগীদি ঐহাক মীগী ফোটো নম্বগী থবক পায়ব হৌদুন শেল তানবগী হৈনবী অম ওইরক্লুন পৈশাসু নিংথিন তানব ঙমলকলে অদুগ লাইরিক লাইশু তম্বগী খরচ অয়াম্ব পুরক্লুন ইমা অমসুং অবোক্কী মতেং য়াম্ন পাংখি। মতম অসিদ থাঙ্গাল বাজারদ দুকান ফমদুন লৈরম্ব চোংথাম জয় কৌবা ফোটোগ্রাফর অম থেংনরুব/তিন্নরুবদগীদি অসুম অসুম হিরম অসিদ হৈব হেনগৎলক্লুন প্রোফেসনেল ফোটোগ্রাফর হায়বদুম ওইরক্লে। শগোলবন্দ, উরিপোক মাইকৈশিংদ ঐখোয় অনিবু শক খঙদব য়াওরক্লে। ইম্ফালদ লৈব চাওর-চাওরব ফোটোগী দুকানশিং, ইষ্ট ইণ্ড ফোটোগ্রাফিক ষ্টোর, মোডর্ন ফোটো ষ্টোর, ওল মণিপুর ফোটোগ্রাফিক ট্রেডরস এসোসিয়েসন নচিংবন

তোৎন-তিন্নদুন অমগ অমগ মতেং পাংনদুন হিরম অসিদা হেন্না মায় পাক্ল থবক চত্থব হৌরকখি। শোক ১৯৫৯গী মেট্রিক পরিক্ষাদ (গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী মখাদ) পাস তৌদুন কোলেজগী পুন্সিদ ইনৌ নৌন খোঙতাব হৌরকখি।

মেট্রিক পাস তৌরবদি কোলেজ কারগনি, অনৌব পুন্সি অমদ খোঙদাব হৌরগনি হায়বগী আশাদ পাশ তৌরব কাঙবুশিং নুঙাইবগী ইথক ইপোমগ লোয়নন পুমলাং-লাংনব মতমনি। অদুবু, ঐগীদমক্তদি কদায় ! নুঙাইবগী ৱাখলদ তাওবগী মহুত্ত অৱাব তঞ্জায় অম হেন্ন লুমথদুন অমুক্ক হেন্ন পোৎলুম পুবগী মতাং লাকখি। ঐগী ইমান ঐঙোন্দ নোংমগী নুমিত্ত অসুম্ন হায়বীখি। "ইবুংঙো, নহালমখৈদি ৱারবসু ৱান নহাকপু মেট্রিক ফাওবদংদি পাশ তৌহনগে হায়দুন ইমান অকি অখং লৈতন শূ-নোমদুন হোৎনরকপনি। হৌজিক্তি মেট্রিক হায়বদু পাশ তৌরবনিন ঐন নংবু লাইরিক মখাতমহনব ঙম্বগী শক্তি লৈররোই। পৈশা থোক্লব উপাই খর য়েংদুন পৈশা তাল্লগ নহে মখা তমথনব হোৎনগে হায়রবদি হোৎনৌ।" ৱারমশিং অসি তাবদ কোকথক অসিদ চাওরব পোৎলুম্ন নন্থরকপগুম অৱাবগী চৈথেং ফংখি। তাঞ্জা অসিদ ঐগী অসুম থোকউ হায়বদুন, লৈকাইগী ইপা-ইতোনশিং খরন মাখোয়গী মচা-মশু অঙাংশিং লাইরিক খর তম্বীনব/ তাকপীনব কন্ন হায়ব হৌরিকখি। পৈশা খরদি থোক্লব উপাই অম লাকলে খন্দুন ঐসু হৱাও হৱাও য়াদুন অঙাংশিং ট্যুসন তম্বীবগী থবক পায়ব হৌখি। তোঙান তোঙান্ব মফম অনিদ অঙাংশিং তম্বীবদ থা অমদা অঙাং অমদা লুপা ২০/২০ ফংদুন লুপা ২০০ মুক্তি তানব ঙমখি। ঐগী য়াম্ন নক্লব মরী মতাশিংদ ঐগী কোলেজদ মিং চন্নব, লাইরিক লৈনব মতেং খরদং ওইরবসু পীয়ু হায়দুন হায়জরুবদ লুপা ২০/৩০গী হিসাবত পাংবীরকপদুনদি ওক্লোইদবন অৱাব অম ওইরমখি।

মতম অসিদ লৈকাই অসিদ লৈব ইমা ইবেলশিংগী ওইব ফিশা লোনশাগী ওইব কো-ওপরেটিভ সোসাইটি অমা লৈরমই। সরকারগী পোলিসি অমগী মতুংইন্ন মরী লৈনব সোসাইটিশিংন মাগী মাগী সোসাইটিশিংগী হিসাবনচিংব শূবীনব কেরানী/সেক্রেটরী অমমম ট্রেনিং থানবগী প্রস্তাব তৌরকপদ/ নোটিশ থোকলকপদ থা অমমমদ লুপা ৪০/৪০ স্টাইপেণ্ড ফংগদব থা ৬কী ওইব ট্রেনীং চৎননবগীদমক সোসাইটি অসিগী মীহুৎ ওইন ট্রেনিং চৎলমই। নুংথিলগী মতমদ ট্রেনিং অসি চৎকদবন মরম ওইদুন ঐগী কোলেজ কানব মতম অমুক ফংদবন, ডি. এম. কোলেজদ মিং চনবগী খুদোংচাব লৈখিদবন নুমিদাংগী মতমদ চলাইব ইম্ফাল কোলেজদ মিং চন্দুন অনিমক কায়দনব শীন্দুন মখা তমথখি।

কোলেজগী পুন্সি হৌরকপগী মতাং হায়বসি মথোপ কারকপ নহা অম ওইবগী খমথেংন নুঙাইজব, নুংশিরব সমাজলক্ত হৱাও তয়াম্ন তিঞ্জব, মরুপ-মপাং, নিপা-নুপী খাক্তন তিন্নব, সঙ্গ চাওথোরকপ মতমনি। নুংথিলগী মতমদ তম্ব কোলেজগী পুন্সিদ নিপা নুপী পুন্ন লাইরিক তম্মীন্নব (Co-education)গী

চীং লেম্ব মহাও, নীং তম্ন লাইরিক তম্বগী খোঙথাংদ খুরৌ থাংব কয়া নংব, নুমিদাংগী মতমদ মীচিক মীরাওখোন তাদ্রব মতমদ লাইরিক তম্ন চৎলিবনি হায়দুন ইমান্নব অম অনিগ চৎমিন্নদুন লেল্লকখিব মতমশিংদু খল্লুবদ নুঙাইবদি লায়রদুন তুজুংব পোক্লিঙাই ওইরমই। মতম অসিদ শেল থুমগী ফিভমন য়াদদুন ফোটো নম্বগী থবকসু অশংব মতমদ পায়খৎপ থবক (Part time job)ওইন কন্ন পায়খৎলকপদ য়াম্ন পুক্লিং নুংশিনিঙাই ওইব থৌদোক কয়াসু নংখিদব নত্তে। মতম অসিগী পাখং লৈশাবীশিংন ঐহাকপু লাইরিক লাইশু করিশু হৈত্রব/তমদ্রব ফোটোগ্রাফর অমনি হায়দুন হাইরপ হন্থব থাক্ত থম্বীদুন/খম্বীদুন লৈরমই। সাধারন প্রজাশিংগী ৱাখলদ মতম অসিগী ফোটোগী থবক তৌবশিং অসি ফুরিৎ তূব, উ শুবগুম্ন লাইরিক লাইশু হৈতবশিংগী থবকনি হায়ন লৌনরমই। তশেংবসু মতম অসি ফাওবগী মনুংদ হিরম অসিদ কারবার ওইন পাযখৎলিবশিংগী মনুংদ মহৈ মশিং নিংথিন হৈব মীওই অসুপকী মতিক তাঙলমই। সাধারন ওইন মহৈগী থাক্ত লৈরম্ব ফোটোগ্রাফর অহলশিং অসি ক্লাস ফাইভ-সিক্সকী চাংদ লৈবন শরুক চামদ মরিফুতরামুক্কী চাংদ লৈরমই। মরম অসিদগী নৌন হৌগৎলকপ নহারোল ফোটোগ্রাফরশিংসু কাংলুপ অসিদ চন্দুন অদুম হন্থব ব্যাবাহরদ থমলকপদ অঙকপ নৎখিদে।

শক ১৯৬০ দা য়াম্ন থৱায় য়াওন হোৎনদুন কো-ওপরেটিভকী ট্রেনিং ৭শুব বেটচত য়াম্ন চাওন মায় পাক্তুন (পোজিসন লেপ্তুন) পাশ তৌখি। লোয়ন লোয়নন মথংগী চহি ১৯৬১দ জেনেরেল ইডুকেসনদসু ইন্টরমেডিয়েট পরিক্ষা চাওন মায় পাকখি। মাসিগী মখা তারকপদদি হান্ন খঞ্জখিব আশাগ লোয়নন নুংথিলগী মতমদ তম্ব ধনমঞ্জুরী কোলেজদ বি.এ. থার্ড ইয়ারদ (বেচেলর ওফ আর্টস) মিং চন্দুন লাইরিক মখা লেপ্তুন তমথখি। নৌহৌননা কোলেজগী পুন্সি (কো-ইজুকেসন)গী মহাওগ লোয়নন য়াম্ন থৱায় য়াওন তমখি; অদুগ শক ১৯৬৩গী গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী পরিক্ষাদ বি. এ. পাশ তৌখি।

মতম অসিদ ঐখোয়গী লমদম অসিদা বি. এ. ফাওব লেপ্তুন লাইরিক তমথরক্তুন পাশ তৌরকপ হায়বসি অরায়ব অমদি ওইরমদে। অখঙ অহৈ কনাগুম্ন অমতং থিদুন হংলুফম/তান্নরুফম হায়বদু লৈরমদে। খঙদ খঙদ্রগ মথংগী নুমিত্ত কোলেজ কারগ ক্লাস লৌরিব ওঝাদ হংলুব নত্তন হংফম লৈরমদে। তশেংনমক হায়রবদ ঐহাক্ল লৈরিব লৈকাই অসিগী নহারোল অয়াম্ব মখৈদি খুৎ-শা হৈবগী থবক তৌবা ঙাক্ত ওইন তৌরমই। ঐহাক্ল মতম অসিদ বি.এ. পাশ তৌরিব অসিমক লৈকাই অসিদদি খুদক অসিগী ওইন অনিশুব গ্রেজুয়েট হায়বদু ওইরমই। ঐহাক্ল পাশ তৌরে হায়ন তাবদ মরুপ-মপাংশিংন চা লৈয়ু হায়দুন হোটেলদ চা লৈবদ গ্লাস অমদ শিকি অম পীবদ লুপা ১০০ রোম খরচ তৌদুন নুঙাইব ফোঙদোকখি। ঐহাক্ল পরিক্ষা অসি পাশ তৌরকপদ রিজল্ট উবদ নুঙাইমনখিদুন ঐগী ইবাই নবকুমারন লুপা ১০০ মনা ওইন খুদক্ত পীদুন হরাওব ফোঙদোকখি। পরিক্ষা হেক পাশ তৌবগ থা ৩/৪গী মনুংদ ঐবু মুন্ন খঙবীব কোওপরেটিভ ট্রেনিং ইন্সটীট্যুটকী প্রিন্সিপালন নোংম পিয়ন অম থারক্তুন ঐবু কৌরমই। মথংগী নুমিত্ত ঐন চত্তুন মরম

হংলুবদ প্রিন্সিপালন ঐবু গোভর্নমেন্টকী থবক (কো-ওপরেটিভকী ইন্সপেক্টর) ওইন তৌনিংবরা হায়ন হংবীরমই। তৌনিংলবদি ঙসিমক দরখাষ্ট অম ইদুন থারকউ, ইন্সপেক্টর ১৪ খক লৌগনি হায়ন খঙহল্লকপগী মতুংইন্ন খুদক্ত দরখাষ্ট অম ইদুন রেজিষ্ট্রারগী ওফিসত পীশিল্লমই। ওফিসকী মীওই অমন, হয়েং অযুক পুং ১০ তাব মতমদ ওফিসতা লাকউ, ওফিসারগ ৱারী শানবগী মীফম অম ফমগনি হায়না তাকপীরকখি। মথংগী নুমিত্ত ঐহাক য়াম্না হরাওবগ লোয়ননা ওফিসত চত্তুন ওফিসার অহুমখক্ক ৱারী খর শানখি। হংব য়াব ৱারী-ৱাতাই খর তৌরব মতুংদ মাখোয়ন অইব চেরোল অম ঐঙোন্দ পীরকখি, অদুনা হয়েংদগী চাক ইশিং চাথোক্লগ ওফিসতা কারক্কদবনি হায়ন তাকপীরকখি। মাখোয়ন হায়খিবদ, 'নহাক ইনৌ নৌন গ্রেজুয়েট অম ওইরকপ অমদি ওফিস অসিগী ট্রেনিংদ মকোক থোংন মায়পাকখিবন মরম ওইদুন নহাকপু ঐখোয়ন থবক অসি তৌরো হায়ন ওফর অসি পীরবনি।' হায়ন ফোঙদোরকপদ ঐহাক হায়নিঙাই লৈতন নুংঙাইজখি। নিংশিংব য়াই, মতম অসিদদি লাইরিক লাইশু হৈবগী চাং অসি অসুপকী মতীক য়াম্না নেম্ন লৈরমই; সরকারগী থবক তৌবীনব মীওই মতিক চাব থিবদ অৱাব অম ওইনব মতম ওইরমই। মতম অসিৱাইদ ঐহাক অতোপ্প, থানাগী থবক অমসু তৌরো হায়দুন (এস. আই. ওইন) মতম অদুগী ডি. এস. পি. ওইবীরম্ব শ্রীসলাম ঁশ্যামকিশ্বর সিংহন তাকপীরকপগী মতুংইন্ন হান্নন এন. সি. সি. য়াওরক্তবন মরম ওইদুন ফার্ষ্ট এম. আর. দ থা ৬কী ট্রেনিং অম তৌরো হায়দুন হৌননব থৌরাং ফাওব তৌরুরবনি। অদুবু, অপোকপী ইমান পামজদে হায়ন কন্ন য়েংমনবদগী থানাগী থবক অসি থাদোক্তুন কো-ওপরেটিভ ডিপার্টমেন্টত ওইন থবক চঙখিবনি। থবক হাপ্পীবগীদমক চাকলেন চরা অম কৌজগে হায়ন ইচম চম্ন হায়জরুবদ কো-ওপরেটিভকী ওফিসারশিং অদুন "থবকমকসু হৌফাত্ত্রিঙৈদ হৌজিক্ক করপসন হৌরগেরা - অদু ওইরবদি নহাক থবক অসি তোকপ তাই" হায়ন য়াম্ন ফজব মওংদ চৈরকপদগী "ঐহাক লাঞ্জরে" হায়দুন সরেণ্ডর তৌখি। মাসিন তাকপদি মতম অসিৱাইদ, ('৬০-'৭০গী মতমদ) মণিপুরদ করপসন হায়বদু মশক খঙলমদে; শেঞ্জাগী মফম লৈরমদে হায়বদু তশেংনমক উৎনব ঙমলমখি। ❖ ❖ ❖

ইং শোক ১৯৬০দগী ১৯৬২ ফাওবগী মনুংদ ঐহাক করেসপোন্দেন্ট কোর্সত ট্রেনিং অনিখক মথং মথং ওইন তমখি। অহান্বগী অসিন, বোম্বেদ বেজ তৌব "ইন্টরনেসনেল করেসপোন্দেন্ট স্কুল" হায়ন খঙনব ইন্সটিট্যুট অদুদ লণ্ডনদ লিংখৎপ আরকিটেকচর কোর্স অম তমখি। থা থাগী পীব ক্লাস অমসুং থা খুদিংগী পাঙথোকপ পরিক্ষাশিংদ পাশ তৌব, তৌদ্রগন অমুক হন্ন ফেল ওইব সবজেক্টতু নৌন তমলগ পরিক্ষা অমুক থাব য়াব কোর্সনি। ঐহাক ইশামক্তি হিরম অসিদ য়াম্ন থৱায় য়াওজরুবন এসিয়া মহাদেশকী রিজনগী পরিক্ষাদ মার্ক স্কোরদ খ্বাইগী মকোক ওইব ঙমজখি। অরোইব মতমদ ঐন ইন্সটিট্যুটকী অথোরিটিদ লণ্ডনগী ডিগ্রি পরিক্ষা ফমগে, পারমিশন পীযু হায়জরুবদ মদুদি য়ারোই, ইণ্ডিয়াদ পাঙথোকপ এ.এম.আই.ই. একজামদ ওইন য়াও হায়ন পারমিশন পীরকখি। অদু ওইরবদি ঐহাক পরিক্ষা অদু থারবোই

হায়দুন মরৈ য়েৎনদু তোকলে। মতুং তারকপদসু মাখোয়ন এ.এম.আই.ই. থানব হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়রকখি; অদুবু শাওনিংবদগী ঐহাক অদুম তোকলে।

মতুং তারকপদ কো-ওপরেটিভকী একাউন্ট ট্রেনিং পাশ তৌরব মতুংদ ঐহাক্ন "ইন্সটিট্যুট ওফ চার্টরড একাউন্ট" নিউ দিল্লিদ ট্রেনিং য়াওজগে হায়দুন ঐগী বাইও ডাটাগ লোয়নন দরখাষ্ট অম থাখি। মাদুগী পাউখুম ওইন চিঠি অম লাকখি। "নহাক্কী বাইও ডাটানচিংব কুপ্ন য়েংশিল্লব মতুংদ নহাক্ন পাশ তৌরুব একাউন্ট ট্রেনিং অদুগী মতুংইন্না নহাক চার্টরড একাউন্টকী ইন্টরমেডিয়েট কোর্স পাস তৌরে হায়ন লৌরগনি। মখা তান ফাইনেলগী কোর্স চথরগ পাস তৌরবদি নহাক মতীক চারব চার্টরড একাউন্টেন্ট অম ওইবগনি।" অদুবু লাইবক থীবদি ঐহাক্ন ফাইনেল কোর্স চথগে খল্লুবদ গোভর্নমেন্টগী থবক্তু হান্ন পায়খৎখিবন (১৯৬৩ দ) ট্রেনিং অসি মখা তাব ঙমদন অদুম তোকখ্রে।

***********

## অনিশুবা পন্দুপ

শক ১৯৬২গী লোইরমদাই অমদি ১৯৬৩ অসি ঐহাক্কিদমক্তি অৱাব নুঙাইবতন থল্লব পুন্সিগী অনৌবা মতাং অম হায়বদু ওইরমই। ১৯৬২গী অরোইব মতমদ কোলেজ তম্বগী লোইশিল্লকপ মতম অসিদ কোলেজগী কম্পিটিসন কয়াদ, লাই য়েকপ, ৱারেং শৈরেং ইবগী চাংদম্নবনচিংবদ য়াওখি; অদুগ য়াওরুব খুদিংদ মকোক-মথংত তাদুন মনা-মথুম, মিংচৎ কয়াসু ফংখি। য়াম্ন নুঙাইজখিব অমন, মতম অসিদ ইনৌ-নৌন জাপানিজশিংন পুথোরকপ ফোটোগ্রাফশিংদ মচু শঙনব ট্রান্সপেরেন্ট কলর মখল অম ঐন লাই য়েকপদ শিজিন্নখি। হায়রিব মখলগী কলর অসি মতম অসিদ মণিপুরদদি অতৈ কনান মশক খঙদ্রিব মতমনি। ঐন ফিল্ম ষ্টার অমগী ফোটো য়েক্লগ হায়রিব মচু অসিন শঙদুন কোলেজগী কম্পিটিসনদ থাগৎখি। মতম অসিদ লাই য়েকপগী জর্জ ওইরিব কোলেজগী ওঝা অসিন নিংথিন য়েক্লব লাই অসিবু জজমেন্ট পীব/ মার্ক পীবদ পীফম খঙদবদগী অৱাব অম ওইখি। ওঝা অদুন ঐবু কৌরগ লাই অসিদ শঙলিব মচু অসি করম্ব মখলগী কলরনো হায়ন কুপ্প হংখি। ঐন ময়েক শেংন নৌন থোরকলিব জাপানদ শাব কলর অসি মপান্দগী লাকপ ফোটোগ্রাফিগী রিপ্রেজেন্টেটিভ অমন পীরম্বনি অদুগ ঐন অয়েকপ লাই অসিদ মচু শঙবনি হায়ন খুমখি। মতুংদ উপাই লৈত্রদুন জর্জ অদুন ঐগী লাই অদু স্পিসিয়েল জুরী এৱার্ড পীখি। অদুগ, মী অতৈদ তমথোক্নু ইকাইজে হায়রমখি। চহি অসিমক্কী লিটরেরী মিটিতসু ঐহাক্ক মণিপুরী লোন্দ শৈরেং অম ইদুন কম্পিটিসন্দ থাগৎখি। লাইবক ফবদগী ঐগী শৈরেং "নোংম" হায়ন মমিং থোন্ব অসি ফার্ষ্ট তারে অদুগ কোলেজ অসিমক্কী সাইন্সকী ছাত্রী অমগীসু ফার্ষ্ট তাদুন পুন্ন ঐখোয় অনিন ফার্ষ্ট প্রাইজ অদু ফংমিন্নখি। মতুংদসু ইবান্নি শক খঙনদুন কোলেজ লাইফ লোইব ফাওবদি লোন্দিন্নন লোয়নখি। কোলেজগী পুন্সি লোইরকপদদি মাগী মাগী লাইন্দ চৎনখিদুন অসুম অসুম লাপথোক্লখি। লোয়ন লোয়নন নুংশিরব মরুপ-মপাং কয়া কায়নাখিব অমদি অনৌ অনৌব কয়া লোয়ন-তিন্নরকখিবগী অৱাব অমদি নুংঙাইব কয়া মায়োক্লখি। কোলেজগী পুন্সিগী অরোইব মতাং লাক্লবদ ডিগ্রিগী পরিক্ষা থানব থৌরাংলকপদ থেংনখিব অৱাব কয়া, মায়থীরক্লবদি কয়াগী মতীক নিঙব কায়ব ওইগদবনো খল্লুবদ থোইদোক্ল অৱাবগী মশক ওইরকখি। লাইবক ফবদগী পরিক্ষা হায়দোকপগী ফল ইংলিশ খবরদ ফোঙলকপ, মাদু উরুবদ ঐগী রোল নম্বর য়েংলুবদ পাশ তৌরে হায়দুন ময়েক শেংন য়াওরকপ উরুবদ নুঙাইখিব মিকুপ, ঙাইহাক্কী মনুংদ তুংদ ওইরক্কদব পুন্সিগী লমায় কয়া হাংদোক্লুম মঙখিব মঙলানশিং পুন্সিগী ওইন কাওঙমলরোইদব থৌদোকনি।

মমাঙগী পন্দুপকী অরোইব শরুক্ত পনখিব ঐগী থবক অম ফংবগী ৱাফম অদু ১৯৬৩গী ওক্তোবর থাগী তাং ৩দ থবক হাপ্পগী চেরোল (এপোইন্টমেন্ট লেটর) ফংখি। থবক অসিমক নন-গেজেটেড, টেম্পোরেরী পোষ্টনি। গ্রেজুয়েট অমন মতম অসিদ সরকারগী থবক চঙবদ ফংব তলবন থা অমদ বেসিকতা লুপা ১২৫/- অদুগ ইমোলুমেন্টতা লুপা ১৬৭.৫০ ফংলমই। হায়রিব তলবকী শেলফম অসি মতম অসিদদি য়াম্ন য়াম্লব অমনি। মাসিগী মথক্ত ফিল্দ ষ্টাফ ওইবগী টুর এলাৱেন্স থা অমদ লুপা ১২০/- লোমগ ফংই। হায়রিব তলবকী শেলফম অসিন ইমুং-মনুংগী খরচ অমদি লন্নাইগী খরচনচিংব লোইনমক কোন্নরমই। মতম অসিদ অঙাং নুপামচা, নুপীমচাশিং প্রাইভেট তম্বীয়ু হায়দুন নেকলব য়াম্ন লাকখি। অদুবু ওফিস কাবগী থবক অম য়াওববন, মতম য়াম্ন ফংদবন অয়াম্ব ছাত্রশিংগী ঙম্লরোই হায়ন হায়দোকখি। চৈরক অসিদ, হান্ন তিন্নব ফোটো নম্বগী মরুপ মপাংশিংনসু ঐবু মাখোয়গী থবকশিংদ মতেং পাংবীনব, য়াওবীনব মহৈ মহৈ নেক্লমই। তলব ওইন, খুৎশুমন পীদুন ঐবু নেকপদি নত্তে। মাখোয়গী হিসাবনচিংব শৃবীব, চিঠিনচিংব ইবিব, ফোটো নম্ব, চাম্বনচিংবদ মতেং পাংবীব, মদুগী মতেং ওইন ঐন ফোটো নম্বগী খুজু খুৎলাইশিং শিজিন্নব ফংব, মচাক মথুমশিং শেল তিংদন খরমখৈ শিজিন্নব ফংব, অসুম্ন মরুপ মপাং ওইবগী মওংদ মতম কুইন লোয়নখি। মতম অসিৱাইদ ঐন তানব হৌনব শেলথুম খর ফংলকপ, ওফিসকী তলবতগী খর খর লেমহৌব শেলফম্ন ইশান পামজন পায়খৎলকপ ফোটো নম্বগী থবক্কীদমক খুজু-খুৎলাই মচা মশু খর খর লৈশিনব হৌরকখি। মরুপ মপাংশিংগী দুকানশিংদ মরু ওইন ইষ্ট ইণ্ড ফোটোগ্রাফিক ষ্টোরদ লাকপ মপাল লমগী কম্পনিগী মীওইশিংগ খঙনদুন, তোৎন-তিন্নদুন ফোটোগ্রাফি অমসুং গ্রাফিক আর্টসকী মরমদ হেন্ন মমুৎ তান খঙ-হৈনব কন্ন হোৎনরকখি। লোয়নন ফোটো নম্বদ শিজিন্নব খুজু-খুৎলাইশিং লন্নাই শাদুন শিজিন্নব হৌরকখি। মতম অসিদ ইহান হান্ন থোরকপ ফোটোষ্টেট তৌনব মেচিন মখল অম ঐহাক ইশামক্ত, বাঙ্গালী মচা খরন তাকপীদুন মফম অসিদ শাদুন শিজিন্নব হৌখি। লোয়ন লোয়নন ফোটো চাওথোক্লব (এনলারজর) প্রিন্ট তৌনব মেচিন, লাইটিং ইক্যুইপমেন্টনচিংব কয়া কয়াসু শাদুন শিজিন্নব হৌরকখি।

মতম অসি ঐহাক য়ুম কৈ পান্দ্রিব পাখং অম ওইরি। মতম অসিগী চৎনবী অম ওইন মহৈ-মশিং খরবু হৈরব অদুগ সরকারগী থবক মচা অমবু তৌরবদি অদুগ লিচৎ শাজত্ত শাজা-য়ুথকপু তৌদ্রবদি মাগী মাগী মচা নিঙোলশিংবু থাজগদবগী কোইতান তান্নব মতাং অম ওইরমখি। মায়কৈ কয়াদগী অহলশিং লাক্লুন ৱারী ৱাতাই কয়া শানব, ঐগী ইমানসু অফব, মতীক চাব মমৌ থিরিবনি হায়দুন কোয়ন চত্তুন ঙাংন শক্লব কয়া তৌখি। অদুবু ঐনদি হিরম অসিদ কয়া থৌশারুদে। মরমদি ঐহাক শেল থুমসু মতীক চান লৈত্রিব, মতীক চাদ্রিব মীশক অম ওইরিবন য়ুম্বান কৈবানবগী থবক্ত থোইন খোয়জংলমদে। মাদুগী মহুত্ত মহৈ মশিং মখা তমথখিগে হায়বগী ৱাখলদ চপ য়ুংন লৈরমই। ওফিসত থবক তৌরিব ইথক থোংব ওফিসার খরন ঐঙোন্দ অসুম্ন হায়বীরমই, “রাজকুমার, নহাক অসি চাওরব ডিপার্টমেন্ট অসিগী মনুংদ খ্বাইদগী

নহা ওইরিব ইন্সপেকটিং ওফিসারনি। নহাক য়াম্ন অঙাং ওইরি। অদুন, অশংব মতমদ নহে নশিং খরগ তমশিনখো। ঐখোয়গ লোয়নন লো কোলেজদ নুমিদাং নুমিদাংদ চত্তুন লো তমলুসি। নহাক পামদ্রা ?” অসুম্ন সজেসন কয়াসু পীদুন ঐগী পুন্সিগী লমজিং লমতাক কয়া পীবিরিঙৈ তাঞ্জা অসি মণিপুরদ পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাস হাংলগনি, তম্মিংব ছাত্রশিংন নুমিদাংগী মতমদ ডি. এম. কোলেজদ চত্থগদব ইংলিস নৎত্রগ ইকোনোমিক্স সবজেক্ত মিং চন্দুন তম্ব য়াগনি হায়ন নোটিশ অম থোকলকপদ “লো” তম্ববুদি মাসিন হেন্ন পামজদুন অহান্বদ ইংলিশ ক্লাসত মিং চন্দুন তম্ব হৌখি। মতম অসিদ মণিপুরদ ইউনিভরসিটি অম লিংখৎপগী ব্বাখলফাওব লৈনরমদে। চুম্নগী পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাসশিং হাংলগ গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী মখাদ পরিক্ষা থাব য়াহনব, অসিমখৈতনি হান্ন পায়খিব খোঙথাংদি। লাইবক থীবদি, অহান্ব খুৎমাব ওইন থোকলুবন মতম অসিমক্তদ ইংলিশ ক্লাস চত্থব হৌগদবদ দিল্লী ইউনিভরসিটিদগী নেকলুব প্রোফেসার অমখক্ত থা ৪/৫ রোম ক্লাস লৌরম্নগ তলবকী মতাংদ নিঙাই তৌনৈ হায়দুন তুমিন্ন চৎখিবদগী হৌবদ ঙায়রিব ডিপার্টমেন্ট অসি খুদক্ত মুৎথৎখি (ক্লোজ তৌখি)। মরম অসিদগী ইংলিশত তম্ব হৌরুরব ছাত্র পুম্নমক ইকোনোমিক্সত ওনশিল্লো হায়দুন নমদুন ওনশিনখি। মতম অসিদ ইকোনোমিক্স ক্লাসত পুন্ন ছাত্র ৫০/৬০ তমদুন রেগুলার ক্লাস চত্থখি। অসুম্ন, চহি ১ পুরা মপুঙ ফান তম্লব মতুংদ এম. এ. প্রিভিয়স পরিক্ষাগীদমক্কি হায়দুন ফি লুপা ৮০/৮০ লৌদুন পরিক্ষা পাঙথোক্লগনি হায়দুন কন্ন হোৎনখি। মতম নকশিল্লক্লব কান্দদি এফিলিয়েট তৌবদ য়াদ্রে হায়দুন ছাত্র পুম্নমক অমত্ত পরিক্ষা থাহনখিদ্রে। লোয়ন লোয়নন লৌখিব পরিক্ষাগী ফিশিং অদুসু অমত্ত হন্দোকপীদন অদুম তোকখ্রে। নীংব কায়রব অহান্ব বেটচকী ছাত্রশিং পরিক্ষা থাদন অদুম ফেল ওইহন্দুন লোইশিনখ্রে।



অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌন খুৎ-শা খর লেঙজব, য়েকপ-খোৎপ শাব-খোৎপগী হিরমদ হেন্ন পুক্লিং চঙখিবন মরম ওইদুন, য়ুম কৈ শেমজিন-শাজিনব, উপু কাংথোল শেম শাব, ফোটো নম্বগী থবক্ত হেন্ন থব্বায় য়াওরুবত নত্তন মাসিগী থবক অসিদ চঙদব য়াদ্রব অরায় অরায়ব খুজু খুৎলাই কয়া শাদুন শিজিন্নব হৌরকখিব অসিন শেলথোক লম্বী ওইনব মচাক অম ওইরকখি। চহি ২/৩গী মমাঙদগী হৌন শেম-শাব হৌরকখিবন হাইফেৎ চৎনব য়ান থবক চত্থব য়ারক্লব কানসিদ (চাওরাক্ল ১৯৬৮গী মনুংদ) ঐগী অসুম ওইয়ু হায়বদুন, ঐন থবক তৌরিব ডিপার্টমেন্ট অসিগী তঙাইফদন প্লান-এক্সহিবিসন (মেলা) য়াওদব য়াদে হায়দুন ওরদর থোকলকপদ মকোক থোংব ওফিসারশিংন ঐগী কো-করিকুলার এক্তিভিটিবু মুন্ন খঙবীবদগী প্লান-এক্সহিবিসনগী শেম-শাব, ষ্টোলশিং কন্সট্রক্ত তৌবনচিংব ডিপার্টমেন্টকী থবক পুম্নমক ঐঙোন্দ শিন্নরমই। ঐহাকসু ইশান য়াম্ন পামজন লৈব থবকশিংগী দ্যুটি পুম্নমক শিন্নরকপদ অহিং নুংথিল খাক্তন য়াম্ন চঙখোন্ন পেভিলিয়ন অদু শেম শাখি। তাঞ্জা চাব অসি য়েংদুন ঐন ওফিসারশিংদগী




অহান্বদ, চহি ২মুক্কী মমাংদ লিটল ইণ্ডষ্ট্রিজ রেজিষ্টার তৌদ্রিঙৈদ কো-ওপরেটিভ সোসাইটি ওইন প্রোপ্রোজতৌদুন ১৯৬৮দ তৌখিব প্লান ইক্সহিবিসন্দ উৎখিব লন্নাই শাজব ফোটোগ্রাফিক্কী খুজু খুৎলাইশিংগী সো অসিন মতম অদুগী সরকারগী পুক্নিং চিংশিনখি।

পারমিসন অম লৌথোক্লগ মেলাগী ষ্টোল অম লন্নাই প্রোপোজ তৌরব কো-ওপবেটিভ ইউনিট অমগী মিংদ ঐন শেম শাখিব খুজু খুৎলাইশিং পুন্নমক মেলা অসিদ পুথোক্কুন উৎখি। লাইবক ফবদগী কো-ওপরেটিভ ডিপার্টমেন্টকী পেভিলিয়ন অসিন খ্বাইদগী নিংথিন শেম শারব অম ওইদুন মেলা অসিগী ওইন ফার্ষ্ট পোজিসন ফংখি। মাসিদ ডিপার্টমেন্টকী ওফিসারশিংন হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে; লোয়নন নুঙাইব ফোঙদোকপ ওইন চাকলেন অমসু লাংখি।

চহি মতাংনগ য়ারক্তব, য়ুমগী ফিভমদসু অহোবগী অহোব ঙাক্ত ঙায়শিল্লকপদ পলেম ইমান মমৌ অমতং য়েংবনি/ হায়বনি হায়দুন পংচৎত চৎলমই। ইমান অপাম্ব/অফব য়েংদুন হায়জসনু হায়দুন অসুম চৎহল্লমই। য়েংউব, হায়রুব পুন্নমক পামই/পামদে হায়দুন মরৈ য়েৎনরগ তোকপন অয়াম্বনি। অমরোমদ, ঐবু মুন্না খঙবীব, তোৎন-তিন্নরুব অহলশিংন মাখোয়গী মচা-মশুশিংবু পীনিংবন মখল-মথেল কয়াগী খুজিল থৌরাং তৌরকখিদবসু নত্তে। কাইনথংদ ঐগী অসুম থোকউ হায়বদুন ইকোন কোন্ন হায়রুব অমসু অহল মশেল নিঙাই তৌনদুন খৎনরকলে হায়ন ইমান মথৱায় নুঙাইতন লাকপদ ঐহাকসু খর খজিক নুঙাইতব ফাওন, অদুক য়াম্ন নাপল তৌরবদি নমদুন লৌরগে হায়বগী ৱাখল লাকখি। ঐগী অসুম থোকউ হায়বদুন, ঐগী লাইবক্ত তম্লম্বন, ৱাহৈ অমতং ফোঙদোক্কুন খঙহল্লুবদ নুপীমচা অসিন, "ঐদি হায়ন শীঙনব হেক হৌরকপদগী হৌন ঐগী পুন্সিদি কখোকখ্রবনি" হায়রকপদ ঐগী ওইয়ু হায়দুন তমলকলবনি হায়দুন ঐন মহাকপু অহল লমনশিংগী মায়োক্ত পুরক্কুন ঐগী পুন্সিগী খোঙলোয় ওইরকখি।

১৯৬৫দ ঐহাক য়ুম-কৈ পাল্লব মতুংদ মতম খরদি সরকারগী থবক্ত থৱায় য়াওন পুরমই। লোয়নন, ঐহাক পামজরকপ ফোটোগী থবক্ত হেন্ন পুক্নিং চঙশিল্লকপদগী থবক তৌন-তৌন নোংচুপ লমগী লাইরিক লাইশু কয়া মথং মথং লৈশিন্দুন পাব, নৈনবা (Home Study) কন্ন হৌরকখি। ঐহাক্ন অশং অশংব কান্দ ফমলুব, মতেং পাংলুব ফোটোগী দুকানশিংদগী ঐন দরকার লৈব পোৎচৈশিং



লৌদুন, চাংয়েং কয়া তৌদুন মখা তান ষ্টডি নিংথিন তৌব হৌরকখি। মরক মরক্ত দুকানশিং অসিদ লাকপ মপান লমগী সেলসমেন রিপ্রেজেন্টেটিভ কয়া উন্নব, ৱারী ৱাতাই শানব অমদি মাখোয়দগী হিরম কয়াদ খঙদবশিং খঙননবা তমহৌব, মাখোয়ন পুরকপ টেক্নিকেলগী লাইরিক লাইশু কয়া লৈশিলহৌদুন হেন্ন মমুৎ তান খঙননব হোৎনরকখি। নিংশিংব য়াব অমদি, মতম অসিদ ঐন য়াম্ন মরু ওইব "ফোটোমেকানিক্স এণ্ড প্রিন্টিং" কৌব লাইরিক অমখক দিল্লিদগী লাকপ রিপ্রেজেন্টেটিভ অমদগী লৈহৌখি। হায়রিব লাইরিক অসি পারুবদগীদি ঐগী ৱাখলদ ইনৌ নৌব ইথিল অম ফাওরকখিবগ লোয়নন পুন্সিগী ওইব য়াম্ন মরুওইব খোঙথাং অমদ থাংজিনব হৌরকখি। মাসিদগী ইহান হানবদ ফোটো ব্লোক মেকিং অমসুং প্রিন্টিংগী পারা খর য়াম্ন মমুৎ তান নৈনব হৌরকখি। লোয়ন লোয়নন কলকাটা মার্কেটতগী ফোটোগী দুকানশিং খরা ঈ-পাও চৎথোক চৎশিন তৌনরগ থবক অসিদ (প্রোসেস অসিদ) চঙগদব হিদাক লাংথক, মপোৎ মচৈ অমদি খুজু-খুৎলাই মচা মশু খরা লৈরগ থবক ওইন পাঙথোক্লব চলাইব হৌরকখি। মতম অসিদ, শোক ১৯৬৬তা ঐগী লাইবক ফগ্নব থৌদোক অমন, ইহান হান্ন ঐহাক্কী চাদা-নাওদা অহানব (ইচানিপা) অম ফংজখি। য়াম্ন তুশোন মানশোন্ন লৈরম্ব ইমুংদ খুৎকন্বগী খুদম অম লাকপদ মীপুম খুদিংমক্ল হরাও তয়াম্নখি।

চহি অসিমক্তদ ঐহাক্ল য়াম্ন কন্ন থিজিন খোৎচিন্দুন অমদি মপাল লমগী অখঙ অহৈশিংগ তান্নদুন ব্লোক শাবগী থবক অসি য়াম্ন কান্নব ইণ্ডষ্ট্রি মখল অম ওইগনি, শোয়দন ইউনিট অম লিংখৎলু হায়দুন কন্ন ঙাংনরকপ মতমসিদ ঐগ হান্ন ফোটোগী লমদ লোয়নদুন লাকপ ইথক থোংব, কারবার পূম্ব ফোটো ষ্টোরগী মপুন মপাল লমগী কেনভেসরশিংন হায়রবনি হায়দুন, হান্নদি ঐন হৌদোকপদন ওইসু ওইরোইদবদ



চাদা
নাওদা
অহানব



জানুৱারী ১৯৬৭ • হেমন্ত রাজ • জুলাই ১৯৬৭

অঙাওব ৱাখলনি হায়ন করেম্নখিব, থবক অসি কোন্নদি থাজরক্তুন মহাক্ত তৌরগনি হায়ন অথুব থৌরাং অম তৌদুন, শেল য়াম্ন পায়বগী মওংদ খুজু-খুৎলাই চেন্নব খঙহল্লকপদগী নুমিৎ অদুমক্তদ ঐহাক য়াম্ন পুক্নিং নুংশিবগ লোয়ননা মরুপ মপাং ওইবগী মরী তৎনদুন কায়নখি।

ইং ১৯৬৭কী আগষ্ট থাগী তাং ১৪দ ইহান হান্বগী ওইন ঐহাক্কী ফোটোগ্রাফিক অমসুং গ্রাফিক আর্টসকী ইণ্ডষ্ট্রিয়েল ইউনিট অম মমাঙদ প্লান ইক্সহিবিসন্দ প্রোপোজ তৌদুন উৎখ্রব মতুংদ "ডি লিটল ইণ্ডষ্ট্রিজ" হায়ন মমিং থোন্দুন লিংখৎখি। অদুগ ফোটোগ্রাফিক ষ্টুডিও অমসু বাজার এরিয়াদ মী থল্লগ হাংদোক্তুন থবক চলাইব হৌরকখি। অসুম্ন হৌরকখিব ইউনিট অসি লৈত লৈতয়াম্ন ৱান হোৎনদুন অরৈব সেভিংস খরদগী লুপা ১,০০০/- রোমতমক পুথোক্তুন হৌদোকখিবনি। য়াম্ন থুনমক ফোটোগী দুকান অসিসু পোৎ য়োনব নত্তন সার্ভিসিংগী লমদ য়াম্ন মমিং চৎলব অম ওইরকখি। সরকারগী থবকসু তৌন তৌন হোবি ওইন পায়খৎলকখিব পার্ট তাইমগী থবকশিংদ রিসার্স তৌবসু লেপলমদে। মতাং অসিৱাইদ থিজিন হুমজিনব, লাইরিক লাইশুদ কয় নৈনরকপগী মতাংদ য়াম্ন চাওব থৌরম অমগী মরমদ নৈনরকপদগী মণিপুবদ ইহান হান্ব ওইন ওফসেট প্রিন্টিংগী থবক অসি পায়খৎনিংবদগী ইউরোপিয়ান কন্ট্রিশিংদগী মেচিনরিশিং অমসুং মতেংগীদমক পীবীনব/পাংবীনব চিঠি কয়া চৎনদুন হংনব হৌখি। মতম অসিদ ওফসেট প্রিন্টিং মেচিন অসি ভারতবর্ষদফাওব শাদ্রি। অদুন পাউ কয়া লৌনরব মতুংদ ইটালী হায়ব দেশ অদুদ লৈব প্মৃথিবীগী ওইন মমিং চৎলব "সোসাইটিয়া নেবিওলো টোরিনো" কৌবা কম্পনী অমদ মাখোয়ন শাব "নেবি ওলো প্রিন্টিং মেচিন" মল্টিকলর ডিমাই মেচিন অম লৌব য়ানব করার অম তৌনখি। হায়রিব মেচিন অসি মতম অদুদ ভারতকী শেলদ লুপা লাখ ৮.৫ রোমদমক পীরমই। অদুবু শেল লৈতবদগী লৈব ঙমদবগী ফিভমদ অদুম লৈখি। মতম অসিদগী হৌন হায়রিব থবকশিং অসি পায়খৎপ য়াগদ্রা হায়ন মঙ মঙব ইহান হান্ন হৌরকখি। অদুগ মণিপুর সরকারগী ইণ্ডষ্ট্রিজ ডিপার্টমেন্টত মেচিন অসি লৈবদ মতেং পাংবীয়ু হায়দুন দরখাষ্ট অম থাজিন্দুন থমখি।

শোক ঃ ১৯৬৮ ঐহাক্কী ফেমিলিদ অনিশুবদ, ইচা-নুপী অমগ অমুক ফংজখি। মহাক্কী মমিং ববিতা রাজকুমারী হায়ন থোনখি। মসিগী মথা তারকপদ ওফিসকী থবক তৌবদ অওনব নিয়ম অম শেমলকপ থেংনখি। মতম অসিদ মণিপুর সরকারগী ওইন মণিপুর পব্লিক সার্ভিস কমিসন হায়ব অসি হান্ন লিংদুন লৈরমদে। মতম অসিৱাইদগীদ লিংখৎখিবরা হায়ন খল্লি। অদুগ, সরকারগী থবক তৌবশিং (ওফিসার গ্রেডশিং) মখল অমগী ডিপার্টমেন্টেল পরিক্ষা থাদুন পাশ তৌদব য়ারমদে। চৎনবী অম ওইন পাশ তৌবমখৈ ই. বি. লানব, তলবকী ইনক্রিমেন্ট হেন্ন পীদুন কনফার্ম তৌনরমই। ওফিস প্রোসিদ্যুর ময়ামগী ওইন তৌব পরিক্ষা অসি লাইরিক য়েংলগ (with book) থানব ঙাক্তনি। তশেংন সিলেবস নাইদন এক্ট রুলনচিংব কয়া নৈনদুন হংনিংব মওংদ হংব ৱাহংগী পাউখুম পীগদবন য়াম্ন অরুব চাংয়েং অম ওইরমই। পরিক্ষা পীগদবা ওফিসারশিংন অয়াম্বন অহানব পরিক্ষা থাবদ পাস তৌব ঙম্নরমদে। শোয়খিব সবজেক্টশিং অদু মথংগী পরিক্ষাদ পাস তৌনব হন্ন হন্ন থাদবসু য়ারমদে। ঐহাক ইশামক্তি অহাম্ব ফমখিব পরিক্ষা অদুদ লাইবক ফবদগী সবজেক্ট লোইনমক পাস তৌদুন হায়রিব তঙাই ফদ্রব পরিক্ষা অসি মায় পাকখি। পরিক্ষা ফম্মিন্নব সেনিয়র ওফিসার কয়ান ঐঙোন্দ করেম কথাইনবগুম্ন, অঙাং পিশক অসিন ইলায়লায়ন পাশ তৌখ্রগ ঐখোয় অয়াম্বন লোইন লৈহৌরে হায়দুন নুঙাইতন শোন্নখি। খর লৈরগ ঐগী ডিপার্টমেন্টন ঐগী পোষ্ট কনফারমেসন তৌবীখি; ই. বি. লান্দুন তলবকী ইনক্রিমেন্টসু ২/৩ হাপ্পীখি। অসুম্ন ঐহাক্কী থবক তৌবগী ফিভমদ খর ফগৎলকপ উবদ অমদি মকোক থোংব ওফিসারশিংন ঐবু ফিল্ড ওফিসার ওইরবসু হেড ওফিসত অসুম লেঙদন থম্বনচিংব পুম্নমক উবদ নুঙাইতব কয়া য়াওনদুন মকোকথোংব ওফিসারসিংদ ইনশিন্দুন ঐবু অরাপ্প মফমশিংদ থাদোকখিনব তক্লরকপ য়াওরক্লে হায়ব খঙলকখি। মীগী মবুক নাগদবগী শরুক অরাপ্প মফমদ চথোকখিবন হেন্ন ফরে হায়ন খন্দুন লাপ্ন টুর চথোকপদ অয়াব পীদুন টুর চৎপ হৌখি। চৈরক অসিদ সরকারগী পোলিসি অমদগী ডিপার্টমেন্ট অসিদ লৈরিব ফিল্ড ষ্টাফশিংগী তলবতগী ব্লোক লেভেলদ লৈব ই. ও. কো-ওপরেসন হায়ব খর হন্থব গ্রেডকী ওফিসারশিংগী তলবন হেন্ন পীরকপগী ৱাথোক অম থোকখি। মসিদ য়ানদব অম লাকপদগী ফিল্ড ষ্টাফ পুম্নমক হৌদুন সরকারদ প্রোটেষ্ট কয়া তৌখি। মরী লৈনব অথোরিটিন কয়া থৌওইদব উবদ ঐখোয়ন ষ্ট্রাইকনচিংব অকম্ব খোঙজঙ ফাওব চঙশিনখি। মতম অসিদ ঐগ য়াম্ন লুন তিন্নজব ইমান্নব শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ (হেন্ন মুন্ন খঙনব - হৈরোক ইবোতোম্বী)গ অতোপ্প মরুপ ২ অমগ পুন্ন য়ানীংদব খোঙচৎ অসিগী লুচিংব ওইখি। অসুম্ন, মনুংদসু নুঙাইনদব থোকলকপ, মপান্থোংদসু তলব হন্থন পীদুন ইকাইব পীরকপ পীরকপ অদুগ থবক্ল শেমজিন শাজিন্ব কয়াগী ফাইল ৱার্কত পঙশৃদ শৃব কয়া অসিদ পেন্দব লৈরকখিবন ঐহাক্ক মোইরাংথেম ইবোতোম্বীগ পুন্ন তানদুন থবক অসিদগী রিজাইন তৌথোক্লসি ডিমান্দশিং পীরক্লগন মরুপ-মপাং ময়াম কান্নহৌরসনু হায়ন ৱারেপ্পদুন নভেম্বরগী তাং ৩০, ১৯৭০দ থবক থাদোকপগী চেরোল পীশিনখি। ঐখোয় অনিন খন্নবদ, ইবোতোম্বীদি রাজনিতি য়াওনিংবগী ৱাখলন মাঙওইনন থবক থাদোকখি।

ঐঙোন্দসু রাজনিতি য়াওরসি হায়দুন কন্ন হৌরমই। মাদুদ ঐন, "ভায়, ঐদি খুৎ-শা হৈবগী থবক্ত মায় ওনশিনখিবন হেন্না পামজে। রাজনিতিসু কয়া পামজদে। ওফিসত হিসাবনচিংবদ শেমজিন শাজিন্দুন পঙশূ শূবসু পামজদদুন রিজাইন তৌরিব অসিনি।" হায়ন খুমদুন তুংগী পুন্সিগী লম্বী খাইদোক্লদুন চৎনব হৌরকখি।

ঐহাক থবক থাদোকপগী, ভলুন্টরী রিটায়ারমেন্টকী চেরোলদি পীশিনখ্রে। অদুবু ইথক থোংব ওফিসারশিংন অমদি সকারগী মকোক ওইবশিংন ঐগী রিজাইন তৌব অদু খুদক্ত য়ারমদে। "নহাক্ন হৌজিকমক পরিক্ষা পাশ তৌরদুন ই. বি. লাল্লগ পোষ্ট কনফারম তৌরব কানসিদ থবক থাদোক্লগে হায়রিব অসি মরম চাদে। নহাক্কী দরখাষ্ট অসি হন্দোকউ" হায়দুন কন্ন য়েৎনদুন লৈরকপন থা ৮ পুরা ওইন তলবতি পীরক্লগ থবক কাদন অদুম লৈরকখি। কাইনথংদ, চে-চাং কয়া চৎনরব মতুংদ "নহাক্কী ফম থাদোকপগী দরখাষ্ট অদু সরকার অসিন এক্সেপ্ত তৌরে। ফেমিলি পেন্সনগী স্কীমগী মখাদ মেডিকেল সার্টিফিকেট অম পীরগ পেন্সন ক্লেম তৌব য়াগনি।" হায়ব একসেপ্টেন্স লেটর অম পীরকখি। অদুবু ঐন মখা তানা পেন্সনসু ক্লেম তৌখিদ্রে। তশেংনমক, নাশু-নাদব ঐন মেডিকেল সার্টিফিকেট পীরগ ক্লেম তৌব পামজখিদে। অসিন মরম ওইদুন ঐহাক্কী সার্ভিস অমসুং পেন্সন সরকারদ সেক্রিফাইস তৌরম্লগ অনৌব পুন্সি অমদ খোঙদারকখি।

তাঞ্জা অসিদ ইম্ফালদ লৈব অপিকপ কারবার তৌব মীওইশিংদ অপিকপ শেন্থং (লোন) পীগনি হায়দুন মরুওইব বেঙ্কশিংন নোটিশ থোক্লকপগী মতুংইন্ন ঐহাকসু আশা চাওন পায়খৎলকলিব ফোটোদ বেজ তৌবা ইণ্ডষ্ট্রি অসিদা থাদদুন খরদং ওইরবসু মতেং ওইনব দরখাষ্ট অম থাখি। য়াম্ন থুনমক ইনকারী খর তৌরগ বেঙ্কন লুপা ২৫,০০০/-গী লোন অম সেঙ্কসন তৌদুন পীরকখি। শেলফম খরসি হেক ফংবগ ঐহাক ইহান হানবগী ওইন কলকাটাদ চত্তুন ঐগ হান্নন চে চৎনদুন খণ্ডনরক্লব কম্পানীগী মীওইশিংগ উন্নদুন ফোটো ব্লোক শাবদ শিজিন্ননব খুজু-খুৎলাই খর, মচাক-মথুম খর হিংদাক লাংথক, ফিল্মনচিংব খর খর লৈরকখি। খোঙচৎ অসিদ ঐগ লুন তিন্নজব বাঙ্গালী মরুপ অমন ঐঙোন্দ য়াম্নসু খোয়দাজব তাঙন ফংলব কেমেরা অমা পুথোরক্তুন উৎলকখি। হায়রকই, বাজকুমার, কেমেরা অসি ঐন জর্ম্মন্দ ট্রেনিং চৎলুব কান্দ লন্নাই শিজিন্নগে হায়দুন লৈরকপনি। নহাক্তি ফোটোগী লমদ য়াম্ন থরায় য়াওব মীশক অমনিন কেমেরা অসি নঙোন্দ য়াম্ন কান্নগনি। মমলসু অতাঙব নঙে, নহাক লৈজরো। "ঐসু পোৎশক অসি হেক উবমক্তদ অসুপকী মতীক পামলমই। ঐহাক হিরম অসোমদ রিসার্স তৌদুন লাকলিব মীশক্নিন মমলসু লুপা ২,৫০০/- খক্ত পীব পোৎনিন লৌরগে হায়রদুন য়াখি। হায়রিব কেমেরা অসিমক্তি সুইজারলেণ্ডদ শাব "ঐচ-১৬ বোলেক্স পাইলার্ড" হায়ব চাপি থাদুন চলাইব মুভী কেমেরা অদুনি। মাসিমক উরুবদ ঐন খনখিব ৱাখলদি মণিপুরদ মতম অসি ফাওবদ লৈত্রিব খুৎলাই অসি ঐগী ওইজরবদি মাসিন ষ্টডি তৌদুন হান্নদগী ৱাখল তৌজবক্লব সিনেমা নম্বগী থবক অসি শোয়দন মায় পাক্লগনি হায়ন খঞ্জখি।



কংলা - পাৎ

*(★ মণিপুরদ সিনেমাগী ইনৌ লাকপদ 8mm Movie ২/৩ন হৌরকপগী তুংদ ১৯৬৭ত ইহান হান্ন পুশিল্লকখিবা 16mm Format কী Movie Camera PAILLARD সিনেমা নম্বগী থবক তল্লকপদ লিটল ইণ্ডষ্ট্রিজন শিজিন্নরকপ হৌজিকসু লেঙদন লৈরিব কেমেরানি।)*

লোয়ন লোয়নন মতম অসিদ খুদোংচাব কয়া য়েংদুন ঐহাক্ন টেক্নিকেল বুক কয়াসু লৈশিনবা হৌরকখি। সিনেমা নম্বগী তম্নব লাইরিকশিং মমিং ওইন পল্লবদ 'FOCAL ENCYCLOPEDIA OF FILM & TELEVISION TECHNIQUES', 'THE BOOK OF MOVIE PHOTOGRAPHY' - BYDAVID CHASHIRE, 'INDEPENDENT FILM MAKING' BY LENNY LIPTON, 'FOCAL GUIDE TO MOVIE MAKING', ' ART OF FILM MAKING' - BY ERNEST LINDGREEN, 'FOCAL GUIDE TO FILM TILTING', etc. .. অসিদসু নত্তন PHOTOGRAPHY গী লাইরিক কয়া 'SPECIAL EFFECT PHOTOGRAPHY', 'PHOTOMECHANICS & PRINTING', 'FORMULAE FOR PROCESS ENGRAVING', 'OFFSET PLAT MAKING' অসিনচিংবশিং অসি মমিং থাব য়াই। অসিদসু নত্তন CINEMATOGRAPHY অমসুং PHOTOGRAPHY গী ওইব JOURNAL কয়ামুক লৈদুন খন্ন নৈনবগী শরুক ওইখি। মখা তারকপদ, চহি খরগী মতুংদ, সরকারগী লোইশঙ খরগীসু অদুগ লন্নাই ফোটোগ্রাফর খরগীসু সিনেমা নম্বগী খোঙথাং অমা ওইনা 16mm গী Camera খরা লৈনরকপ হৌরকখি।

মতাং অসিদ নিংশিংব য়াব ৱাফম অমদি, ঐহাক্ন চহি কয়াগী মমাঙদগী পায়রকপ AGFA BILLY-120 হায়বা Folding Camera অসি মতম অসিগী য়াম্ন চন্ব, ওটোমেটিক য়াওদব কেমেরা অমনি। Camera গী Self Timer পান্দবন অতোপ্প কেমেরামেন্ন নমদ্রবদি ইশাগী ফোটো নমজব য়াদব মখলনি। অদুবু ঐহাক্ন করম তৌরগ ঐ ইশামক্কী ফজরব ফোটো অমতং ইশামক্ন নম্ব য়াগদগে হায়ন খন্থব হৌরকখি। খন্ব মখৈ খল্লগ ঐন ওখাক্ন ইন্বদ লেঙদব মখোঙ মরি পানব ষ্টেণ্ড অম পানখৎলে। মাদুদ কেমেরা অদু লেঙদন লৈনব ফিক্স তৌশিল্লে; অদুগ ষ্টেণ্ড অদুদ খর কন্ব লং/ছুট অশাংব অমন ডোরি মচা মচা খরগ এঙ্গল ২/৩দ থেক্ন চিংব য়ানব ফিট তৌশিল্লে। লং অদুন হোরেন ফোটো নম্ব কান্দ ইশান পায়রগ সত্তর অদু রিলিজ তৌনব চিংজগনি। ঐন লং অদু চিংব কান্দ হাংগদব সত্তর নোব, কেমেরা সেক তৌদনব/লেঙদনব য়েংশিনগনি। কেমেরা অদুন ষ্টেণ্ড অদুদ অনেম অৱাংগী চাং য়েংলগ, অদগ নমগদব ওবজেক্ত নৎত্রগ ইশাগী ফিভমনচিংব স্কৃন নৎত্রগ ফক্লাং নৎত্রগ ফোকস য়ানব শেল্লব ফ্লেগ ষ্টেণ্ড অম শেমলগ মাঙজৌনন এক্যুরেট ফোকসিং শেমদুন থমহৌগনি। পুন্নমক অসি শেম শাব লোইরগ ঐহাক্ন ফমফম চাব য়েংলগ ফমগনি। অদুগ, সাধারন ফোটো নম্বগী মওং অদুদ সত্ত রিলিজ লং অদু চিংলগ ইশাগী ফোটো অদু অদুম নমজৈ। মাসিগী মওং অসি শেম শাবদ খজিক্তংদি কোইথোকই, অদুবু তঙাইফদব মরমগীদমক্তি য়াম্ন লায়ন, য়াম্না মমল য়াম্নব কেমেরা অমন নম্বগুম ইচম চম্ন নম্ব য়াই হায়ন মওং অম পুথোকলুবগী ৱাতনি।





*(★ ওটোমেটিক নত্তব অচন্ব কেমেরা আগফা বিলিন মওং অম শেমদোক্লগ ইথন্ত নমজব, অদুগ ইশামক্ন শাখিব প্লান ইক্সহিবিসন্দসু উৎখ্রব, মতম কুইন শিজিন্নখ্রব মেচিন অসিমক্ন চাওথোকহনখিব ইশাগী ফোটো)*

অসুম্ন খর খর হৌখিদুন শোক ১৯৭৩ চঙশিল্লকখি। মতম অসিমকসু ঐঙোন্দদি য়াম্ন মরুওইব মতম অম ওইখি। চহি অসিমক্তদ ঐহাক্ন ডাইরেক্টোরেট ওফ ইণ্ডষ্ট্রিজ, গোভর্নমেন্ট ওফ মণিপুরদ দরখাষ্ট থাদুন ঐগী ফোটো এনগ্রেভিং এণ্ড প্রিন্টিংগী লিংখৎলকলিব ইউনিট অসি রেজিষ্টার তৌবীনব হায়জখি। মাসিদ ডিপার্টমেন্ট অসিন তৌফম থোকপ প্রোসেস কয়া তৌরব তুংদ ফিজিবল ওইব স্কিমনি হায়ন য়াবীদুন রেজিষ্টার তৌবীখি। অহান্বদ প্রোভিজনেল ওইন চহি খর থল্লগ মতুংদ পার্মেনেন্ট রেজিষ্টার ওইন তৌখি। মতম অসিদ ঐগী ফোটো ব্লোক শাবগী থবক অসি য়াম্ন কন্ন অমসুং মায় পাক্ন শারকলে। অহান্বদদি মণিপুরদ ব্লোক শাব অসি উনম শাব হায়ন খঙনদুন উদ হক-হক্তুন ময়েক মরাং, ডিজাইননচিংব শেমদুন শানরমই। ফোটো প্রোসেস তৌদুন শাব মখলগী ব্লোক অসি অহানবদ খঙনরমদে। নম্বফাওবদ মণিপুরদ লৈরিব প্রেসসিং অসিন নিংথিজন নম্ব ঙমলমদে। হান্নগী ওইন, ঐন ফোটো ব্লোক শাগৎলকপদ অতৈ কনামত্ত শানরমদে। উনম শাব ফার্মদি ২/৩ খক লৈরমই। থবক অসি হৌদোরকপ ১৯৬৭/৬৮গী অদুৱাইদগী হৌন ইণ্ডষ্ট্রিজ মখল অসি পায়রকপ লিটল ইণ্ডষ্ট্রিজন মণিপুরগী ওইন ইহান হান্বনি। শোক ১৯৭৩গী মতুংদগীদি অতৈ লন্নাইফার্ম ২ অমসুং সরকারগী ওইব গোভর্নমেন্ট প্রেসত ফোটো ব্লোক শাবগী থবক পায়খৎনবা হৌরকখি। ঐহাক্কিদমক্তিদি সরকারগী ওফিস অয়াম্বন মখোয়গী দরকার লৈব পুম্নমক শাউ হায়দুন ওর্ডর পীবিখি অদুগ স্কুল কোলেজনচিংব অমদি লন্নাই প্রেসসিং, লাইরিক ফোঙব কাঙবুশিংন মাখোয়গী দরকার লৈবশিং শেম-শানব ওর্ডর পীদুন ইণ্ডষ্ট্রিজ অসি হিংননব মতেং য়াম্ন নিংথিন পীরকখি। ঐগী ফার্ম অসিগী হেন্ন খুদোং চাখিব অমন ব্লোক শাবদ নত্তন মাসিবু শাননব ফোটোনচিংব নম্নব খুজু-খুৎলাইশিং লৈব ফোটোগী ইউনিট অমগ লৈবন খুৎমান্নখিবদগী হেন্ন খুদোংচাব অম ওইখি।

হায়রিব মখল অসিগী ইণ্ডষ্ট্রিজ অসি চলাইনব হোৎনবদ লল্লোন্নব অমসুং খুজু খুৎলাইনচিংব লৈননব শেল য়াম্ন দরকার লৈখি। লন্নাই খর খর শূরগ তাল্লকপ শেলফম্নদি খরচ ময়াম অসি পুনব হোৎনবদ অৱাব কয়া থেংনবদগী তঙাইফদন সরকারদগী/বেঙ্কতগী মতেং লৌব দরকার লৈরকখি। ফিভম অসি লাকপদগী ঐন মণিপুর সরকারগী সেয়ার য়াওন লিংখৎখিব "আসাম ফাইনান্সিয়েল কোর্পোরেসন" কৌব শিলংদ লৈব কোরপোরেসন অসিদ মতেংগীদমক দরখাষ্ট থাখি। ইকুই কুইদন মখোয়ন ফার্ম অসিগীদমক লুপা ৩১,০০০/- খক লোন ওইন সেঙ্কসন তৌবীদুন পীরকখি। শেলফম অসিদগী কেমেরানচিংব খুৎলাই কয়া লৈদুন থবক য়াম্ন নিংথিন চলাইব ঙমলকখি। মখা তারকপদ ইণ্ডষ্ট্রিজ ডিপার্টমেন্টন গ্রান্ট ওইন লুপা ১৬,০০০/- অমগ পীরক্তুন অৱাৎ অপাশিং মেনশিন্নখি।

মতৌ অসুম্ন ঐহাক্ন ইণ্ডষ্ট্রি অসিবু চালইনব হোৎনরকপদ অৱাব শরুক কয়াসু থেংনখিদব নত্তে। তশেংনমক হায়রবদ অচৌব থবক অম ওইবন অয়াম্ব প্রজাশিংন পোখোক অসিবু পাম্নব নোংম নোংমগী



হেঙ্গৎলকখি। অদুগা ব্লোক শাব হায়বশিমক্তবু লেবর, মতম য়াম্না চঙব প্রোসেসিং অম ওইবন হাথু-হাথু হেক্ত লোইশিন্ব য়াদব, য়াম্না টেক্নিকেল ওইব মরম্ন লেবর নেক্লগ হেক্ত শূহ্নব য়াদব, থবক শূহন্নব মীওই থিরগসু হৈননব হান্ন ট্রেনিং পীবদ মতম চঙব, অরাব অম ওইবন মতম খরদি অৱাব চৈথেং কয়া নংখি। কষ্টমরশিংগী অথুব থবক নংনব হোৎনবদ তঙাইফদন নোংম নোংমগী থবক শূবগী মতম য়াম্ন হেঙ্গত্তব য়াদবন নোংমদ পুং ১৭/১৮ লোম থবক শূবগী ফিভমদ লাকখি। অতোপ্প থবক ইনখাং চখোকপ, হরাও কুম্ভো য়েংব ফংদবগী ফিভম, অহিংদ তূম্ব-চাবগী মতম য়াম্ন তেন্ন ফংলকপ অমদি থবক অসিমক Heavy Chemicals কয়া লেপ্তুন শিজিন্নরকপন হকচাং শোকপগী চাং ৱাংখৎলকপ কয়া অসি মায়োক্নন চলাইরকপন ঐগী থবক্কী থৌরমশিং পাঙথোকপদদি হেন্ন হেন্ন ফিভম তানব শেন্নকপন ঐগী মিংচত্তি নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলকখি। ঐখোয়গী ষ্টেট মণিপুর অসিগী তঙাই ফদন দরকার লৈবশিং চাদ ৬০% ফাওব পীব ঙমদুন অনৌব রেকোর্ড অম ফংখি। অদুগ লোয়নন য়ুমলোন কৈরোন্নব লৈবকশিং, নাগালেণ্ড, কাছাড়, আইজোলনচিংব লমদগীসু ওরডর কয়া ফংদুন মাখোয়গী পেন্নব কয়া তৌখি।

অসুম্ন ঐগী অপিকপ খুন্নাই অসিদ অপিকপ খুৎনাইরোল লিংখৎপ, শেমগৎ শাগৎপগী অনৌব খোঙথাঙ অম পুখৎলক্লব, চাওখৎনব হোৎনরকপদ ঐহাক্কী ফিরাল মমায় খজিক্তং চুমখৎলকপ তাঞ্জা অসিদ ঐহাক্ন কারবার চখ্রুব, ফোটো নম্ফম অমসুং ব্লোক শাফম পাওন বাজারদ লৈব দুকান অসিগী মপুন অঙকপ ওইরব অথিংব, অয়েৎপ অম পীরকখি। মপু অসিন ঐঙোন্দ মহাক্কী দুকান অসি খুদক্ত থাদোক্লগ অতোপ্প মফম অমদ হোংদোকখ্রো হায়দুন নোটিশ অম পীরকখি। মাসিমক রাজনিতিগী ওইব য়েংথিনবগী শরৌ অম শীল্লক্তুন হায়রকখিবনি। ঐহাক্কী ফার্ম অসিগী পোপুলারিটি য়াম্ন ৱাংখৎলকপ অসিমক কল্লক খম্বনবগী মিৎয়েং অমদ, দুকান মপু পোলিটিসিয়ান অদুন ভোট লেপ্পদ ঐহাক্ন মাঙোন্দ ভোট পীদে, মাগী মায়োক্ত লৈখি হায়জিন্দুন লৌখৎলকখিব খোঙথাঙনি। উপাই লৈতবদগী ঐগী দুকান অসি অতোপ্প মফম অমদ হোংদোকপ তাখি। অদুগ, ইকুই কুইদন হান্নগী দুকান অসিগী মখা থংবরোমদ, মিটর ৩০০ মুক চখোকলগ অতোপ্প দুকান অম ঙাংনদুন হোংদোকখি।

চৈরক অসিদ ঐগী য়ুমদ থোকখিব থৌদোক খর নিংশিংলুবদ শোক ১৯৭০দ ঐগী অনিশুব ইচানিপা অম পোকখি। মহাক্কী মমিংন "কিশ্বর রাজকুমার" হায়ন থোনখি। অদুগ চহি ৩লোমগী মতুংদ ইচানুপী অনিশুবী অমগ অমুক ফংজখি। মহাক্কী মমিংন "সোবিতা রাজকুমারী" হায়ন মিংথোন পীখি। শোক ১৯৭০গী মতুংদগীদি ঐহাক্ল য়ুমগী মীওইশিংগী শেঙ্খোক খর লৈনব হায়দুন কোটেজ ইণ্ডষ্ট্রিজগী মখাদ মোম্বতী (Candle Stick) শানব থৌরাং অম তৌদুন ডাইরেক্টোরেট ওফ ইণ্ডষ্ট্রিজদ কন্ট্রোল তৌব মচাক মোম্বতীগী কোটা পীবীনব দরখাষ্ট থাখি। মতম অসিদ মণিপুরদ মোম্বতী শাব অসি শুপ্নগী ইউনিট ৩ খক্তমক লৈরমই। কোটাদ পীব মচাক অসি লৌবীনব লৈতদুন অৱাব অম ওইব মতম ওইরমই। ঐহাক্কীন মরিশুব ইউনিট ওইরমই। অদুগ, মতমদুদ কাংলম খঙফাওন ঐগী ফামগী ওইন চহি অমগী টন ২৫ পীয়ু হায়দুন থারুবদ টন ২৫ অদুমক এলোটমেন্ট পীরকখি। মতম অসিদদি মোম্বতী শিজিন্নব অসি কয়া চৎনরমদে। ইলেকট্রিক থানব কাংবুন মৈ চাং নাইন লাকপন মোম্বতী থান্নরমদে; অদুগ ইলেকট্রিক থান্দব কাংবুন কেরোশিনগী থাউমৈতমক থান্নরমই। মোম্বতীদি দিপানিতা অমদি অতৈ লাইগী থৌরমশিং নত্তন শিজিন্নরমদে। মরম অসিদগী ঐহাক্ল চহি অমগী টন ২৫ পীয়ু হায়দুন থারুব কোটা অদু টন অমদগী হেন্ন লৌব ঙমখিদে। মমলসু মতম অসিদ টন অমদ লুপা ১৫০০/- খক্তমক পীরমই। অশাব পোৎসু লোইনমক শিৎনব য়োন্বদ অৱাব ওইরমই। মরম অসিদগী এলোটমেন্ট পীরব পোৎ ঙমসু ঙমলোইদবদ ডিমাণ্ড তৌরব অদুগ লৌথোক্তবগীদমক ইণ্ডষ্ট্রিজগী ডাইরেক্টরদগী অকন্ব খোন তাব ফংখি। খর লৈরগদি পোৎ খর খর চৎলে হায়ন খঙনরকপদগীদি (মোরেরোমদ অশাব পোৎ থাজিন্নরকপদগী) কেণ্ডল ইউনিট চেঙ্গুম শৌবগুম শৌগৎনরকলে অদুগ মচাক্কী কোটা তান্নবদ কোক কায়নরক্কদৌরে।

শোক ১৯৭৪গী অদুৱাইদ ইণ্ডষ্ট্রিজ ডিপার্টমেন্টকী ওফিসার খরন, ফোটো ব্লোক শাব মীনবু কেণ্ডল শাব হৌনবরা, ট্রেড চানদে, ফার্ম অমন থবক মখল অনি তৌব য়াদে, অসিনচিংব কয়া হায়জিন্দুন পেরাফিন ৱাক্সকী এলোটমেন্ট কক্লব চার্জ কন্না তৌরকখি। মাদুদ ঐন খুমখি, মদুদি, মপাল লৈবাক্কী লমশিংদ ফার্ম অমন থবক মশীং খঙদন শূদুন পোত্থোক হায়নিঙাই লৈতন পুথোকই। খুদম ওইন হায়রবদ, মমিং চৎলব টাটা কোম্পানীন মশীঙ খঙদন হৱা গাড়ী, ইঞ্জিন কয়া, খুজু খুৎলাই মখল শুন পুথোকপদ নত্তন য়েত্তুম, ফি-রোল, থাউ, কোসমেটিক, চান থক্লব পোৎলম কয়া পুথোকলি; অদুগ মাসিগী ব্রান্দ-নেম্ন 'টাটা' হায়বসিতমক ওইরি। ঐখোয়ন পিক্লব লমদম অসিদ পিক্লব মখল অনিখক্তংগী ইউনিট মচা অসিন পুথোকপদ য়াইগ য়াদেগ, চুনৈগ চুনদেগ হায়ন য়েৎলিব অসিবু মাসি য়াদবগী আইন অম মণিপুরদ শেমদুন লৈবরা হায়দুন মরৈ য়েৎলুবদগীদি 'খঙদ্রেনে' হায়দুন মখা তান অদুম য়েৎলকখিদ্রে। মতৌ অসুম্ন মোম্বতী শাবগী থবক অসি অদুম খর খর শূদুন ঐন তোকচরগে হায়দুন সরেন্দর তৌদ্রিমখৈ অদুগ পেরাফিন ৱাক্সকী কোটা সিষ্টেম তোকত্রিমখৈ মখাতান শূথখিরমই।

চহি অসিগী মনুংদ ডাইরেক্টরেট ওফ ইণ্ডষ্ট্রিজন ইনক্বারী অম লাকখিবগী মতুংইন্না ঐহাক্কী ফার্ম অসি মীগী দুকান্দ ভারা য়াম্না পীদুন চলাইরিব অসি তৌদনব সজেসন পীরম্মই। মরমদি ঐন শূরিব চৎলিব পুন্নমক/তাল্লিব শেলফম অয়াম্ব ভারানচিংব পীথোকখিবদ লৈহৌররোই, চাওখৎপ ঙন্নরোই। অদুন, ব্লোক শাবগী ফেক্টরী অসি ভারানচিংব তিংলোইদব ঐন লৈরিব য়ুম, ইখোলদ পুথদুন চলাইয়ু; মাদুন খ্বাইদগী হেন্না ফব ওইগনি হায়ন সজেসন কয়া পীরকখি। হৌজিকমক্ত দুকান মপুন চৎলো হায়ন তাল্লিব অসি নুঙাইবরা য়েংউ। অদুন নহাক্কী ইণ্ডষ্ট্রিয়েল ইউনিট অসি রেসিডেন্সত থুনমক হোংথৌ হায়রকপগী মতুংইন্না ঐগী ব্লোক শানব খুজু খুৎলাইনচিংব পুন্নমক ইশাগী জাগাদ পুথখি অদুগ নিংতম্না থবক অসি চলাইব হৌখি। ফোটো নম্বগী থবক্তি অনৌব হোংদোকলিব দুকান অদুদ অদুম চলাইখি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭৫গী হৌগৎলকপ শরুক অসি য়াম্না খুদোংচাদব থবক কয়া মায়োক্লখি। অহাম্বদ, ১৯৭৪দগী নৌন হোংদোরক্লব ঐগী ফোটোগী দুকান অসি মফম চাব খরসু ৱাৎপন, অদুগ, ঐখোয়গী প্রমান্দ, য়ুমহোং তোয়রগ লায়রব তাল্লি হায়নব অদু চপ-চান হেক থোকখি। তৌরু তৌরুব থবক খুদিংমক মরায়-চায়থবগী থবক্ল অয়াম্ব ওইন থেংনরুবগুম তৌবন অয়াম্ব ওইখি। পুন্সিদসু অমুক্ত থোক্তব থৌদোক অমন মে থাগী ১৭, ১৯৭৫গী অহিং অথেংবদ লাইবক থীব থৌদোক অম ওইন ঐগী ফোটোগী দুকান অসিগ থংনন লৈব দবল রুটি/বিস্কুট শাব দুকান অমগ, লাইরিক য়োনব দুকান অমগ দুকান অহুম অসি মৈন তুম্না চাকখিরম্মই। করম তৌন, কদায়দগী হৌরক্লন চাকখিবনো হায়ব খঙহৌদন নোংঙাল্লমদাইদ চাকখিবন কন্ব ঙমহৌদন চাকখ্রব মৈ অদু নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপ কান্দ পুলিশকী গাড়ী অম য়ুমদ লাক্লগ তাক্লখি; অদুগ ঐবুসু মফম অদু তান্ন থিন্বীরম্মই। মতম অসিদদি চাকলিব মৈ অদু লোইনমক চাকপ্রগ ফায়ার ব্রিগেটন মুৎথৎলগ থনম্লব মতমনি। নুমিৎ অসিগী পুংফম অসিদ খনখিব ঐগী ৱাখল, তাখিব দশাশিং পুন্সিগী ওইন অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌন ৱান লিংখৎচরক্লব মমিং চৎপদসু খম্ থেংলক্লব ফোটোগ্রাফিগী থবক পুন্নমক অরেম্বদ তাখ্রে, উৎ ওইন মাঙখ্রে। ঐগী লাইবক ফব অমন, মমাঙগী চহি ১৯৭৪দ ইণ্ডষ্ট্রিজ ডিপার্টমেন্টন ব্লোক শাবগী ইউনিট অসি ঐগী লৈরিব য়ুমদ হোংথরগ মফম অদুদ চলাইনব অকম্ব পাওতাক্ত লোয়নন হোংথহৌব অদুমক্ল খরগী মখৈদি উকল ওইহৌই। মসিমক লাই য়াওন ইনশিন্দুন হায়রকখিবনি হায়ন ঐহাক্ল লৌজখি।

অদুবু, অৱাবদি, মাসিন লোইব নত্তে। শোক ১৯৭০দ ফংখিব লোনগী শেলফম লুপা ২৫,০০০/- অদুগী (শরুক খরদি শিংগৎখ্রব) অতোম্ব শেলফমগীদমক ফাইনান্সিয়েল বেঙ্কন শেন্দোন পুন্নমক শিংদোক্তব য়াদ্রে হায়দুন অকম্ব ৱার্নিং পীরকখি। তশেংবদি শেলফম অদুপুরা ওইন ইন্স্যুর তৌরগ পীরকখিবনি। মৈহৌ লাংপোক হুরান চিন্থি থোক্লগ মতেং ফংনব হায়দুন য়াওখিব ইন্স্যুরেন্সকী পোলিসি অদুমক বেঙ্ক (মহাজন) অদুন মাখোয়গী কষ্টডিদ থমখিবনি; অদুগা ইন্স্যুরেন্স অদু মতম চান (পোলিশি

পায়রিব বেঙ্কন) মতম চান ক্লেম তৌবীদবন মতম হেন্দোকখ্রে হায়দুন ফংগদব শেলফমশিং পীয়ু হায়ব য়াখিদে। কনান খঙগনি, পোলিশি পায়শিনখিব বেঙ্কন শেলফম অদু মখোয়ন লৌথোকলম্বসু য়াই। ঐঙোন্দদি ইন্স্যুরেন্স কম্পানিনসু করিগুম্ব পাও অমত্ত মখা তান খঙহল্লকখিদ্রে। নাকোইনন বেঙ্ক অদুন শেন্দোন শিংদোক্তে হায়দুন সেসন কোর্তত কেশতুম ফাইল তৌরকখি। মতম কুইন কেশ লেপ্পরব মতুংদ মখা তান কেশ চপ্খদন তুমিন্ন লৈগ্রে।

১৯৭৫গী থোকহন্নিংদব থৌদোক অসিগী মতুংদগীদি তংদু লৈতাদ্রব পুন্সি মরেল অমদ হিংননবগী পান্থে থিদুন লৈরকখি। ব্লোক শাবগী থবকসু মফম হোংদোক হোংজিন তৌরুবন মরম ওইদুন কষ্টমর লাকপগী চাং হন্থরকপ, মরুওইন অতোপ্প ব্লোক শাবগী ফার্মশিং চোংথোকনরকপ, কোর্ট কাবগী থবকশিংদ মায় ওনশিন্দুন চহি ২গুম্বদি মতম ফজন মাঙদুন অরেম্বদ লেখি।

***********

## ৩শুব পন্দুপ

খৃ: ১৯৭৮ দগীদি ঐহাক্কী পুন্সিগী খোঙচত্ত অনৌব খোঙথাং অম থাংজিল্লকপ হৌরকখি। মতাং অসিৱায়দগী হৌন ঐহাক্ন ইনফোরমেসন এণ্ড পব্লিক রিলেসনগী ওফিস অমসুং ডাইরেক্তোরেট ওফ টুরিজমগ মরী লৈনব হৌরকখি। মরমদি ওফিস অনি অসিগী ফোটো ব্লোক শাব, কেলেণ্ডর অমসুং ডাইরীনাচিংব নম্ব, অদুগ অতৈ জরনেলশিং, লিফলেটশিং নম্বনচিংবগী থবক কয়া অম লৈবন ঐন তঙাইফদন মাখোয়গ শঙ্গ তৌদব য়াদদুন তৌরকপদগীদি মমৈদদি য়াম্না তোরো খরান্নব মরুপ মপাং ওইরক্লুন অয়াম্ব দরকার লৈব থবকমখে ঐগী ফার্ম অসিদ ওরদর পীবীদুন ফার্ম অসি হিংননবগী অচৌব লম্বী অম পীবিখি। অমরোমদন, ডিপার্টমেন্ট অনি অসিগী দরকার লৈব থবকশিং/লাইরিক লাইশু, লাই-তীন নম্বগী থবকশিংগীদমক ঐহাক কলকাটা সিটিদ য়াম্ন তোয়ন চৎপ তাখি। মাসিগ মরী লৈন লৈনন ঐগী মপাললমগী মরুপ-মপাংশিংগী মতেংন মথং মথং পাঙথোকপ ঙমলকখি। সরকারগী থবক তৌন তৌন ঐহাক্ন লাই-তীন, লাইরিক লইশু নম্ব খোৎপগী থবকশিং মরুপ-মপাং ওইরব অচৌ অচৌব ওফসেট প্রেসশিংদ চঙদুন য়েংলকপ, তমলকপদ ঐন মতম অমদ মঙলম্ব মঙশিং অদু মঙফাওনবগুম তৌখি। হিরম অসোমদ ঐহাক য়াম্নমক ফার্ষ্ট ক্লাস ট্রেন তৌরব মীসক নৎত্রগসু ইশাগী ওইন থবকশিং অসি চখ্খব ঙম্নব হৈথোই-শিংথোইবগী থাক ফাওবদি য়ৌরকখি। মতৌ অসুম্ন ঐহাক্ন মণিপুরগী চহি চহিগী ফোঙলিব ৱাল কেলেণ্ডর, টেবল কেলেণ্ডরনচিংব থবকশিং অসিগী টেণ্ডর তৌরকপদ য়াওদুন থবক লৌরগ প্রোসেসিং, লে-আউট, ডিজাইনিংনচিংব পুম্নমক ঐন তৌরগ নম্নব মেছিন লৈজদবনিন কলকাটাদ পুরগ মরুপ-মপাংশিংগী ওফসেট প্রেসত নমদুন ফিনিসিং তৌরব পোৎশিং সরকারদ সপ্লাই তৌরকই। মাসিমক ঐহাক্ন ঠিকাদার ওইন শেল য়াম্ন তোংগনি হায়ন চখ্খিব থবকশিংদি নত্তে। মাসিগী থবক অসি শূরগ ঐগীদমক্তদি অচৌব আশা অম লৈরিবনিন মমুৎ তান হৈহৌনব কন্ন হোৎনবতনি। সরকারগী ওফিসারশিংনসু ঐন চখ্খরিব থবকশিং অসি মুন্ন খঙবীদুন ঐগী অনিংবশিংদ য়াম্ন থৱায় য়াওন মতেং পাংবীরকখি।

অসুম্না ঐন মপাল লমদ য়াম্ন তোয়ন চৎলকপঅসিদ ঐগী অতোপ্প চাওরব মঙ অমগ মঙজরিবন ঐন লৈরুব সিনেমাগী কেমেরা, টেক্নিকেলগী ওইব লাইরিক লাইশু কয়াগ লোয়নন কন্ন তমশিন্ন, থিজিন হুমজিন্নগী থবক হৌরকপদগী মখা তান মপান লমগীদ লৈব সংস্থান কয়াগ শন্নরুদুন ফিল্ম ইণ্ডষ্ট্রি তৌবগী

তৌফম থোকপ কয়া পাঙথোক্লব হোৎনরকখি। ঐখোয়গী লমদম অসিদ থবক অসি পায়খৎকে হায়রবদি মরী লৈনন ইষ্টর্ন ইণ্ডিয়া মোসন পিকচরস এসোসিয়েসনগী মেম্বর অম তঙাইফদন ওইব তাই হায়রকপদগী এসোসিয়েসনগী ওফিস চৌরিঙ্গি রোডত চত্তুন দরখাষ্ট অম থাখি, অদুগ হৌনবী, তৌফম থোকপ পুম্নমক তৌরগ মেম্বরসিপ ওইবদ অয়াব পীরকখি।

১৯৭৮গী লোইরমদাইদ চৎখিব কলকাটাগী খোঙচৎ অমদ ঐন কলকাটাগী আব্দুল হামিড ষ্ট্রিটত লৈব নেসনেল স্মল ইণ্ডষ্ট্রিজ কোরপোরেসনগী রিজনেল ওফিসত চঙদুন মরী লৈনব মেনেজরগ ম্বারী ম্বাতাই কয়া শানরব মতুংদ ঐন মাখোয়দ সিনেমাটোগ্রাফিক্কী খুজু-খুৎলাই, কেমেরা অমসুং রেকোর্ডিং ইক্যুইপমেন্টশিং হায়ার পরচেজ্জ খর লৈবীয়ু হায়জরুবদ নখোয়গী ষ্টেট গোভর্নমেন্টনবু রিকমেণ্ড তৌরক্লবদি লৈবিগে হায়রকখি, অদুগ মরী লৈনব চে-চাংশিং, এপ্লিকেসন ফোর্ম, তার্ম কণ্ডিসন্নচিংব পুম্নমক ইশু তৌরকখি। দরখাষ্ট ফোর্ম অসি মুন্ন পারগ, মরোল পুম্নমক মেনশিল্লগ দরকার লৈব এপ্লিকেশন ফি, ডিপোজিটনচিংবগ লোয়নন ষ্টেটকী ডাইরেক্টর ওফ ইণ্ডষ্ট্রিজগী খুথাংদ রিকমেণ্ড তৌরগ থারকউ হায়রকপগী মতুংইন্না ইম্ফালদ লাক্লগ মরী লৈনবা ডি. আই. সি. ওফিসত তান্নরগ ১৯৭৯গী লোইরমদাইদ এপ্লিকেসন অসি সবমিট তৌখি। মতম অসিদ ইণ্ডষ্ট্রিজ ডিপার্টমেন্টকী ওফিয়েলশিংন সিনেমা নম্বগী থবক অসি ইণ্ডষ্ট্রি চিংদে; মাসিগী খুদোংচাব অসি লৌব য়ারোই হায়দুন কন্ন য়েৎলমই। ঐহাক্ল ওফিসিয়েলশিংগ আরগুমেন্ট কয়াসু তৌনরমই। ফিল্ম ইণ্ডষ্ট্রি হায়ন অসুপ চাওন লৈরিব ইণ্ডষ্ট্রি অসিবু চিংই চিংদে হায়দুন য়েৎলিব অসি করি মরমগীনো ? স্মল ইণ্ডষ্ট্রিগী কেটেগোরি নত্তে হায়বদি য়াই। চাওখৎলব লমশিংদদি মাসি ইণ্ডষ্ট্রিনিহায়দুন ঙম্নমক্ল খঙনরি/য়ানরি। মতম খরগী মমাঙদ ঐহাক গুজরাট হায়ব ষ্টেট অদুদ লৈব ফিল্ম ইণ্ডষ্ট্রিগী ইউনিট অমগী মেম্বর ওইরমই। ফার্ম অদুদি শ্রীগুজরাট সিনে কো-ওপরেটিভ সোসাইটি লি. হায়ন মমিং য়াম্ল চৎপ ইউনিট অমনি। ফিল্ম জর্নেলশিংদ এডভরটাইজ তৌরকপদগী খঙদুন থৱায় য়াওবদগী মিং চল্লুবনি। অদুবু লমদম অসি য়াম্ল তামখিবন খুদোংচারোইদব কয়া লাকপ য়াবন ঐগী মেম্বরসিপ অদু মতম খর লৈরগ ককথৎহনগ্রে। অসুম্ল, অতৈ লম হায়বদি কলকাটা, মাদ্রাজনচিংবদসু ফিল্ম ইউনিটশিং অসি ইণ্ডষ্ট্রিনি হায়ন অদুম লৌনে। মতৌ অসুম্ল হেক হৌবদগী হৌন মরৈ পঙয়েত্ত য়েৎনদুন হৌখিবন ঐন থাখিব দরখাষ্ট অদুসু মঙম ইশান শান্দন মতম কুইন রিজনেল ওফিস, কলকাটাদ অমসুং হেড ওফিস নই দিল্লিদ নমদুন লৈশিনখি।

অদুম ওইনমক অনৌব থবকশিং পামজদুন লিংখৎকে হায়ন তান্নরুব খুদিংমক চরক চহিং নাইন অমসু অমসু লৈখ্রবসু ঐন হান্নদগী হৌন পায়খত্তুন লাক্লব ফোটো ব্লোক শাবগী থবক্তি অদুম মখা তান ফজন পায়খৎলকখি। মতম অসিদগী হৌন ঐন অনৌ অনৌব পোখোক খর পুথোক্লব শেম শাব হৌরকখি। অহান্ব ওইন ঐ ইলুষ্ট্রেটেড ক্লাসিক/কোমিক বুক অম প্রোসেস তৌদুন প্লেটশিং শাব হৌরকখি। "ডি

ষ্টোরী ওফ খম্ব এণ্ড থোইবী” ইন ইংলিস কৌব ক্লাসিক বুক অসি ইহান হাম্ব ওইন চাংয়েং অমগী মখাদ য়েকপ খোৎপ প্লেট শাবনচিংব পুম্নমক তৌবদ মতম খরদি চঙখি। প্রোসেসিং, প্রিন্টিংনচিংব পুমলোই লোইরগ ১৯৮২গী তম্খায় চল্লকপদ লিটল ইণ্ডষ্ট্রিগী ১৫শুব মপোক কুমওনগ লোয়নন গান্ধি মেমোরিয়েল হোলদ য়াম্ন চীঙ-লেন্নব থৌরম অমদ ইণ্ডষ্ট্রিগী মিনিষ্টর শ্রীহোলখোমাঙ হাওকিপন রিলিজ তৌবীদুন মণিপুরগী অহাম্ব রেকোর্ড অম থম্ব ঙমখি। ক্লাসিক অসি রিলিজ হেক তৌখিব মতুংদগীদি অতোপ্প প্রদুসরগী ওইন মণিপুরী লোন্দ “তোনু লাইজিং লেম্বী অমসুং কদেং থাংজহনব” অদুগ “হিরাচন্দ্র” কৌব কোমিক বুক অনি অমসু প্রোসেস অমসুং প্রিন্ট তৌদুন ফোঙখি। শোক ১৯৭৯গী ময়ায় চল্লকপদ ঐগী ইচানিপা ৩শুব জগদিশ রাজকুমার পোকখি। (১৭-৭-১৯৭৯)



*উদ্যোগ মন্ত্রি হোলখোমাং হাওকিপন খম্ব থোইবী ক্লাসিক রিলিজ তৌব।*



मणिपुर सरकार

GOVERNMENT OF MANIPUR

Rishang Keishing,
मुख्य मंत्री
**CHIEF MINISTER**

इम्फाल
**Imphal**

June 8, 1982.

## M E S S A G E

I am very happy to learn that the Little Industries, Vijay Govinda Street, Imphal is bringing out for the first time "the Story of Khamba and Thoibi" as an illustrated classics. The publication of such a story in the classic form is very essential for dynamic promotion of literary culture or knowledge.

I wish the venture all success.

(Rishang Keishing).



উদ্যোগ মন্ত্রি হোলখোমাং হাওকিপন ষ্টেট এব্রার্ড ফোর মাষ্টরক্রাফসমেন '৮৩ পীব।
ওই :- রাজকুমার নকুলগী টেবল তোপ ডেকোরেসনগী শক্তম।



GOVERNMENT OF MANIPUR

DIRECTORATE OF INDUSTRIES

# STATE AWARD TO MASTERCRAFTSMEN

for the year 1982-83



This Certificate is Awarded to

***Shri/Smt.*** R.K. Nakul Singh ***being the winner of the State Award/Meritorious/Contributory/ participant Award in the Competition held on 4-1-83 for grant of State Award.***

*Imphal.*
The 27th March, 1983

JOINT DIRECTOR OF INDUSTRIES (H/C)
MANIPUR

DIRECTOR OF INDUSTRIES
MANIPUR

১৯৮২গী লোইরমদাইদ ঐহাক্ন "টেবল টোপ ডেকোরেসন" হায়ন মিংথোনব মণিপুরগী মশক তাকপ ওফিস টেবলদ লৈতেং ওইনব ডিজাইন অম প্লাষ্টিকন শাদুন পুথোকখি। ডিজাইন অসিদ, মখা ইথং থংব শরুক্ত মণিপুরগী মেপ অম ময়েক শেংন হকলি; অদুগ মাসিবু মোইরাংফি ফিবান চম্ব ডিজাইন্ন ইকোয় কোয়শিন্ন খাজিল্লি। মথক্ত, ময়ায় চপ-চান মমায় অহুম লোঙব কংলা-শাগী মুর্ত্তি অম মখোঙ ওইরপ্ন থাঙ চুঙ্গোয়ন ঙাক শেন্দুন লেঙদন থিল্লি। মমাঙ থংব নাকল অনিগী চিদায়দ মমাঙৈদ শিজিন্নরম্ব উচেক মতুগী কলম অনিখক শান্ননব কাংগী মোদেল অনিগী ময়ায়দ য়ুংদুন অদুগ চীঙলাইগী মুর্ত্তি অনিন ঙাক্তুন থিল্লি। মনিংথংব নাকল অনিগী চিদাইদ পিন-নচিংব হাপ্নব ফিরুক মখুম পানব অশাব অম অদুগ কেলেঙুর ষ্টেণ্ড অমন ডিজাইন অসিগী অরোইব শরুক ওইন লৈতেংলি।

হায়রিব মোডেল অসিমক মণিপুর সরকারন পাঙথোকপ ৪শুব ষ্টেট এৱার্ড মাষ্টর ক্রাফসমেনসিংদ পীবগী কম্পিটিসন্দ শরুক য়ানব থাগৎখি। চাংদম্নব অসিদ হেণ্ডিক্রাফসকি নেসনেল এৱার্ড সেলেক্সনগীদমক দিল্লিদগী ওফিসিয়েল খরসু লাক্তুন শরুক য়াখি। পুথোকলিব ডিজাইন/মোডেল অসি চাংদম্নব অসিদ ডিজাইন্দ ফাষ্ট পোজিসন ফংখি। অদুবু, মাসিদ শারিব পোৎশক/মেডিয়ম অসি প্লাষ্টিক্ন শাই হায়দুন পোজিসন তাবদগী রিজেক্ট তৌখি। করিগীদমক খত্তোকলিবনো হায়ন হংবদ হেন্দিক্রাফসকী পোত্থোক শানব পোৎলমশিংগী লিষ্ট অম ভারত সরকারন ফোঙব লৈ। মাসিদ প্লাষ্টিক্ন শাবগী আইতেম য়াওদে; অদুগ সিন্থেটিক ফাইবরন শাবদি য়াওই/য়াই হায়ন খুমলকখি। তশেংন হায়রবদি সিন্থেটিক ফাইবর হায়রগ প্লাষ্টিকপু চিংদে হায়রিবসি লাল্লবনি। মসি পেট্রোকেমিকেল প্রডক্ত মখল অমনি; সাইন্টিফিকল্লি শুংব পোৎশকনি। ওফিসিয়েলশিং অদুন হায়রিবন সিন্থেটিক ফাইবর হায়বদি কিহোম মনা, কেৱা মনাগী মশিংবু হায়বনি হায়ন মরৈ কন্ন য়েংনবদগী উপাই লৈতদুন নোক্লগ অদুম তোকলে। শাদুন পুথোকলিব ডিজাইন অসিগীদমক্তি ষ্টেট এৱার্ড ওইন পীব য়াই হায়দুন মতম অদুগী উদ্যোগ মন্ত্রিন ১৯৮৩গী মার্চ থাদ অখন্নব মীফম অমদ পীখি। মাসিমক্ন ঐগী তুংগী আশা য়াম্ন চাওন পায়খৎলকলিব হেণ্ডিক্রাফসকী পোত্থোক পুথোকপগী ৱাখলদ নীংব কায়বগী মচাক অম ওইখি। ঐগী অশাব পোৎলম অসিমক মীফম অদুদ শরুক য়ারব মন্ত্রিশিং, ওফিসরশিংন য়াম্ন পাম্ন য়েংনখি। মাদুদ ঐন ঐগী পোৎথোক অসিদি মণিপুর গোভর্নমেন্টকী ওফিস অমদ লেঙদন থমনিংই হায়বদগী মতম অসিগী ইণ্ডষ্ট্রিগী কমিশনার শ্রীজেলশ্যামগী ওফিসত মেমোরিগীদমক লেঙদন থম্নীনব শিন্নখি।

চহি অসিগী লোইরমদাই, ১৯৮২গী ডিসেম্বর থাদ ঐগী ইচানিপা অতোম্ব রাজকুমার আমৃত পোকখি। মহাক অসিন ঐন পোকচব ইচাদ তরুকশুব অমদি ইতোন তোনবনি।

খৃ: ১৯৮৩গী এপ্রিল-মে থাগী মতম অসিবাইদ নই দিল্লীদ লৈব ইনষ্টিট্যুট ওফ ট্রেড এণ্ড ইণ্ডষ্ট্রিয়েল ডেভেলপমেন্ট কৌব সংস্থান অসিন মণিপুরী মচা খরগী খুখাংদ ঐগী ইণ্ডষ্ট্রিয়েল এক্তিভিটিজশিংগী মরমদ

য়াম্ন কুপ্ন থিজিন খোংচিন্বগী থবক অমা চত্থরকখি। ঐসু পীব য়াব ইনফোরমেসন/ডাটা পুম্নমক চিখ্দন অদুম পীখি। ইকুই কুইদন চহি অসিগী নভেম্বর থাগী অরোইব শরুক্ত "উদ্যোগ পত্র" হায়ন খঙনব জাতিগী থাক্ত খনগৎলব মীওই ১০০রোমদ পীব মনা অসি ঐঙোন্দসু পীরগনি হায়ন খঙহল্লকখি। মনা অসি "মশান মশাবু শেমগৎচব ইণ্ডষ্ট্রিয়েলিষ্ট" হায়ন মিংথোন্দুন পীখিব চাউরব সন্মান অমনি। ঐহাক্কিদমক্তদি লাইবক থীব হায়গদ্রা, ফব হায়গদ্রা, মনা অসি পীরগনি হায়ন লাউথোরকপগী পাউ/টেলিগ্রাম অসি মাঙজৌনন/মতম চান ফংখিদে। নভেম্বর থাগী অরোইবদ পাউ থারকপন ডিসেম্বরগী তাং ১০দ নই দিল্লীদ পাঙথোক্কদব ফংসন অসি য়াওব চৎনবগী খুদোংচাব ফংখিদে। থারক্লিব পাউ অদুসু য়াম্ন থেঙথন ডিসেম্বরগী তাং ৮দ ফংখি। উপাই লৈত্রদুন ঐহাক ভারতকী ভাইস প্রেসিডেন্টে ওইব শ্রীএম. হিদয়াতুলান পীগদব মনা অদু হাকথেংনন লৌব ঙমখিদে। নোংঙাল্লকপগীদ ফোঙলকপ নেসনেল পেপর "টাইমস ওফ ইণ্ডিয়াগী ইসুদ লামায় ৩/৪ পীক থন্ন এৱার্ডিশিংগী লিষ্ট, এডভরটাইজমেন্ট, মেসেজ ময়াম, ভারত সরকারগী ওইব ৱারোল কয়া থন্ন হাপ্তুন ফোঙলকপ থেংনরুবদ, থোইদোক্ল ঐহাক্কী মিংসু ময়েক শেংন



## UDYOG PATRA

**FOR**

**Self-Made Industrialists**

**INSTITUTE OF TRADE AND INDUSTRIAL DEVELOPMENT**

Hon'ble Vice-President of India, Shri M. Hidayatullah has been most graciously pleased to present on behalf of the Institute to

*Rajkumar Nakul Singh*

this UDYOG PATRA in recognition of his / her initiative, hard work and self-reliance, the attributes which have been the foundation for successful establishment of his / her industrial unit, at the SEVENTH ECONOMIC DEVELOPMENT CONFERENCE, held under the auspices of this Institute.

**Radhey Shiam**
Director
New Delhi, the 10th December, 1983

(English Version)

**Prof. Rajaram Shastri**
(Former Member of Parliament)
President

য়াওরকপ উরুবদ নুঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে; অদুগ হাকথেংনন মনা লৌহৌদবগীদমক্তসু অৱাব, নুঙাইতবগী ঙনখৈ লৈখিদে। উপাই লৈত্রব ঐহাক্ন খুদক্ত টেলিগ্রাম অমা থাদুনা ইনষ্টিটুটট অদুদ ঐগী ওইখিব খুদোংচাদবশিং অদু শুগায়ন তমখি, অদুগ লৌহৌদ্রব মনা অদুমক মণিপুর সরকারগী খুথাংদ য়ৌহন্নবিরক্লব হায়জখি।

ইকুই-কুইদন "উদ্যোগ পত্র" অদু মণিপুরগী ইণ্ডষ্ট্রিজগী মন্ত্রিগী ওফিসত থারকখি। ইকাইখুম্নরব মন্ত্রিন মনা অদুমক ইম্ফাল ৱেষ্টকী ডিপুটি কম্মিশ্নারদ শিন্নদুন প্রেস রিলিজ অম থাদোক্তুনা লাক্লিব ১৯৮৪গী রিপব্লিক ডেগী থৌরমগী মনা মথুম য়েম্থোকপগী থৌরমদ য়াওনব থৌরাং পুন্নমক শীন্বীদুন নুমিৎ অসিগী কংলাদ পাঙথোকখিব থৌরমশিংদয়াওদুন ঐঙোন্দ পীরকখি। মনা অসি ফংলকপদ অহান্ব মতমদ ফংলকখিব অনদি ষ্টেট অসিগী মায় ওইহনখিবগীদমক্তসু নুঙাইব ফোঙদোকপ ওইন ইণ্ডষ্ট্রি ডিপার্টমেন্টকী ফগুদগী কাইথোক্তুনা লুপা ২,০০০/- অমসু মনা অসিগী মথক্ত হাপ্পীদুন ইকাইখুম্নব পীখি। মাসিমকসু উদ্যোগকী লনদ মমি তাদ্রিব ষ্টেট অসিদ লমজিংব অম ওইন চোংথোক্লবগী তাঞ্জা অম ফংবসিদ ঐগী মমায়/মাইকৈ কয়া ফাংলব খোঙজঙদ হন্নিংব-নাইদ্রব ইথিল অম পীদুন হেন্ন-হেন্ন খুমাঙ চাওশিন্নব হোৎনরকখি। লম্ফাংলব লম্বীসিদ ঐগ চূনব লম্বেল অমদি শোয়দন য়াওরক্কনি হায়বগী চেৎন থাজবসু থমখি।





মথক থংব : কংলা গেটকী সেলুটিং বেজ চারলিদ রিপব্লিক ডেগ মরী লৈনন এৱার্ড/মেডল লৌনব ফমলিব এৱার্ডিশিং

মখা : মণিপুরগী রাজ্যপাল হিজ এক্সিলেন্সি এস. এম. ঐচ. বর্নি-ন লিটল ইণ্ডষ্ট্রিজগী প্রোপ্রাইটর শ্রীরাজকুমার নকুলদ নই দিল্লীদগী থারকপ''উদ্যোগ পত্র'' এৱার্ড রিপব্লিক ডে ১৯৮৪দ পীখিব।




১৯৮৩গী অদুৱাইদ টুরিজম ডিপার্টমেন্টকীদমক্ত রিপ্রোদ্যুস তৌনবা য়েকখিব মণিপুরগী মেপ।

শোক ১৯৮৩দ ভারত সরকারন ইহান হান্ব ওইন দেশ অসিগী মনুংদা লৈব অপিকপ খুৎনাইবশিংগীদমক (স্মল স্কেল ইণ্ডষ্ট্রিয়েলিষ্টশিং) নেসনেল এৱার্ডশিং পীননবগী দরখাষ্ট কৌব নোটিফিকেসন অম থোরকখি। দরখাষ্টশিং অদু মাগী মাগী ষ্টেট গভর্নমেন্টকী ডাইরেক্তরেট ওফ ইণ্ডষ্ট্রিজগী খুত্থাংদ রিকমেন্দ তৌরগ ভারত সরকারদ পীখৎলক্কদবনি। ঐহাকসু এপ্লিকান্ট অম ওইন দরখাষ্ট পীশিনখিবগ লোয়নন সরকার অসিগী মরী লৈনব ওফিসিয়েলশিংন ইনক্কারী/ইন্সপেকসন কয়া তৌরব মতুংদ ঐগী এপ্লিকেসন অদুবু অহান্ব ওইন য়েৎনব লৈতন খনখি, অদুগ নোমিনেট তৌখি।

মতম খরগী মতুংদ, ১৯৮৫গী মার্চ থাদ, হান্নগী ইণ্ডষ্ট্রিগী ডাইরেক্তর ওইরম্ব শ্রীলালরিঙ্গান, মতম অসিদ ভারত সরকারগী ডিপুটি সেক্রেটরী ওইরিব, খঙহৌদন টেলিগ্রাফ মেসেজ অম থারক্তুন ঐহাকপু ইহান হান্বগী ওইন নেসনেল এৱার্ড অসিগীদমক খল্লে হায়ন পাউ পীরকখি। নুমিৎ অসিমক্তদ মতোপ্প মেসেজ কয়া অমসু মতম অসিদ ভারত সরকারগী পেট্রোকেমিকেলগী মন্ত্রি ওইরিব শ্রীরাজকুমার জয়চন্দ্রন নুঙাইব ফোঙদোকপগ লোয়নন ঐবু মনা অসি লৌরনব নই দিল্লীদ শোয়দন য়ৌরক্কদবনি হায়ন পাউ অম পীরকখি। মথংগী হুমনিশুব নুমিত্ত ইণ্ডষ্ট্রি ডিপার্টমেন্টকী ওফিসারশিংন ঐহাক দিল্লীদ চৎপ শোয়ব তারে হায়দুন কোইথি থিনরকখি। নুমিৎ অসিমক্তদদি ঐহাক এয়ার টিকেট লৌরগ নই দিল্লীগীদমক খোঙশানখি।




*তাং ২২/৩/১৯৮৫দ নই দিল্লীগী বিজ্ঞান ভবন্দ ভারতকী রাষ্ট্রপতি গ্যানি জেলশিংন রাজকুমার নকুলদ নেসনেল এৱার্ড পীরি।*






১৯৮৪গী ওইন তাং ২২/৩/১৯৮৫দ নই দিল্লীগী বিজ্ঞান ভবন্দ অপিকপ উদ্যোককারীশিংদ নেসনেল এৱার্ড পীবগী থৌরম হেক লোইবদ লৌখিব গ্রুপ ফোটো অম।



भारत सरकार
उद्योग और कम्पनी कार्य मन्त्रालय
लघु उद्योग विकास संगठन
GOVERNMENT OF INDIA
MINISTRY OF INDUSTRY AND COMPANY AFFAIRS
SMALL INDUSTRIES DEVELOPMENT ORGANISATION

लघु उद्यमियों को राष्ट्रीय पुरस्कार-१९८४
NATIONAL AWARD TO SMALL SCALE ENTREPRENEURS—1984

वर्ष १९८३ तक विशिष्ट उद्यमी के रूप में सर्वोत्कृष्ट कार्य-निष्पादन के लिए
मैसर्स दी लिटल इण्डस्ट्रीज़, इम्फाल
के श्री/~~श्रीमती~~ राज कुमार नोकुल सिंह
को 10,000 रुपए का विशेष मान्यता पुरस्कार प्रदान किया जाता है।

In recognition of his/~~her~~ performance as an outstanding entrepreneur upto the year 1983 the Special Recognition Prize of Rs. 10000 is given to
Mr./~~Mrs.~~ RAJ KUMAR NOKUL SINGH
of M/s. THE LITTLE INDUSTRIES, IMPHAL (MANIPUR)

नई दिल्ली
New Delhi

विकास आयुक्त लघु उद्योग
DEVELOPMENT COMMISSIONER
SMALL SCALE INDUSTRIES

শোক১৯৮৪গী পীরিব নেসনেল এৱার্ড অসি ভারতকী ওইন পীবদ ২রক শুব চহিনি। মাসিদ ঐহাক্কী নোমিনেসন য়াওদুন পীরিব অসিমক ঐহাক্কী নোমিনেসনদি ১৯৮৩গী ওইন খনখিবনি। মাসিগী মরী লৈনব চে-চাংশিং ইণ্ডষ্ট্রি ডিপার্টমেন্টকী কমিসনারন দিল্লীদ চৎপদ পুরগ পীশিললুগনি হায়ন তৌরগ দিল্লী য়ৌরগন ফাইল অদু পুব কাওরমলে, মথংগী চহিদ শোয়দন সম্মিট তৌরগে, শাওরগনু হায়দুন পাও পীরক্কুন ইহান হানব বেট্‌চত ফংগদব মনা অদু অনিরকশুবদ ওইন ফংখি। মণিপুরগী ওইনদি ঐহাক্কী

অসিন ইহান হানবনি। মথংগী নুমিৎ তাং ২৩/৩/১৯৮৫দ ভারতকী উপ-রাষ্ট্রপতি শ্রী আর. ভেনকটরমন্ন মনা ফংলব ভারতকী নেসনেল এৱার্ডিশিংবু ইকাইখুম্নব উৎপ ওইন মহাক্কী ভবন্দ নুমিদাংগী মতমদ রিসেপসন পার্টি অম পাঙথোকখি। ঐহাকপু বেকৱার্ড এরিয়াদগী মচিল তুমখৎলকলিব উদ্যোগকারী অমনি হায়ন শিংথাবগা লোয়ননা লেঙ্গোন্নদুন ফোটোগ্রাফ লৌদুন ফেলিসিটেশন পীরকখি। মনা অসি হেক ফংবদগীদি ভারতকী মফম কয়াদগী এপ্রেসিয়েট তৌবগী চে-চাংশিং লেপ্প লৈতন থানরকখি। সংস্থান কয়ানসু অতোপ অতোপ্প নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেলগী থাক্ত পীব ইকাইখুম্নবশিং/মনা মথুমশিংগী ওফর কয়া পীনরকখি। কনাগুম্বন বেকৱার্ড এরিয়াগী অপিকপ উদ্যোগ লিংখৎপগী নেসনেল চেম্পিয়ান্নি হায়ন ফোঙদোক্লরকপসু কোঙ্গায়নি। তশেংনমক হায়রবদ মতম অসিমক ঐহাক্কিদি খ্বাইদগী হেন্ন মীথোই মীহেম্ব/ চৈ কাবা মতমনি হায়ন লৌনখিবনি।

অসুম্ন ফিরাল মমায় চুম্ন কাখৎলকপগী মতম অসিদ মণিপুর সরকারগী মায়কৈদগীসু ঐঙোন্দ য়াম্ন ঙকনিঙাই ওইরব চাংয়েং অম য়েংলকখি। মতম অসিগী মণিপুর লেজিসলেটিভ এসেম্বলীগী সেক্রেটরী শ্রীমনিলাল সিংহন ঐবু নোংম কৌদুন থবক অম পাঙথোক্তব য়াদ্রে হায়দুন তান্নখি। থবক অদুদি "হন্দক ভারত পূম্বগী ওইন লৈরিব এসেম্বলী বিলডিং ময়াম অসিগী নমুনা ময়াম অম শাদুন মাগী মাগী ষ্টেটশিংগী ওইন মথংগী লাকলিব কম্মনৱেলথ লৈবাকশিংগী প্রিসাইদিং ওফিসরশিংগী নই দিল্লীদ ফমগদব মীফমদ পুথোক্তুন উৎপ অদুগ নই দিল্লীগী মফম চাব ম্যুজিয়ম অমদ থম্নবগীদমক মণিপুরগীসু এসেমব্লি বিলডিং অসিগী চপ মান্নব রেপ্লিকা (মোডেল) অম শাদব য়াদ্রে হায়ব ৱাফম অসিনি। হায়রিব থবক অসিমক খুৎশা হৈরব মীওই কয়া লৈরবসু টেঙ্গুর তৌদুন থবক পীবগী মথৌ তাদ্রে; নহাক্ত থবক অসি শোয়দন পাঙথোরকপ ঙমগনি হায়ন আশা তৌই। মাসিদ নহাক্কী মোৎ করি লৈবগে ?" হায়ন হংলকপদ ঐন "থবক অসি ঐঙোন্দ থাজব কয়া থম্বীদুন ঙমগনি হায়ন লাকপীরকলিব অসিমক ঐগীদি য়াম্ন লাইবক ফবনি। ঐন মাসিমক মান্নন রেপ্লিকা শাব হায়ব অসি ঐগী ইশাগী ওইজব থৌওং অমদ হায়বদি ফোটো কম্পোজিং সিষ্টেম অমগী মতুংইন্ন শাজগদবনি। অহান্বদ ঐন, লৈরিব বিলডিং অসিগী মশক মওংশিং ফোটোগ্রাফ লোইন তৌরগ, বিলডিংগী পাকচাউব পুম্নমক মেজরমেন্ট তৌরগ স্কেলিংদ রিদ্যুস তৌদুন রিকম্পোজ তৌরগ শাগদব মওংনি।" "খঙদে, খঙদে, নহাক্ত থোকপ ফজনব, মান্নব শেম শাবগী থবক হৌরো। মথংগী জানুৱারীদ ফমগদব কম্মনৱেলথ সম্মিট নংনবদি রাজকুমারন হোৎনরো। অৱামলসু মতীক চান পীগনি।" অসুম্ন মঙগুম্ব মওংগী চাংয়েং অম লাকলিব অসিদ ঐন করি তৌব তাই। ৱারবসু ৱান চাওরব মখলগী চেলেঞ্জ অসি মায় পাক্ত পাঙথোকখিনব হোৎনব তাখি। নোং হেক ঙাম্বগ ইশাগী কেমেরা অমদি মেজরিং স্কেল পায়খৎলগ থবক পায়ব হৌখি। পারমিসন য়াওরবনিন এসেমব্লী বিলডিং পুরা কোভর তৌন ফোটো নম্ব, মেজরমেন্ট তৌবনচিংব পুম্নমক নোংমগী মনুংদ লোইশিনখি।

হায়রিব রেপ্লিকা অসি ফোটোকম্পোজিং সিষ্টেমদ প্রোপোরসনেট ওইন সিজন তৌরব তিক উ, প্লাই, ব্লোক বোর্ডনচিংব মচাক মথুম কয়ান খুৎ য়াম্ন চঙ্ন হক-হক্তুন শাবদ মতম থা অমরোম চঙখি। নোংম এসেমব্লী সেক্রেটরী লাক্তুন য়াম্ন থাজদবগী মওংদ নুংশাথীন থবক অসিগী ওইথোকপ য়াব-য়াদব ফিভম চেক তৌব লাকখি। অদুবু, থবক অদুদি অয়াম্ব শরুকমখৈ লোইশিল্লবন হেক য়েংবদ হরাওবন লুতোন য়ৌরে হায়বদুমক ওইখি। “রাজকুমার, থবক অসিগী ফিনিশিংনচিংব ঙসিদগী নুমিৎ হুমনিগী মনুংদ লোইশিল্লো। মরিনি শুব নুমিত্তদি এসেমব্লী সেসন হৌব নুমিৎনি। মাদুন এসেমব্লীগী ফ্লোরদ পুথোক্তুন উৎলগ এপ্রুভেল লৌহৌগদৌরিবনি।” হায়রম্লগ হনখ্রে।

শাদুন লোইরব মোডেল অদু নিংথিন ফিনিশিং তৌব লোইরগ এসেমব্লী মীফম হৌগদব নুমিত্ত অয়ুক ঙন্তান পুখত্তুন এসেমব্লী বিলডিংগী অহান্ব চঙফমগী রুম অচৌবদুদ নিংথিজন/মফম চান ডিসপ্লে তৌদুন থমলে। অয়ুক্কী অহান্ব মীফম হৌদোক্লব রাজ্যপাল, চিফ মিনিষ্টর, স্পিকর, অমদি সভাগী মেম্বর খুদিংমক্ল অহান্ব হেক চঙলকপদ য়েংনব, অশোয়/অঙামনচিংব য়াওব/য়াওদবগী মত পীনব অমদি হাউসকী ওইন এপ্রুভেল লৌনবগীদমক দেকোরেট তৌদুন থমলিবনি। এরেঞ্জমেন্ট পুম্নমক লোইদুন থম্লগ ঐদি পুং ৯ তারকপগী অদুৱাইদ পরপ পরপ য়ুমদ হল্লকলে। চৈরক অসিদ ঐন খনখিবদি শারিব রেপ্লিকা অসিমক কনান শারিবনো, শোয়রে, য়েংব য়াদ্রে, দিল্লীদ থারগনু, চোপলগনিকা হায়রক্কদ্রা হায়ন, হাউসন ওবজেক্সন তৌরক্কদ্রা হায়বগী মিপাইব পোক্তুন হায়ফম, তৌফম, লৈফম খঙদব ফিভমদ অমদলৈখি। অসুম্ন, পাখৎপ অমগ লোয়নন লৈরিঙৈদ অয়ুক্কী পুং ১২ তারকপগী মতমদ সেক্রেটরী মশামক ঐগী য়ুমদ য়াম্ন ফিংন চেল্লক্তুন ঐবু খুদক্ত এসেমব্লীদ লাক্লব হায়রমই। পাও অসি তাবদ অমুক্ত হন্ন নুংশা থীব পোক্তুন পম্বব তৌদন হাউসতচৎলমই; অদুগ মরোল পুম্নমক শুগায়ন খঙলমই।

ঐগী তফিং তফিংব মতৌ অদু উবদ সেক্রেটরীন হায়রকলমই, “রাজকুমার নহাক্ল তফিং-তফিংলিব অদু অমুক্ত ইংথখো, চা গ্লাস অসিম থকখো। নহাক্ল শারিব মোদেল অসি রাজ্যপাল, চিফ মিনিষ্টর অমদি ঙসিগী হাউসন য়াম্ন থাগৎপগ লোয়নন এপ্রুভ তৌরমলে। অদুন, হৌজিকমক এয়ারলাইনগী সিটি ওফিসত চত্তুন বুক তৌনব থৌরাং পুম্নমক তৌবীরো। লাকলিব জানুৱারীগী তাং ৬, ১৯৮৬ত দিল্লীদ কম্মনৱেলঠ সম্মীত হৌদোকপদ উৎকদৌরিবনি।”

মতৌ অসুম্ন নুমিৎ ১০নি ৱাৎলিঙৈদ নুমিৎ অসিমক্তদ এয়ার ওফিসত বুক তৌদুন থাখিরমই। লাইবক থীবদি নুমিৎ ৩নি শুবদ মোদেলগী কোভর প্লাষ্টিক সিট্ন শাব অদু কায়রে, শেম্নব এক্সপার্ট অম থারকউ হায়দুন টেলিগ্রাম অম এসেমব্লী সেক্রেটরিয়েটত থারকপগী পাও হেক ফংবগ ঐবু দিল্লীদ খুদক্ত চৎলগ য়েংশিল্লুনব/শেমজিল্লুনব হায়রকখি। তাঞ্জা চারুবন ঐসু দিল্লীদ মনা অম লৌব চৎনব এরোপ্লেন

## REPLICA OF MANIPUR LEGISLATIVE ASSEMBLY BUILDING



EXHIBITED AT COMMONWEALTH SUMMIT AT NEW DELHI, 1986



AERIAL VIEW



FRONT VIEW

টিকেট লৌরুদুন লৈরিঙে মতমনি। ঐহাক্ন লৌরুগদৌরিব মনা অসিসু জানুৱারী ৬তা তাজ পেলেস হোটেলদ পাওথোকদৌরিব য়াম্ন চীঙ লেল্লব থৌরম অমদ পীগদৌরিব আই. এম. এম. বাটা মার্কেটিং এৱার্ডনি। তাঞ্জা য়াম্ন চানরবন ঐন চৎলিঙে অসিদ য়েংশিল্লমগে হায়রগ ঐহাক নই দিল্লীগীদমক খোঙশাল্লমই। দিল্লী য়ৌরগ মণিপুরগী রেসিডেন্ট কমিশ্নারদগী অকুপ্প পাও লৌবদদি কায়রে হায়রিব রেপ্লিকাগী শরুক অদু মথক্ত মখুম ওইন কুপলিব প্লাষ্টিক্ন শাব শরুক অদুদনি। য়াম্ন অরুব শরুক্ত শোকপ নত্তবন পার্লিয়ামেন্টকী এনেক্স বিলডিংদ লৈরিব ম্যুজিয়মগী ষ্টাফশিংন শেমজিল্লে, অমুক শেমদ্রবসু য়ারগনি হায়ন ফোন্দ হায়রকপদ অৱাব শরুক অমদগী লাম্থোকলে হায়দুন শ্বর চনিংতান হোন্দোকচব ফংখি।



১৯৮৬কী জানুৱারগী তাং ৬তা ইনষ্টিট্যুট ওফ মার্কেটিং মেনেজমেন্টন শীন্দুন অন্তরজাতীগী থাক্ত পাওথোকপ ইনষ্টিট্যুট অসিগী আই. এম. এম. বাটা মার্কেটিং এৱার্ড পীবগী চীংলেল্লব থৌরম অমদ কেন্দ্রগী ইণ্ডষ্ট্রিজগী মন্ত্রি শ্রীনারায়ন দত্ত টিৱারীন অথোইব অতিথি ওইদুন মনাশিং অসি য়েম্থোকখি। মসিদ অতোপ অতোপ্প দেশ কয়াদগীসু এৱার্ডি কয়া লাক্তুন শরুক য়াবগলোয়নন মার্কেটিং মেনেজমেন্টকী মরমদ কনফরেন্স অমসু পাওথোকখি। মীফম অসিদ শরুকয়াখিব আফ্রিকা মহাদেশকী মনুংদ লৈব নাইজেরিয়া হায়ব দেশ অদুদগী লাকপ ডেলিগেট অমন ঐহাকপু অখন্নন ৱারী ৱাতাই কয়া শানদুন মরুপ শানরব মতুংদ, বেকৱার্ড এরিয়াশিংদ অপিকপ উদ্যোগকারী অম ওইন উদ্যোগপু হিংননব য়োকখৎপ, শেমগৎ




শাগৎপগী থবক পায়খৎলকখিবগী মওং মতৌনচিংবগী মতুংইন্ন মাখোয়গী দেশতসু (বেকৱার্ড এরিয়া ওইবন) উদ্যোগ চাওখৎহন্নবগী ইহৌ শাগৎপীরনব ভিজিট তৌবীরকউ হায়দুন বার্ত্তোন তৌরমখি। অদুম ওইনমক ঐহাক্কী মাইকৈদ মীরৈবাক্ত চৎলুনবগী থৌরাংদ খুদোংচাদব কয়া লৈবদগী চৎলুনবগী তাঞ্জাদি ফংখিদে। অসিদসু নত্তন নাগপুর সহরদগী এৱার্ডি লৈশাবী অমন মাখোয়গী লমদমগী ইণ্ডাস্ট্রিয়েল ডেভেলপমেন্টকী প্রোগ্রেসত মিংয়েং থম্বীরনব অমদি মহাক্কী ইণ্ডাস্ট্রিয়েল একটিভিটিজশিং (মরু ওইন ফাইন আর্টস অমসুং ক্রাফসমেনসিপ একটিভিটিজশিং য়েংবীরনব বার্ত্তোন তৌরকখি। খা ভারত্ত লৈব কেরেলা ষ্টেটতসু "ডেভেলপমেন্ট ওফ ইণ্ডাস্ট্রিজ ইন বেকৱার্ড এরিয়া ওফ কেরেলা" হায়ব সবজেক্টত ভিজিৎ তৌবীরনব অমসুং গাইডেন্স পীবীরনব বার্ত্তোন তৌরকখি।

তাং ৬/১/১৯৮৬ কনফরেন্স তৌব নুমিৎ অসিগী নুমিদাংগী পুং ৭ তারকপদ ঐগী মরুপ মপাং ২/৩গ লোয়নন ঐন মনা লৌরুবগী থৌরম টি. ভি. নিউজদ য়েংসি হায়দুন মণিপুর ভবন্দ ফমদুন য়েংগদবগী হোৎনারিঙৈ তাঞ্জাদ মনা মথুম য়েন্থোকপগী প্রোগ্রামদি হান্ন লাক্রুদুন ইহান হানবদ কম্মন-

ৱেলথ সম্মিটকী নিউজ হান্না ব্রোডকাষ্ট তৌরকখি। মাদুদ, অতৈ ষ্টেটকী এসেমব্লী বিলডিংশিংবুদি উত্রগ মণিপুরগী রেপ্লিকাদমক য়াম্না ময়েক শেংন, এঙ্গল খুদিংদগী কেমেরা থাদুন নমলকপ সিনশিংদমক য়াম্না কুইন উত্তুন টোপ পোজিসন্দ লৈরে হায়বগী মতাগুম টেলিকাষ্ট তৌখি। অরোইব শরুক্ত মিনিটখরদি অতৈ ষ্টেটশিংগী রেপ্লিকাশিং মথং মথং উৎলকখি। ইরোই লোইব পাউদ তাজ পেলেস হোটেলদ পাঙথোকখিব প্রোগ্রামশিং মথং মথং উৎলকখি অদুগ ঐহাক্ত ইণ্ডষ্ট্রিজগী মিনিষ্টরগী খুত্তগী আই. এম. এম. বাটা মার্কেটিং এৱার্ড লৌবগী সিনসু য়াম্না নিংথিন উৎলকখি। নুমিৎ অসিগী অহিং অসিমক ঐগী থমোইদ কা হেন্না নুঙাইবগী ইথক-ইপোম অমসু হৌরকখিদব নত্তে। ঐন হোৎনজখিব থবকশিং অমদি মণিপুর সরকারন তৌখিব চাংয়েংশিংগী পাউখুমদ ঐন মায় পাক্ল লেপ্প ফংজখিবশিং নিংশিংলুবদ নুঙাইমনখিদুন অহিং অসিমদি তুমথব য়াদন মিশেং খাঙদুন লেনখি।

নোং হেক ঙাল্লকপগ মণিপুর ভবন্দ লৈরিব মণিপুরগী লেজিসলেটিভ এসেমব্লীগী স্পিকর শ্রীৱাহেংবম অঙৌ সিংহগী ভি. আই. পি. কাদ চঙদুন ঙরাং অহিংগী টেলিভিজনগী ব্রোডকাষ্টকী মরমদ পাউদম অম পীখি। মাদু য়াম্না পামজন তমলুবদি নত্তে। মণিপুর সরকারন ঐঙোন্দ চাংয়েং মখল অম চত্থরকখিব অদুগী পাউখুম অমখক চুম্নগী নিংশিংলুবতনি। ঙরাং অহিং মণিপুরগী রেপ্লিকাদমক য়াম্না মরুওইন উৎখিব মওং অদু স্পিকরদ য়েংহৌবরা হায়ন হংবদ য়েংহৌদ্রে হায়ন খুমলকখি। অতৈ ষ্টেটকীন নিংথিন উৎত্রগ ঐখোয়গীদন অদুক য়াম্না ষ্ট্রেস পীদুন উৎলিব অদুবু কম্পিটিসন মখল অম তৌদুন মনা মথুমকা পীব্রা হায়ন হংবদ মদুমক্তি ঐদি খঙদে হায়ন খুমলকখি। স্পিকর সাহেবসু য়াম্না নুঙাইব মায়থোং অমগ লোয়নন অয়ুক পুং ১০ মুক তারকপদ পার্লিয়ামেন্ট লোমদ ঈ-পাও লৌবচৎখি হায়। মাসিগী মখা তারকপদ দিপাও ওইন অমুক ফাওনখিদ্রে। মণিপুরদ হল্লক্লব মতুংদ ঐন ফোটোগ্রাফ লৌখিব এসেমব্লীগী ফ্রন্ট ভিউগী ফোটো অদু ফুট ৩' x ৫' মুক চাওন শিন্দোক্লগ মণিপুরগী এসেমব্লীগী স্পিকরগী কাদ অম অদুগ পার্লিয়ামেন্টত অম থেৎখি হায়।

তাং ৭/১/১৯৮৬ ইংদ ঐন মণিপুরদ হল্লক্ত্রিঙৈদ ফাইভ ষ্টার হোটেল অমদ আই. এম. এম.না শীন্দুন রিসেপসন পার্টি অম তৌখি। রিসেপসন পার্টি অদু য়াওব চৎলুব মখোয়ন শীল্লমলিব রিফ্রেসমেন্ট/লঞ্চ অদুমক্তি চাব থকপদ চাওন খেন্নব লৈবদগী করিগুম্ব অমত্ত শোকলুদন ফমদুন মতম লেনখি। গেডরিং অদুদ ঐন য়াম্নমক দরকার লৈন উন্ননিংদুন লৈরিব নেসনেল স্মল ইণ্ডষ্ট্রিজ কোরপোরেসনগী চেয়ারমেন শ্রী জে. এস. জুনেজান চিফ গেষ্ট ওইন য়াওব লাকপদ হেক থেংনরুরে। ঐহাক্ত ইকাই ইকি পুম্নমক হুন্দোক্লগ মনাক্ত চঙশিল্লগ ইন্ট্রোদুস তৌজদুন মমাঙগী ৱারীশিং তেল্লপ্ন তমজখি। মহাক্ত খুমলকখি, "ঐন নংবুসু য়াম্না মুন্ন খঙই। ঙরাং নঙোন্দ পীখিব বাটা মার্কেটিং এৱার্ড অদুগী এৱার্ড কমিটিগী চেয়ারমেনসু ঐন ওইবনি। কঙ্গ্রেচুলেসন ফোর ইয়োর সক্সেজেস!"

"সার ঐন স্মল ইণ্ডষ্ট্রিজ সেক্তরদ সিনেমাটোগ্রাফিক ইকুইপমেন্ট খর লৈবীনব ঐখোয়গী ষ্টেট গোভর্নমেন্টকী খুখাংদ এন. এস. আই. সি. কলকাটাগী রিজনেল ওফিসত ১৯৭৯দ এপ্লিকেশন অম থাজখিব অদু হৌজিক ফাওবদ মেন তাদন নমশিন্দুন অদুম থম্বীরে। য়ারবদি সারন অমুক্তং মিৎয়েং চঙবীদুন চঙবীদুন প্রোজেক্ট মচা অসিবু মায় পাকহন্বীরবদি হায়নিঙাই লৈতন নুঙাইজগনি। কাইগুলি হেল্প মি সার।"

"ও কে, ও কে! ঐন নহাক্কী কেশ অসি রিজনেল ওফিসতগী তাব ফংগ্নে। ঐন য়াম্ন থুন ডিটেল পুম্নমক কৌরগ ফননব শীল্লক্লগে। দোন্ট ৱোরি মিষ্টর সিং।" অসুম্ন মতম কুইন চহি ৫ হেন্ন নমদুন লৈরক্লব থবক অসিমসু মঙ্গল ওইব/মায় পাকপগী খোঙথাং থাংজিল্লকপগী ফিরেপ অম খোঙচৎ অসিদ পাঙথোরকখিব অসিমক অচৌব মায় পাকপ অম ওইরকখি।

চৈরক অসিদ নেসনেল স্মল ইণ্ডষ্ট্রিজ কোরপোরেসনগী রিজনেল ওফিস অনৌব অম ইষ্টর্ন জোনগী ওইন গুৱাহাটিদ হাংদোরকপদগী ঐগী পেণ্ডিং কেশ পুম্নমক কলকাটাদগী গুৱাহাটিদা ট্রান্সফর তৌরকখি। অনৌব রিজনেল ওফিস অসিন ইনৌ নৌন থবক প্রোসেস হৌরকপন মরম ওইদুন মরৈ কয়া য়েৎনদুন লৈখিব মতম খর য়াওখি। কাইনথংদ সরকার পায়রিব লুচিংবশিংগী মতেং য়াওদ্রবদি য়ারক্লবন তঙাইফদন নভেম্বর ১৯৮৬ত ইউনিয়ন মিনিষ্টর ওফ ষ্টেট, কেমিকেল এণ্ড পেট্রোকেমিকেল শ্রীরাজকুমার জয়চন্দ্রদ মেমোরেন্দম অম পীশিনখিবদগী মথং মথং চে চৎনরক্লুন শ্রীএম. অরুনাচলম, মিনিষ্টর ওফ ষ্টেট,ইণ্ডষ্ট্রিয়েল ডেভেলপমেন্টত রিফর তৌখিবদগী মথং মথং এক্সন লৌখৎনরক্লুন ফোরমেলিটি খর লোইশিল্লব মতুংদ ৱেষ্ট জর্ম্মনদগী ইম্পোর্ট তৌরকপ খুজু-খুৎলাইশিং শোয়দন পীরক্লগনি/শিন্নরক্লগনি হায়ন থাজব পীরকখি। ৱাফম অসি উদ্যোগ মন্ত্রি সিগী লেটর নং ৩(১৬)/৮৬ এস. এস. আই. (পি)/ ৭ তাং ১/১/৮৭কী মতুংইন্ন অরোইব ফিরেপ লৌরকখিবনি।ঐহাক্ন চিঠি অসিগী কোপী অম পুদুন ওখলাদ চৎলগ চেয়ারমেন শ্রীজনেজাগী মফমদ থবক লোইশীনবীনব হায়জব চৎখি। চে চাংশিং অসি শ্রীরাজকুমারজয়চন্দ্রন য়ুমদ লন্নাই থবক অমগী হল্লকপদ ঐঙোন্দ খুৎশিন্নবীরমখি। চিঠি পুদুন চৎলগ জুনেজাদ নিংথিন ঙাংনরু, য়ারক্লগন ঐঙোন্দ অমুক হায়রকউ হায়রন্নগ নই দিল্লীদ অমুকহনগ্নে। তাঞ্জা য়াম্নমক চান ঐসু মনা অম লৌব দিল্লীদ চৎকদব থবক লাকলে। ঐহাক তাং ২১/২/৮৭ত প্রেস ক্লব ওফ ইণ্ডয়াগী ওফিসত পাঙথোকপ চীঙলেন্নব থৌরম অমদ উদ্যোগ "সিরোমনি" কৌব এৱার্ড অসি ইন্টরনেসনেল বিজিনেস কমেন্টরী কৌব সংস্থান অমন পীব, ইকাইখুম্নরব ইউনিয়ন মিনিষ্টর ওফ ইনর্জী শ্রী বসন্ত সাথেগী খুত্তগী লৌনব চৎপনি।

মথংগী নুমিত্ত প্রেস ক্লবকী হোলদ এৱার্ডিশিংগী ওইব প্রেস কনফরেন্স অম তৌখি। কনফরেন্স অদুদ মমিং চৎল-চৎলব প্রেসমেনশিংন মশীং খঙদন তিনখি। মীফম অদুদ মাইকৈ খুদিংগী পাউমীশিংন ৱাহং কয়া মথং মথং হংজিল্লকখি। প্রেস-মিটকী থৌরম অসিদি মমাঙদ অমুক্ত তৌরক্তবন মাখোয়গ

মায়োক্লদুন পাওখুম কয়া পীবদ অৱাব অম ওইখি। অসিগুম্ব মমল য়াম্লব মীফম অসিদ পাউমীশিং অদুন ঐবু বেকৱার্ড এরিয়াশিংদ অপিকপ খুনাইরোলশিং মায় পাক্ল লিংখৎপদ য়াম্ন মায় পাক্লব নেসনেল চেম্পিয়ন অমনি হায়না লাউথোকখি। খা ভারত্তগী য়াম্ন মমিং চৎলব অহল ওইরব প্রেসমেন অমন ঐবু কেরেলা ষ্টেটত ভিজিট তৌবীরকউ অদুগা স্মল ইণ্ডষ্ট্রিজশিং মায় পাক্লা লিংখৎপ ঙম্নব সজেসনশিং পীবীয়ু হায়দুন বার্ত্তোন তৌরমখি। মতম খর লৈরগ বেঙ্গালোর সিটিদ লাইরিক তমলুব মৈতৈ মচা অনিখক্ল ময়ুমদ থোকলকপ মতমদ ঐবু খঙদুন থিরক্লগ লমদম অসোমদ (সাউথ ইণ্ডিয়াদ) ফোঙব রিজনেল পাওচে মচেৎ অম, ঐগী পাসপোর্ট ফোটো য়াওব অম পুরক্লগ উৎলকই। মাদুদ ঐগী উদ্যোগ চাওখৎনব হোৎনরকখিব চাওখত্তব লমদ থেংনখিব খুদোংচাদব কয়াগী ৱারীনচিংব য়াম্ন ময়েক শেংনা ইরি হায়ন তমলমখি।



औद्योगिक विकास राज्य मंत्री
भारत
उद्योग भवन, नई दिल्ली-११००११
MINISTER OF STATE
INDUSTRIAL DEVELOPMENT
INDIA
UDYOG BHAWAN, NEW DELHI-110011

*D.O. No. 3(16)/86 SSI(P)* |7

1·/87

Dear Shri. Jaichandra Singhji,

*Please refer to your letter NO. MOS(CP)/627-VIP/86 dated 3.11.86 forwarding therewith the representation of M/s. Little Industries, Imphal regarding supply of Cinematographic Camera by the National Small Industries Corporation Ltd.*

*I have had the matter examined. The Camera, which was imported for the party, could not be delivered as the party was not in a position to pay the earnest money. They could not even furnish a bank guarantee from any Scheduled Bank. The party has now offered to mortgage immovable property plus personal surety and the Corporation have asked them to fulfil all ~~the formalities in this regard.~~ As soon as the party completes the formalities, the Camera will be delivered by the Corporation.*

With warm regards,

*Yours sincerely,*

*(M. Arunachalam)*

*Shri R.K. Jaichandra Singh,*
*Minister of State for*
*Chemicals and Petro-chemicals,*
*Government of India,*
*NEW DELHI.*



No.

Date

IBC

INTERNATIONAL BUSINESS COMMENTARY

This is to certify that

Shri Raj Kumar Mukul Singh, Little Industries, Imphal.

has been awarded

ICB 1986 Shiromani Udyog (Cottage Industries) Award -

for

Par Excellence in Cottage Industries

of the

International Business Commentary

-By
His Excellency
Shri Vasant Sathe
Union Minister of Energy.

IBC Editorial Advisory Board

K. L. Kohli
Managing Editor, IBC

থিম্বব তৌদন ঐহাক ওখলা ইণ্ডষ্ট্রিয়েল এরিয়াদ চত্তুন এন. এস. আই. সি.গী চেয়ারমেন উন্নবব চৎলমই। নুমিৎ অসিদ চেয়ারমেনগী ওফিস চেম্বরদ মীওই ১০ মুক পুন্দুন মিটিং অম তৌরমই। ঐন চেয়ারমেন উন্নব লাকপনি, ইম্ফালদগীনি হায়রবদ ওফিসিয়েলশিংদুন ঙাইহাক ঙাইবীয়ু, ভিজিটর ময়ামন ৱারী শানরি হায়বদ ঐন মপান্দ ফমদুন ঙাইদুন লৈখি। ঐন ফমদুন লৈরিঙৈদে থোঙ হাংদোক হাংজিন তৌবদ অহোব শরুক্ত, ঐন ফমলিব অদু চেয়ারমেন্ন উখ্রমাল্লে। ঐবু নিংশিংলম্ব য়াই; মহাক ফুক হৌগৎলগ মপান্দ থোরক্তুন ঐবু খুৎ পায়দুন মাগী কাদ চিংশিল্লমই। মিষ্টর সিং, নহাক লাকলে হায়ব পাও পীরকপ

য়াদ্রা, করিগী তুমিন্ন ফমদুন লৈরিবনো ? চা গ্লাস অমত্তদি থকমিন্নখিসি।" "সো, আই হোপ, ইউ আর এ কজিন ব্রদর ওফ রাজকুমার জয়চন্দ্র !" "য়েস সার" "সো, ঐন নহাক্কী কেমেরাগী মরমদ রাজকুমার জয়চন্দ্র অমসুং এম. অরুনাচলমদগী চে অমসু ফংলে। হৌজিক্তি নহাক্ক করিশু ৱানিঙাই লৈত্রে। ঐগী গুৱাহাটিগী রিজনেল মেনেজরগ পাউ ফাওনরে। ঐন মরম পুন্নমক হায়খ্রবনি। দোন্ট ৱোরি, প্লিজ গো হেপ্পিলি।"

অসুম্ন ঙাইহাক ৱারী তৌনরগ মিনিষ্টর অনিগী মমায় ঙাক্তুন ৱেল রিসিভ তৌরগ ঐহাকপু থিন্দোরকখি।

লোয়ন-লোয়নন ঐন হল্লকপদ গুৱাহাটিগী ওফিসত চঙদুন ৱারোল পুন্নমক রিজনেল মেনেজরদ তমখি। রিজনেল মেনেজরনসু অথুব মতমদ প্রোসেস লোইশিল্লগ পোৎশিং অদু থারক্লগে হায়রকখি।



**SHRI BASANTA SATHE WITH RAJKUMAR NOKUL SINGH AT THE PRESS CLUB OF INDIA COMPLEX**

গুৱহাটিদগী ইম্ফাল ফাওব পুরক্কুব ফ্লাইট ইন্সুরেন্স অমদি এয়ারগী ভারা পীনব শেলফম ডিপোজিৎ তৌরো হায়দুন খঙহল্লকখি। নিয়ম পুম্নমক লোইশিল্লব তুংদ মতম কুইনগী মমাঙদগী মঙ মঙলক্কুব খুৎলাইশিং ঐগী খুত্ত য়ৌরকখি। মাসিগী মাঙওইনন নিংশিংব য়াব থৌরম অমদি, ঐন পীযু হায়বদ য়াওখিব রেকোর্ড তৌনব ইক্যুইপমেন্ট মেগনেটিক টেপ রেকোর্ডর সুইটজারলেণ্ডন শাব "ষ্টিলভোক্স সাউণ্ড রেকোর্ডিং ইক্যুইপমেন্ট অদুগী মহুৎ ভারত্ত অম শারবন ইম্পোর্ট লাইসেন্স পীবদ অথিংব লৈরে হায়দুন ভারত্ত শাব "মেলট্রোন মেগনেটিক টেপ রেকোর্ডর ওইনা লৌরো হায়রকপদগী য়ানখ্রব খুৎলাই অসিদি য়াম্ন মাঙজৌনন মমলন লুপা ২,৩০,০০০/-দ ডেলিভরী তৌরকখ্রবনি। মেছিন অসিমক মহারাষ্ট্র ইলেকট্রোনিক ডেভেলপমেন্ট কোরপোরেসন কৌব কম্পানি অমনশাবনি। মাসিগীদমক ভারত সরকারনসু চাদ ২৫ সেন্ট্রেল ইনভেষ্টমেন্ট সবসিদি ওইন লুপা ৫১,০০০/- খক পীরক্কুন রিয়েলাইজেসন এডজষ্টমেন্ট ওইনএন. এস. আই. সি.গী একাউন্টত ডিপোজিট তৌখ্রবনি।

অৱাবদি কোন্ন লাকলিব ৱেষ্ট জর্মনদগী ইম্পোর্ট তৌব কেমেরা লুপা ২২,০০,০০০/- পীব অসিগী মতাংদদি সিনেমাটোগ্রাফি অসি ইণ্ডষ্ট্রি চিংদে হায়দুন মরৈ য়েৎনদুন সেন্ট্রেল সবসিদি খর ফংগদব অদুসু ককথত্তুন পীখিদ্রে। অদু ওইরবদি মাঙজৌনন পীরকখ্রব টেপ রেকোর্ডরগীদি করম হায়ন সেন্ট্রেল সবসিডি পীরিবনো হায়ন য়াম্ন কন্ন য়েৎনব অমসু থোকখ্রবনি। অসুম্ন পীব য়াব মতেং কয়া পীরগ ইৱাই লায়ন হিংহনব য়ারব ইণ্ডষ্ট্রি মচা অসিবু হৌরকপদগী হৌন য়েংশিন্নদুন লাকপন য়াম্ন থুনমক মায়থীনব অচৌব মরম অম ওইহল্লকখি।

ফিল্ম ইণ্ডষ্ট্রি অসি ইণ্ডষ্ট্রি চিংই-চিংদে হায়দুন কন্না য়েৎনখিব অদুগী মতুং ইকুই-কুইদন অতোপ্প কাঙবুন ইণ্ডষ্ট্রিয়েল সেক্তরদ সিনেমাটোগ্রাফ সোসাইটি অম রেজিষ্টার তৌবীয়ু হায়দুন লাকপদন য়ারে হায়দুন ইলায় লায়ন পারমিশন হেক্ত পীথোকখি। অসিগুম্ব সরকার পায়রিব মেছিনরিশিংন অরাম্ব মওং কয়াদ লমজিংবগী থৌওং পায়খৎলগ কৈদৌনুংদসু ঐখোয়গী সমাজ অসিন চাউখৎলকপ হায়বদুমদি ওইথোক্রবনি। তৌবগীদি ঐন হৌদোকচরম্ব অচুম্ব খোঙথাং অসিন মতুং তারকপদ মঙ্গল ওইখিব, শেমগৎ শাগৎপগী পোরম অম কাঙখিব হায়বসিমদি ঐগী চাউরব ক্রেডিট অমনি।

অসুম্ন, হেক হৌরকপদগী মূন মূন য়েংলক্তুন ঐগী অচেংবশিং থিরকপ অদুগ করম তৌরগ নৌন লিংখৎলকলিব প্রোজেক্ত অসি থুনমক থুপচিনখিগদগে হায়ন শিঙনরকপশিং থেংনরকপ অরায়ব থবক্তি নত্তে। মিৎ-না চেজেৎ উইশিল্লগ হৌদোকলিব থবক অসিমক শঙ্গাদবদি য়াদে হায়দুন য়াম্ন চীঙ-লেম্ন শঙ্গাবগী থবক পায়খৎনব শেম শারকখি। কনাগুম্ব ইচম চমজব উদ্যোগকারী অমনদি অসিগুম্ব খুজোংচাদব কয়াসি লাম্থোক্কুব হোৎনরগ মায় পাক্নব হোৎনবদ ওইথোক্তব, খুদোং থীবন অয়াম্ব শরুক্ত নম্ন লৈগনি।



मुख्य मंत्री, मणिपुर
CHIEF MINISTER
MANIPUR

इम्फाल
Imphal
August 3, 1988

# M E S S A G E

I am very glad to learn that the Little Industries, Manipur is installing an audio-visual communication unit equipped with studio and laboratories at its present premises at Imphal on August 14, 1988 with financial and equipment assistance of the National Small Industries Corporation Ltd., New Delhi and that they are also bringing out a Souvenir to commemorate the occasion.

2. The Little Industries is a purely a private concern of this region devoted to Small Scale Industries and has earned laurels in this field.

3. My best wishes for the success of their mission.

( R.K. Jaichandra Singh )






RAJ BHAVAN
IMPHAL



## MESSAGE

I am happy to learn that Shri Raj Kumar Nokul Singh, Proprietor of Little Industries, Imphal, and a well-known Entrepreneur of Manipur, proposes to establish an Audio-Visual Communication Studio and Laboratory. It is gratifying that, through this maiden venture, Shri Singh proposes to break new ground in the State's Industrial arena. Development of Industries and, for that matter, dissemination of 'Industrial Culture'. in Manipur would patently depend on success in generating right type of Entrepreneurship. I hope, Shri Singh's new venture as well as his past record as an Entrepreneur will enthuse the Manipuri Youth to pursue countless avenues for Self-employment with greater vigour.

2. My Best Wishes for the success of the proposed Studio/Laboratory.

(General K.V.Krishna Rao,Retd.)




(L to R) ১। অনিশুব লাঞ্জাওগী মতুংদইহান হান্ন 35mmদ ''মাইনু-পেমচা'' নম্নব হোৎনখিব রাজকুমার মঙ্গিসনা ২। রাজকুমার জয়চন্দ্র, চিফ মিনিষ্টর, ৩। এল. ললিত, মিনিষ্টর ইণ্ডষ্ট্রিজ ৪। রাজকুমার নকুল, প্রোপ. লিটল ইণ্ডষ্ট্রিজ



রাজকুমার জয়চন্দ্র, চিফ মিনিষ্টর, মণিপুরন শঙ্গাবগী থৌরমদ কেমেরা ওন তৌব।

মণিপুরগী সিনেমাগী ইণ্ডষ্ট্রিজগী ইহৌদ 35mmগী প্রোজেক্ট অম ইহান হান্বগী ওইন আগষ্টকী তাং ১৪, ১৯৮৮ ইংদ ইকাইখুম্নবদ মতীক চারব মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর, রাজকুমার জয়চন্দ্রন অথোইব অতিথী ওইবীদুন অমসুং ইকাইখুম্নবদ মতীক চারব শ্রীলাইশোম ললিত সিংহ, ইণ্ডষ্ট্রিজগী মন্ত্রিন সভাপতি ওইবীদুন লিটল ইণ্ডষ্ট্রিজগী প্রোপ্রাইটর শ্রীরাজকুমার সিংহন নই দিল্লীদ লৈব নেসনেল স্মল ইণ্ডষ্ট্রিজ কোরপোরেসন লি.কী মতেংন নৌন লিংখৎখিব "হরিপ্রিয়া ষ্টুডিও"গী শঙ্গাবগী থৌরম অম পাঙথোকখি। শঙ্গাবগী থৌরম অসিদ মপাল লমগী মীওই কয়া য়াওন, নেসনেল স্মল ইণ্ডষ্ট্রিজ কোর্পোরেসনগী মেনেজর, মণিপুরগী শক্লাইরব ফিল্মগী মীওই কয়া অমসুং মণিপুর ফিল্ম ডেভেলপমেন্ট কোরপোরেসনগী মেনেজিং ডাইরেক্টর য়াওন য়াম্ন চীঙ-লেম্ন পাঙথোকপ ফংশন অসিদ শরুক য়াদুন মণিপুরগী ফিল্মগী জগত্ত অনৌব ইতিহাসকী লামায় অম হাংদোকখি। নৌন লিংখৎলকলিব প্রোজেক্ট অসিগীদমক কলকাটাদ লৈব ইষ্টর্ন ইণ্ডিয়া মোসন পিকচরস এসোসিয়েসন্ন ষ্টুডিও অম লিংখৎনবগীদমক পার্মিট নং A-45 মাঙজৌনন পীরকখ্রবনি। মতম কুইনগী মমাঙদগী হৌন ইহান হান্ন 16mm কেমেরা অম লৈদুন, মপাল লমগী ফিল্মগী লাইরিক লাইশু কয়া নৈনদুন/ষ্টডি তৌরক্তুন অনৌব আশা অমগ লোয়নন লিংখত্তুন ঙসিদি মণিপুরগী লৈমায়দ খিল্লকলিব অসি ঐহাক্ল ঙসিগী ইনোগুরেল ফংশন অসিদগীদি মণিপুরগী সিনেমাগী ইণ্ডষ্ট্রিবু নুংশিজব ইচীল ইনাওশিংগী মফমদ শিন্নজরে হায়দুন মীফম অসিদ লাওথোকখি। মাসিগী মখা তারকপদ ইণ্ডষ্ট্রি অসিবু হিংহনব হিংহন্দব হায়বদুদি প্রজা মীয়ামগী খুত্ত লৈরে হায়নসু ফোঙদোকখি।



*রাজকুমার জয়চন্দ্রন ফিল্ম ষ্টুডিওগী উরেপ উয়ুং মায়খুম হাংদোকপ।*

অৱা-নুঙাইতন থল্লব ঐগী পুন্সিগী খোঙচৎ অসিগী মনুংদ মীথোই মীহেম্ব কয়া ফংদুন, মতম কুইনগীদমক শাগৎলকখিব মঙলানগী ফুড়া মপুম ফান শাগৎপ ঙমদুন খিল্লকখিব মতম অসিদ অৱাবগী শরুকসু অমুক মরী মরী হৌনদুন লাকখি। চহি কয়া চঙন তাল্লকলব ঐগী আশা কয়া থুংলে অদুবু মাসিবু থবক ওইন মপুম ফান পায়খৎপদি ঐগী শক্তিগী ৱাংমদ লৈবগুম তৌরকলে। মণিপুর সরকারগী মায়কৈদগীসু মতেং খরদং ওইরবসু ফংনব হায়জখিব কয়াসু লোইনমক ককথৎখিব/খিংজিনখিবগী ফিরেপ অম লৌখৎলকপ থেংনখি। সাধারন প্রজাশিংগী মরক্তগীসু শিনফম অসিবু নুংশিজব মীওইকয়াসু মতম খর অসিদদি কনাগুম্ব অমত্তন চোংথোরক্তুন লিংখত্তুন লৈরব থবক অসিবু হিংহন্বদ মতেং খরদং ওইরবসু পাংগে হায়ব অমফাওব থোকলকখিদে। কনাগুম্ব মরুপ মপাংশিংন করেম্বব ৱাহৈনফাওব লংনব হৌরকখি। "নহাক্তি চাউরব শামু অম লোইরগ কোলাস মথক্ত পুন্দুন থল্লবোইরে।" মণিপুর ফিল্ম ডেভেলপমেন্ট কোরপোরেসনগী চেয়ারমেন ওইরিব চিফ মিনিষ্টরদ ৱারী কয়া শারুবদ ওনরেবল সি. এম. ন অসুম্ন কমেন্ট অম পীরকখি। "রাজকুমার, নহাক্কী প্রোজেক্ত অসি মণিপুরগী হৌজিক লৈরিব ফিভম অসিদ মপা চানফাত্তব মওং অম উরে। অদুগীসু মথক্ত মীওই কয়ান নহাক্কী মায়োক্ত কন্ন লেপলকপ থেংনরে। নহাক্ত থবক অসি নর্নাই ওইন চলাইবদ অৱাব অম ওইরগনি। মরম অসিন নহাক্কী খুজু খুৎলাইশিং অসি এম. এফ. ডি. সি.গী খুত্থাংদ মণিপুর সরকারদ ট্রান্সফার তৌশিন্বন, অদুগ নহাক্ত মাসিবু সরকারগী ওইন কন্ট্রোল তৌরবন হেন্ন ফরগনি। নহাকসু অমুক্তং খল্লুখো।" মতম অসিমক্তদ এম. এফ. ডি. সি.গী মেনেজিং ডিরেক্টরন ওর্ডর অম থোকলক্তুন ঐবু কোরপোরেসন অসিগী টেক্নিকেল মেম্বর ওইন লৌশিল্লে হায়ন খঙহল্লকখি। অদুগ মথংগী টামগী এম. ডি. ওইনব প্রোসেস তৌব হৌরে হায়ব পাও অমসু অরোম্ব ওইন তাব ফংখি।

চৈরক অসিদ ঐগী হান্নদগী হৌন শাব হৌরক্লব ফোটোমেকানিকেল ৱার্কসত শিজিন্নব হেভি কেমেরা অম শাব লোইরদুন শিজিন্নব হৌনব অচম্ব থৌরম অমদ শঙ্গাখি। হায়রিবা কেমেরা মোদেলঅসি ইশামক্ত ফোরমুলেট তৌদুন শাখিবনি। মাসিগী মোদেল অসি ১৫" x ২০"গী সাইজদ ভারটিকেল অমসুং হোরাইজন্টেলদ (অয়ুংব অমসুং অফৈব ওইন ওপরেট তৌব য়াব) ইলেকট্রিক য়াওরবসু, য়াওদ্রগসু নুংশা মঙালদ ফোটোগ্রাফ লৌব য়ারব "SOLECTRO-2" হায়ন মমিং থোন্দুন শাখিবা প্রোসেস কেমেরানি। কেমেরা অসিগী মপুঙ ফারব ডিটেলগ ফোটোগ্রাফকা কোন্ননা শোক ১৯৮৯দগুৱাহাটিদ পাঙথোকখিব এ. এফ. সি. এক্সহিবিসন্দ পুথোক্তুন উৎখি। লোয়নন মীয়ামগী অখন্নব মিৎয়েংশিং চিংশিনখি।

★ ★ ★ ঐখোয়গী ওনরেবল চিফ মিনিষ্টরন পীরকখিব ফিল্ম ইণ্ডষ্ট্রিজগী মখা তাব খোঙথাংগী সজেসনশিং অদুগী পাউখুম পীদ্রিঙৈগী চৈরক অসিদ কলকাটাদ লৈব মোসন পিকচরস প্রোদুসার এসোসিয়েসনগী মেম্বর মরুপ মপাংশিংন ঐঙোন্দ য়াম্ন ফজব সজেসন কয়াসু পীরকখি। "মিষ্টর সিং, ঐখোয়ন নহাক্কী খুদোংচাব চাদব কয়াগী ৱারী তাবদ ঐখোয়ন মরুপ অম ওইন খন্দবসু ঙমদে। নখোয়গী



*ইশান ইশাবু থবক পীজবগী পান্দম কয়াগী মনুংদ শরুক অম ওইন ঐহাক্ত ইহান হাম্ন পুথোকখিব/শাখিব ফৈন নৎত্রগ য়ুংখৎন ইলেকট্রিকন নৎত্রগা নুংশা মঙালন ওপরেট তৌব য়াব ইঞ্চি ১৫" x ২০" চাউন ফোটো নম্ব য়ারব "সোলেকট্রো-২" হায়ন মিংথোল্লব হেভি দ্যুটি প্রোসেস কেমেরা।*



*★১৯৮৯দ গুৱাহাটিদপাঙথোকখিবা এ. এফ. সি. '৮৯গী মেলাদ পুথোক্তুন উৎশ্রব মণিপুরদ শাব প্রোসেস কেমেরা।*

ষ্টেটত সিনেমাগী ইহৌ অসি হৌবকপদ ঙায়রি। যাম্ন ইনফেন্ট ষ্টেজদ লৈবিবন নহাক্কী মমল য়াম্লব খুৎলাইশিং অসি শিজিন্নফম খঙদন, মমল হঞ্জিন্দন তোকলগনি। হৌজিকমকসু কলকাটা মার্কেটত অহম্ব 35mm camera লৈতে। কলকাটাদদি বেঙ্গলী ফিল্ম অসি অসুপকী মতীক য়াম্ন নমই। মরম অসিন নহাক নহাক্কী খুৎলাইশিংগ লোয়নন কলকাটাদ বেজ তৌদুন লৈবো। মফম অসিদ নহাক্কীদমক ঐখোয়ন ওফিস ওইব য়াব মফম অম ধর্ম্মতালা ষ্ট্রিটত পীরগে; অদুগ ঐখোয় পুন্ন থবক তৌমিন্নদুন শেল তানসি।"অসুম্ন, মরুপ

মপাংশিংন পীরকপ মতশিং অসিদা ঐসু য়াম্ন মুন্ন খন্থখি। ঐগী ৱাখলদ, লম অসিদ মুন্নসু খুৎলোয়দ্রিব মমুৎ থান খঙদ্রিব ঐন করম্ন মীরম অসিদ কারবারনি হায়দুন ওপরেট তৌগদৌরিবনো? বাঙ্গালীশিং অসি অসুপকী মতীক হৈশিংব হেন্বন মাখোয়ন শোয়দন লাকথুদুন মাঙগনি হায়বসিমসু ঐগী চিংনজবনি অমরোমদ, মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টরন পীরক্লিব ওপসন অসিন কমতৌব ? মাসিন ফগদৌরিবরা/ ফরোইদৌরিবরা ? মরমশিং খিবিক অসিন খনফম খঙদন "নৃঙ অনিগী মরক্ত হা" হায়ব ফিভমদ কঙাওন মতম খরদি লেনখি। কলকাটাগী খোঙচৎ অসিগী শরুক অম ওইন, অতোপ্প মরুপ অমগ লোয়নন মত অসিদ বেন্টিঙ্ক ষ্ট্রীটত লৈরম্ব "ৱার্নর ব্রোস" কৌব হোলিউড্‌কী ফিল্ম কম্পানী অমগী ওফিসত চঙদু মরুপ মপাং ওইন ইন্ট্রোদুস তৌনদুন ৱারী-ৱাতাই কয়া শানখি। ঐগী ৱারী মুন্ন খঙলব মতুংদ মেনেজ অদুন ঐগী অপাম্বশিং করিনো হায়ন হংলকখি।

মদুদ ঐন খুমখিবদ, "ঐগী অনিংব খর লৈজে। অহান্বদ ঐন মঙখিব মঙলান্দ মণিপুরগী "খোংজোম ৱার" "ডি রোড টু মণ্ডলে" অমদি "ডি ষ্টোরী ওফ খম্ব এণ্ড থোইবী" মাখোয়শিং অসি ফিল্ম ওইন নম্ব পামই। মণিপুরগী অসিগুম্ব হিষ্টোরিকেল ইভেন্টশিং অসি রেকোর্ডিং তৌনবগীদমক ঐন ভারত সরকারগী মতেং লৌরগ খুৎলাইশিং অসি লৈরিবনি। ঐগী লৈজরিব খুৎলাই অসিনদি মতীক চাদব অহেন্ব খুৎলাইশিং, টেক্নিকেল নোহাউসিং অমসুং প্রডকসনগীদমক্ত অহেন্ব কেপিটেল দরকার লৈব ঐহাক মপাল লমগী প্রডকসন কম্পানী, মরুওইন, অদোমগী মতেং ফংব য়াগদ্র হায়দুন থিব লাকচবনি।' ঐগী ৱাহৈশিং অসি তাবদ মেনেজরদু নোকলমই, অদুগ য়াম্ন নুংশি মওংদ খুমলকখি, "মিষ্টর, নহাক্কী ৱাখলশিং অসি য়াম্ন থাগৎনিঙাইনি। কোলাবোরেট তৌদুন প্রডক্সনগী ৱাফম খন্নব তারবদি ঐখোয়গী হে ওফিসকী এপ্রুভেল হান্ন লৌব তাই; অদুগ গোভর্নমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়াগী পারমিসনসু লৌব দরকার লৈ ঐহাক হেড ওফিসত চিঠি ইখিগে অদুগ নঙোন্দ ইন্টিমেট তৌরক্কে। আই হোপ, ইট ৱুইল বি এ গ্রে সক্সেস, থেঙ্ক ইউ, বাই।" অসুম তৌন তুংগী অনৌব আশাগী লম্বেলসু ফজন শেমগৎলমখি।

অসুম্ন, "নৃঙ অনিগী মরক্ত হা" হায়ব প্রমান অদুগী মতৌগুম ওইরক্লিব ফিভম অসিদ তৌফ খঙদন মতম খরদি কঙাওনখি। অদুবু, ফিভমগী মতুংইন্ন ৱারেপ অমদি লৌদব য়াদবনিন য়াম্ন মুন্ন খন্থুর মতুংদ মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টরন পীরকখিব পাওতাকশিং অসিন হেন্ন ফব, হেন্ন খুদোংচাগদব ফিভম অ উবদগী মাসি ওইন থবক মখা চখনব ৱারেপ লৌবদ তাখি। অসুপ ৱান, মতম অসুপ চঙন হোৎনদু লিংখৎলকখিব ইণ্ডষ্ট্রি মচা অসিবু শোইদন হিংহল্লগে খন্বীরম্লবদি ফিল্ম কোরপোরেসনগীসু চেয়ারমেন ওইরিব চিফ মিনিষ্টরন ওইগদব মিৎয়েং অমতং য়েংবীরম্লব অদুগ ৱাহৈ অমতংন হিংহন্দব য়াদে হায়বীরম্লব শুপশোয় শোয়দন মণিপুরগী লৈমায়দ ফিল্ম ষ্টুডিও অম হায়বদু লৈরম্লগদবনি।

অরোইব খোঙথাং ওইন ঐন মণিপুরগী ফিল্ম ডেভেলপমেন্ট কোরপোরেসনগী খুথাংদ অইব চেরোল অম পীশিন্দুন ঐগী নৌন লৌরুব খুজু-খুৎলাইশিং অসি মণিপুর সরকারগী ওইন ট্রান্সফার তৌশিন্নবগীদমক অয়াব পীখি। তাং ২৬-৬-১৯৯০দ তৌখিব ট্রান্সফার এগ্রিমেন্টকী মখাদ ঐগী চঙখিব শেলফমশিং অদু হন্দোকপীরক্নবগী মতাংদ কয়াসু খন্নখ্রবনি। অদুবু চিফ মিনিষ্টরন ৱাফম অসি লৈখাই তান থম্বীরমদবন অচংব শেলফম (প্রোমোটরস কন্ট্রিবুসন)হন্দোকপগী ৱাফম সরকারগী মায়কৈদ ইখন খন্নবীরমদ্রে। অরোইবদ ঐহাক্তন, অপঙব শীরকপগী মওংদ, চঙখিব শেলফম লুপা ৪,৮৬,০০০/- মাঙজব তাখি। অদুগ অমন, ঐবু কোর্পোরেসনগী ওইন লৌশিল্লগনি হায়ন থাজব পীখিব ৱাফমদুসু প্রোসেস তৌনব মুভ তৌখিব ফাইল অদু মাঙখ্রে, থিব খঙদ্রে হায়শিন্নদুন অদুম তোকখ্রে। চৈরক অসিদ চিফ মিনিষ্টরসু মাগী মতম লোইদুন পোখাখ্রে; অদুগ লাইবক থীবন ইকুই কুইদন সংসার থাদোক্তুন চৎখ্রে। খুৎলাইশিং অদু লৈবদ চঙখিব ঐহাক্কী শেলফম/কন্ট্রিব্যুসনশিং মাঙখিবদ নত্তন ফজরব নমথাক অমসু তৌরমদুন মৈতৈশিংগী পাওরৌদ "কহামাঙ খুজাই কায়" হায়বদু তাদুন নীঙব য়াম্ন কায়ন খাঙখি। মাসিগীসু মথক্ত মতম খর লৈরগ এম. এফ. সি. সি.গী য়াম্ন মচীন চৎপ মীশক অমন "হন্দক লৈরুব ৩৫ এম. এম.গী খুৎলাইশিং অসি ঐন য়াম্ন ৱান চত্তুন/হোৎনরুদুন লৈরুবনি" হায়ন দুরদর্শনগী প্রোগ্রাম অমদ অমুক লাওথোরকখি। য়ামদ্রবদ কেমেরা অসিগী মরী মখোঙ অশেংব অদুদসু ফোঙদোকপীরক্নবদি, কনান পীরক্লিবনো কদায়দগী পুরকপনো হায়বদুদং নিংশিংদুন ক্রেডিটমচা অমতং পীবীরম্লগদি শেল থুম কয়া মাঙখ্রবসু থোইদোক্ল নীংব কায়রমলোইদবনি। অখঙব মাখোয় খরসি নত্তন অতৈ সাধারন প্রজা অমত্তন ঙসিফাওবদ করম্ন খুৎলাইশিং অসি কনান পুশিল্লক্তুন ইহান হান্ন মণিপুরদ য়ৌরকখিবনো হয়বদু খঙলমলোই। কাইন-থৎদ কেমেরা অসি ঐঙোন্দ লৈত্রব কান্দ, মাসিগী য়াম্ন মরু ওইব পার্ট অম শিন্দোক্তুন সেকেণ্ডহেণ্ডগী পার্ট অম শিনজিনখ্রে হায়ব পাও অম ঐঙোন্দ য়ৌরক্তুন অচুম অরানগীদমক ইনকারী অম তৌবীনব ৱাফমসু লাকখিদব নত্তে। ৱাফম অসি ফোঙদোকলুরগ দুস্মন ওইনবগী ফিভম লাকপন ঐহাক ঐগী নৎত্রব পোৎ অদুগীদমক দায়িত্ব লৌদুন ফোঙদোকলুব ঙমখিদে।

হায়ফম তৌফম খঙদন অসুপকী মতীক নীংব কায়ন লৈরিঙৈ চহি অসিদ ঐগী মরুপ মপাংশিংন সজেসন কয়া পীরকপগী মতুংইন্ন লাক্কদব চহিগী ওইন পীগদব ভারতকী সিভিল এৱার্ডশিংগী দরখাষ্ট কৌরকপ মতমদঐসু কেণ্ডিদেট অম ওইন দরখাষ্ট থাখিরমই। থা ৩/৪গী মতুংদ সরকারগী মায়কৈদ থারকলিব দরখাষ্টশিং অদু খন্নরব মতুংদ য়াম্ন থাজব য়াব চিফ মিনিষ্টরগী সেক্রেটরিয়েটতগী অমদি জোইন্ট সেক্রেটরী হোমদগী ঐহাকপু পদ্মশ্রী এৱার্ডকী নোমিনেসনগী খল্লে হায়রকখি। অদুবু অকোম্বদদি চহি অদুগী রিপব্লিক ডে নুমিত্ত নই দিল্লীদগী লাওথোরকপ মতমদদি ঐগী মিং য়াওরকখিদে। কাইনথংদ নুঙাইতদুন মথং মথং পাও লৌনবদদি নোমিনেসন পীশিন্বগী অরোইব পুংজাদ দিল্লীদ বেজ তৌব মৈতৈমচা

অম ওইন খল্লগ মনা অসি পীখিবনি হায়ব খঙলকখি। হন্দক্কীসিদ খল্লক্কবসু মথংগী চহিদ অমুক থাজিল্লু হায়ন ইঙ্গিৎ কয়া পীনরকপদগী হন্ন হন্ন চহি কয়া থংনন থাখি; অদুবু পুন্নমক অরেম্বদ তাখি। মাসিগুম্বগী থবক অসি অথোরিটিশিংদ ৱানোমদ্রবদি শুপওইঈ ওইররোই হায়বসি অকোন্বদ ময়েক শেংন খঙলকখি।

মতৌ অসুম্ন অৱা নুঙাইবতন খল্লব ঐগী পুন্সিগী মতাং কয়াদ অৱাব, নিঙব কায়বগী চৈথেং কয়া নংলবগী মতুংদ ঐগী অকোন্ব/অথেঙব পুন্সিগী মতাংসিদ হান্নগী শূরম-চৎলম্ব থবকশিংদ অমুক মায় ওনশিন্দুন হিংননবগী লানফমদ অনৌবা লাল্লোং কয়া পায়ননব শীল্লকখি।

**********

## ৪শুব পন্দুপ

হৌখ্রব ঐগী পুন্সিদ পুন্সিগী লানফম কয়া থেংনরকপদ মায় পাকখিব, মীথোই মীহেনব কয়া থেংনরক্লবসু অরোইব শরুক হায়বদি অহলগী মতম ওইশিল্লকপ কান্দদি থোইন হেন্না মীথোই মীহেন্ব ফংবগী মহুত্ত নীংব কায়বগী চাংন য়াম্ন হেন্ন ৱাংন থেংনরকলি। ঐহাক লম্ফাংলব পুন্সিগী লানফম কয়াদ মায়থীদুন লাকলব মীওইনি। অদুবু ঐগী পুন্সিগী খোঙচৎকী লমলোংকয়া ফাংন খোঙকাপ থাংজিল্লুবন মায়কৈ অমদ মায়থিখ্রবসু অতৈ লম কয়া শেমহৌবন ঐগী পুন্সিগী খোঙচত্ত পুরা-ন মায়থীরব মীশক অমনি হায়বদি য়াদে। ঐগী হান্নদগী হৌন শূরক চৎলকপ থবকশিংদ য়াম্নমক শাফু কন্ন চখরুব নৎত্রবসু মাসিদ অমুক হঞ্জিন্দুন লৈবাক মীয়ামগী সেবাদ মায়রোং য়াদুন অদুমক হিংলকখি।

শোক ১৯৯০গী মতুংদগীদি মণিপুরদ ফোটো এনগ্রেভিং অমসুং প্রিন্টিংগী থবক অসি কম্পুটরগী ইহৌ অম নৌন লাকপদগী পুমশি শিথবগুম তৌরকলে। কম্পুটরাইজ ওফসেট প্রিন্টিংন মফম মফম খুদিংমক্ত লিংখৎনরক্তুন হান্নদগী হৌন চখরকপ ব্লোক শাব অমসুং লেটরপ্রেস প্রিন্টিংগী ইউনিট পুম্নমক মথং মথং শিথরক্তুন/থবক ফংলক্রবন মরম ওইদুন শিনফমশিং অসিদগী লাপথোক্লখিদুন অনৌব সমাজ অম শেমগৎনরকলে। ফোটো নম্বগী/সিনেমাটোগ্রাফকী থবক্তসু অদুমঙাই। হান্ন শিজিন্নরম্ব খুজু খুৎলাইশিং অমদি মচাক মথুম পুম্নমক মথং মথং মাঙশিল্লক্তুন অমদি অনৌ অনৌব খুজু-খুৎলাই কয়া থোকলক্তুন হান্নগী মহুৎ শিন্দুন অনৌব টেক্নোলোজিগী সংসার অম শেমলকলে। হান্ন শিজিন্নরম্ব ফোটোগী সেলুলোইড ফিল্মশিং মাঙশিল্লকলে। মহুৎ ওইন ডিজিটেল ফোটোগ্রাফি হায়দুন ফিল্মগী মহুত্ত পিকচর ইলেক্ট্রোনিক সিষ্টেম অমন পুম্নমক্কী মহুৎ শিন্দুন অনৌব টেক্নোলোজিগী সংসার অম শেমলক্তুন পুমওন ওনখ্রে। অনৌব খোঙথাংশিং অসিবু পায়খৎনব হোৎনহৌদব শিন্মীশিংন চরা হেন্দুন শিবগী থাক অমফাওব য়ৌনরকখি। ঐহাক্কীদমক্তদি হান্নদগীসু অদুম খর খর পায়দুন লাক্লব থবকশিং হায়বদি হেণ্ডিক্রাফসকী থবক, ট্রোফি, মেমেন্টো শেম শাব, মেদালশিং শাব, পেন্টিং অমসুং ড্রোইং তৌবনচিংব থবক মচা মচা কয়া শূদুন লেল্লকখি। অশং অশংব কান্দন মহৌশাদগী হৌন হৈনবী অম ওইন লাইরিক লাইশু ইবগী থবক চখরকপ মদু মখা তান পায়খৎলকখি। মতম অসিৱায়দগী শৈরেং কয়া হেন্ন থৱায় য়াওশিন্ন ইরকপ অমদি শৈরেংশিং অসিবু মৈতৈ ময়েক্ত ইথোকপনচিংব কয়াসু পায়খৎখি।

No-

Date......6/5/90




# INTERNATIONAL BUSINESS COUNCIL
## NEW DELHI (INDIA)

OFFICIAL ORGAN

# INTERNATIONAL BUSINESS COMMENTARY

*This is to certify that*

SHRI RAJ KUMAR NOKUL SINGH, Proprietor, Little Industries, Imphal, Manipur.

*has been awarded* IBC CATEGORY 'A'

"IBC MAN OF THE POST-INDEPENDENCE ERA (1947-89) AWARD"

*for*

PIONEER DEDICATED DIRECTOR, FILM DOCUMENTARY, PHOTOGRAPHIC, PRINTING ITEMS SMALL SCALE INDUSTRY UNIT (MANIPUR STATE).

*of the*

*International Business Council*

by

HIS EXCELLENCY SHRI P. UPENDRA, UNION INFORMATION & BROADCASTING & PARLIAMENTARY AFFAIRS MINISTER ON 9th MAY, 1990, PARK HOTEL, NEW DELHI.

Chairman
IBC Council
& IBC Editorial Advisory Board

K. L. Kohli
Secretary General IBC
& Managing Editor, IBC

Secretary-General Off. 127-D/, Thompson Road, (Near Minto Bridge) New Delhi-110002 Tel. : 2310770

No. IBC/8/9 Date .17.5.1991...




NEW DELHI (INDIA)

OFFICIAL ORGAN
INTERNATIONAL
BUSINESS COMMENTARY

*This is to certify that*

Rajkumar Nokul Singh, Prop., Little Industries, Imphal (Manipur)

*has been awarded*

IBC Nation Builder of Eminence in the Nineties Award -
Film Documentary, Photography etc.

*for*

being the living embodiment for promotion of Small Scale Industry in Manipur.

*of the*

*International Business Council*

by

The Hon'ble Shri Satya Prakash Malaviya, Minister for Petroleum
& Chemicals and Parliamentary Affairs at Hotel Imperial,
New Delhi on 17th May, 1991.

Chairman
IBC Council
& IBC Editorial Advisory Board

K. L. Kohli
Secretary-General IBC
& Managing Editor, IBC

Secretary-General Off 127-D, Thompson Road, (Near Minto Bridge) New Delhi-110002 Tel. 3310779

১৯৯০ অমসুং ১৯৯১ অনিমক্ত নই দিল্লীদ লৈব ইন্টরনেসনেল বিজিনেজ কাউন্সিল কৌব সংস্থান অমন মনা অনিখক মথং মথং ওইন পীরকখি। অহান্বগী মনা অসিন "মেন ওফ ডি পোষ্ট ইণ্ডিপেন্দেন্টস এরা ১৯৪৭-১৯৮৯" হায়ব মনা অদুনি। মাসি নই দিল্লীগী পার্ক হোটেলদ য়াম্ন চাঁও

লেম্নব মীতিন অমদ কেন্দ্রগী ইনফোরমেসন অমসুং পব্লিক রিলেসন অমসুং পার্লিয়ামেন্টরী এফিয়ারসকী মিনিষ্টরন পীখিবনি। অদুগ অকোম্বগী মনা অসিন "নেসন বিল্দর ওফ ইমিনেন্স ইন ডি নাইন্টিজ" এৱার্ড অসি ১৯৯১গী মে তাং ১৭ত ইম্পিরিয়েল হোটেলদ চীং-লেম্নব মীতিন অমদ "পেট্রোলিয়ম এণ্ড কেমিকেল এণ্ড পার্লিয়ামেন্টরী এফিয়ারসকী মিনিষ্টরন পীখিবনি।

মতৌ অসুম্ন ঐগী হান্ন শূরম-চৎলম্ব থবকশিংন ঐখোয়গী সমাজ অসিদ অমুক্ত পোক্তখিদ্রিব মওংদ অচৌব অওম্বগী ইহৌ অম লাকপগ ইরোইনন লৈখা তারকপগী ফিভম লাকপদ ঐহাক্কী ইণ্ডষ্ট্রিয়েল ইউনিট অসি মোদর্নাইজ তৌদব য়াদ্রে হায়বগী ৱাখল্লোন অদুগী মখাদ মমাঙৈদ ঐগী ফার্মবু হিংহন্নব হোৎনবীরকখিব "আসাম ফাইনান্সিয়েল কোর্পোরেশন" কৌব, হৌজিক্ত গুৱাহাটিদ লৈরব ফাইনান্সিয়েল ইন্সটিট্যুট অসিদ শিথরব ফার্ম অসিবু হিংহন্নব, মোডর্নাইজ তৌনব শেলগী মতেং পীবিয়ু হায়দুন নৌহৌনন প্রোপোজ তৌখি। ঐহাক্ত প্রোপোজ তৌরিব ট্রেডতি মমাঙৈগী মতম ১৯৬৭তসু মণিপুর সরকারদ হান্নন প্রোপোজ তৌখ্রব ওফসেট প্রিন্টিংগী প্রোজেক্ত অসিনি। মাসিমকসু হায়রিব মতম অসিদগী পায়খৎলল্লবদি মণিপুর ষ্টেটকী ওইন ইহান হান্ন ওফসেট প্রেস হায়বদু ওইদুন মীথোই মীহেন্ব হায়বদুম ওইরমগদবনি। হৌজিক্ত অমুক ইনৌ নৌন হৌদোকলকপগী মওংগুম তৌরকপ অসিদ অয়াম্ব মীনসু নোক্লব অম ওইরকখি। ঐন নৌন মোডর্নাইজগী প্রোপোজ তৌরিব কোর্পোরেসন অসিনসু ইহান হাম্বমক্তদ মরৈ কন্ন য়েৎপা হৌরকখি। মাখোয়ন ওফিসিয়েল প্রোসেস অমত্ত নিঙাই তৌদন খুৎলৈ খর থুজিনব হায়বদু খণ্ডন অদুম লৈরকপন চহিরোমদ মশীঙ খঙলক্তন থবক পেন্দিংদ থমখি। তান্নব তল্লগ মরাইন তোকচখিগনি হায়বগী থৌওং অম কন্ন চখ্রকখি।

অসিগুম্ব য়াম্ন চরক চহিং নাইরব শুফম-চৎফম খঙদন লৈরিঙৈ মতমসিদ অহাং-অহাংব মতমদ হায়ব তাই, লৈকাই অসিদ লৈরিব টেম্পল কমপ্লেক্স শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দজিগী ওইন লৈরিব সেবায়েট কমিটি অম অনৌব মওংদ মতমগ চুনন রেজিষ্টার তৌবনচিংবগী থবক পায়খৎনব লৈকাই অসিগী মীওইশিংন ঐবু ওনোরেরী সেক্রেটরী ওইন খন্বীদুন ধম্মগী ওইব চাওরব সংসস্থান অসিগী ভার পুম্নমক থোঞ্জিনবীদুন মতম খরদি ওম্থোক্ত তাইওন্নরব থৌদাংশিং পুদুন অয়াম্ব মতমসু লেল্লকখি। হায়রিব থবকশিং অসিসু তৌদব য়াদব অম ওইদুন ঐন লৈরিব লৈকাই/কম্যুনিটি অসিগী য়াম্নমক তঙাইফদব অম ওইবন ৱারবসু ৱান চহি ৫/৬তি লেপ্তুন কমিটি অসিগী ওফিস পুদুন খাঙখি। লোয়ন লোয়নন ঐন হান্নদগী হৌন শূ-নোমদুন চলাইরকলিব অয়াম্ব থবকশিংন নোংম নোংমগী ইহৌ অমগী মখাদ শিথব হেঞ্জিল্লকখি। ঐগী হান্নগী থবকশিংগী মনুংদ মোনোপোলি পায়জরক্লব হায়বদি ঐহাক নৎত্রবদি মণিপুরগী অতৈ মফমদ শেমফম-শাফম লৈত্রব থবক মচা মশু খরগ শূদুন য়াম্ন ৱান মতম লেল্লকখি।

শোক ১৯৯০গী মতুংদগী করিগুম্বা অনৌব থবক অম পায়খৎপ/হান্না থবক্তা শেমগৎ শাগৎপনচিংব তৌব তারগসু লল্লোনশেল/কেপিটেল য়াম্না কা হেন্না চঙবগী ফিভম লাক্লবদ শেল-থুম থাদদুন থবক চাওখৎনব হোৎনগে খল্লকপদ লল্লোনশেল ফংদদুন অৱাবগী শকলোন অনৌব কয়া লাকখি। মরী লৈনব মহাজনসিং/ফাইনান্সিয়েল ইন্সটিট্যুটসনশিংদ হায়জ চচ্চরুবদসু অচারম হান্না পীদ্রবদিকরিগুম্বা অমত্তা খন্নসি হায়ব য়াদবগী যুগ ওইরকখি। কন্না হায়দ হায়জিল্লুরগন নহাক্কী মতম লোইগ্রে, অদুক অহল ওইরগ করিগী শেল-থুমদ মিহৌদুন থবক পায়খৎলিবনো, অহল ওইরব কান্দ নঙোন্দ লল্লোনশেল থাদব চিংনৈ, শেল মাঙগদব মাল্লি; অসিনচিংব কয়া হায়জিন্দুন কনানসু ওর্নর তৌবীদ্রব মতমনি। মরম খিবিক অসি লৈবন মতেং খরগীদমক হায়জ চচ্চরুগদবদ খৌতক চানদুন অরেম্বদ মতম অমদি পাঙ্গল কয়া মাঙদুনত তোকই। ভারতকী অচৌ অচৌব সহরসিংদগী লন্নাই মীওই কয়ান লোন পান্নবদি লোন পীগনি হায়দুন প্রোজেক্ট রিপোর্ট কয়া য়াওন দরখাষ্ট কৌদুন ডিপোজিৎনচিংব থমহল্লগ শেল-হাৎপ, লোনদি পীদন চিকমাঙ মাঙখিবগী কারবার অম কন্না চখরকপ মতমনি। মতম অসিদ ঐহাকসু নেসনেল পেপর কয়াদগী থেংনরুদুন খুদোংথীব কয়াসু নংখিদব নত্তে। ইকুই কুইদন, অসিগুম্বা তুং কোইব য়াদব, ঝুৎ তৌব কারবারসিং অসি মরু ফুকতত্তুন লংথোকখিবগুম অমুক হন্না মখা তান থেংনখিদ্রে।

নাকল অমদন শেলথুমগী মতাংদ মতীক চান তাম্ব ঙমদব মতাং থোক্লবসু অদুগ কনা কনাগুম্বন নমথাক তৌদুন শেল মাঙহন্ব, বিস্বাস লৈনদব থবক কয়া তৌরক্তুন মাঙননব কয়া শীল্লক্লবসু অতোপ্প লম কয়াদদি মিংচৎকী উরোং খিম্ব থৌদোক কয়াসু থোকখিদব নত্তে। ইং ১৯৮৯দ নই দিল্লীদ ফোঙলকপ এসিয়া মহাদেশ পুন্না কোভর তৌরব "রিফরেন্স এসিয়া"গী নিপা নুপী কনাকনানো হায়বা লাইরিক্ত ঐহাক্কী ডাটা পুম্নমক উত্তুন ফোঙলকখি। মথংদ,চহি ৩লোমগী মতুংদ "বাইওগ্রাফি ইন্টরনেসনেল" কৌব মালেমগী ওইন খনগৎলব মীওই কয়াগী শক্তাক ৱারীশিং ইদুন ফোঙলকপদ ঐহাক্কী এচিভমেন্টশিং ময়েক্ শেংন উত্তুন য়াওরকখি। মাসিগী মমাঙ ওইরপ্প গোভর্নমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়াগী "ডি. আই. সি. নিউজলেটর কৌব রিপোর্ট অম নই দিল্লীদগী ফোঙলকপদ ঐগী অঙম্ব পুন্সিগী থৌনাদ য়ুম্ফম ওইরগ মায় পাকলকপগী পাওজেল অম য়াম্না ময়েক শেংন ফোঙলকখি। নিউজলেটর অসিমক্তদ ঐগী খোঙচৎশিংবু "এ জরনি ফ্রোম এনোনিমিটি টু রিকোগ্নিসন" হায়ন মিংথোল অসি পীরক্তুন ইকাই খুম্নব উৎপীরকখি।

খৃ: ১৯৯৫দ ইখঙ খঙহৌদন ইউনাইটেড ষ্টেট ওফ আমেরিকাগী নোর্থ কেরোলিনা, রেলি হায়বা মফম অদুদ বেজ তৌবা আমেরিকান বাইওগ্রাফিকেল ইন্সটিট্যুট কৌব ওরগেনাইজেসন অমন ঐঙোন্দ চিঠি কয়া মথং মথং ওইন ইরকখি। ভারতবর্ষগী খ্বাইদগী চিদাই অমদ লৈব চাওখৎপগী থাক্ত থমথেংন নেম্ন লৈরিব মণিপুর কৌব ষ্টেট অসিদ মশাগী ওইজব কয়া সেক্রিফাইস তৌগ্রব অপিকপ উদ্যোগকী

সংস্থান মচা অম লিংখত্তুন ভারতবর্ষগী অমদি মালেমগী থাক্ত পুখৎলকপ ঙমখিব মীশক অমনি হায়ন শক খঙবীদুন ১৯৯৬কী ওইন "মেন ওফ ডি ইয়ার ১৯৯৬" হায়বা উপাধি অসি পীদুন ইকাই খুম্নবীরকখি। লোয়নন মাখোয়ন ফোঙখিব মালেম শীন্ন থুংন কোভর তৌরবা বাইওগ্রাফিকেল বুক্ত ফোঙবীখি।

মতম কুইন মরৈত য়েত্তুন লাক্লব আসামফাইনান্সিয়েল কোর্পোরেসন্ন নোংমন অম হায়, নোংমন অম হায় তৌদুন মতম কয়া হৌখিব খঙখিদে। নোংমন চে চাং অসিম ৱাংলি, লাকউ হায়দুন হেক কৌরকই;


One of
the major and leading
authorities on the biographies
of distinguished individuals worldwide,
the American Biographical Institute, USA,
does hereby proclaim that. . .

Nokul Singh Rajkumar
of Imphal
has been selected

**Man of the Year**

1996

based on his outstanding accomplishments to date
and the noble example he has set for his peers
and entire community.

Sanctioned by
The American Biographical Institute
and its Board of International Research

Chief Executive Officer

Executive Vice President

Member, Governing Board of Editors

নোংমন অমমুক ৱাংলে হায়দুন পাও হেক পীরকই। খঙন-চান্নব মীওইশিংন "নহাক্কীসি কুইন য়েৎমনগ্রে, ওফিসিয়েলশিং অদুন করিগুম্ব খর পামদুন তৌরিবনি, মরী লৈনবশিংদ ঙা চরা অমমম লৈদুন য়ানব/থুন লোইশিন্নব হায়জব অম দরকার লৈরে; হিরম অসোমদ থুনমক থবক ওইন পায়খৎলু" হায়ন ওইথোকপ য়ানব পাওতাক কয়া পীরকপদগী ঐহাকসু মাসিন চুমগদব মাল্লে হায়দুন খুদোলপোৎ কয়া পুদুন গুৱাহাটিদ অমুক চৎখি। মাখোয়গী মরী লৈনব ডিলিং এসিস্টেন্ট অমগী খুত্থাংদ (লমজিংহল্লগ) খ্বাইদগী মকোক ওইরিব মতম অদুগী মেনেজিং ডিরেক্টরগী ময়ুমদ চৎলগ পন্দুন লৈরিব থবক অসি থুন লোইশিনবীনব হায়জরুখি। মরুপ মপাংশিংন হায়রকখিব "ক্কা মতপ অমন চীন পৈ" হায়ব প্রমান অদু য়াম্নমক চুম্ব অম ওইন মথৎগী নুমিত্তদি এম. দি.ন ওফিস কারকলগ হৌজিকফাওব প্রোসেসিং লোইশিন্দ্রিব করিগীনো হয়দুন লাওবগ খোংবগ তৌরদুন ফাইলসিং অদু খুদক্ত প্রোসেস তৌনব খোমগৎখি। লোয়নন, এম. দি.ন ঐবু মাগী কাদ কৌশিল্লগ "নহাক নয়ুমদ হল্লো, নহাক্কী এপ্লিকেসন অদুগী সেঙ্কসন লেটর নুমৎ ২নিগী মনুংদ নহাক্কী নয়ুমদ স্পিড-পোষ্টত থারক্লগে হায়দুন য়াম্ন হরাও হরাও ঐবু থাদোরকখি। ঐহাকসু নুঙাইব ৱাখল অমগ লোয়নন "শেলগী ময়াই হায়বসি কনখ্রেদ" হায়ন শোন্দুন য়ুমদ হল্লকখি।

নুমিৎ খর লৈরগ এ. এফ. সি. গুৱাহাটিন থারকপ মাখোয়গী সেঙ্কসন লেটর নং AFC/HO/LP-2350/2000-2001/2061 dated 31-7-2000, লুপা ১৮,০০,০০০/- থাবগী মনুংদ লুপা ১৫,০০,০০০/- কাইরক্লব চিঠি অসি ফংলব মতুং থা খর লৈরগ তৌফম থোকপ ফোরমেলিটিজ পুম্নমক লোইশিন্বীনব অদুগ সেঙ্কসন তৌরব শেলফমশিং পীবীনব হায়জবদ অমুক্কসু হন্ন মরৈ য়েৎপ হৌরকলে। হন্দক্কী মতাং অসিদন লিগেল ডোক্যুমেন্টেসন তৌগদব ময়াম অম লৈবন হাথু-হাথু হেক্ত লোইশিনব য়ারোই হায়দুন অমুক পন্থনব থৌরাং কয়া শীল্লকলে। এগ্রিমেন্ট ইনব হোৎনবদ থা কয়া অমচঙহনখি। নোংমন অম তৌ, নোংমন অম তৌ, মাখোয়গী ষ্টাফ মনুংদ এসিস্টেন্টশিংগ মরী লৈনব ডিপুটিগ ইন্ন-ইন্নদুন লৈরকপন চহি অমা হেঞ্জিল্লকখি। ঐগী লাইবক থীবন অসুম থোকউ হায়ন তমলকখিবন মথৎগী চহিদুমক্তদ মেনেজিং ডাইরেক্টর অদু মাগী মতম লোইদুন রিটায়র তৌগদবগী মতম ঙাইদুন লৈব মতাং থোকখি। মহাক্কদি নোংম ঐঙোন্দ হায়রকখি, "নখোয়গী চে-চাং ইননব শেম শারিবশিংদু অথুব মতমদ লোইশিলহল্লু। ঐদি চৎলিব থা অসিগী অরোইবদ রিটায়ার তৌরগনি। মরক অসিদ সেঙ্কসন এমাউন্ট অদু ড্রো তৌহৌনব হোৎনসি।" অদুবু মখাদ লৈরিব ওফিসিয়েলশিং অদুন মাখোয়দি করিগুম্ব মখলগী অচারম ফংহৌদ্রে হায়বগী মওংদ এম. ডি.ন (মীচঙ চঙবগী পোমিৎ উরকপদ) তোকপ্লগনি হায়বগী পাও লাকপদ খুদোংচাব লৌনবগীদমক ফাইল পুম্নমক নমশিন্দুন থম্লখ্রে। অমরোমদন, কোর্পোরেসন অসিগী চহিগী ওইন পীথরকপ কেপিটেল অসি অসুপকী মতীক থীন পীকথন ভারত সরকারন কাইরকপন (থবক ফত্তবন মরম ওইদুন) সেঙ্কসন তৌরব লোনগী শেলফমশিংফাওব পীনিঙাই লৈতবগী চাওরব সমস্যা অম মায়োক্লব মতাং অমসু থোকখি। তশেংনমক, কোর্পোরেসন অসি মতাং অসিৱায়দদি পুরা ওইন বেঙ্করপ্ত



*by courier post.*

TELEPHONE
Office : 823448
521889



# ASSAM FINANCIAL CORPORATION

(INCORPORATED UNDER THE STATE FINANCIAL CORPORATION ACT. 1951)
H.O : Vittiya Bhavan, Md. Shah Road, Paltanbazar
Guwahati-781008

Ref. No. LP/AFC/HQ/LP-2350/2000-2001/*2061* Dated 31-07-2000

M/S.The Little Industries,
Vijay Govinda Street,
Sagolband,Imphal,
Manipur.

Dear Sir (s),

Application for a term-loan of Rs. 18.00 lacs

With reference to your loan application dated 16.09.99 we have to advise that the Corporation has been pleased to sanction you a term-loan of Rs.15.00 lacs (Rupees fifteen lacs ) only on the following terms and conditions :—

1. Security :
   a) The loan shall be secured by creating first charge over the factory land, building and plant and machinery, electric and other installation both present and future.
   b) Mortgage of collateral security of land and building as agreed to.
   c) Assignment of lease hold interest in favour of the Corporation over the factory land.

2. Repayment :
   The loan shall be repaid within a period of 7(seven)......... years by 28(twenty eight) ~~half-yearly~~ / quarterly instalments as per following schedule :—

| | | | (Rs. in lacs) |
|---|---|---|---|
| January,April,July,October, | 2002 | : | 1.50 |
| - do - | 2003 | : | 1.50 |
| - do - | 2004 | : | 2.00 |
| - do - | 2005 | : | 2.50 |
| - do - | 2006 | : | 2.50 |
| - do - | 2007 | : | 2.50 |
| - do - | 2008 | : | 2.50 |
| | | | 15.00 |

(Bankrupt) ওইব মতাং ওইখি। হিরম খিবিক অসিমক্ত মাখোয়ন লোনীশিংগী পীফম থোকপ শেলফমশিং পীথোকপ ঙমদবগী সমস্যা কয়া মায়োক্লখিবন শেল পীথোকপ ঙমদদুন অতৈ অতোপ্প হীরমশিংদ পুথোক্তুন মরৈ য়েৎপ হৌরকখিবনি।

মতম্নদি ঙাইবীয়ু হায়ব য়াদবনিন এম. ডি.সু মাগী মতম লোইরদুন থবক্তগী পোখাপ্রে। লৈহৌরিবশিংদ ফন য়াম্ন হায়জে, অদুবু মনান তাদবমখৈ থবক পুম্নমক পেণ্ডিংদ থমপ্রে। কন্ন হায়রুবদন, অনৌব এম. ডি. অম লাক্লগ পীরগে/লোইশিল্লগে হায়ন অমুক খুন্নকলে। এম. ডি. অনৌব লাকপদ চঙদুন অমুক হায়জরুব কান্দন, "নহাক্কী লোনগী সেঙ্কসন এমাউন্ট অসি পীব ঙম্লরোই, মরমদি মতম য়াম্না শাংন পীদুন লৈরব ফাওবদ করিগীদমক প্রোসেস তৌব লোইরমদ্রিবনো ? নহাক্কী ভেলিডিটি পেরিয়োট লাপ্স ওইখ্রে" হায়ন য়াম্ন চাওথোক্ল পাউখুম পীবকখি। নহালমখৈ মাখোয়গী ষ্টাফশিং অমদি ডি. জি. এম.ন ওৎ-ওত্তুন থমলকখিব, মাখোয়দ শেল পীজদে হায়বগী মলোমদ থবক পুম্নমক ফেল ওইহনখিবনচিংব পুম্নমক অদুবুদি করি লৈবগে হায়ন থিগৎপসু তৌখিদে। অবোইব ওইন ঐগী সেঙ্কসন তৌবব লোন একাউন্ট অদু ক্লোজ তৌবে, ডিপোজিৎ অমদি মবী লৈনব চে-চাংশিং লৌথোক্লরো হায়দুন অইব চেরোল পীরক্তুন খঙহল্লকখি। হৌজিক্তি কনাদ করি হায়ন ৱাকৎলুনি ? মাখোয় ষ্টাফ পুম্নমক্ল অমত্ত ওইখ্রবদ ঐগী হায়জফম অমত্ত লৈখিদ্রে।

উপাই অমা লৈত্রদুন, তঙাইফদন ঐহাক্ল কমপ্লেন্ট লেটর অম "ডেভেলপমেন্ট কম্মিস্নার, এস. এস. আই. মিনিষ্ট্রী ওফ ইণ্ডষ্ট্রিজ, গোভর্নমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়া, নিউ দিল্লীদ থাখি। থাখিব চেরোল অদুগী বিষয়দি "শিথবক্লব অপিকপ উদ্যোগ ইউনিট অম মোডর্নাইজ তৌনব থাখিব লোনগী কাইথোক্লব শেলফম লুপা লাখ ১৫ পীথোক্লো হায়রুবদ ডিলেথিং টেক্তিস কয়া শান্নবব মতুংদ মতম লাপ্স ওইরে হায়দুন শেলফম অদু পীব ঙমদন ককথৎলগ ক্লোজ তৌশিনখিবগী মবমদনি।

খর লৈবগ ভারত সরকারগী ডেভেলপমেন্ট কম্মিস্নার (এস. এস. আই.) নিউ দিল্লীগী চেরোল অম (পাওখুম ওইন) ইম্ফালগী তাকয়েলপাত্ত লৈব স্মল ইণ্ডষ্ট্রিজ সার্ভিস ইন্সটিট্যুটকী ডিপুটি ডাইরেক্টরদ হিবমশিং অসিগী মরমদ থিজিন্নবব অমদি লৌখৎপ য়াব এক্সন লৌখৎনব থারকখি। ইম্ফালগী এস. আই. এস. আই. ওফিসন থিগৎপ য়াব মবী মখোঙশিং অমদি ঐঙোন্দগীসু লৌব য়াব ইনফোর্মেসন কয়া লৌবব মতুংদ রিসার্ভ বেঙ্ক ওফ ইণ্ডিয়াগী ইনকাইরী রিপোর্টকী মতুংইন্ন লোনগী শেলফম পীথোক্ত্রিব অসি ঐন মতম চান প্রোসেসিং লোইশিলহৌদবদগী মতম হেন্দোকখিদুন ককথৎখিবনি হায়দুন মরাল শীরকখি। প্রোসেসিং ডিলে তৌদুন নংদনব শিনখিবদি আসাম ফাইনান্সকী ডি. জি. এম.ন তৌগে হায়ব অম য়াওন তৌখিবনি হায়বসিমদি রিজার্ভ বেঙ্কনসু পুথোকপিরকপ ঙমখিদে। য়াম্ন শন্ন ৱাবোইশিন্দ কোর্পোরেশন অসিগী শেল থুমগী ফিভমদ হায়নিঙাই লৈতন লৈখা তারকপগী ফিভম লাকপনসু মরম অম ওইদুন শেল পীনিঙাই লৈতদন তৌখিবনি হায়নস পল্লকখি। ওইথোকপ য়াব মওং অম থিদুন শিন্নীরকপগী মহুত্ত

[illegible]
[illegible]
[illegible]
लघु उद्योग सेवा संस्थान
[illegible]
[illegible]
[illegible]
[illegible]




Gram : SMALLIND
Phone : 220584, 223096
E-mail : sisi@man.nic.in
**Small Industries Service Institute**
Ministry of Small Scale Industries
Government of India
Takyelpat Industrial Estate
Imphal - 795001, Manipur

No. R/14006/2002/ 667,

Dated 17/9/2002

To
The General Manager,
Rural Planning & Credit Department,
Reserve Bank of India,
Post Bag No. 120, Station Road,
Guwahati-781001

Subject:- Modernisation of M/ s Little Industries, Imphal.

Sir,

Please find enclosed documents pertaining to non-disbursement of sanctioned loan to M/s Little Industries for Modernisation of their printing unit at Imphal by the Assam Financial Corporation.

Since the entrepreneur has undergone considerable hardship his case may be viewed sympathetically by Assam Financial Corporation or any other suitable lending agency.

Yours faithfully,

( Mamta Shankar )
Dy. Director i/c

Copy to:-

1. Development Commissioner(SSI),
   Nirman Bhavan, 7th Floor, New Delhi-110011.
2. General Manager,
   United Bank of India, Lead Bank Division,
   Head Office,
   16 Hemanta Basu Sarani,
   Kolkata-700001.
3. Managing Director,
   Assam Financial Corporation,
   H.O. Vittiya Bhavan,
   Md.Shah Road, Paltan Bazar, Guwahati-781008.
4. Shri Raj Kumar Nolish Singh,
   M/s Little Industries,
   Vijay Govinda Street, Sagolband, Imphal.

Mamta Shankar

( Mamta Shankar )
Dy. Director i/c

# भारतीय रिज़र्व बैंक
# RESERVE BANK OF INDIA

[illegible]
RURAL PLANNING AND CREDIT DEPARTMENT
POST BAG NO. 120
STATION ROAD
GUWAHATI - 781 001.

..............................199

Ref. No. RPCD. GUWA. 2346/02.09.11/2002-03 24th May, 2003...... 19 ([illegible] /Saka)

Shri Rajkumar Nokal Singh,
Proprietor
The Little Industries
Vijay Govind Street
Sagalband
Imphal – 795 001

Dear Sir,

<u>Non-disbursement of Loan – AFC, Guwahati</u>

Please refer to your letter No.LI/20/5/20043 dated 14.05.2003 on the captioned subject. In this connection we had already sent our reply vide our letter No.RPCD(GUWA).2125/02.09.11/2002-03 dated 09.04.2003 (copy enclosed) advising you that AFC had expressed their inability to accede to your request due to the expiry of maximum validity period of the loan granted to you as also the deteriorating financial position.

2. The matter is treated as closed.

Yours faithfully,

( B.C.Choudhury )
p. General Manager

Encl : 1 (One)

Telegram : "Reservist" Telephone : 540609 Fax : 0361-540033 Telex : 0235-2258

"[illegible]"

বাকং-চে অসিগী মরম পুন্নমক থুপচিল্লে হায়ন লোইশিনখি। মতৌ অসুম্ন সরকারগী ওফিসিয়েলশিংনা করপসন্ন মাগু থাদুন অপিকপ উদ্যোগ চলাইজব মীশিংবু তমথীন ওৎপ-নৈব অমদি মতেং পীবীদ্রগ করম্ন পোলিসি/খুজিল থৌরাং পাগুথোক্তুন জাতী অসিবু চাওখৎপগী লম্বীদ লমজীংলক্কদৌরিবনো ?

**India International Friendship Society**

Registered Societies Registration Act XXI of 1960 No. S/28/47 of 1995

16, BABAR ROAD,
NEW DELHI-110001 (INDIA)
PHONE : 91-11-[illegible]
91-11-[illegible]
FAX : 91-11-23357184
E-mail : [illegible]

November 24 2003

Respected Shri Rajkumar Nokul Singh

Sub: Presentation Of "INTERNATIONAL GOLDSTAR AWARD"

The India International Friendship Society (IIFS), Which is a well-known social and voluntry forum working for the welfare of people of India and forging a bond of friendship among all countries is holding its next Conference on "Indo Nepal & Bhutan Friendship" at Kathmandu (Nepal) in the month of January. Final date will be intimated to you. Senior Indo-Nepal Ministers, MPs, Industrialists, social workers and intellectuals are being invited to address the symposium.

At the time of the Conference the Society shall also honour some eminent "people from India & Nepal" by presenting most prestigious "INTERNATIONALGOLDSTAR AWARD" These awards are given to those distinguished presonalities of the two countries who have worked for the Indo-Nepal co-operation in all fields.

The past recipients of the award include; Late Rev. Mother Teresa, H.H.Dalai Lama ,Former Governer Dr. Bhisham Narain Singh, Justice Fatima Biwi, Election Commissioner G.V.G.Krishna Murthy; Heart Specialist Dr. B. K. Goyal; Dr. S.K. Sama Chairman Ganga Ram Hospital, Dr.Minu Shroof Eye Specialist, Film Stars Sunil Dutt, Dev Anand, Pran, Shammi Kapoor, Rajender Kumar and Rajesh Khanna; Former CBI Director Joginder Singh Cricketer Sunil Gavaskar and, from Nepal P.B. Amaitya, Hulaschand Golcha, Suraj Vaidya, Dr. D.S.Bam.

We are pleased to inform you that your name is selected for this Award. As we are aware of your well deserved success, you are requested to send us your detailed Bio-data and copy of your latest photograph by E-mail/Fax or courier at the earliest.

With best regards

Yours Sincerely,

Gurmeet Singh
(General Secretary)

Shri Rajkumar Nokul Singh
The Little Industries
Vijay Govind Street, Sagolband
IMPHAL-7950001

মীওইবগী পুন্সিদ অৱাব শরুক কয়াদি মথং মথং হৌনদুন লাকপ ঙাক্তনি। ঐগী পুন্সিগী থৌদাং কয়া মায়পাক্ল পাঙথোকনব হোৎনরিঙৈ চৈরক অসিদ অৱাব চৈথেং তোয়ন তোয়ন থেংনখিদব নত্তে। ঐহাক্কী শিনফমগী অরোইব পন্থ্রে য়ৌরকপগী চৈরক অসিদ নুংশিজরবী, ৱাজরক্লবী পলেম ইমাগী কায়নবগী অরোইব পুংজান লাকপদ সিদগী হেন্ন অৱাব কদায়দগী লৌরুনি। খৃ: ১৯১৩গী জুন থাগী তাং ২২দ পোকখিবী পলেম ইমা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অনিগী অৱাব কয়া মায়োক্লশ্রবী থৌনা ফবী, অখাঙ কন্বী মহাক্ল খৃ: ২০০৩গী এপ্রিল থাগী তাং ২২দা ঐখোয় খ্বায় পুম্নমকপু বিদায় পীরক্লগা সংসার অসি থাদোক্তুন চৎখ্রে। পলেম ইমাগী মথৌ মঙম পাঙথোক্লব হোৎনরিঙৈদ লোইদাম থাবুম কয়া হৌখ্রে। অৱাবগী মৈশান মায়কৈ কয়াদগী লাংলকপদ খাঙব ঙমদদুন/শূফম চৎফম খঙদদুন লৈরকপন ঐহাক্কী হান্নদগী পামজব

শিনফম অমসু অহাঙব মতমগী ওইন চখরকখিব ৱারেং শৈরেংনচিংব ইবগী থবক্ত অমুকসু পুক্লিং, চঙশিন্দুন তাইবঙ মপোক অসিগী অৱা-অন কয়া শীঙথাদুন শৈরেং কয়াসু ইথরকখি। অসুম্ন ৱাখলগী নুঙাইব লম্বেল অম শেমদুন অৱা পোখানদুন মতম কয়া লেনখি।

তাঙ্গা অসিদ ঐহাক্কী হান্নগী ওইন ফংজখিব মিংচৎ কয়াদ যুম্ফম ওইন শন্দোকখিব পাওনিলখোলশিংন ঐখোয়গী সমাজ অসিগী মনুংদ সংস্থান কয়ান লেপ্প লৈতন ইকাইখুম্নবীরকপ কয়াসু অদুম লাক্তব নত্তে। শোক ২০০৩গী অরোইব শরুক্ত নই দিল্লীদ লৈব ইন্টরনেসনেল সোসাইটি অমন ঐগী হৌখিব মতমগী মায়পাকখিব রেকোর্ডশিংগী মতুংইন্ন ঐহাকপু য়াম্ন চীঙ-লেন্নব কাটমাণ্ডুদ পাঙথোক্কদব ইন্দো, নেপাল অমসুং ভুটানগী মরুপ-মপাং ওইবগী কনফরেন্স অমদ “ইন্টরনেসনেল গোল্ড ষ্টার এৱার্ড” পীননবগীদমক খল্লে হায়ন চিঠি অম লাকখি। অৱাবদি, চিঠি অসিমক মাখোয়ন থারকউ হায়খিব ঐগী বাইও-ডাটা অমসুং পাস-পোর্ট ফোটোদি খুদক্ত কোরিয়রদ থাখি। অদুবু মতম ফংখিদবন, য়াম্নমক খুয়ৌনখিবন কাটমাণ্ডুদ চৎলুনবগী ওইথোকপ লৈখিদে। অদুগীসু মথক্তা অপোকপী ইমা কায়নখিবদ ঙায়রিঙে মতম ওইবন হৈনিংব (ইন্টরেষ্ট) পুম্নমক মাঙখিবন মনা অসি লৌব চৎখিদ্রে।

খুদোংচাদব মরম কয়ামুক মায়োক্লখিবন হায়রিব য়াম্নমক ইকাইখুম্নরব ইন্টরনেসনেল এৱার্ড অসি চীঙ-লেন্নব থৌদোক অসিদদি ইশান চত্তুন ওনর তৌরুব ঙমখিদ্রে। মতম চাব অমদ অমুক মনা অসি খুৎশিন্নরকনি হায়ন থাজব থমলি।

শোক ২০০৬কী তখ্খায় চল্লকপগী অদুবাইদগী হৌন ভারত সরকারন লাওথোরকপ অপিকপ উদ্যোগকারিশিংগীদমক মতেং পীনব য়াম্ন ফজপ্রব স্কীম অমগী মখাদ পীগদব মতেংশিংগীদমক ঐহাক্ল বেবসাইডতগী দরকার লৈবা তার্ম এণ্ড কণ্ডিসনননচিংব পুম্নমক হান্ন লৌখি। ক্রেডিট গরেন্টি ট্রষ্ট ফণ্ড ফোর মাইক্রো, স্মল এণ্ড মেডিয়ম হায়ন খঙনরব স্কীম অসিগী মখাদ কনাগুম্ব এর্ণিট্রপ্রিন্যুর অমন হান্নদগী চৎনরকপ শেম্ফং লৌনব হোৎনবদ বেঙ্কশিংন তানব দরকার লৈব গরেন্টরনচিংব দরকার লৈররোইদব, লোনগী শেলফমগীদমক মতিক চাব সম্পতি বন্ধোপ থম্বনচিংব পুম্নমক কোক্লব ভারত সরকারন দায়িত্ব পুম্নমক পুরগদব স্কীম অসিদ শুপ্পগী নেসনেলাইজ তৌরব বেঙ্ক অমন দরকার লৈব স্কীম অমগী শেলফমশিং মাঙজৌনন সেঙ্কসন তৌরগ ভারত সরকারগী সি. জি. টি. এফ. এম. এস. এম. ই.গী হেড ওফিসতগী ফাইনেল সেঙ্কসন/এপ্রুভেল লৌরগ শেম্ফং অদুম ফংলগদব স্কীমনি। এস আই. এস. আই. ইম্ফালগী ডিপুটি ডাইরেক্টরগী সজেসন মতুংইন্ন মাখোয়গী ফণ্ডশিং লৈব ইউনাইটেড বেঙ্ক ওফ ইণ্ডিয়াদ ফোরমেল ওইন এপ্লিকেসন অম পীশিনখি। ফোরমেল প্রোসেসিং তখ্খায় চল্লক্লব কান্দ ইম্ফাল ব্রাঞ্চকী চিফ মেনেজরন হেড ওফিসত ট্রান্সফার চৎখিবদগী মহুৎ থারকলিব অনৌব চিফ মেনেজরন স্কীম অসি মমুৎ তান খঙদবদগী

মরৈ য়েত্তুন নিঙাই শাংদানরকপদগী হান্নন হেড ওফিস কলকাটান অয়াব পীরব ফাওবদ করিগুম্ব মখলগী মতেং পীব ঙমলোই হায়ন ঐগী দরখাষ্ট অদু ককথৎখি। ঐসু শাওনিংবদগী অতৈ লৈরিব নেসনেলাইজ তৌরব বেঙ্ককী ব্রাঞ্চ মেনেজরশিংদ হায়জরুবদ অমত্ত হরাও হরাও রেসপোণ্ড তৌরকখিদে। ভারত সরকারগী অনৌব স্কীমনি হায়রবফাওবদ কনামত্তন রেসপোন্দ তৌনিংবগী ৱাফম অমত্ত খন্ননব খুদোংচাব অমত্ত পীরকখিদে। ইম্ফালদ লৈব সিডবী বেঙ্ক ফাওব (মাখোয়ন স্পোন্সর তৌরিব স্কীমনি) কাতু-কারনগী ৱা ঙাক্ত ঙাংদুন লৈথোক্লবা হোৎনরকখি। কাইনথংদ মুম্বাইদ লৈব আই. ডি. বি. আই. হেড ওফিস অমসুং খাদি অমসুং ভিলেজ ইণ্ডষ্ট্রিজ কমিশনগী হেড ওফিসনসু চপমান্নন স্কীম অসিগী মখাদ মতেং পীনব কৌরকপদগী মাখোয়দসু দরখাষ্ট থাখি। আই. ডি. বি. আই. হেড ওফিসকী জেনেরেল মেনেজরনদি ঐগী দরখাষ্ট অদু মরী লৈনব গুৱাহাটিগী ব্রাঞ্চ ওফিসত প্রোসেস তৌনব থাখ্রবনি হায়দুন চিঠি অম পীরকখি। অৱাবদি, চিঠি মশীং খঙদবমখৈ ইরবসু ঙসি ফাওবদ পাউখুম অম ফাওব পীরক্ত্রি। হেড ওফিসতসু রিমাইন্দর কয়া থাদুন হন্ন হন্ন হায়জরব ফাওবদ মখা তান পাউখুম অমত্ত পীরকপ লৈত্রে। খাদি কম্মিসনসু অদু মঙাই। করিগুম্ব মখল অমত্তগী পাউখুম পীরক্তন তুমিন্ন লৈশিল্লি। মতাং অসিদ ঐন হংনিংলিবদি নূঙদ ইশিং চাইবগী থৌওংগুম্লব ভারত সরকারগী পোলিসি অসি করিনো ? তৌরোইদব, তারোইদব লৈরবদি করিগীদমক্ত জেনেরেল নোটিশ থোক্তুন অপঙব প্রজাশিংদ উৎ চাইরিবনো ? ভারত সরকারগী রিকোগ্নি সন ফাওব ফংখ্রবা ঐহাক্ল য়াম্ল চম্ল মতেং খরগীদমক হায়জব ফাওব তাবিদ্রবদ অতৈ নৌন হৌরকলিব, কাংলম খঙদ্রিব অপিকপ উদ্যোগ চলাইজব নহারোলশিংদদি করি ওইগনি ? অসিগুম্লব য়াম্ল পুকচেল পীকখ্রব পোলিসিশিংগী মখাদ শেলজা থুমজা পীদ্রবদি করিগুম্ব অমত্ত পাঙথোকপ য়াদ্রব ঐখোয়গী লৈবাক অসিন করম্ব নুমিৎ থাদ চাওখৎপ হায়বদু পুরকপ ঙমগদৌরিবনো ? ৱা অমতং হায়রুবদ অচারম পীদ্রবদি করিগুম্ব অমতগী খন্নবগী ৱাফম লৈতে। ইক্পু ইকাইজৈ, মতম অমদ চাওখত্তব লমদ (বেকৱার্ড এরিয়াদ) অপিকপ উদ্যোগ লিংখৎপদ মাদুবু হিংননব হোৎনবদ অমদি ওইজব কয়া থাদোকখিবদ ঐহাকপু বেকৱার্ড এরিয়াগী উদ্যোগকারী ওইবদ পাইওনীয়র অম ওইরবনি হায়দুন লাওথোকপীখিব কয়া ঙসিদি কম্পুটরগী রিভোলুসন লাকপদ হান্নদগী চৎথরকপ/চৎনরকপ থৌওং পুম্নমক অরেম্বদ তাদুন মায়থীরব লাম্মী অমগুম নীংব কায়ন লৈরকপদ মতেং খরগীদমক হারোই-হারোই নোঞ্জরুবদ নাদফাওব হাপ্পীরক্তব অসিদি অতোপ্প লৈবাকশিংগী ইমান্নবশিংগী মমাঙদ মায় থম্ফম লৈজদ্রবনি। কন্ন হায়জিল্লুরগন, শেল থাদবদ মাঙদুন তোক্কনি - অসিনচিংব করেম্নব ৱাহৈশিং তত্তন তাবসু ফংদব নত্তে। থবক অম লিংখত্তুন মরা চেৎন চত্থখ্রবদ লিংখৎলমলিব ঐন সংসার অসি থাদোক্তুন চৎখ্রবসু মাদু ইরমদম অসিগী ওইন তুং কোইন লৈহৌরগদবনি; কনাগুম্ব অঙম্বন মখা তান চলাইজহৌব মাঙনিঙাই করিগু লৈতে। হায়জ চচ্চরুব খুদিংদ সরকারগী মরী লৈনবশিংন নিংথি নুঙাইন তৌবীরক্তব অসিদ চিংনব কয়াসু পোক্তব নত্তে। ঐহাক অসি করিগুম্ব মরম অমদ নৎত্রগ অমদ “ব্লেক লিষ্টত” থম্বীখ্রব জাৎলা হায়ন চিংনবসু পোকলক্তব নত্তে।

হায়জরুব চচ্চরুব খুদিংদ খত্তোকপ/ককথৎপগী শাজৎ অসি থেংনরকপদ অসিগুম্ব নত্তব ব্রাখল অসি খল্লকপ মশান তাবনি। ষ্টেট অসিগী/দেশ অসিগী ওইন ইশাগী ওইজব কয়া থাদোক্তুন অনৌ-অনৌব থৌরম কয়াদ লুচিংব অম ওইন সরকারগী অমদি প্রজাশিংগী সেবাদ চহি ৪৫ হেন্ন সেবা তৌরক্লবদ চিংনব/য়ানিংদব বদনাম কয়া লৈরবসু মাদু শেংদোকপীনব তাঞ্জা অম পীবীদুন খন্ন নৈনফম থোকই।

হৌজিক ঐগী তুংগী ওইন লেমহৌরিব পুন্সি খর অসিদ শৃফম চাফম খঙদন কঙাওনদুন লৈবগী ফিভম লাকপসিদ হান্নদগী শূরক চৎলকপ খুৎশা লেঙবগী হৈনবীদ হিংলকপ মীশক অম ওইবন ঙসি ঙসিমক হেন্দিক্রাফসকী থবকশিং মরুওইন মুর্ত্তি শাব, ট্রোফি অমসুং মেমেন্টোশিং, গোল্ড মেডল শাব,






প্লেটত হকপ খোৎপ, উন-শাব ডিজাইন অমসুং ডেকোরেসনশিং শেন্ব অসিনচিংব কয়া অসি পায়দুন চখরি/ হিংলকলি। লোয়নন পামজব থৌদাং অমদ ব্রারেং-শৈরেং কয়া অয়াম্ব অশংব মতমদ হোবি অম ওইন ইদুন মতম কয়াসু লেল্লকলি। অসিগ লোয়ন লোয়নন ঐহাক ইশামক্কী জ্ঞান তারকপ অঙাং ওইরিঙৈ মতমদগী হৌরগ ইশামক্কী পুন্সি ব্রারী, ঐন শূরক চৎলকপ খুদিং চিখ্নদন ইশিন্দুন থনমগে হায়দুন ইব হৌরকখি। মাসিমকসু চাওরব থবক অম ওইবন হাথু হাথু য়াদবন নিংথিন নমথোক্লগ ফোঙদোক্লনব হোৎনবন ঐগী মরুওইব থৌদাং অমসু ওইরি। হৌজিক মখা তারকপদ করি ওইরক্কদগে হায়বদি মাঙজৌনন খঙলুব ঙমদবন ঐন সংসার অসি থাদোকত্রিফাওবদ করি ওইরক্কদগে/করি তৌরক্কদগে হায়বদু য়েংখিব তারি, অদুগ য়েংমিন্নখিসি। ঐহাক্ল হোৎনজখিব অব্রা-নুঙাই কয়াগী থৌদোকশিং অসিন খুদম ওইরগ তুংদ হৌরকলিব ইচা-ইনাওশিংদ লমজিং লমতাক ওইন মচেৎ অমতং কান্নব পীব ঙম্লবদি ঐগী পুন্সিগী পান্দম ফংলে অমসুং মহয় য়াল্লে হায়ন লৌজগনি।

GOVERNMENT OF MANIPUR

SECTT: TOURISM DEPTT

No. 28/1/2008-TSM
Imphal, the 17th of October, 2010

To,

1 Dr Kamkhenthang
2 Shri N Tombiraj
3. Shri Arambam Lokendro
4 Shri H Nandiram
5 Prof N Mohendro
6 Shri RK Nokul Sana.

Subject Manipur Sangai Festival 2010; Request for write-up for Souvenir – Regarding.

Dear Sir,

I am directed to inform you that the Government of Manipur spearheaded by the Tourism Deptt. has been organizing an annual festival called the Manipur Sangai Festival 2010, scheduled from 21st to 30th of November to showcase and bring forth the rich cultural heritage, sublime natural beauty and skillful tradesmanship of our local artisans and craftsman

It is planned to produce a speaking Souvenir during the Festival as a part of boosting tourism in Manipur You are cordially requested for a write-up on the following respective topics at an early date so that Manipur Tourism gets a shot in the arm, and the dignity, elegance and standard of the Manipur Sangai Festival 2010 receive the highest compliment:-

1 Tribal Culture & Tourism in Manipur – Dr Kamkhenthang
2 Indigenous Sagol Kangjei (Polo) & Tourism – Shri N Tombiraj
3 Culture of Manipur and Tourism – Shri Arambam Lokendro.
4 Bio-diversity & Tourism – Shri H Nandiram
5 Economics & Tourism – Prof N Mohendro
6 History of Tourism in Manipur – Shri RK Nokul Sana

Yours faithfully,
Shyamsunder
17/10/10
(Dr K Shyamsunder Singh)
Under Secretary to Govt of Manipur

# ABI

American Biographical Institute, Inc. | Publisher of Biographical Reference Works since 1967
Host of The 37th World Forum, San Francisco, California 2011 and St. Catherine's College, Oxford, England 2012

July 15, 2011

Mr. Nokul Singh Rajkumar
The Little Industries
Vijay Govinda Street Sagolband
Imphal 795001 Manipur INDIA

Dear Mr. Rajkumar,

One of the most respected compliments to a person's career is an honor bestowed that symbolizes the admiration for outstanding professional dedication and practice. You, Mr. Rajkumar, have been selected by the American Biographical Institute to be a recipient of its 2011 Award of Excellence in your field. Your demonstrated effectiveness and distinction in your profession are deserving of this honor

The Institute is one of the globe's leading international researchers that focuses on prominent men and women in many professional arenas. The 2011 Award of Excellence has been established to recognize those who have dedicated themselves to studies, research, discovery and efforts that have affected those around them, as well as society as a whole. Your accomplishments through steadfast efforts personify the true meaning of excellence.

A search through our vast archives of biographies housed at the Institute, as well as other resources, to find a worthy recipient of the 2011 Award of Excellence was indeed an overwhelming task. To choose a finite group representing intellectual and significant accomplishments took months of consideration. It is with great respect that we have chosen you for this distinct honor.

A talented artist has been commissioned to craft the 2011 Award of Excellence. It would be extremely rare to see its likeness, as fewer than 50 individuals will be honored from as many as one hundred countries each year.

It was my pleasure as president to have been a part of the selection process to choose honorees for the esteemed 2011 AWARD OF EXCELLENCE. It is those, like you, who have committed themselves to their ~~discipline that make a difference in the enlightenment of others and to the progress of humanity~~.

May you always be appreciated for your work. I ask kindly that you reply to your nomination by September 5, 2011. The enclosed leaflet describes the award in more detail and offers an acceptance form on the reverse.

Sincerely,

J. M. Evans

J. M. Evans
President

P.S.
Our new website is live! Please go to www.abiworldwide.com

ইং ২০১০গী ওক্টোবরগী তাং ১৭তা মণিপুর সরকারগী টুরিজম ডিপার্টমেন্টতগী অখন্নব চেরোল অমন মণিপুরদ চত্থরক্লিব মণিপুর সঙাই ফেষ্টিভেলগী শরুক অম ওইন মণিপুরদ টুরিজম ইণ্ডষ্ট্রিজগী হৌদোরকপ অমদি মাসিগী মখা চত্থরকপ ইতিহাসকী ওইরব ৱারোল কয়াবু সোভেনরদ ফোঙদোক্লুবগীদমক ৱারেং অম ইরক্লুব খঙহল্লকখি। মণিপুরদ ইণ্ডষ্ট্রি অসি অহানব ওইন চহি ২৩০ রোমগী মমাঙদ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদ মতোন ইবুঙো নোংপোক লৈরিখোম্বন লিংখৎলম্ব ঙসিন মালেম শীন্ব থুংন মমিং চৎলব মণিপুরী রাস লীলা (মহারাস) হৌদোকতুন শান্নখিব ময়েক শেংলব ৱারী অমদি ইণ্ডষ্ট্রি অসিন (সরকারগী ওইব) মরী লৈবন ঐহাক্ন চহি কয়া চুপ্ন, ভারতবর্ষদ 'টুরিজম ইয়ার ১৯৯১' পালন তৌখিবদগী হৌন পুক্লিং হকচাং য়াওন মতেং পাংনরকখিবনচিংব পুন্নমক ময়েক শেংন ইরব আর্তিকল অম সরকার অসিদ পীখৎখি। মাসিন সরকার অসিগী চাওখৎ খোঙথাংদ দরকার ওইব মচাক অম ওইন শিজিন্নরক্কনি হায়ন আশা তৌজে।

য়াম্ন ঙকনিঙাই ওইরব থৌদোক অমন, ইং ২০১১গী জুলাইগী তাং ১৫দা ইউনাইটেড ষ্টেটকী এ. বি. আই. নোর্থ কেরোলিনাদগী থোকলকপ নোটিফিকেশন অমগী মতুংইন্ন মালেম অসিগী দেশ ১০০ রোমদগী খনগৎলব মীওই ৫০ মুক্ত ইকাই খুম্নগদব "২০১১গী এক্সিলেন্স এৱার্ড"কী নোমিনেসনদ ঐহাক্কী মিং য়াওরকখি। অসিগুম্ন, হৌখ্রব পুন্সিগী রেকোর্ড কয়াদ ইন্টরনেসনেল বাইওগ্রাফরশিংগী মরক্ত তিনখ্রবন ঙসিসু মালেমগী থাক্ত ইকাইখুম্নব পীরকপ অসিমক ইয়ুম লমদম অসিদ হৌজিক হৌজিক চত্থরকলিব হিরম খুদিংমক্ত ইকাইব পীবগী খোঙথাংশিং অসিদ ঐন করম্ন মায়থোং মকা লাম্ন শরুক য়ারুদুন ইজাতিগীদমক ব্যাবাহর অম থমলুব ঙমগদৌরিবনো ? শেল নত্তন সংসার যাত্রা য়াদ্রব মতমসিদ মিংচৎকী উরোং খিন্বন কৈদৌনরুনি !!

হৌজিক্তি ঐগী ইখোঙ ইখুৎ অসি য়োঙ্লিং থাংজিনব তাই, ইমিৎ অসি উইশিন্ব তাই, ইচিল অসি খুমজিন্ব তাই। ফৈরেংনন পঙখন্দ খল্লিব ৱাখল অসি খন্দনব নিঙাইদন তুমখুন তানখিব তাই। মরুপ মপাংশিংগী মীনুংশি সমাজ অসিগী সন্মানশিংন কৈদৌখিগনি ঐঙোন্দ। পুন্নমক অরেম্বনি, অরেম্বশিংগী অরেম্ব।।

"ঐন কুমজা কয়াগী মিকপ থোক্লুব অহিংশিংদ মঙখিব নুঙাইরব মঙলানশিং অদু মথং মথং তাইবঙ মঙফাওনরক্লুবদ করিশু লৈরমদরে মম্লব কাঙ্খল মরুমদ।"

"অসিরা, অপিকপ খুৎনাইব অমগী নুঙাইগনি খনখিব পুন্সিদো !!"

**********



মহারাজ গম্ভীরসিংহ ১সুং নরসিংহ অনিগী লোম্নব মতম খৃষ্টাব্দ ১৮২৫-৩০গী অদুৱাইদ মণিপুরগী নিংথৌমচা জিতেন্দ্র ময়াংতাব, জেনেরেল অমসুং নিংথৌমচা ভুবনসিংহগ লোয়নন অৱা লান্মীশিংবু মায়থীবা পীদুন মতমদুগী সিলেট-ত শাসন তৌরম্ব অঙ্গ্রেজ সরকারগী ডি. সি. ওইব টাকা সাহেবপু অৱাগী মখুত্তগী কল্লকপদ শিজিন্নখিব মণিপুরগী থাঙ খৌবোম্ব অসিদ অথৌব অসিগী মতীক মগুনবু নিংশিংলদুন মশু শুথাং ওইরিব রাজকুমার নকুলন নোম্লুক্ল খুরুমজরি।

নিংশিং খুদম অসি "ৱারী শিংবুনগী পুক্কৈম্নুং" ম্যুজিয়মদ কাওঙমদন লৈখ্রগনি।

---

✪ আর্টস এণ্ড কলচর ডিপার্টমেন্ট, মণিপুর সরকারন নৌহৌনন খোঙ্গুল লীবীরক্তুন লিশাংশিৎন নিংশিংবীরকপ ১দি মতেং কয়ামুক পাংবীরকপগীদমক শিংঙমলরোইদব লমন তোনশিঙ্গরে।

---

## HEREDITARY

### পুরোলশিং

ভূবী চয়াইরোংব

(১৬৯৭-১৭০৯)

↓

১। (শাপম চনু নুংথিলচাইবী) ২। (নোংথোম্বম চনু শেনগাইরেম্বী) ৩। (থাংজম চনু থবাতবী)

↓

১। গরিবনিয়াজ/পামহৈব ২। .....

↓

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯ ১০

৮ ↓ (লাইরিকয়েংবম চনু হরিপ্রিয়া)

↓

আনন্দশাহি/নোংপোক লৈরিখোম্ব

↓

১। (ফুরুপশিং) .... ২। (সোরাম চনু যমুনা) ৩। .... ৪। .... ৫। .... ৬। ....

↓

১। ..... ২। লালসিং পাচহনব (১) ৩। .....

↓

১। (য়াংখেম চনু অহল) ৩। .... ৪। .... ৫। ....

↓

ভগিরথ কন্নান (২)

↓

১। (পুখ্রম্বম চনু অঙৌবী)

↓

হেমাঙ্গ সিং সদর (৩)

(হুরাইবম চনু সখি)

↓

●
●
●
●
●

২। (পুয়াম চনু অেরো)

↓

জিতেন্দ্র ময়াংঅব (৩)

↓

১। .... ২। ..... ৩। (সিনাম চনু প্রেমময়ী)

↓

ইরাবত/ইরাবন্ত (৪)

(খোকচোম চনু মুহী)

↓

১। ইবোতোম্বীসনা শোহিলাইদে ২। মুমজাওসনা দি অদে ৩। টেকেন্দ্রজিৎ/অঙোবী (৫)

↓

নকুলসিং (৬)

(সাপম চনু মোমোন)

↓

১। হেমন্ত (হুইতিংগ্রম চনু সোয়োখাইবম) — ১। তীর্থ ২। মোহনরূপ

২। কিশোর (থৌদাম চনু কেবী) — ১। তীর্থিক ২। অমরজিৎ

৩। জগদিশ (অরাম্বম চনু জোসিলা) — ১। তুম তুম

আমুট (মাইবম চনু ইবেমচা) — ১। ক্লিনটন

[illegible]

[illegible]

## য়েন্নিং হুন্দ্রব লৈকোন

"য়েন্নিং হুন্দ্রব লৈকোন" হায়ন শৈদমলিব কবিতাশিং অসি ঐহাক্কী য়াম্ন নৌরিঙৈগী পুন্সিগী মতাংদগী ইব হৌখিব, পুন্সি ৱারীগী শরুক অম ওইন লৌজে। মাসিদ ফজব থীবগী ৱাফম নত্তন নহা ওইরিঙৈগী ৱাখলগী থাক্ক চহি অসুম য়ামশিল্লকপগী থাক্ক চাংদম্নবগী মওং অমসু পাবীরিবশিংন উব ফংবীগনি। পামজরুবদগী খুৎথাখিব মথেল অমনি খন্বীদুন মীওইপোক্কী অৱা নুঙাই পুন্সিগী ৱাখলশিং অসি মিকুপ অমতং ওইরবসু পাবীদুন খন্থবীরবদি পায়খৎচখিব থৌদাং অসি মহয় য়াল্লে খঞ্জগনি।

***নকুল রাজ***

# য়েম্নিং হুন্দ্রব লৈকোন

## য়েন্নিং হুন্দ্রব লৈকোন

### ★ নিজবনি অসিদং (১৯৫৯) ★

ব্রাখল লানফম অরুব
তাইবঙ শেম্ব লাল্লোঙদ
লাঞ্জিং পুরেল কাখিব
অশৈব কয়াবু, ইমা-ও
নথৌজান পীখি হায়নৈদো।
খোর্জে চিন্দোন' চাক্তবী
শৈরাংব' পুক্লিং শৈরাংবী,
কুচু ঙৌবী থৌজাম্বী -
খুংখৎ তোয়বী খোন্নৌবী
নচা' কোলোই তাবদ
থৌজাল হৈবী ইমানি
থৌগায়বীরো থৌরমলাং।
'য়াম্ব থৌগায় তুংইনগে
পলেম য়াথং কোকথোনগে;
নীঙজরুব থমোই'ব্রা
শাজরুব ব্রাখল-শংলেন
পলেম থৌজাল ফংদন
খিক ব্রায়নন মাঙখিদ্রা ?
নথৌজান নত্তন ঙমহিকলোই
থৌগায়বীয়ু থৌজাম্বী,
নতেং নিজব নত্তন
ব্রাগী নাতৈ ফোঙ-ঙমলোই;
নুংশি মিংয়েং নত্তন
পলেম সেবা ফংঙমলোই।
পলেম থৌজাল নত্তন
লৈরাং খুজোক কংঙমলোই
পীনবীয়ু - নিজরী।।

*ৈন কোলেজ কারকপ হেক হৌরকপ মতম অদুব্রাইদগী পামজরুব শিনফম অম ওইন ইব হৌরকখিব শৈরেংশিং)*

•••••◆•••••

# ✷ ব্রারৌগনুকো নুংশিখিবশিং ✷

পাক্ল' লানগী লানফমথক
'শংব নারক মোংশোংদ
ইঙাং লৌখোং চেনগ্রব
ইমু নাইমু তাগ্রব,
থাঙগী ময়া 'থৌবন
শরী নামুং শোন্দুন
হোঙব শাগল হিকথন
ইমাগী লমন শিংনব
'থৌব তুমখুন তানগ্রব
তুম্ন তাব শদোংন
মালেম শারা শনগ্রব,
পুন্সি য়াহিপ নগ্রব
মাঙদ তাখিব ইপাথৌ
মৈতৈ লাল্লোই 'থোইবনি।
মফম ফব লৈকোয়বুঙ
মতম ফব পুঙজাদ
নুংশিখিব নুংশিবশিং
লাম্ফিনগ্রব লাল্লোইশিং
অমন ফিমন হুন্দোকলম
'নৌব হোংগে মতাগুম
লৈতেংফমদ হনগ্রব
মৈতৈ ইপা লাল্লোই-শা
নখোয় ঙম্ন হনগ্রব
'হাঙব মালেম লৈকোয়বুঙ
অবাবত হেল্লকলে
য়েক্ল ইহুলত ঙায়খরে।
নখোয়দিনে ইপাথৌ
নিল্ল' লানফম থক্কী

চিক্ল মোংফমথকসিদ
য়াওল য়াতা লৈতন
তুংগী মাঙগী খন্দন
খোমলেন তুমখুন তানখরে।
নপারী নমোমগী য়াখলন
নদু নিংথৌগী পোৎলুম্ন
অয়া'থক্ত অয়াব
কোঙ্গায়'মন নন্দুন
য়াহিপ্লথ্রব লাল্লোইশিং
নখোয় য়াইফগীদমক্ত
লাম্থিনব নৎখিদ্রে;
পঙবদগী পঙলব
শোনবদগী শোল্লব
মীনুখাঙসু ওইরব
চারোন শুরোন ঐখোয়গী
য়াইফ য়াইথোঙ হাংনব
পুক্নি লাঞ্জংনবন
নখোয়' থৌদাং ওইথ্রব
অঙম্বশিংবু ঙমথ্রব
মৈতৈ' থৌব নখোয়নি।
লোইদাম কয়া হৌখরে
কুমওন কয়া চৎখরে;
মতম কুইরে ইপাথৌ !
শেংবীদ্রব লানফমসে
শেম্বীদবন মোংফমসে
নিংশিংবত মঙায়রে,
নিংশিং মমিশু শামলকলে
খুদম মতম্ন পুখরে।
মতম কৌব তীলদুন
চাথৎথ্রব লৈমনশিং
মালেমথক্ত তাবদ
ঙম্ন লৈছা ওনখরে।

অকাও নাইব তোর্ব্বুঙগী
নুঙাইথোক হৈব তাইবঙন
নখোয়' লান-ফু খঙবীদ্রে,
নখোয়' থৌন শীঙথাদ্রে;
'থৌবগী ইচ্ছা উবীদ্রে
লাব খোঙকাপ তুংইনদ্রে।
মতম কুইনগী মমাঙদৈ
নুংশিখিব নুংশিবশিং
অমং থবৈ কুম
লাইবৈবাকপু পাংগ্রব !
পাঙদ' পানব নগুশিংন
অচৌব ফুঢ়া খিন্দুন
শৈশক শৈরোন তান্দুন
'থৌব নগুন শোনখিদ্রে;
শিংথা হৈব কনানসু
লাক্কুন, চিক্ক মোংফমথক
খোর্জৈ জগোই শাখিদ্রে,
তাইবঙ কনাগী থমোইন
নখোয়গীদমক কপখিদ্রে
অবেম্বদ তাখবে।
শকফম মতম কয়াবু
মতম লাংন কুপখরে ;
অবেম্বগুম খল্লুবে
অবেম্বদি নংলমদ্রে।
মতম কুইবে ইপা-থৌ
নিংশিং ফুঢ়াসু শাঙমদে
নুংশি কোলোইসু শকঙমদে
নীংজবত মঙাযবে।
পাঙজদ্রব ঐহাক্ক
হৈজদ্রব শাথেক্ক
খোর্জৈ খুৎখৎ অমতং
'ঙৌব লায়ুম থক্কুদ

লৈজদ্রব থমোইগী

পিরাং ইঢ়া ইরোইনন

পাথৌ মিথ্নেনজগে;

শোঞ্জরব পাম্নোমন

নখোয়' খুভম থাংলেন পায়

নারক খরদং শেংজগে

নতিক নয়াই উৎচগে

য়েক্ল' শামান মমাঙদ -

মৈতৈ লাল্লোই থোইবদি

ঙ্গারৌগনুকো নুংশিখিবশিং।।

•••••◆•••••

## ✻ পুন্সিগী মেলা ✻

লোম্ন পানব লাইরৈবাক

ইয়ুম নুংশি' খোয়ুমপুঙ

অব্বা অনা লৈত্রব

কল্লক মৈশা লাংদ্রব

লাইগী নিংথৌর্বাক থৌর্বাক থাদুন

তাইবঙ চিন্দম হৈরাং-চা

মোনু শৈদম মিকপ খোন

হঙা হায়ব খোম্থোক্ত

পীক্ল পানব মালেমদ

ঙ্গাখল' তাইবঙ ইপাকথক

ইমায়থক্কী কোঙ্গোলগুম

অশং-অমান মরক্ত

কোরৌ থৌজাল ফংলব

মোনু পূন্সি মেলা পুঙ

তাইবঙ কৈথেল কারকলে।

মিত্রংপুঙনি লৈকোয়বুঙ,
শকমান্নদব তাইবঙগী
পুকমান্নদব পুকচেলগী
মখল মথেল ফিজোল থোন
ঐগী মাগী তোপ তোপ্প
নুংশি কোকথোন থোংদুন
খোঙলোয় শীঙলোয় নাইদুন
হিদান্নবগুম অতান্নদুন
মেলাপুঙদ কাবকলে।
তুশোন মানশোন কয়ানি
নিঙব কায়ব কোঙ্গায়নি;
অতোন অতাসু শীংলেপ্তে;
ফিজোন কয়ান লৈতেংলব
নুংশি তাইবঙ মেলাদ
ঐসু অমনি কারিব।

লায়রবব ঐহাকনি
তোল্লবসু তাইবঙনি,
লায়র-তোল্ল' মরক্ত
নুংশি পোৎলুম পুদুন
লৌনম কৈথেল কারকপ
লম-খাঙগী লমদমদৈ
অপাম পামদ কয়ান
য়েংশিল্লকই মিৎয়েং'ম,
থমোই লৈবসু কয়ানি।
মিৎয়েংশিংদুগী মরক্ত
তমজনিঙাই কয়ানি
নুংশিনিঙাইসু কোঙ্গায়নি
শকলোৎনিঙাইসু মপৈনি;
ঐগুম্ব অপঙব কয়ান
অৱাবত মহেল্লি।

শাজৎ হৈব শাথেক্ত
মীচঙথোক ফব মীখোন্দ
ঙমজব ঐগী পাঙ্গলন
তাইবঙ পেন্ন’ শীনবন
ঐগী ঙাক্ত ওইগনি।
লুন চৎপ তাইবঙদ
অপঙ শাজৎ চৎপন
অশাউ মিৎয়েং উৎপন
অমক’ পুকচেল চেম্বন
অথি’ ৱাহে খোম্থোক্ল
ঐগী পুম্ব মাঙগনি
মরুপ-চাসু কায়নগনি
খুখি য়াইথি নংগনি;
নুংশি ইপোৎ শিংলোইদো -
পামু’ইরল মাঙগনি।

ইপোৎ য়োম্ব লোইরগ
শেঞ্জা খুত্ত খুৎপায়ন
কোয়ন অসুম চৎলকপ
নুংশি মেলা য়েংলকপ,
লৌনম্বীগী লুকমায়তোন
লাই ফদিবী য়োল্লিব
থমোইন তাব খন্দুন
লৈগনি, অঙম্বা শেঞ্জান।
পোৎলৈ হৈব কনান
পোৎশক মুন্ন খন্দুন
লৈব তাইবঙ লাইথিন
পেন্নদুন হন্নখি - শাইগোন পাং।
হৈজদব কনান, অরেম্বদ
অহাম্বত খম্বদ, মাঙজদুন
চন্নফম খঙদন হন্নখি॥



## ○ ঝিঞ্জুর য়াওদ্রব অক্লাদ ○

লৈরমদরে ঙসিদি - নুংশিবী ইতা
চেক্লা সনা তেনবা, চিন্বান ঙাঙবী নুংশিথোই !
ওম্থোকপনি, ঐহাকসে - ব্রাখল থেনবী ওইবন
কল্লক মৈহৌ মৈশারক্ত, ইতা নুংশি খাইনখিব
জাৎ তিন্নদ্রবী নহাকপু মীরায়থোক্ল খল্লুব,
ঙসিদি ঐগী থমোইদ অবা মৈচাক্লররে।
শাবী মাঞ্জ তুংইন্ন, থংলেন খোঙলোয় ওইরিঙৈ
তোল্লবী ইতা নহাকপু কাওথোকলুরে তরাইন।
ঙসিদি চেক্লা কৈদনো, ঐবু ঙাইরমদব, নুংশিবী ?
অদুঙৈগী মতমদ নিঙোল ইনিং তৌরিঙৈ
ঐবুতবু ঙাইরম্বী, ঐন লাকপ উরগ
'ইতা হায়ব শৈহৌন নুংশি শৈশক্লখিব
ঙসিসুনে - নুংশিবী, মতম খর কান্নন
ইতা নঙগী ননাক্ত নিঙোল ঐদি য়ৌরকলে,
মপাওখোন্দি তাদরে, নঙবু কৈদনো পামুবী
নুংশি হৈত্রবী ঐহাক্কী থমোই য়োহ্লিং থক্তুন
পাইখ্রবরা নুংশিবী চেক্লা শঙ্গু তুংইন্ন ?
নৎত্রে হায়রগ নুংশিবী, নুংশি হৈতব কনান
চেক্লা নঙবু ফাদুন, ঐবু ঙাইরম্বী ইতানু
লমদম তাম্ন পুখ্রবরা - কৈদনো শকহেম্বী ?
আহ ! ওম্থোকপনি, চেক্লা পাইখিবসু নত্তন
মীনুংশি য়াওদ্রবী ঐগীদমক্তরা -
নুংশিবী ইতান অরাম খৌরাংব কোক্তুন
শাগল কৃফাং চন, মালেম থক্ত লোংন তা
ঙসিসু নহাক্ল ঙাইরমলিব, পামুবী ?
ব্রারৌগনু নুংশিবী, নুংশিহৈতবী ঐহাকনি,
পেম্বীহৈব খৌজালন ইতাগী লমন শিংখিদ্রে ;
মরুপ হাৎপী ঐহাকনি, মীনুংশি খঙদবী মীওইনি।
নতাবু নীঙবী নুংশিবী - নঙগী লমন শিংঙমলোই
মিত্তগী শিন্থব পিরাংন নুংশি মোংফম শেংজগে
ব্রারৌগনুকো চান্নবী।।

•••••◆•••••

# নোংম

**(১৯৬২দ শৈরেং চাংদম্নবদ অহানবা মনা ফংখ্রব শৈরেং)**

**ধনমঞ্জুরী কোলোজ, ইম্ফাল**

নোংপোক হায়রম ফোঙলকলে
চীঙ্খৈ ফিরুপ হাংলকলে;
কাক্কী পাওজেল অথুব
ইনুং ঙাল্লে নিল্লকলে।
চেক্লা 'শৈন শৈহৌব
লৈরাং লৈনম শল্লব
মহৌশা লাইরেম্বী থাগোন্নুং
তাইবঙ চাক্তা মপুঙয়াই
মনি-ন থাম-ব লৈকোন্দ
মীরেন নাৱা অপিশক
হঙা হায়ব খোম্থোক্লু
পুন্সি মিকপ থোরকলে।

কোরৌ মঙাল নিংথিব
সনাগী মহী চেল্লিব,
অয়ুক্কী লিক্লা তথকপী
কেনখিগনি কিবন পুঙমদ্রবী
মনি মুক্তান থামলিব,
নারক্কী চেক্লা কয়ান -
হৈরাংনে, লৈরাংনে থল্লবদ
হরাও তয়াম্ল শান্নজব
'নৌব তাইবঙ শক্লোন্দ
অঙকপ থেংন য়েংদুন
খঙনিংবতন থংদুন
নাৱা পুন্সি লেঞ্জরি।
অচুম্বসু খঙদেদো

অবানবসু উদেদো।
তক তরুব মিংয়েংন
অচম্ব, সংসাবগী ফিবেপ্পু
মথং মনাও যেংলকপ
অরাম্ব মশক উবদ
নত্তব মবী চংলকলে,
নাবা পুক্লিং হোংলকলে;
খৌরাংব মতৌ কযান
মীওই শাবেপ তাল্লকলে।
অরূব অঙাং' থমোইদ
পুন্সি লৈকাং য়াল্লকলে।

কোরৌ মৈশান কল্লকপ
লৈবাং লৈপাল ফাদুন
শিঙেল লৈশাং তন্নকলে;
পোম্বী চেক্লা' শৈরোন্ন
য়েন্নিং থাজং মতৌগুম
মিন মিন খোংলবে।
মনিল ফব খেনফমদ
লৈহাউ কাব লমদমদ
হেম্ব মরেপ তান্দুন
নীংব পন্দোম লোমদ্রবসু
অপাম লাংন য়োমদুন
লৈরাং শারেপ ফারকলে।

লৈরাং মাগী পুন্সিগুম
তাইবঙ বাঙ্গোন্দ য়াতারব
মোনু নাবা চাওদব
কল্লক মৈশা লাংদুন
অপাম লাংন কুপ্পুন
ফংদবত তানবদ

পুন্সি শারী ফারকলে।
নীংথুংদ 'লায়নান নাবন
তাইবঙ থৌরম ওইবন
থুংদবত তানবদ
খরন পুন্সি লোম্নরি,
খরন চৈথেং খাঙনরি।

কোরৌন মপাল ফরিঙৈ
নুঙাইবন পথ্নেনরিঙৈ
নিংথম নাহে চন্দ্রিঙৈ
পুক্লিং পাঙ্গল লৈরিঙৈ
অনৌব মতৌ শেম্বন
অচৌব থৌদাং ওইনরি।
হৌফম চান হৌরকপ
লৈশেম চান শেমলকপ
কয়ান, তদেক্ল লৈশাংলি;
নুঙাইথোক হৈব তাইবঙদ
ব্রাখল চাওব কনান
তুংগী লম্বী শেমজরী।

নুমিদাংবাইগী কান্দুদ
নুমিৎন চীঙয়া তমলকপ
অইংব নুংশিৎন শিংলকপ
তুশোন মানশোন্নরকপ
লৈরাং লৈশাং হেন্দুন
শিঙেল লৈমন চন্নকলে।
শাংখিব লৈরাং পুন্নমক
লৈশক লৈপাল য়েংনব
তাওজিং হৈরাং য়াল্লকলে;
হোৎনজব পান্দোংন
অচঙব মহয় য়ান্দুন
মিংচৎকী উহয় খিকব্রায়রি।

মাঙগী লম্বী তেল্লক্লব
তুংগী লম্ন শাংহৌববদ,
মতম ফবিঙে অদুদ
নোক খেদুন লেনখিব,
হৌজিক মতম য়ায়ববদ
পাঙ্গল য়েংই লৈবক্ত
লৌশিং য়েংই য়াংলকপ
হিক্ল হিক্ল কপ্তুন
তৌনিংব কোঙ্গায় থাদুন
খুৎ য়াংন থাঙ্গত্তুন
মপু মাবু কৌজবি;
কনান মতেং পাংবীনি ?

কোবৌহম্বসু চঙখবে,
উচেক য়ায়াসু খোংদবে;
অকিব শকলোন পুদুন
অমম্ব কৌবী লাইবেম্বীন
তাইবঙ লোৎপ লাকলেদো।
অসি মতম য়ৌববদ
মথৌ খঙব কনান
লেঙদব উবোং খিন্দুন
থাবলগী ইপোমদ তাওখিদো।
ঐগুম্ব অপঙব কযান
অকিব ফংলব লম্বীদ
মা-দুন মা-দুন চৎখিদো।।



# ০ সংসার মায়া ০

মীওইপোক অসিদ পোকলুবন
থেংনরিব অৱাব চাম চাম
নুঙাইব মচেৎ অমন কোকঙমদ্রব
পুক্লিং হকচাংন নাম্থোকপ ঙমদ্রব
লানঙমদ্রব অৱাবগী চীঙজাও
পুব থাংব ঙমদ্রব পোৎলুম্বু পু
তুরোয় ঙামলোয় চৎলিব খোঙথাংদ
করম্ন চৎলুনি পুন্সিগী খোঙচৎসে !

লোয়নজরুব মহাক্কী ৱাখলদ
তিন্নজরুব মহাক্কী নুংশি লাং
চান্নজরুব মহাক্কী কায়ননিংদ্রব লিপুন
করম্ন নাম্থোকলুনি সংসার মায়াসে !
তাইবঙগী মপুন শিম্থা'মদি পীরকলি
পোক্লবদি শিগনি, শিদ্রিবঁদ হিংজহৌ
অৱা' নুঙাইতন লৈতেংলব মপোক'ম।

তাইবঙদ খোঙদারকলিবশিংগী লম্বীদ
শেৎপ চাব নীংথুংদ্রবশিংগী পাওদম
হিরম কয়াদ মায়থীব নংলবশিংগী ৱাকৎ
মমা মপা, মরুপ-মপাং, নুংশিজব কয়া
শেৎন খাইনখিবগী কংঙমদ্রব পিরাং
শোইনাইরবশিংগী হিংনিংদ্রব পুন্সি ৱারী
খাঙঙমদ্রে হায়দুন নাম্থোকপ য়াগদ্রা
শোয়ফদ্রব থৌদাংসিগী ৱাংমদ, মপুগী ?

চদৎনরবসু ফংগনি মফম অমদি শোয়দন
নীংব কায়রব কোঙ্গায়গী অনৌব আশা।
মন্নব থাশিগী অহিংন লোইখ্রগ
ইনুং ঙাল্লক্লবদ নামিব নুংশিংন হুম

অহিংব লিক্লান থোকহল্লব মিকপ
নুঙাইজব, নুংশিজব, কোরৌগী মঙালদ
আর্থ লৈরব পুক্সিগী পন্দুপ্ত
হিংনিংখিনি শিঙমদ্রব পখ্নেফাও।

হিংনিংবগী মহাও মাঙপ্পব
সাধু, ঋষি কয়ান অচিকপ উমংদ
মীবা মৈশা লাংদ্রব তপবন কয়াদ
অরান খুভম ফংনবনি খন্দুন
লেমহৌব পুক্সিগী পন্দুপশিংদ
ধ্যান তৌদুন তান্নরিব মঙাল অদো
পুক্সি থৌদাং পাঙনব, তাইবঙগী
মপুন থারকপ শোয়ফদ্রব পান্দমলা ?

ফিজেৎ ফিগায় শেৎ চাক্লি ফিনিরিব
লৈরক কোঞ্জাং কয়া চৎ বাখল অতৈ খন্দ্রব
অরেম অপান নোংখন্নন মীনোক মৈশা লাংলিব
মহাও য়াওদ্রব পান্দম লৈত্রব পুক্সিদো
পিখমহল্লগদ্রা খাঙুথক্কী লোকচপ্ত
খুদম চাংদম অমসু থনমদ
মপু' থৌদাং'মসু পাঙলমদ
পুব ঙমজদ্রব পুক্সিগী পোৎলুম থা।

নুঙাই য়াইফবশিংগীসু অবাব বাখল
বাজরব থবায়গীসু মোমোন্নব মীকুপ'মতং
পুক্সি হায়বদো পুক্সিনি থৌদাঙ পূম্ব পাঙনব।
খাঙঙমদ্রব থবায়ন খাঙুথক্ত পিখম্ম
চেনফদ্রব থৌদাংদ নাম্থোক্লব হোৎনব
পুক্সি হায়বদু অসিরা পোকঙমদ্রব মপোক্কী
শিব-চঙব, অবা নুঙাই লিচিংদ
নাম্থোক্লব হোৎনরিব সংসার মায়াগী লাংথাকনুং।।



## * য়েত্তুম *

তরং তরং পিকতক্ চেংতক শকহেন্বী
লন্বী ফাওবী ইকাইথীবী য়েত্তুম-ও !
তুমিন তুমিন জগোইগী খুৎথেক্ত
ফজব, নিংথিব, অকে-অমৌ শেমলিব
নওমক লৈত্রবদি শাগে নাতে খায়রমলোই।
পিক্ত পিকপী নারেং হৎপী য়েত্তুম-ও
নওগী নিংথিব লমচত্ত খোয়জংব
তুশোন্বী লংলাশিংন হৈনা নতুং ইল্লিদো !



## * মৈচাক *

শারে, চাকলে মালেম সে
মায়কৈ খুদিংদ লানগী লাল্লাও
নাকথ খুদিংদ খংনবগী মীচৈ
অচিকপ মফমদ খাইন মৈচাক
মুংলগে তৌরম্ব -ইওলব লিক্লান
রাজনিতীগী মৈওাল, কায়ন মৈরীন
চাকথেকলক্লবদ সমাজগী ফিজং,
খুইথহল্লক্লবদ থমোইগী য়েন্নিং
ওম্ন কায়নরে লম্মৈলক্কী য়ারৌগুম;
কায়রবদ অচিকপ, মাওত্রবদ নুংশিব।

(১৯৬৫ সম্মেলন গেজেট কৌব চেফোঙ অমদ ফোঙত্রবা)

খুনুগুম ইশা পান্দদুন য়ৌরুদ্রবসু
পাইরুরে নীংতম্ম - পুক্লিংগী পাঙলন
লান্দুন আটলান্টিক ইপাক ইচাও,
ফজব, নিংথিব, অকিব খিবিক য়েংদুন
থুংলুই টেক্সাসট, শান্নরুই হোলিউড্‌ত।
অরাংব হিমালয়গী চীঙদোন্দ লেপ্তুন
য়েংলুই গঙ্গাগী ইচেল, তারুই হোয়াংহোগী ইরাওখোল
অরেম্বগুম খল্লুরে থমোইন ভিয়েটনামগী থৌদৌদ,
শারুরে নুংশি বারীসু স্কোটলণ্ডগী লৈকোন্দ;
ফংলুব নত্তন মতমগী মৈশা, কদায় অইংব ?

য়েন্নিংথাগী মতমদ চেক্লাগুম ফৈরাথক্ত
শান্নজরুই, তাদুন লৈনম, চাদুন হৈরাং।
অবাবদি, মপাং কায়নরব চেক্লাগী শৈরোন
থংলেন কায়নরবী লৈরাংশিংগী বাকৎ .....
ওকচরে, পেঞ্জরে, পুন্সিগী মৈশা।
ঐগী বাখলন লাম্ব ফংদ্রব নীংথিব কয়া
শৈরেংব কয়ান শীংথাদুন পেন্নরিব,
অমুকসু নীংব থুংলক্তব মতমদ
নুঙাইতব, অবাবগী খোর্জেন থাখিবদ
ঙম্ম ওইশ্রে, মতমগী মৈচাক, তাম্থিত ঙায়রে।

মৈশা লাংলব তাইবঙদ শান্তি পুরক্লব হোৎনখিব
ইউ. এন.গী লমজীংব, তাইবঙগী লুচিংব
কৈদ চংশ্রে নেহরু, কদায়দনো কেন্নেডি ?
মতমগী মৈন চাক্তুন অশি তুরেল তোর্বান্দ
তাম্থিত তাদুন, উফুলত ঙায়দুন
পোক্লাই শিনাইদ্রব থবায়গী মঙালত থনমদুন
মহাত্মাসু থুপখরে, টেগরসু লোৎখরে;
মৈশা লাংব মতমদ ইন্দ্রি পুব ঙমদ্রব
পেমচা কয়া চৎখরে, প্রেমি কোঙ্গায় হনখরে;
লৈরাং কয়া কমখরে, পোম্বী কয়া মাঙখরে।

ফমদুন কবিগী ফমফমদ অমুকসু য়েংলুই
নন্দুন কোকথক্ত নুংশিগী পোৎলুম, খোৎচিল্লুই -
মাগী ঐগী হৌম্রব পুন্সিগী নুংশি ঝারী
অবাবদ মহেল্লি খাইন মৈশা লাংবদ।
চক কয়া কয়াগী ইতিহাসকী লামায়দ
পুক্লিংগী পাঙ্গলন ওইনিংবত ওইদুন
থিরুবদ অইংব, তাল্লুবদ অরান খুভম
নীংব কায়ব পুন্সিগী লাঞ্জং অরুব
ঙম্ম তাম্রে, ঙম্ম তুম্রে, ঙম্ম মাঙম্রে
লাংলবদ খাইন মৈশা, চাক্লবদ মতমগী মৈচাক ॥



## ॥ খোংনাং হোগায়বী ॥

কংলৈ সনা কৈথেলগী
নোংচুপ হারম পাংবদ
নম্মুল খোঙবাল য়েংওইন
মতম মাগী ইচেলদ
লেঙদন লেপলিব পুন্সিব,
চহি নম্বো খোন্দুন
শগোল’ লমছাং কোল্লিব,
ইথক নাইব তাইবঙদ
কনাবুনো য়েংলিব কনাবুনো ঙাইরিবা
হাদ খোংনাং হোত্রোং হো !

নকালাংদ চঙজরকপ
মোনু নাবা চাওদব

মৈডিঙু চরাইরোংব পুন্সিব -
মতম শুব য়ুথক্ত
লাইগী নিংথৌ শোরারেন
হুন্ন খুৎলাই ময়া লাং
তাইবঙ মাবু কন্নব
চঙ্জ উপাল ওইরুব
উকোক উতোল খাইবোক-তা
হাদ খোংনাং হোগায়বী !

মতম কুইরে পুন্সিব
করিগীদমক লেপ্পনো
পোক্লাই শিনাইব তাইবঙদ ?
লাইবু য়োই লাইয়োয়ব, অমন
মশা হোগায়' ফুনখিব
মতম মালংদ তুপ্লব
অমুক নৌন ফিরেপ্প
চহি নন্ন পুন্সিব
মাঙলমচৎপু নিংশিংলিব
হা ঙকই-দে, পুন্সিব !

খোংনাং সনা লাইয়োয়ব !
নতৌ অদু উবদ
খঞ্জরুরে থমোইন -
"পঙন পাম্ব পুন্সিদ
চঙজ য়াইথোঙ থিরকপ
লমলান কাবু কম্বদ
খাঙু পুন্সি মায়োক্লব
পুন্সিব নঙগী পুন্সিগুম
পুন্সি' মিংথোল ফংগনি"
হোগায়বীন তাকপরা ?

হে চহিন নল্লব উ-নিংথৌ !
য়েন্নিং থাদ নাহন্দ্রব

মীনুংশি লৈত্রব তাইবঙদ
সনা কংলা লৈময়োন
নাচোং য়েন্নিং য়েনহল্লো !
নঙদি ঙম্ম খঙলিনি
চক-চক্কী লাইনীংলোন
নশা নরেং ওইন চোং
তাইবঙ পুক্লিং পেলহনখো
হাদ খোংনাং হোগায়বী ।।



## ☆ শরু পোলাং ☆

শরু পোলাং অমন
নোমহৌ নোমহৌ হাইরি
মমলিরব কাগী ফকলাংমদ
লীদুন বারী শিংবুন পুন্সি অমগী।
নাবাগী পুন্সি লিশাংদ
নোক খেদুন শান্নখিব পুংজাশিং
মথোপ কারকপ পুন্সিগী মিকুপ্ত
নুংশি শ্বরত হোন্দুন
অপাম লাংন কুপখিদুন
শিনি নানি খঙখিদব
য়েক্ল তিঙ্খং লৈরমদব পুন্সি
য়েক্ল লাঙ্গোয় চল্লকখিব -
পুন্সি ময়ায় চল্লকপ
পারি চাওদ চাওনব
মমোম য়াইফ খোঙদোইখিনব

য়ুম্বানগী পোৎলুম কোক্ত-থোং
মীথোই মীহেনবু পামলুব
অফ-ফত্ত খঙলক্লুব
অচাওরমতবু তানলুব
অপান অরঙবু মীহৌজ
পাপ কয়ান পুন্য ওই
শরদ্ধ পোলাংবু হুন্দোকখিব
ঙসিদি লেপ্পরে, য়াল্লরে
লৌশিংগী পুক্কে ফকলাংসিদ।
হৌব্রব থৌদোক কয়াগী শক্তমশিং
করম্ম তর্মশিগে থব্রায় য়াওদ্রব পোলাংসিন
মাঙব্রব তোংশাতবু নুংশিজরুবন
ফোঙদোকচব ঙমখিদে পাপশিংদো !



## ✻ মোইরাংগী তোরো ✻

হাদ তোরো শকহেন্বী
খাদ্রাকপগী মমোমনু
অঙৌপানব নোংবানগীদি
তোমথীন মচন ওইবী-ও !
ঙসি তাইবঙ লোনচত্ত
করি নচৎ শোয়দুন
নঙগী মিংচৎ থীরিব ?
শক্ত নৌবী তোরোবী
'চুদ ঙৌবী শকহেন্বী,
নিংথৌ ঙমথং অনিগী

অমত্ত ঙাইবী মমোমনু
থোইবী সনা শকহেন্বী
থাদোই মাগী শক্তমগুম
অঙোম চনু য়াইফবী !

থাদোই থোইবী মহাক্ত
শকচা লেংজানরবী
মোইরাং খুম্বক খুনখাদ
লাম্বা মতীক চারবী
অঙোম চনুয়াইতোংবী !
নঙগী অশোয়ব অমন
নিংথিব খৈবিক মাঙহল্লে।

থানিল থাজ মায়থোংদ
ময়ি চৎপ নোংয়িন্ন খম্বদি
থাজ গুনত মহেল্লি;
নোক্ল চাওব তাইবঙদ
ফজ্জরব মায়থোংদ
ত্রৎ-ত্রৎ শল্লাংন লৈতেংব
নোকনিংবত মহেল্লি।

তোরোন শমখোইব
মপোক্কীদি পীরকলে।
লুতুং শাইনোন তাবন
চুবা লেংপাক শোকখিদ্রে ;
চুহি পুম্ন তৈরগ
নুংদুম কিশি চল্লফাও
তোরো লাইবক থীখরে।

মোইরাং তোরো শকহেন্বী
লৈরাং লৈশাৎ ফাদ্রিঙৈ
অঙোম শিজ য়াইফবীন
মচাগী য়াইফ ওইনব
লাইবা তীনবা থিবদ
চীঙ তম খাকখিদরে
অঙোম লনগৈ তুমখরে।

যোইবু কোনগী চনুঢ়া
লাইবক থীবী তোরোবী !
শক্ত-লনদ ৱাত্তদুনসু
নিঙোল ওইবী খৈবিক্কী
মরল অম ৱাৎপন
শানৌ মনীং থুংখিদরে,
থাদোই মতৌ ওইখিদরে।
নুঙাইতব তৌরোই তোরোবী !
তাইবঙ মিত্রং পুন্সিদ
শোয়দব কনা য়াওবগে ?
মশাগী শোয়দব কনা য়াওবগে ?
মীগী অশোয়বদ নোক্লব
তাইবঙপানগী লোনচৎনি
'পঙব খুন্নাইগী হৌনশানি।।

।। ফজবদ থী হায়রুবদি শাওরক্কনি
অথীবদ ফজে হায়রুরবদি হরাওরক্কনি।।



## ** লৈগী ফম্পাক্ত **

অকনব, অকনব !
কৈদনো অথৌব,
নখোয় ময়াম কৈদনো ?
চীঙয়া নাপোম অশংব
হানৌ তিংথৌ মথক্ত
হক্কী ফিঙৌ ফৌগ্রব,

ঈগী লৌখোং কয়ান
তাইবঙ লুতোন থূমখ্রব,
করিগী হৌগত্তব নখোয়দি ?
মহৌশা কৌবী ইমাগী
নারক মোংশোং নুংদুদ
লানগী মৈখু মরক্ত
শিঙেল লৈরাংশু শাংত্রব
পোম্বী চেক্লাসু খোংদ্রব
অকিব মোংফম থক্তুদ
চাদবন নথৌ ওই
থক্তবন নশিন-থা
অয়ুক্ত পাইব নোংয়িনগুম
হোরেন শিনি নিংদন
হৌজিক লান্না লাঞ্জংলম
থবাক লোংন তুখ্রব !
লায়রকোন্দ পোক্তুন
লৈত লায়র থিবদ
য়াইবী থব্বায় মাঙবরা ?
নংত্রগ, অকম্ব -
পলেম মাগী মথৌদাং
ঈ-ন লমন শিংবরা ?
মরৈবাক নীংব অকম্ব
নঙগী থব্বায় অচঙব
নোক্ল পোলাং থাদোকলম,
লৈগী ফম্পাক্ত হিপ্তুন
ব্রান ফংব লমদমদি
পোক্লাই-শিনাইদ' য়ৌবরা ?
অদুবু, অথৌব -
মমল নাইদ্রব ঈ'রিক্ল
ইঙা নোংজু তমজন,
লাইগী তুরেল ইথুম্ন
কখোকলন্নব হকচাংদুদি

য়েক্ল-তিল্খং কয়া'রক

তূম্ন-তূম্ন তাবদ
য়েক্ল খোঙখা-থা
তাইবঙ খোঙনেৎনম্লব,
চেক্লান শৈশকপীদ্রব
খোর্জেন শিঙথাবীদ্রব,
ইশৈ হৈব কনান
নখোয়গী নতীক শক্তুন
তাইবঙ নাকোং পেনহন্দ্রব -
য়েক্ল'মাগী অথীব
অশাব, পম্ব লৈত্রব
মীনোক মীচৈ কয়ান
খাইন মৈবায়নরিদো।
অদুগ, অকম্ব !
অথৌবনি নখোয়দি ;
লেম্ন মাঙব য়াহিক্তে।
শিঙেল লৈরাংন লৈশাংপ
পোম্বী চেক্লান শৈদম্ব
নুমিদাংবাইগী কান্দসু
চুমথাংন ফিজং খনগৎপ,
অযুক্কী য়েন্দা অহাম্ব
নুংশি লাইশোন শক্লব
সনাগী দলালন লংলব
লুপাগী চেকপলন পম্থিংব
য়েক্ল' খুদুমসু চনঙমদ
নিঙাইব লৈতন পোখারো
লানফম' অৱাব পোখোকলো
নিংশিং খুদম মোংফমথক।।

★ ★ ★ ★ ★ ★ ★ ★ ★ ★

হে লমকোয়ব - কনানো ?
য়েংলখোলাও লমদমসে
কয়াগী মতীক নিংথিব।

অদুবু, লমকোয়ব !
মীরমলেন্দ চাক্তাদ্রব
ঐখোয় ময়াম অসিদি
য়েক্ল 'তিন্থংসু লৈতরে
লানফমগী মৈশাশু লাংদরে
মীৱা মীশাশু তাদরে।
লৈহৌরিব নখোয়দি
নরৈবাক ইরৈবাক্কিদমক্তি
পন্থে শম্বল য়ুম্বীনি।
অদুগ, লমকোয়ব,
নঙন য়ুমদ হম্বদ
ঐখোয়গীদমক ৱাহৌব
তাইবঙ মীওই কয়ান
কৈদনো, কৈদনো হংলবদি
অসিমতদি তম্বীয়ু
"ঐখোয়দি ঙসি কখোকলে,
হয়েংগীদমক নখোয়সু
শেম-শাদুন লৈনরো"।

*★ (১৯৬৩দ ডি. এম. কোলেজগী মেগাজিন্দ ফোঙথ্রব)*

◆◆◆◆◆◆◆◆◆

## ।। মৈতৈ সনা কৈথেল ।।

চীঙ্গী লক্ত তোপ তোপ ঙাম্বী তম্পাক্তি
মনি-ন থাম্ব মনিল নাইবী মৈত্রবাক
লৈমরেলকংলা'পুঙ নাক্কী খুন্দিল থেল
কৈথেল সনা পুরেম্বী, মৈতৈগীদি তোমথিম্বী !
লৈশেমঙৈদে লাইয়াম খুন্দিন 'পুঙদি ওই
কুমগাংদন কৈরুংবী, তাইবঙ থৱায় ওইনবাই

ঙসি কোরৌ নোংদসু ফজ-থোইবী শক্তম-লাং
ফংফদ্রব লনগৈগুম লেঙদন ফিরেপ্পরিবী,
ইনুং লৈন চল্লকপ, তুরেল খোঙনুং ইনাক্ত
নীঙ্গ-মাঙ্গ থেংনবাই, তন্দন চেক্লা মতৌদি
নোংয়ায় ইচীক্লরকপ, তন্দন কৈদ মাঙখ্রব, 'সিগুম
কোরৌ মৈশা কোক্ত থোং, হিংন উপাই লেংদ হাপ
'মদি হরাও মথোই কা - পুক্লিং পেন্ন নোকচব,
তাইবঙ মীখল শু, কৈথেল সনা শকওইবী
অহিং মতম ওইদ্রিঙৈ, নোংমাই কৈথেল নত্তবদ
নশাইগোন্দ য়েৎচগে, মীয়ামলক্ত পেঞ্জগে।
কৈথেল সনা তরুবী, মৈতৈ পোকপী অপোকপী !
নঙগী পোখা পুংজাদ 'কিব শকলোন উৎলিব
মহৌশা লাইরেম্বীন ওইহিক্তে; খুৎশেম্ন লৈশেম শারিবী
কৈথেল সনা নতৌন তাইবঙ পুন্সি উৎপরা ?



## ।। নহা হায়বসি শুন্নাৎনিঙাইনি ।।

তৌথোরকপ শাথেক্ল মীপুম খুদিং পেন্নব
উৎথোরকপ শক্তম্ন শামান্নবশিং শুন্নাৎপ
নুঙাইরব মতমগী নুংশি-শাব ঝারীন
ইনখৎলকপ খৈবিক্কী 'রোম্ব পুক্লিং পেন্নব
নহা হায়বসি শুন্নাৎনিঙাইনি।

'মুব শমলাং থা, 'ঙৌব কোকথোন্নরব মীওইগী
খ্বাংজেং লীরুং শা, খুকউ খুৎন শৌব'ম
ওইরক্লনিসু খল্লুদে, নুঙাইবতন থল্লব -
হে নুঙাইবতন থল্লব, ফজবতন তিল্লব -
নহা হায়বসি শুন্দাৎনিঙাইনি।
অফবন কদায়নো, ফত্তবন করিনো - খঙলুদে;
ফজবন অসিনি, নুংশিবন অদুনি - খঙজরি।
শৈরেংতন থল্লব থমোইন নুংশি শৈশকপ
মিংচত্তবু তান্নিংব - ফংজবদু মমাঙদ
নহা হায়বসি শুন্দাৎনিঙাইনি।
ফজব শক্তমবু, নিংথিব শাজংপু মীপুম তিংন
মিতাজব, নুংশিব মহাক্ল লোন্ন য়েংজব
ফজবন ঐগীনি, নুংশিবন থমোইগীনি হায়জনিংব
পুক্নিগী নুঙাইন ফজরব মতমদি -
নহা হায়বসি শুন্দাৎনিঙাইনি।
থীরবসু হন্ন হন্ন য়েংলগ ফজব নহা !
নমাঙদ মিংশেল থাদুন হন্ন হন্ন য়েংজখো
ফজব নচৎন নুংশিব মাবু শুন্দাৎলু;
মাঙথ্রগদব ফজব তাইবঙদ নুংশিন য়েংহৌরো
নহা হায়বসি শুন্দাৎনিঙাইনি।।



## ❋ বীর টিকেন্দ্রজিৎ ❋

মায়োক য়াব লানফমদ
য়াইফু কন্ন লাম্বেংনব
অকন্নগী অকন্ন
পারী তোম্পোক পাঙ্গন্ব
কৈদ চৎখ্রে টিকেন্দ্র ?

পলেম থৌদাং থৌপুন
ইগী লমন শিংখিব,
ফাঁশী লিকথোন্নখ্রব
নোংশা চরাম্লব-ও,
কৈদ মাঙখ্রে পাঙ্গঘ ?
মাগী মিথ্রে অমন
থৌন 'বশিং নিকস্ত্রব
মতীক ময়ায় তাবদ
অঙ্গ্রেজ খিরুম তৌখিব,
'থৌব কৈদনো, পাঙ্খোইব ?
পলেম থবাক ঙান্নরৈ
ঙাঙ্গোয় পরেং তরংব
মনি-থাম্ব লিক্লাংবু
অমম্বগী করম্ব শকলোন্ন
লিক্লাং চোইজাইন থৎখিব ?
মৈত্রবাক লমদমগী
কোনুং সনা লৈমরোন
সনা তাংবল শেল্লম্ব
অচাম্বশিংগী অচাম্ব
যুবরাজ কৈদ লোংখরে ?
মালেম লৈয়োন কংলাপুঙ
মনি মাঙহন্নিংদব মপাথৌ
মৈরিক চেম্ব মৈখুরক
লানঙম খোঙথাংনরম্লগ
সুল-তিঙা পাংখ্রব !
মপু 'চাম্ব থাঙ্গাল-নে
শাফাং চম্ব নোংশা'নি
লৌতুনব শগাইথক
নোক্ল ফিমন হোংদুন
'নৌব শায়োন্নখ্রব !
হে পাথৌ কোকথোন পজেং-ও,
মতম কুইন হৌখ্রব ....

ঙসি 'ব্রাব নোংজাদ
নতিক নঙগী নিংশিংগে
পলেম থৌদা পাঙনগে।
য়াইফবগী য়াইফব !
য়াইফ ফিরুপ হাংদুন
মিংয়েং সনা তাবিখো ;
নরমদম্ম ফিদম লৌখিগে
'থৌব নঙবু টিকেন্দ্র।।
*(১৯৬৪গী আগষ্ট ১৩দ প্রজাতন্ত্র খবরদ ফোঙপ্রব)*



## * লুহোংব *

হৈরাং হৈজিং ফাদুন
তাওজিং হৈমুন্নবগুম
ইন্দ্রি হৈমুন্নরব
ব্রাখল লৈরাং শাৎলব
শাবী শানৌ খিবিক্ল
নোংখন্নদন খঞ্জব,
নুংশিব, নুঙাইব
তাইবঙ খুদিং পাম্নব
লুহোংব, লুহোংব !
অব্রা নুঙাই অনিগী
খুৎশিন্নব পুংজনি,
পুক্লিং পন্দোমনি লুহোংব।
খঙলমদব পুক্লিংন
নুংশি ইহুল তমলকঙে
মমলম্নব ব্রাখলন
নুংশি ব্রাখল তৌরকঙে

শাবী 'ব্রাখলদ শানৌ
শানৌ' ব্রাখলদ শাবী,
নুংশি লৈনম য়েল্লকওঁ
নীংব পন্দোম লোমদ্রিফাও
মতম শাংব পুংফমশিংদ
শাগৎলুব ব্রাখলশিংদো -
হেন্ন নুঙাইব পুন্সি
অব্রাবতগুম উখিব।
তৌইগুম্বসুং, ঙসিদি -
নীংব পঞ্জা থুংনব্রাই
য়ৌরকলে মতমদু -
থমোই থমোই শিন্নব।
থাজ-ন মূন য়েংলকপ
থরোন মোমোন নোকলকলে ;
লৈরাং লৈস্লা লৈরিকলক
খোইমুন লৈহি চুপলকলে।
ইপাক্ত কোঙ্গোন থিনবগুম
'তিয়াদ থব্রান থোকপগুম
ফজবত মউব 'লুহোংব'
নহা নঙদি উদে অমম্ব।
লুহোংব, নহাক্কি পম্বুং
পুন্সি কৈরাক কারকপ।
ঙসিদগী কিম্বুরে, কিম্বুরগনি;
লৈরাং থম্বাল লৈস্লা-ন
লৈখোক লোয়ব শাওংগুম
পুন্সি মরূত ঙায়রফাও।
অকোয়বদ নাব্রাগী শৈরোন
কোকথক্ত য়ুম্বানগী পোৎলুম
নল্লগনি, কিম্বুরগনি, মচেৎ মচেৎ
উন্ন নুংশাদ মাঙবগুম।
নুঙাইবগী লোইনফম অব্রাবগী হৌরকফম
পুন্সি তাকপী 'লুহোংব'।।



## ।। হয়িংখোই অমসুং নোঙ্গৌবী ।।

নোঙ্গৌবী, নোঙ্গৌবী, লাইজ ইখৌ লাংবী,
চেক্লা নাইতোম্বী, পোম্বী তোপ-তোপ্পী !
ইখৌলাংব মৈশান ইপাম্বাগী মতমদসু
চেক্লা নঙ-ন খোংবদি, কূ-কূনব খোম্বাংদ,
পোম্বী নমান তিল্লিঙৈ, লাইজ ইহয়নরিঙৈ
নপাং মান তাম্বরা, পোম্বী নঙন তোকপরা -
পুকচেল পীকপী শৈরাংবী করিগী ইশিং থক হৌদে ?
লৌনম হৈবী নোঙ্গৌবী, নাইতোম পাম্বী শারীকম্বোং
অদুঙৈগী মতমদ করিগী য়াওহৌদে - লৈনাব ?
খোংউ, খোংদুনত লৈয়ু - চুথরক্নি নিংদুন।
নদোম তাবি নহাক্তি ইকাইদুন তোকলিদো -
নুংশি ইরোন্নুংদগী ইরূ লাইজ থকঙমদন।
অমরোমদ, খোইরাব, থৌনাফব হয়িংখোই
পুন্ন পাম্ব তাইবঙদ, অমৃত মনম কোকত্রিদো।।

•••••◆•••••

## ★★★ থায়নগী লিক্লি লাই ★★★

লিক্লি লাই ফজবী !
ফজৈ, কল্লকই, নহাকসে
য়েংবদসু পেন্দে, নিংথিজৈ।
খুৎহৈব কনান, কদায়দগী নমুনা
করি পোৎন, করম্ন
নঙগী শাবান, নঙগী কুচু
লিরুং শাব পিশুম খা খোইখোইনব মিৎচিনে

শন্নাংতাবু হায়রগ অয়ুক্কী নোংহৌ ঙমজবী
নোকমিরব চিম্বান্নে, ঙাঙ্গানব খজাইনে
শাখিবনোকো, লিক্লিলাই ?

নিংথিব চাম-ন তিল্লবী
ফজব মশীং ৱাংত্রবী
দুষ্যন্ত চান্নবী, নবমাল্লিকা ঙমজবী
অমুদোন নোংয়াই থমোইগী
থাদোই সনা থোইবীসু
ঙম্ম মাঙখ্রে, তেরাগুম।
অদুবুনে, লিক্লিলাই ! নঙদি
খোয়ুম কনাগী লাইবা-ন
চহি শিঙ্কক নাইদন
য়েন্নিং থাতবু ওইবনো ?

অঙকপনি, লিক্লিলাই
তাইবঙ মীওই শুন্দ্ধৎপী মাগী
পাখং মোংফম শম্বুদো
চেংতক তাবী খ্বাংজেংদো
লৈরাং মান কেমদ্রিফাও
ওইরমইনে, মফম মতম খরগী
তাইবঙ পাখং' মায়াবী
শিঙেল লৈখোক লোয়খিবগ
মাবু উখিব থমোইশিং
মাঙখি, নুংশিব - য়ুরানগুম।

নঙদি কদায়, নঙবু উখিব
নঙবু শোন্নখিব কুমজা কয়াগী থমোইশিং
নুংশি খুদম মাঙদরি, নঙগী তদেক শক্তমদ
ঙসিমকসু মতম তীলন চিক্রবী
নহাক্তবু উবদ লৈঙমদরে থমোইসে।
ঐন থমোই পীবগুম

থমোই কয়ান তিল্লবী লিক্লিলাই !
কায়খিগনু, তেকখিগনু লৈখো
য়েংখো, মতম মতমগী নুংশি ইচেল
লীরমখো তাইবঙদ, তাইবঙগী বারী।

লিক্লিলাই, নহাকপু নুংশিব
নহাক্তবু য়েংলগ পেঙ্খিব
পুম্নমক তাওথখরে মতমগী ইচেলদ;
নহাক্তি লৈহৌরি, করিগী অসিদ ?
অরেম্বদ থমোই কয়াবু নহাক্ত শান্নখি,
হৌজিকমকসু শান্নরি, অদুবু অবাবদি-
নহাক্কী নুংশিনব থমোই'মতং লৈরম্লগদি ... !
অরেম্বনি, থৌদু নূঙগুম্বনি নহাক্তি
অরেম্বদ, অহাম্বদ, থমোই কয়াবু
নঙগী লাংদ চন্নদন মাঙহল্লি ।।

•••••◆••••

## ⁕ নোংঙাল্লমদাইগী শজিক ⁕

মম্লব অহিংগী চিক্লব তাংলৌদ
নোংয়াই ইচীক হুনলব
তাওব হুইখোন তাদ্রব
থাশিগী অহিংগী থমোইগী 'তিয়াদ,
ইকাইথীবী নুজাগী থমোইদ
নুংশিবন থন্দুন পুঙমদ্রব মায়খোংন
নুংশা ফৃইন হোন্দুন, শম্লাংলক্ত
মূন-মূন য়েংলকপ
নূঢ়া চামগী মিৎচিগুম

তথক্ক তনিক্ক নুংশিন থোক্লিবী,
মতারোই থবান কয়াগী 'লক
পারব লৈচিনগী ফিজঙন খন
অমুব নোংইন্ন শাইনোন-তা,
নুংশি কাইহৌবী নুংশিবী থমোইন
ঐবু হন্ন হন্ন কৌথোকলিবী
নোংঙাল্লমদাইগী শজিক-ও
তৃম্ব য়াদ্রে, থমোইসে তুমিন্ন,
নঙগী নুঙাইব ব্রাখলগী মঙলান্দ
তিঞ্জগে থমোইন, নুংশিবী ইতা।

নুংশিবী ইতা, পামুবী শজিক - ও !
অমম্ব অহিংগী অমুব ব্রাপল্লক
তগুপ্ন তরংন, নুংশিন থোক্লিব
কনাবু থিবনো, কনাবু য়েংবনো -
অচিকপদ চাক্তাবী, চিক্ত-চিকপী শজিক - ও !
নঙবু উবদ, নুংশিবী, তপথদরে থমোইসে;
খল্লে, মওল মওল, লেপত্রব থমোইন।
অদুঙৈগী মতমদ থাদোই সনা থোইবীন
পামু নুংশি খাইনব, খাইন মৈন চাক্তুন
নোংঙাল্লমদাইগী কান্দুদ মপাম লমদম ওন্দুন
কবো শেম্বী লৈকোল্লুং
লমজা থম্মু' মৌপ্পাবু তোয়ন তোয়ন কৌরকপ
থৌনাইদব মালংন খুমন নাপ য়ৌরকপ
নুংশি থমোই অনিন শান্নখিব লীলাদো
নঙোন্দসু থোক্লবোই, থাদোই সনা শজিকলোই ?
'দুবু অব্রাবদি - তোল্ল'থমোই কনাবু
কৌবনোকো সনাথোই ?
'ব্রাংব তিয়া মকোয়দ
নুংশিব কনাবু থিবনো ?

ঐন নঙবু থাজরুই,
ঐন নঙবু পামজরুই;
নহাক্তবু ঙাইজরুই, থাজবীয়ু শজিকলোই।
থাজন ঙান্দ্রব থমোইসে -
নঙগী নঙাল তনিকপীন কুফেৎনন ঙাল্লিব
রাখল লংজীন থোক্রব রাগল্লব থমোইন
নুংশিবী নঙালতবু খৌরাংন ঙাইজব
নিংথৌকোনগী লৈরাংনি খঙলুদ্রে ;
অরেম্বদ, অহাঙবদ নহাক্তবু নুংশিরুরে।
নহাক্তি অরাংব 'তিয়া মকোয়দ
অচিকপ অহিংগী অমম্ব তাইবঙবু
নিঙায়দন য়েংলি কনাসু খঙদন।
ঐবু উবীরোই, ঐবু খঙবীরোই; খঙগদবদি
অরাংব হিমালয়, অচৌব তুরেল
চীংজাও লান্ন পাইরিব অয়ুকী চেক্লা
চীরোন হৈব অমুব নোংইন, অসিনি।
অরেম্বদ, অমম্বদ, কনানসু খঙবীদন
নহাক্তবু নুংশিরুই, নহাক্তবু য়েংজরুই॥

••••◆••••

## ❋ লমখুনু অমদ ❋

পম্ফৌগী শুমাং থেলোংদ
নীংব কায়ব মিৎয়েংদ
চেক্লা তোয়ন খোংববু
হা চেক্লা শকহেম্বী
কু কু, কু কু শৈরাংবী
চেক্লা করি পাওজেলনো ?

নমিৎন তথক-তথক
শাজৎন অকিব খোঙথাংদ
শৈহেক্র অৱাব খোনফমদ
কু কু, কু কু হুন্ন হুন্ন
খোংলববু চেক্লা-ও
চেক্লা করি হায়নিংব ?
অৱাংব পামেল ফৈরাদ
কাইদোংমিন্নরম্বী নতারোই
নঙবু থাদোকলমলে হায়রগ
মৈশালাংদ্রব লমদমদ
পোম্বী শাখপ তোয়খিবগী
নুংশি কোয়ঙাওনবরা ?
নথংলেন নমান শৈরাংবী
শাদানবগী লাংদ থুদুন
থাদোক্লমলবরা চেক্লা-ও ?
নংত্রে হায়রগ চেক্লা-ও,
তাইবঙ চিঙ্গাক চাখিদ্রব
ইপা ইপু কয়া-ন
থৱায় চেক্লামক্ত ওই
ইখৌ লাংব কোক্লব
তেংথা নাওইরিবরা ?
লাও চেক্লা, খোংলখো কু কু কু
চারখো লাও, থক্লখো লাও
পুন্সি চেংজেল খরদংসে ॥

••••✿••••

# * নুমিৎলৈ *

নুমিৎলৈ কৌবী লৈনুংশি
শক্ক নৌবী লৈনৌবী,
লৈরাং শাবান তাবন
কোরৌ শকলোৎনরবী !
লৈরাংশাথেক শাজৎন
পুক্লিং ঋাখল হোংগদ্বী
কোরৌ মাগী মমোমলোই
মতম ফন লৈশাৎপী !
নাদ চিনসি-চাউমনবী
পরেং লেংসি-লেংজাওবী
খা কদোম, অৱাং কদোম
তিঙ্গোং চেক্লা মরুপলোই।
নুমিৎন চৎপ মাইকৈদ
অওন অওন লৈশাৎপী,
পুক্লিং শেম্পী লৈরাংদি
মালং চেক্লা গুাউনরৈ।
লৈরাং নংবু উবদ
ঋাখল থেম্ব কয়ান
নঙগীদমক খল্লুব
চন্নবীদব, পুম্নমক।
নুমিৎলৈদি লৈস্না - ও
ওনশিন ওনশিন লৈশাৎপী
পুকচেল লেপ্তবী শকহেন্বী
নমায়দ মাহিং কাবনি।।

••••❀••••

 

# * লমথুংদবী ইপাক *

লমথুংদবী ইপাক তরুবী,
খুবোম্ন নঙগী শাবান্দ
থগায়ন নঙগী ফিভমদ
লেপথুম লেপফংদবী ইরোন্নুং
ইচিক হুল্লব নারকনুং
খোয়ুম কনাগী ইয়োক্লো
শিনাই'দ লৈকোনগী ইপাকলা ?
নঙগী ইরোন্নুং অরুব
শিঙেল অমসু পোমদন,
নঙগী ইপাল্লাং নিংথিব
লৈরাং অমসু শাত্তন,
চীঙগী থঙ্গোং ঙানুন
পাৎকী থরোই খিবিক্ল
চাক্তা জগোইসু শাদন
করিগী অদুম পাল্লিব ?
নঙগী ইশিং মরিক্ল
তাইবঙ পুকলেন পুকথন্নদন
খোয়ুম মথৌবুঙ শঙ্বগুম
তাইবঙ লিচৎ শৈনাইন
চিক্ত চিকপ লমদমদ
করি ৱাখল খল্লিব
কনা মশুং লাংগীন
লমথুংদন ইপাক লেল্লিব ?
চেক্লান নুংশি শৈরাংব
শিঙেলন পামজ' ৱাফোঙব
তাইবঙন পাউখোঙ হকচিন্ব
পুম্ন 'খৈবিক তুং ওইন
অশৈব মিৎয়েং নারোংপ

খঙদবী নঙগীদমক্ত
উদশিন্ন, কয়া কয়ান
নঙগী শৈরোনসু শকপীদে।
পামজবী মাগী মায়থোংদ
লৈতেং কয়ান লৈতেংদ্রব
নিঙোলগী অবা 'মায়থোংন
থমোইদ ফজবোই নিঙজব
লমকোকপীদি লমথুংদবী,
হৈন চৎপী নহাক্কী
অঙক-অবা মায়থোংদ
ঐগী থমোইনদি পামজরুরে।
চান্নবী, নঙসু ঐগুম্বনি ;
অদুবু নঙগী ইপাক্ক
লৈকংলা মথৌবুং নুংদ
পুংজা 'মত খাঙদুন, অচৎপদ
অবা 'পোখাহ্ন'সু ঙমদ -
ফংঙমদন চীক্ক মাঙবগুম
ঐসু কনাবু নীংথুং নহন্দন
লেপ্ন মাঙখিনি চিংনজৈ।।

•••••◇•••••

## ✱ পুন্সিগী শান্নবুঙদ ✱

নোংম উখি ঐন পুন্সিগী পাক্লব শান্নবুঙদ -
জাৎ বিজাৎ খায়দ্রব, ধর্ম্মগী মচু শঙদ্রব
মালেমসিগী থৌনা ফব কয়ান খুত্ত জয়পত্র পায়দুন
পুন্সিগী লুরব লাল্লোং কয়াদ মিংচৎকী উরোং খিন্নব
লাক্লখি, শঙ্গু শঙ্গু মালেম শীনথুংন মচি মচিদগী
চীঙ, তুরেল, সমুদ্র, মরুভুমি কয়া লান্ন লান্ন
তেঙ্গোল তেঙ্গোল শান পুন্সিগী কুরুক্ষেত্র লানফমদ।

তাইবঙ ওইন পোক্লরব জীবশিংগী লৌশিং-থৌনা
মতিং লৈব কনান ফুদোক্লরকলিব মীওইপোক্কী মগুনশিং
নুংশি চান্নন হিংমিন্নরিব তাইবঙ ফুরুপশিং
হরাও মীনোক তমদুন অমত্ত ওইন শাগোন্নদুন
লৌথুপ লৌকোয় লৈনদন শান্নরি তাইবঙ লিলা।
অকম্বশিংগী অকম্ব, অথৌবশিংগী অথৌব
খন্নরি, মুন্নরি - তাইবঙ জীবশিংগী মরক্ত-অমখক্তং মীওইপোক।

কনান থৌনা ফব, জয়পত্র পায়দুন হরাও মীনোক্ল -
কনান মায়থোং ফিরুপখুম - নীংব কায়বগী মৈশালাং
ফোঙদোকলুবদি য়াদ - অব্রা নুঙাইগী লানফমদৈ
খুৎশম্লন চৎলিব - শান্তিগী পাওজেল পুদুন
হন্নখি মাগী মাগী মরমদম জয়ধ্বনি লাওদুন
তুংগী আশাগ লোয়নন, কল্লক য়েংথীনব লৈত্রব
মালেম অম ওইনব - বিশ্ব শান্তিগী লিপুন্ন পুন্দুন।

•••••ஜ•••••

## * নুংশিব শুরদ *

নুংশিব শুরদ ঙাওজবী
পোমশাৎনবী লৈরাং নুংশিথোই
শাৎলো ঙসিদি ফুগায়ন
য়েন্নিং হুনখিদ্রব লৈকোন্নুং
পঞ্চম শুরদ শকলিব,
ঐগী ইশৈন লেপত্রিঙৈ
চিরোন তৌব ময়েক্ল
নঙগী নাপদ ঙংলিঙৈ॥

•••••ஜ•••••

# ☆ ইমা ☆

ইমা, ইমা হায়ব নত্তন
নহাকপু অমুক পেলহন্নব
মিংগৌ অতে লৈত্রবী,
ঐবু পোকপী ইমা-ও
ঐবু নীংবী ইমা-ও
ঐগীতগী খন্নী-ও !
পলেম হায়বন পেঞ্জদে
অপোকপী হায়বন নীংথুংদে;
ইমা, ইমাতবু কৌরগ
ঐগী থমোই পেঞ্জবী !
নচান তোয়ন কৌরগ
নংনি, পেন্নী হৈবীনি।
ইমাগী পিবুকনুংদগী
তাইবঙ মঙফাওনরকপ
ঙসি ফাও'দ, ইমা-ও
ইরৈন ইহন্ন চেন্দ'গুম
ইমাবু নুংশি 'উত্তব
ইমাতন ঐবু নুংশিবী।
অপাম লাংন কুপ্লব
মোনু ব্লাখল থেনবন
ইমা 'নুংশি উৎলুদ
মতম কোঙ্গায় লেনখিব -
উনবী পুক্লিং ব্লাররে
পাইম নূঙগুম কব্বদো।
ঐগী হায়ন থমলম্ব
লমগৈ পুক্কে পুমতেংখ্রে,
থব্রায় থব্রায় শিন্নন

## * নাপল *

ঋাতোন্ন ঋাংগে ঋাংলগ
ক্বাকন হেক্ত ফমদেকই ;
ক্বাকন নাপল তৌরগ
চরোইন মতু ফোয়দৎলি।
হঙোইন নাপল তৌরগ
লিল-ন হেম-মহাৎলি;
লিল-ন মথোই কারগ
ঋাহোংন মঙক থদৎলি।
ঐ মঙায়রে হায়দুন
লৈচিলন নাপল তৌজব
'কম্ব নোংলৈন হূমলকপদ
চোইজাইনদুন মমাঙই।
লশিংন মথোই কারগ
কপত্রেংন হেম-মতকথৎলি;
নুমিৎ থান পোঙজব
গ্রহন্ন হেম-মউমই।
নাপল চাউব তাইবঙলক্ত
কনান নাপল তৌজব
ফত্তব কৌব লাইদুন
মরু মাংন মাঙহল্লি।।

••••◆••••

## -) চিন্বীনব লৈত্রব লৈরাং অমদ (-

তখেল্লে কৌবী লৈনুংশি
লৈরাং লৈমরোন লৈচম্বী,
শিঙেল নাচোমলৈ লৈরাং-ও
লৈচন চাবী শকনৌবী !

শক্ত য়েংলে শকহেন্নী
'নমদ হায়র লৈনুংশি,
চিগোংলৈ লৈচন মতারোই
নিঙোল নাপ' ঙান্ন লৈ
নিঙোল খজাই লৈতেংবী
পাখং থমোই শুম্মাংপী
পুখ্রি মপান ঙান্নলৈ
খোইমু শাগল তেক্লৈ।
নুমিদাংৱাইগী কান্দুদ
ননম নুংশি শন্দুন
নিঙোল থমোই লৈকোন্নুং
মকা ফন্ন শাংচব,
শাবী শানৌ অনিগী
থমোই থমোই শিন্নব
নুংশি ৱারী তাজবী
পামু খুদোল লৈনুংশি;
লৈরাং নঙবু শকহেন্বী -
ঙসিদি চিক্ল মাঙলেদো !
নিঙোল লৈত্রব শাইগোন্নি
মালি লৈত্রব লৈকোন্নি;
লমগী খোইমু ইন্দ্রব
'শুকপ নারক লৈকোন্নি।
নুংশি মশকসু খঙদ্রবী
লাইগী খুয়াসু য়ৌদ্রবী
লৈরাং সনা সনাথোই
করিগী নঙন শাংপনো ?
মতম ফব ওইরগ
নঙবু শেন্নীনব লাক্লগ
লৈরাং নঙসু লৈশাংলু
থমোই লৈরাং ওইজগে।
লৈরাংবীনব লৈত্রব
ঐগী কংলব লৈকোন্দ
শিঙেল নঙন শাংপবু (কুমগাংদন)
মপুগী থৌদানি তাকপরা ?

••••❦•••••

তোল্লব ননাই ঐহাকপু
ইগুন হাপ্পীগে খন্দুন
ননাইদ হঙ্গচ্চৌ তাকপীব -
য়াথং সনা হিক্তোক্ল
কোরৌথক্ত কাফদে
মালেম লৈ-দ তাফদে;
পুক্লিং পাঙ্গলন য়ৌরুব
রাজনিতীগী ৱারোল খবদং
খুয়া খাদ হঙ্গচ্চগে।
ননাইগী ৱাখলদ থোইদোকপ -
"হৌগ্রব থবক্তি হৌখরে,
ঙরাংগী ৱাখল খনফদে
হয়েং তৌগে নিংফদে,
হৌজিক্ল ফরব মতমনি।"
অসি ওইরে হায়দুন
ফত্তব তৌগে নীংলবদি
হয়েং হয়েং য়েথোক্কুন
শিব ঙাইনব লেনবন
য়াইফ থৌরম ওইগনি।
অফব তৌগে নীংলবদি
নীংলক নীংলকপদ পাঙবন
য়াইফবত ওইগনি।
তৌগদব থবক্ল তুংগী থম
পায়বোইদব থবক্ল পোমাঙ-থা
ফত্তব থৌদৌ কয়ান
মক ফংন মাঙহন্দুন
রাবন লোংন তারেদো।'

'ননাইন য়াইফরিঙৈ মতমদ
যমালয়দ চৎপদ
তৌরুব পাপকী তুংইন্ন

নুঙজাও খুদিংদ হক্কুন
ফংগদব চৈরাক থারম্ব
ননাইগী ঙাক্ত ঙায়রমলে।
অসি ব্রাখল খন্দুন
ইখাপোম্ব ধর্ম্মরাজ
কুণ্ড খুদিং ফুনজিল্লু
য়োৎশুক য়োৎশিংয়োৎ হুন্দোকখ্রো
হায়বদ হেক্ত য়ারগদব -
হোরেল হয়েং ঙাইদুন
হয়েং মহায়গে খল্লুব
ননাইগী থব্রায়ন থারবদ
শোয়দন দণ্ডি ফংলনি।'

'তাইবঙ জীব খুদিংমক
অশোন অনা চিখদন
লাইগী লৈবাক য়ৌজনব
সনা' কৈরাক থাগে খল্লম্ব -
বিশ্বকর্ম্মদ হায়রগ লোইরব -
হোরেন হয়েং ঙাইরিঙে
শিবগী পষ্থেন হাল্লরে
অমরাপুরদি লায়রদুন
যমগী মৈশা লাংনরে।'

'পৃথি দ্বিগবিজয়ী রাবননি,
ব্রহ্মান পুজারী ওইনব
নুংশিৎন ব্রাই শিৎনব
ইন্দ্রন শীঙ খায়নব
বরুন-ন ব্রাই তৈনব
ওইরমই ঐহাক রাবন নিংথৌ।
নীংব খিবিক থুংলবদ
অমর হায়ব খুভমসি

ব্রহ্মাদ নিগে খঙ্গখিব
যজ্ঞ অমতং তৌরগ লোইরব
হয়েং নিগে লৈথোকলুব
থবায় মাণ্ডবন হাল্লরে।'

'পলহৈদব ব্রাহে কয়াগ
নত্তব শাজং চত্তুন
রাজ ভুগন কনখিবন
মপুগী মফমদ লণ্ডজরুব
রাবন ঙসিদি তুরেদো !
তৌরোইদব থবক কয়াবু
পাণ্ড-দ শীণ্ডদ চন্দুন
হয়েং তৌগে হায়দুন
মতম য়ৈথোক্তুন লেল্লল্লবদি
কনান ঐবু লাকচগব,
রাবন করিগীসু শিগব !'

'ব্রাখল লক্ষ্ফে চংলকলে
ইন্দ্রি ময়োন কংলকলে;
অসি মখা তাবদি
ইবুঙোন হেন্ন খঙবীরিবনি।
হে লানবী হৈরব ইবুঙো !
পাপকী ব্রাখলন খল্লব
ননাইগী কোকথক অসিদ
ইবুঙোগী শ্রীপাদ লেঙখত্তুন
পাদধুলী চন্দন খিকপীদুন
ননাইবু মুক্তি পীবীরো।
হৌগ্লব থবক্তি হৌখরে
ঙরাংগী ব্রাখল খনফদে,
হয়েং তৌগেসু নীংফদে;
হৌজিক্ল ফরব মতমনি।'

••••◆••••

## * হঙ্গাম 'পাল *

ৱাখল চাওব কনান
শীংথাবীদ্রব লৈরাংদি
হঙ্গাম'পাল শকনৌবী
য়েন্নিংথা লাকলে পাওতাকপী !
ইখৌ লাংলব থমোইন
নঙবু উরগ পেঞ্জবী,
লৈরাং নঙন কন্নবদসু
নহয়ন চিঙ্গাকনরিবী !
কন্ন কন্ন শুম্বগী
থাউ-ন থাউমৈ শেমলিবী !
শাৎলু য়েন্নিংথা য়ৌরকপদ
ঙাল্লু অমম্ব তাইবঙসিদ।।

••••◊••••

## হনুমানদি কমদৌরি !

চহি লিশিং লিশিং যুগ কয়া কয়া
মালেমন লৈশেমঙৈ তাইবঙন খোঙদাঙৈ,
অবতার কয়া মপোক কয়া লিশাংশিংন
নরসিং, রাম, কৃষ্ণ, মহাপ্রভু, গৌতম
অল্লাহ, যিশু, লাইবু ওইব মপোকশিং
পোক্লাই শিনাইরব তাইবঙ মপোক্ত
ঙম্ম থুপশ্রে, ঙম্ম হনশ্রে, মতমগী ফৌরোয়দ
শিনাইদ্রব মপোকনি খঞ্জখিব অমরশিং -
মৈ, ইশিং, নুংশিত্তন থল্লব মালেমসি নত্তন।
অমরনি হায়নখিব হনুমানদি কমদৌরি !!

••••◊••••

## ❋ সমাজ ❋

তেল্লব ঐগী পুন্সিদ
তৎন থানব য়াদ্রব সমাজ
তিলহম্বীয়ু ঐহাকপু
নহাক্কী নিলখোংলব সমাজলক।
নুঙাই হায়বিব অচিকপদ
ঙমজরোই হিংজব ইদোম তরক;
শৈরাংব কয়ান তত্তন শিংথারি
শান্তি লৈত্রব সমাজনি।
মাগ ঐগ চিন্দা পাউদানব
ইমুং-মনুং খৎনজবনি।
নুংশিবতন থল্লব থমোই কয়া
চান্ন চিন্নন তিন্নজব
কায়ননিংদব কয়া কয়াগী
খাইন মৈশা লাংজব
অবা নুঙাই কয়ান থল্লব
সমাজনি ঐন হিংজরিব।
হিংন লানফমদ মায়োক্ন
পজেং ফিরাল খেৎহন্ন
সমাজন ঐবু য়োকপিব
সমাজন ঐগী থবায়নি।
নকালাংদ হিংজব ঐসে
নশাইগোন্দ শিজগে॥

••••◆••••

## ✡ লৌনম ✡

(হেলোয় ওক্লবা)

ইঙেল পুর্ণিমা শকলোৎপী
নিন্দুং তরেৎনি খীরুন্বী
লিরুং থাজ চেপ চেন্নী,

নোংপু লৈচিন্ন খনগ্ববী
মমি শাম্ব মঙাল্ন
নোংপোক ৱাতোন লোমলকপ
নোংয়াই ইচীক হুন্নৱাই,
অসুঙৈদি হায়রগে -
নোংসু থুৎলি খিকথরি;
হারৌ খোঞ্জেল তাখিদ্রে
পাখৌ হুইখোল তমখিদ্রে।
হঙোই নহা লমহেম্ব
তাইবঙ কনা তাখিনি মতাগুম
অহিং ইচীক থৎন-লাঙ
লৌনম চাওব তাইবঙ পুন্সি'
নুংশি ৱারী চীক-শানরি।
য়েন্দাফবী অয়ুক্কী
য়াহৌ ঙম্বী য়েম্বা 'মদি
মতম চান শৈরাং খোন
য়ুথক অনি চনখরে।
খা-গী নুংশিৎ থৌচিম্বী
কৌব্রু নোংহৌ নোংপুবী
মালং শউম নাইখিদ্রে।
উতোল উই-ন লেপখরে,
ৱাতোল ৱানা লেঙখিদ্রে
'মম্ব সংসার থৌরেপশ্রে।
থৌনাইদবীবু হায়রগে -
অহিং চেক্লা লমহেম্বী
তাইবঙ মোংফম 'শৈরাংবী,
মীশি থোক, মীনা থোক
যমগী পাউপুনবিবী
নহাক্তদি মিৎলাওবী
উফৈ নাপুং নারোৎন
লাক্ল লাক্ল খোংলিদো।

কৌজেংন কৈদনো, হারৌন কদায়দ ...
তাওব হুইখোলন কদোমদ ?
তাইবঙ তুমিন লেল্লব
চেক্লা লমহেন খোংবদি
মকুনিদি মিংলাওবী,
অকিব শকলোন হাপ্পরা
চেক্লা লৌনম তৌবরা ?



অসি মতুং তাবদ
য়েন্দা ঙনবী পাওজেলবী
ক্বাক-ন লাক্ল খোংলকপ,
ইনুং ঙাল্লে খন্দুন
পম্বৌ কোন্দে না-কাঙ্নন
ঐসু মপাল থোকলুরে।
অদুবু, অব্বাবদি -
ইনুং মাদি ঙাল্লমদরে !
তাইবঙ নোঙাল পুঙজাসু
মকুইরক্লে খন্দুন
মালং ইচীক থেম
পুক্লিং পেম্ব ওইজনিং
থোরক্লেদি - তদপ্ল।
ও: নবমাল্লিকা, জাতি
কবোকলৈনে কুণ্ডোরৈ
থৌদা কায়নি মতাগুম
ইনুং তৈন ঙান্দ্রিঙৈ,
হয়েং অয়ুক লৈকোনগী
লৈরাং শাৎপ হৌরবোই !

'ইহ : করিনো অসিদে !
হেরাং নাহে চন

চুবা খুদুম ঙাক্লৌ-পী
নুংশি মিংশেল থাদুন
পামু মিঙ্গৌ কৌরিব,
তাইবঙ নত্ত' মতমদ
তাম্না মক্তি ঙমজন, ঐবু
তত্তন কৌরিবী কনানো ?
নুংথিল তাইবঙ মোনুবীরা
নোংয়ায় ঙাকপী লাইরেম্বীরা ?
নৎত্রগ, ইমা-লাইরেম্বীদি ওইবরা -
নচান শেমজব লৈকোন্নুং ?
পামু কনাগী ব্রাবনো -
নুংশি কায়ন মৈচাক্ল ;
নৎত্রগ, শকলোৎপী
নোংদম থীব ঐহাকপু
করি মায়া তৌনিংব
হায়য়ু, কনানিদি-করিগী '

'নুংশি হৈতে খোইমু-ও !
পুক্লিং খঙদে পামুব !
হায়নবদাই নহাক্তি
ব্রাখল লৈব পাখংনি ?
নঙন নুংশিগী লাংনুংদ
লাইবক থীবীবু থাকপীরগ
পুক্সি পোলোই মতমদ
মতম চাদে হায়দুন
করিগী পরিশ্চয় হংলিব ?
ঐদি, পস্থৌনসু ইস্থোল্লবীনি,
পলেম মানসু য়াদ্রবীনি ;
য়েক্লবন কোয়স্ত্রবীনি।
নুংশি কাদ চঙ্লগ
পামু শাইদাংজগে থৌরাংব

নঙ্গন ঐবু চিংনবী।
নোংয়াই ইচীক হুল্লবদ
নহাক্তবু ঙাইজরম্বী
পাঙ্গল শোম্বী ঐহাক্কী
অপঙব ব্বাখলনুংদ
ইশান ইশাবু ব্বাহল্লে।
ঙসিগী অরোইব মতমদ
নঙোন্দ কখোক্লব পুন্সিসে
নখুৎমক্ল লৌবীদ্রবসু য়ারে।
ইনুং তৈন ঙাল্লগ
ব্বাথোক চাওবী ওইরবী,
য়েক্ল 'মাগী মখুত্ত
নিঙোল য়াইবী মাঙজগে
নহাক্কী বিদায় পীবিরো।'

ঙসাইমখৈ তুমিন তুমিন
উচেক ব্বায়া, জীব পুম্নমক
লৈরম্বসু ব্বানরে, ব্বা ব্বাদি লাওনরে;
য়েম্বারাব শৈশক্ল ঐবু চৎলো তাল্লক্লে।
কোন্দে ষনবী হাতম্ন
মচা কায়ন শৈশক'কুম
অমুক খোংব খোঙ্খোক্ল
খুদম মাগী পীরকলি।
লেঙ্ ঙমদ্রব মালংন
'খোয়ুম খুৎচন্দ্রিঙৈ চেলহৌরো'
নাপচিক্ল তমলরে।

হে পুক্লিং, করিগী চিংনরিব
থাজদ্রব পুংফমগী নুংশি'শাবী লৌনম্বী
পায়জৌ নখুৎমক্ল পুন্সিগী লৈরাং
চন্নদন মাঙখ্রগদব চীঙগী লৈম্না মেলৈসে।

মাবু নিংশিংজবন পুন্সি থৌদাং ওইনবাই
নুংশিব মশক উৎনব থমোই অসি পাম্বনি
লৈরাং লৈশাং তম্নব শিঙেল লৈরু হুম্বনি।

'সুম্ন নুংশি আশা ফোঙজব
মিকুপ খরগী মতুংদ
অযুক্কী য়েনখোং তারকপ
শারংনুংগী শঙাইগুম অফা অপুন্নরম্ব
নুংশিবীন কদায়দ, পামুবীন কদোমদ
কোয়ন-কোয়ন য়েংবদ কনামসু লৈরমদ্রে।
নুংশি শাবি লৌনম্বী হেলোয় তোম্বী শকহেম্বী
মখুৎনুংদ চন্নব ওইরমলেদি লৌনম্ব।
নুংশিব হায়ব পোৎশক্ত তত্তন
সংসারনসু চাংয়েংলি, লৌনম লাং থাক্তুন॥

••••ঞ••••

"তাইবঙপাল অসিগী ৱাংমদ
অতোপ্প সংসার' মসু লৈরি,
থাজসিরা ?"

# কবিতা

মীওইব খুদিংগী মশা পান্ন ৱাখলদ
লৌশিংন চাক্তারিঙৈ, ইন্দ্রিন ময়োল চোংলিঙৈ
চিংখ্রদন শাইদাংবী, নুংশিবী কবিতা !

নাৱান 'হঙা' পলেম নুংশি শৈশকপ
শারীন শৈরেংব কবি কল্পনা লোয়নন -
নঙগী ঐগী থমোইদ কবিতা-ন থল্লিয়ে।

মহৈগী লমদমদ চাক্তাব মহাকসু
কল্পনাগী উহয়ন খৌবুম থন্ন উমদুন
ঙংলি, শক্লি, শৈশকপন শৈরাং'গুম।

পামজরুব কনান পোখাব লৈতন
কখোক্তুন পুক্লিং পাঙ্গল পুম্নমক
শান্নদুন লেঞ্জরি কল্পনা কুঞ্জদ।

'দুবু, অঙকপদি - লেংমান্নদব কোঙ্গায়নি,
পুন্সি খোঙথাং খুদিংদ কবিতাশিং খেন্নরে;
অৱা নুঙাই, ইথক-ইপোম কয়ানি।

'মন শিংথাজগে কবিতা - লৈরাং থম্বালগুম
মথোপ কারকপ কবিশিংন মপাম্ভোংদ ওইরিব
নীংথিব, নুংশিবতবু কল্লক্তুন শিংথারুই।

খঙলুদ, উরুদে মনুংগী মচরিত -
চহিন নল্লব ৱাখল লুব কবিশিং
লৈরাং পরেং থোন্দুন পুন্সি পেন্ন লেন্নরি।

অঙাংন মতোং চায়, অহলন মরূ খুল্লি;
অৱাব নুঙাইব, অফব-ফত্তব
কবিতাদি লেঙদন লৈরি, মফম মতম খুদিংদ।।



*"লূদ চঙলুব ঙানি ঐ*
*খঙদদুন চঙলুবনি*
*খঙদদুন থোকঙমদ্রে;*
*শোয়দন শিরগদব থবায়সে*
*কৈদৌঙেনো খঙদরে।*
*কাওথোকহৈব তাইবঙদি*
*শিনি-নানি কাওথোকচৈ,*
*খঙদ খঙদ শিপ্রনি।"*

••••ঢ়••••

## ○ হৈকৎ-লৈকৎ ○

অবা অনা, মীকপ-মীরাওখোলতন থল্লব তাইবঙপাল
পুন্সি চেংজেল লোইরদুন অমং য়াইথোং কুম
অচম্ব মোংফমথক্ত নিঙাইদন তুমখুন তানখ্রব
তাইবঙ খোঙলোয় ওইরম্ব নুংশিখিব থবায়শিং
হল্লকখো অমুক্তদি লেপলখো থেলোংসিদ।

মতম কুইরে ইপাথৌ, কুমওন য়ামলে ইপুথৌ
তাইবঙ চিঙ্লাক চাখিদব মাঙশোক ফম্মেন ফমখিদব।
অবা' মৈশা লাংদ্রব কোরৌ নোংদোন্দবু লৈবরা
অবাফমদ তাখিদুন মালেম লৈখাদবু য়াহিপ্পরা
অমুক্তদি হল্লকখো - লৈরাং লৈকৎ তমজরি।

কুমজা কয়া হৌখ্রব অকাও পরৈ চনখ্রব
নোংমগী নুমিৎ অমত্তসু চাগে থক্কে হায়খিদ্রব
লাংবন থান লাকপদ - পারী-পুরী নিংশিং-থা
চেঙ থোইদিং খুয়ামতং লাইজ ইশিং খুজোক'মতং
কচ্চরি নখুয়াদ, লৎনবীগনু খৌরাংলব থবায়ন।

থোঙাক অশিথেল, লাংজীং চীঙশা নুঙোলচীঙ
থাংজিং, মাৰ্জিং, কৌব্রু, খা-ন চাওব ৱাংবৰেন
তাইবঙ তুংওইনশ্রব থব্রায় কয়াগী খুন্দিন-পুঙ
থৌৰাংজৰিব - চাদা নাওদাশিংগী হৈকং লৈকং
লৎনবীগনু, কুমওন অমগী তাইবঙ চেঙজেল।।

•••••৺•••••

## ✳ নোংজু ইশৈ ✳

কুমগী কুমকোক অহান্ব
ফাইৰেনগী ঙাওজৰবী নোংখোংন
বসন্ত ওইৰে পাওতাকপী
কুমজা কুমদম নৰকঙৈ -
নোং-ও চুথৰো
লৌবুক লমহাং থুমহৎলো;
লৌৰাং শূব কয়াগী
হৱাও মথোই কাহল্লো।
পান্ত তাবী ইচলশিং
লোংখোন জগোই শাহল্লো
ইখৌ লাংব কয়াদ
লাইজ ইহৈনবীৰো।
পাক্ল শন্ন চাকলিব লম্লেন
মৈশা লাংলব কয়াগী
থব্রায়বু তেমশিঙনৰিব
মুৎহন্বীৰো মৈচাকসে ইৰীদুন।
খাইন মৈশা লাংলব
নুংশি মৈব্রায়নৰব
শাবী শানৌ কয়াবু
কোকহন্বীৰো মৈশাগী অব্রাব।

নোং-ও চুথরো
য়াঙ্গংলব তুরেলশিং
ইমায় চোন্ন চেলহল্লো,
তৃ-খোং চামথোকলো;
লোক্তাক ইমায় চোলহল্লো
নৌগী তাম্ফা পীনরো -
কুম-মৈ চোন'ন ইহৈদুন
ফৌনাগী জগোই শাহল্লো॥

••••❀••••

## ✡ কাওরেন ষণ ✡

পঙন পাল্লব পুন্সিদ
অব্বা মায়োক য়াবতদ
মীগী মতেং পাংবদ
ঐগুম্ন নুঙাইব কনানো ?
হাজং চাব জীবনি,
চাব থকপ নীংথুংদে,
নীংতম্ন চংঙমদে;
ইঙক্ত থৌরী থাংবীরি।
শারব কালেন নুংশাদ
ব্বারব ইকুম থাদুদ
অকন্ব নুংশিংকী মায়োক্তা
হুমাং মরিক শিম্লন
তাইবঙ মতেং পাংবীব,
নঙন নুঙাইব উরগ
উনবী পুক্লিং পেঙ্গেদো
অব্বাব খোঙথাং কাওইদো।

অদুবু, তাইবঙ মোনু থমোইদ
তথোং পুকচেল চেল্লবদি
মীগী ঋবদ উবীরবদি
থোইন হেন্ন নুংঙাইগনি।
য়াইতোং খমদোং নহাক্লি,
শাইদাং নাইথাংনব ঐহাক্লি;
নঙন ঐবু থৌগায়বদ
ঐন করি শাওবগে?
ইপাঙ্গল তেক্ল নোমজরগ
ফৌপাল খুদাপ 'মতং হেক
চেং-ফৌ য়াউম'মতং চাবদ
কুয়োম নম্বোনমখৈ ফুবীরি।
তৌবীমল খঙদে তাইবঙ-ও
তেংবাংব হৈতে তোল্লবদ
মীগী মতেংত ঙাইবনি
অসি মতৌ নত্তরা ?
মীপোৎ তিংন পামজব
নপোৎ নরলদি পুথোক্তব
ঐন নতেং পাংবগুম
নঙসু মীতেং পাংউকো।।

•••••◆•••••

## ✽ খোইহী ✽

থৌজিল্লব তাইবঙদ নথৌদাংত পায়দুন
হাদ খোই-ও হয়িংখোই,
নখোয় ময়াম পুন্দুন লৈকা লৈনা খুদিংদৈ
লৈরিক কয়া চেল্লক্তুন
শিদয়াই, নাদয়াই অমৃত খোইহী পৈশিন্ব
তাইবঙন পেম্ব ফংজরি।

অদুবু, অৱাবদি
পুক্রিংদ, পাঙ্গলদ
জীব মীথোই মীহেৎ
লৌশিং চাওব মীওইব
লন্নাই লন্নাই ৱাখলন
জ্ঞানগী লৈহি তান্নরি।
পুকমান্নদব পুন্সিগী
নাইতোম তাব থৌদৌন
অমৃত খোইহিদি ফংঙমদে।

•••••✤•••••

## ⁕ নুঙাইব কদায়নো ? ⁕

ওলাংথাগী মতমদ
অয়ুক্ত হৌব নোংহৌগুম
পুন্সি পুংজা শীংকক্লব
মীওইব ঐখোয়গী পুন্সিদ
নুঙাইব হায়বদু কদায়নো ?
লাইবক ফন ফংলকপ
লনগৈগী মপু ওইরগ,
লক্ষীন ভান্দারী ফমদুন
কুবেরগুম নীঙ্খায়ব ঙমদ্রগ
নুঙাইব কৌব য়াগদ্রা ?
লৈবাক্কী অচৌব ফম্নাইব
সমাজগী মপু ওইদুন
মীনাই মীশন্ন থৌগন্দুন
সনাগী তাংবলদ ফম্লগ
নুঙাইব মীশক্লি হায়গদ্রা ?
অপঙব মীশক থিদুন
লৌনম নমথাক তৌরগ,

অশোম্ব কাংবু য়েংদুন
মথক খোংব তাল্লগ
নুঙাইব ফংব ঙমগদ্রা ?
তাইবঙ লীলা ফম্পাক্ত
শান্নরিব মায়াগী লীলাদ,
ইরাংগী ইথক ইপোমদ
নোক খেদুন লেল্লগ
নুঙাইব হৈবনি হায়গেরা ?
ঐন হেল্লে মনীংব
থবক্তি ইপাঙ পাঙদব
মাঙোম্দগী হেম্ব লাক্লগ
মীদুগী মাঙনব শীল্লগ
নুঙাইবগী মপু ওইগদ্রা ?
উপালন উহয় য়েন্দুন
লম্বী চৎপদ উরুম পীদুন
চঙজরকপগী মতেং পাংদুন
থবায় হকচাং কায়নবদ
মাগী অপেম্ব ওইনরি।
পীক্লব জীব ককচেংন
নোংজু নুংশা খঙদন
মপুম থীৎন নোমলুরগ
অফংব খরন পেন্নদুন
মাখোয়গী নুঙাইব ওইজরি।
মশান ফংজব লনদুবু
লৈত লায়র কয়াদ
অঙম্ব তেংবাংনম্রগ
অরেম্ব খরন নোংখন্নব
মাদুন মহাক্কী নুঙাইবনি।
লনগী মপু ওইদ্রবসু
হকচাংদ লাইথুং পান্দব,

ইন্দ্রি ময়োন খুইদব
মীগী মরল তোন্দব
মাসিন থোইন নুঙাইবনি।
ইশাগী অরাকপ নত্তন
মীগী কাদ য়েৎচরোই;
লৈজব পুক্লিং পাঙলন
লৈবাক্কী সেবা তৌজগে
ঐগী অপেম্ব ওইজগে॥

•••••✿•••••

## -: নোংথাংলৈমগী শাখপ :-

থাবলন ইপোম হৌরব
লাংবন তরানি অহিংসে
লৈচীলন পা-নফাও খনখিদ্রে ;
লংলব থব্বানশিং শোক্তন
মুন লেপ্প চীঙজাওগী
নাকচি চিদোন চীঙবাংম
স্বর্গ-মর্ত শম্নফম
শান্নরিব কুম্মোসে
য়েংশি মরুপ নুংশিব -
নোংথাংলৈমগী শাখপসে !

নিংশিংলকই চান্নবা !
অদুঙৈদি হায়রবদ
ইচেম লায়র-তোম্বীগ
শুমাং থেলোংদ শান্নখিব,
থাবলগী ইপোমলক্কুদ
যোগিনী লৈমগী মিৎচিন

তোয়ন তোয়ন খৎখিব,
খঙখিদব পুঙজাদো -
নাপঙবন লাঞ্জাও য়েংবগুম
নহাগী পঙলব পুক্লিংদো।

ঙসিসু থোক্লরে, মরুপ !
চহিন নল্লব, ঝাখলদি হেন্দ্রব ঐহাক্ল
প্রকৃতিগী লুরব লীলাবু য়েংলুরে।
অপঙব ঝাখলন খঞ্জরুব অমদি -
নাপঙবন লাঞ্জা থেংনরুব
মখোল য়াওদ্রব মঙালতগুম
হৌজিক্তসু খল্লমই, ইকুই কুইদন।
প্রকৃতিগী অরোম্ব শাওং য়েংলুব
পাপ লঙজরুব ঐঙোন্দ - হৌজিক্তি
পীনবীরো থুন্নব - স্বগগী আমৃত।

নুংশিরব মরুপ, য়েংবীয়ু
শেংলব মহৌশা লাইরেম্মগী থমোইন
অমক'কয়াগী শাওংগ
মীন য়ৌঙমদব লমদমসিদ
শোক্লরিব লাল্লোংসে !
রাম - রাবনগী লানফমদ
মায়া হৈব ইন্দ্রজীৎন তৌবগুম
ঙসিদ খঙজরে, পঙলব থমোইন -
নোংথাং লৈমগ থাবলগী ইপোমগ
শান্তি অশান্তিগী অকম্ব লাম্হেং ॥



## ---------॥ তৎখ্রবদ থমোইগী তারন ॥ ---------

বিনা, ঐগী মেজ্রাপ্ন খৎপদ
তৎখ্রবোই নঙগী প্রেমগী তারদো !
মিন-মিন খোংখিব নুংশি কোলোই শুরদো
কোকিল মাবু তমজন, পঞ্চম শুরবু ঙমজন
শকচখিব, শোঞ্জখিব, রাগিনীগী ইপোমদ
য়েররেনে ঙসিদি কাইহৌররে থমোইবু।
শৈরেং কয়া শকখিব নঙগী খোঙ্থাং মরক্ত
মালং মান তমহৌরে নুংশিজব নতৌদো
য়েররে থমোই লকাদ মৈশালাংব মতমদ।
বিনা, ঐগী চোকথরব পাম্বোমসিন হন্ন হন্ন
খৎচখিগে লেপ্তুন, থমোইনুংগী তারদ
তিনখ্রসনু খোঞ্জেলদুন বিশ্বপ্রেমগী ইপোমদ।
বিনা, ঐগী মেজ্রাপন খৎপদ
তৎখ্রবোই নঙগী প্রেমগী তারদো।।

•••••৫•••••

## ✳ নুংথিলগী থব্রানমিচাক ✳

তারমদাইগী কোরৌগী মশেক্র শল্লব
অতিয়াগী ঙাক্ত্রান্নব মঙালবু নম
নোংচুপ হারম পাংবদ
লংন ঙান্ন থোক্লিব থব্রান-ও
মমশিল্লক্কদৌরব থমোই অতিয়াদ
নপাং কনাসু ঙাইদন
ঐ মঙায়রে হায়দুন লেন্নজ
কল্লকচাওব থমোইতবু লাংথাকপ
কয়াম কুইন ঙানখিনি

নমান লিশিং লখারক ?
থোরক্লি অমগী মথংদ অম
মীওইপোক্নী মল্লব সমাজদ
লংলব নহাক্কুম্ব থৱান লিশিংন
দিপানিতাগী মৈঙালগুম শীন্থুংন॥

•••••◆•••••

## পোকখায়রকপদ মৈগী চীঙ

(২৫-৫-২০০২)

চহি লিশিং কয়া কয়া লেনপ্লব
তাইবঙ শেল্লকওঁদ পোকখায়খিব মৈগী চীঙ
অসুম অসুম ফুনগৎলক্কুন শেমলকখি থাজনরিব
কংলৈ লৈময়োন থেল, 'সনা কংলৈপাক'
মীরোল কয়া কয়া লৈরকখিব পোইরৈতোন খুম্হোকওঁ
ইপা-নাৎ, ইপুনাৎ, চীঙবুরোই তম্বুরোই পুন্ন
চারে চামিন্ন, থক্লে থকমিন্ন হিংমিন্নরকখিব
হিংমিন্নখিসি নুংশি চান্নন, শান্তি লৈব শান্তিপুর।

চীঙন কোয়ন পনছাব চীঙমীন কোয়ন পনঙাকপ
পোইরৈ ইরমদম নুংশিবী, অকন অথৌশিংতগী পোক্লফম
লাকচ খুদুম চন্দ-ন, মনীংতম্ল হাইন হুম্ল
মালেম লৈকোয়পুঙ তোমথীল ঙাল্লিবী চীঙগী থেল
ঙসিদি কুমমাথোই শুব শতাব্দী হৌরকপদ
লিশাং শিংন তুমখুন তানখ্রব মৈগী চীঙজাও
মখোল থোক্ল ঙংলক্লে, লৈরোন থক-খা নীকলক্লে,
ঙম্ল মাঙপ্রে শান্তি, শিংখিদরে নামিব নুংশিংসু।

ইরী চেল্লব ইঙা-থা, নিন্দুং ২৭নি খিরুন্নী
১৮ জুন, ২০০১-হুমনি চহ্ন মণিপুর বন্দ
খঙহৌদে, কদোমদগী হৌরকপনো - অকিব শক্লোন
'মণিপুর গুমখৈ কায়ব য়ারোই, শক্তি চুক্তি লৌথোকউ'
পুমনিল নিলখ্রে চাকচামাঙ, অহিংসাগী আন্দলোন,
খুৎত চৈতুপ, নোংমৈগী অয়াকপ খোঞ্জেল
কদোমদনো, কদায়দনো, মায়কৈ সলাই খঙখিদরে -
অমুব মৈখুগী মপৈলক মৈবীগী অকিব শক্লোন।

নীংশিংলকই, অদুঙৈ মণিপুরন ভাবত্ত তিল্লকঙৈ
'নিংথৌ লৈব পামদে, গাডী থম্ব পামদে'
খোল্লাওসিগ লোয়নন নমদুন সম্বী তৌনখিব।
অসি মতুং তাবদ মীৎশিং নাশিংনরক্লব প্রজাশিং
চহি লিশাং শিৎন হৌরক্লি অকম্ব শাফুগ লোয়নন
চীঙমী তম্মী খুদিংন নীংতম লাম্ফেং লালহৌরক
তোখাই-তোখাই তানব, কাংলুপ কাংলুপ নাইনন
থব্বায়ন পোম্বা পীনদুন, লালহৌ লাঞ্জংনরকলি।

চনৈনরব ইনাং তারব রাজনিতীগী চৈথেংলক
তম্বুরোয়শিংন তাল্লকলিব নিংতম্লব ইবৈবাক
চীঙবুরোয়শিংন তাল্লকলিব নাগাশিংতগী মরমদম
শান্তিগী চুক্তিন য়ুমফম ওই, ফজ'লোন্দ অহিংসা
য়ানথোকলুব লালহৌপুবেল 'মগী লাংদ
ব্বাখল থেম্ব, অনকপ মিৎয়েংতন থমখিবন
ঙসিদি ওইববে অকিব শক্লোন প্রলযগী মতৌগুম
কপলরে ইমান, তেংথানাওইন কংলৈপুঙসিদ।

'ইপাম মৈহৌরে খাম্বী মৈচাকলে
ইদু নিংথৌ লৈতবরা খাম্বী মৈকল্লো'।
চোইজাইনরব অমুব শল্লাংন প্রলয়গী মৈখুগুম
কপ্ল-কপ্লদুন তেংথা নাওইরকলিব ইমাগী মীকপখোল

ব্রজ লিশিংন তারকপগী য়াক্লব খোঙ্থাংলক
মফম খুদিং মায়কৈ খুদিং মৈরী থোক্ল চাকখৎলক্লে
কৈদ মাঙগ্রে - রাজ দরবার শঙলেন
কদোমদনো, কদায়দনো তুমখুন তাল্লগদব অঙম অথৌশিং ?

অকিব শক্তম, অয়াকপ লাল্লাও, নোংমৈ মরূগী খোঙ্থাং
'ইমাগী শক্তম হোংব য়ারোই, ঙমখে কায়ব য়ারোই'
জয় ধ্বনি লাল্লাওখোন-মায়কৈ শীল্লব লম্মৈলক
কংঙমদ্রব মিৎলু পিরাংগী ইচেল্লক
থবায়ন পোম্থা পীদুন ঈখেংন চন্দন চাইদুন
ইমা লৈবাক নুংশিবী - নঙগীদমক্তি - থবাক লোংন তা
থৌনাফব কয়ান মতাফব কংলৈয়োন
নুংশিজরবী পলেমগীদমক ঙসিদি বলিদান কৎলরে।

ঙাইখো, অথৌবশা ঙাইখো, নখোয় ঙম্ম হনখিনু;
পোখাখো বাংলেন থরগ-অরাম খৌরাং লৈত্রব
লমলেন কেক্রূপাৎ লমনুংশি ইবুধৌ পাখংব মশাইগোন
লাকচথিব কনান লানঙম খুদুম চনঙমদ্রব
কংলা সনা শাইগোন্নুং নিঙাইব লৈতন পোখাখো।
নখোয় নতৌ তমদুন, পাঙদ পানব ঐখোয়ন
অচম্ব মোংফম থক্কুদ, লৈরাং খুজোক কক্তুন
নিংশিং নিংশিং হৈনা নতুংইন পলেম সেবা চচ্চগে।

ইখেং তৈরব অতিয়াগী মখাদ লৈরিব কংলৈপাক
ঙসিদি চাইখোরক্লব মৈগী চীঙগী শৌদোক্লব মৈ-হীন
চাকথেকলকলে ঙম্মমক, তাম্থিত ঙায়হৌরনি।
থাজৎ ১৮দ হৌরগ শমু ১৮ পিখম্ম -
প্রলয়গী নুংশিৎ শিৎলকপদ হুমখিদুন মায়কৈশিন্ন
চীঙশাংথুংন চাকখৎলকলিব মুৎনাইদ্রব লম্মৈ-ন
ওমচাক্লরগনি যুগ কয়া থমোইগী থুপ্লব কাচিনশিং
লুপখিগনি অমুক হন্ন নিংশিংব থোক্তন তাইবঙদ।

নুংশিজবনি, ইরৈচাশিং-য়েঙ্খৌগুম খোঙদোইমিন্নসি।
তাংজগম্বী উতাংবীগুম মীতোপকী নীংতম্বদ পেন্থোকখিব
তাংজ লীনগী মহূন তত্তন কামশিল্লকপ কুমজা কয়া কয়া
নঙ ঐগী শান্তি পূম্ব মাঙলগনি অশান্তিগী মৈবীলক
ইমা ইচা, ইচীল ইনাও খণ্ডন হৈথবক্লিব উফুল ঋাইফুল
মরৈ লিশিং লোঙ্ব মৈরি চেম্ব মৈখুন কুপলকপ,
থাংজিন্নখিব খোঙফম তুংহন্নন চেন্থোকহৌদ্রবদ
লিশাংশিংন তুমখুন তাল্লুবব মৈগী চীঙ্গন মিকপ থোক্লবদ।।

**(থৌদোক অসিগী অহান্ব কুমওনগী জুন ৯, ২০০২ নোংমাইজীংদ পোক্লফমদ ফোঙগ্লব)**

•••••✿•••••

## * নোংদোন লৈচিল *

**(জুলাই ২০০৩)**

অশংব লৌবুক লম্ফাং, উমং কয়া
শংবানরব, চাংজৌ নাইদ্রব ইপাক কয়া
তুমিন্ন, লেঙদন লেপ্লিব চীঙদোল কয়া
পাক্ল শনগ্লব লৈকংলাগী লৈঙোই মপৈ
মালেম শীন্ন খুন্দা-লৈতারিব মীওইপোক
লেঙলি পাম্লিব, অচৎ-চত্ত খিবিকপু
য়েংদুন পাইরিব হে নোংদোল থক্কী লৈচিল-ও
কনাবু থিরিব, কবিবু য়েংলিব তনিক তনিক ?
মিকুপ খুদিংগী হোংলকপ নহাক্কী শকলোন্ন
উৎলিবরা তাইবঙগী লিচৎপু শংবানবব অতিংকোয়,
য়েকলিব পুন্সিগী শক্তমবু ঙাক্লোনব ফিজংদ ?
লোন্ন, তুমিন্ন পাইরিব হে নোংদোনথক্কী লৈচীল-ও
নহাক্তি উরিগনি অৱা নুঙাই খুদিংমক
কনান অচুম্ব, কনান অবাম্ব, কদায়দ কবি কবি
ওইজনিংই ঐহাকসু নহাক্কুম কোইপাই পাইদুন
য়েংজনিংই লোন্ন লোন্ন অৱা নুঙাই খুদিংমক।

পাইখিগনু লৈচিল-ও, পল্লেপফম লৈত্রব মালংদুদ
ওইরকখিনু শুক-শুন মল্লব অমুব নোংহৌ
অখাক অরাওগী পুংলোন্দ, নোংথাংগী তাম্বাদ
হৈথরগে খন্দুন ইপাম্বাগী ইনোং-ত,
মাঙহনখিনু, ফজব কোঙ্গায়, বসন্তসু লোইদরি;
চোইজাইনরব নিঙোলগী শল্লাংগুম প্রকৃত্তিগী মায়থোং-থা
মালং মাগী শউমদ লৈন লৈন পাইরমখো।।

••••◆••••

## ※ লৈহাউ চেন্দ্রব লৈকংলা ※

(আগষ্ট ২০০৩)

প্রলয়গী মতৌগুম নোংলৈ নুংশিৎ
অখাক-অরাও থক-খা নিক্লব
শুক-শুন মল্লব লোকচপ কয়া লান
থুংলরে ঐদি ঙসি - পল্লেপফম নাইদ্রব
পুদুন পুন্সি'ম- অশিথোঙ তম্ন।

নোংপোক চিঙ্খে ঙাল্লকপ অয়ুক্কী য়েন্দা অঙম্ব
লিরি হুম্ব মালংন হুল্লকপ নুংশি লৈনম
উচেক-বায়াগী হরাওখোল, পলেম নুংশি নাওথেম খোল
চারু 'খিবিক আমৃত, উরু' খুদিং মিত্রংগুম
পুন্সি খোঙদোয় হুল্লকপ, পামজরুবনি পামজব।

কল্লকচাওব তাইবঙগী মিহৌচাওব পুন্সিনি
খঙদবত খঙনিংলুই, ফংদবত ফংনিংলুই।
যন শেন যনঙাক ঙল্লকপ, শারেপ কাংদোং তাল্লকপ
লিশাংশিংন মহেকোন শেরান্নব লমজিং লাং
'চুম্ব চাম নমখরে, ওইদ লিশিং য়াইতোংলে।

মথোপ কারকপ পুন্সিগী মিংফম হোংব য়াদ্রব
শুদ্ধাংনিঙাইগী শুদ্ধাংনিঙাই শকনৌবী মায়থোংন
ফজবতবু খল্লুব নুংশিলাং থাক্লরকপ
য়েক্ল' মৈশা লাংলকলে, পাইম পুক্লিং লাংতক্লে;

ফংনিংবতবু তাম্বন অচুম অবান খঙলক্কে।

কোরৌন লুতোন্নরকপ পুন্সি শাবেপ ফাবকপ
অৱাবগী অৱাব, নুঙাইব শক্লোন লৌদুন
মায়াগী লাংদ থুরব - লাংথাক হৈব মিবাংগুম
কৈদনো নুঙাইব, কৈদনো নিংতম্ব -
যুম্বালগী ভার-ন নন লেঙ্ব য়াবোই বগুিগুম।

তাইবঙ লোনচৎ শাজৎন নুংশি লাংথাক অরুব
লেঙ্ঙমদন থুখিব, যুমলেপ চার তন্নকপ
হিংন' উপাই থিবকপ অচুম অবান খঙলক্কে;
ফজবন কদায়দ, নুংশিবন কদোমদ - নুঙাইবকখিনি খম্বন
অসুম অসুম চঙশিল্লি খোঙকাপ লাওন থাংদুন।

নোক্ল চাওব সমাজগী মৈশাবু খাঙ্গদরা
নুংশিজব ইমুংগী হেনফদ্রব থৌদাংবু পুগদবা
ওইদবন অওই-শা অবোম্ব কোঙ্গায তৌদুন
তান্দব য়াদে লনগৈসু সংসার যাত্রা ঙম্বব;
লানফদ্রব মহাকপু মীনমদুন শবী-ৱাশক্লখিব।

ঙসিদি পুক্লিং ময়োল চোংখিদ্রে য়েন্নিং থাসিদ
থমোইগী থুপ্লব কাচিন্দগী চেন্থবকপ ইচেলন
ল-ম-খাঙগী লৈক্রক্ত ইচুপ্লব
ৱাখল চাওব কনাগী ৱাখল ইবেল কংখবে
ওইবকলে পুন্সিগী লৈহাউ চেন্দ্রব লৈকংলা।

নুমিদাংৱাইগী কান্দুদ অঙাংব নোজাবীন শনখ্রব
খোইশাওনরব অশাব নুংশিংন হুন্নরুব
লংলা লংজিন থোক্লব খন্থবগী শক্তি ৱাৎলকপ
কলমগী চৈশু তেকখ্রব কুদ্রুক কদ্রাকপ খোঙলমদ
মাঙদ চঙসি চঙ্ঙমদ তুংদ হনসি হনঙমদ -

মীনুংশি ফংদ্রব মতমদ অশাও খোম্থোক্লখিব
ইমা ইপা, ইচা ইশু নুংশিজরম্ব মকপ মপাংন
ঐগী মায়োক্তা লেপলক্লব, ঐগী কনা লাকখিনি,
য়েক্ল' লাঙ্গোয় চনখ্রব কুরুক্ষেত্র লম্মাংসিদ
ওইরক্লবদ পুন্সিগী লৈহাউ চেন্দ্রব লৈকংলা।।

••••❀••••

# * তাইবঙ মঙ্গলান *

হে ঈশ্বর, তাইবঙবু শেম্বীব !
নহাক্ন ঐঙোন্দ পীবিরে থৌনা কয়া -
অচৎ-চপ্ত সংসারবু য়েংজনব মীৎ অনি,
য়ৌনিংবত য়ৌঙম্ব মশা পাল্লব ৱাখল
ফোঙদোক্লিংব কোঙ্গায় ফোঙ্‌ঙম্ব পুক্লিং
খল্লমিন্নসি নঙ ঐ।
ঐগী ৱাখলন মালেমবু থাদুন পাইখৎলি
অহাঙব অতিয়াগী পল্লেপফম নাইদ্রব-কদ'গদ;
তুংহন্নন লৈদুন য়েংথরকপদ উরি মালেমসে
মপুম ফারব থাজগুম মেরাগী পুর্ণিমা
ইলং লংন, ইঙ্‌ন চিক্ল অমম্ব ইপাক্ত
য়েংমিন্নসি নঙ ঐ।
লৈদুন লৈদুন য়েংসি কাচিন কোয়া চিখদন -
পাক্লব আটলান্টিক, পেশিফিক, ভারত মহাসাগর
অৱাং মেরু, খা মেরু, বিশুবরেখা, মরুভুমি
দেশ বিদেশ জাতি বিজাতি কয়া কয়া
কল্লক য়েংথিনব, খৎনবগী খৎনব ঙাক
য়েংমিন্নসি নঙ ঐ।
তাদবরা নহাক্তি ইউ এন-ন লাওরিব শান্তি ?
নারোন্দ নিউ-ক্লিয়ার, মিসাইল, রোকেট
মাঙ-ন তাক্লবগী মশক ওইরব খুৎলাইশিং
লেপ-নাইদন উংখৎনরিব লাল্লোং কয়াগ
করম্ন শান্তি, কনাগী শান্তি - হিরমসিদ
খল্লমিন্নসি নঙ ঐ।
ঐগী ৱাখলগী পল্লেপফম নাইদ্রবা খোঙচৎন
অসুম-সুম লাপথোরকপন শুল-তিঙাদ
তাংথক নাইরব মালেমগী য়েংথীনব লাল্লাওখোন
অসুম-সুম তাখিদ্রবদ, তরং তরংলিব
লোম্বোক্রব নুমিৎ, থা, থৱানশিংগী শান্তি
য়েংমিন্নসি নঙ ঐ।

পাইরি ঐগী মশা পাল্লব ৱাখলন লেপ্তুন
অমম্ব, লোইনাইদ্রব শুন্দ্রংদ লৈন লৈন
অরংব থৱানমিচাকশিংগী মরক্ত নীং তম্ন
গ্রহ-উপগ্রহ কয়া কয়ানি থৱান'শিংগী
করিগী লৈরিব কোটি-কোটি শীঙথা ঙমদন
খন্থমিন্নসি নঙ ঐ।
ব্রহ্মান শেম্লকপ ৱাখল পুব মীওইপোক
ঐখোয়তনি খন্দুন সংসারসিদ পাঞ্জব
করিগী লৈরম্মোই - সংসার কয়া ঙন্দ্রংসিদ
ধ্রুবতারা, নিংথৌতুরেল, রাশি-তারা
লংল-লংলব মৈবুলশিংগী সংসার কয়া
খন্থমিন্নসি নঙ ঐ।
অকি-তুজুং, অপঙ-অশিং তাইবঙদগী থোইদোকপ
জীব কয়ান খুন্দাব গ্রহ কা শোয়দন
হিংচা য়াইতম্ব, লাইনি থাজব কয়াসু
মাগী মাগী সভ্যতাগ লোয়নন পাঞ্জব
কয়া লৈরমলোই খন্বরা - পুন্সিসিদ য়ৌঙমদ্রব
খন্থমিন্নসি নঙ ঐ।
হে সংসার শেম্ব মপু, করিগীদমক শেম্বনো -
তেল্লব পুন্সিদ থেল্লব ৱাখলগী মতেংন
য়ৌঙম্লরোইদব, খঙ্ঙম্লরোইদব কয়া কয়া
উহল্লিব, তাকথোক্লব নঙগী নতিক-নগুন
অরংব মৈবুল কোটি কয়া ওইন শুন্দ্রংসিদ
খন্থমিন্নসি নঙ ঐ।
মীওইপোকসিমগী পুক্লিং হকচাং পাঙ্গলন
ম্লিংন উরব নহাক্কী শক্তমবু খঙ্ঙমদ্রব
য়ৌঙমদ্রব মফমদ খুৎলাম তোয়ন কৌরিব
পিখম্লরগে পুন্সিসে - পুবিয়ু পুক্লিংবু
থৱায় চেক্লা ওইন, অমন ফিমন থারগ -
শুন্দ্রং যাত্রা লোইনাইদ্রব॥

••••৫•••••



## * মীহাৎপুঙসিদ ☆

শোয়দন শিবগদব পুন্সিগী
ঙাইঙমদ্রব মিকুপ পুংজাসিদ
চঙহাৎ চঙহাৎ হাৎনবিব -
চাওখৎলবনি হায়বিব সমাজসে
ওইববনি মীহাৎপশিংগী মীহাৎপুঙ।

কাওঙমদ্রি অদুঙৈগী শয়েং পাম্বোম ঙানব,
খুৎক খুৎক, থাঙগ থাঙগ
পাঙ্গল চাংয়েংনদুন পিখম্নখিব
লৈঙাকপশিংগী বিচাব, ৱাযেল কাটি-ন
খাঙুথক্কী লৈবাংগুম লৈমন চনখিবতনি।

অমহেক্তি, জাৎ-বিজাৎ, য়েংথিনব কাঙলুপ্ন
শক্তিতবু পামলুবন, লনগৈতবু কল্লকপন
লাল্লাওখোনগী মবক্ত থবাক লোংদানখিব
পুন্সি পন্দোম লোমখিদ্রবসু - ওইখি
লৈবাক নীংব-মীথোই মীহেন্ব - সহিদ কয়া।

ঙসিদি, কদায - মিকুপ'মতং কাংদন তাবিব
মীশি মীনা, মীহাৎপুঙগী খোল্লা-ও,
আইন যাওদ্রব আইন কয়াগী চৈথেংলক
অকম্বতন অচুম্ব শক্লব খুন্নাইসিদ
লৈহৈদ্রবনি লৈহৈদ্রব - মীহাৎপুঙসিদ।

মপু লৈন মপু পান্দ্রব লমদমনি;
অচুম্ব মিখ্খে শোন্দুন নাবোন্দ তাশোন্ন থিল্লিব
অশোল অনা, কনা লৈজদ্রবশিং তুহৎপ
খুৎলাই পাযবশিংন ঐ মঙায়রে হায়দুন হাৎলিব
ধর্ম্ম-অধর্ম্মগী ৱাহঙ্খোক লৈতন মীহাৎপুঙসিদ।

ঙম্নমক লোইরে, শিখিবন পঙ্খেনি, চুন্নবসু লাল্লব-
শরাক তমগ্রব মহাক্তন লাল্লবনি, বিচার লৈতে
থক্ত-খাদ, মাঙদ তুংদ খোঙদাফম লৈত্রব অশি-থেল
থৰায়গ হকচাংগ কায়নবতন নীংতল্লব
করম্ন নাম্ভোক্কনি হিংফদ্রব মীহাৎপুঙ ?

•••••ষ্ট•••••

## * অসিরা পোকঙমদ্রব মীওইপোক ? *

(২-৮-২০০৭)

খঙ্ন খঙ্ন খল্লুদ্রব পুন্সি
ফংঙমদ্রবতবু ফংননব তাল্লুব মপোক্ত
থেংনবরে নোংমদি খঙহৌদন পুন্সিদো -
অৱাবগী মশক্লি, য়েংহৈদ্রব মতৌনি
অহলগী মতমদ, অরোইব মিকুপ খরদ।

ওইরমই মতম'মদ য়াইতোঙ খমদোঙ্ব
মচীন চৎপ, ব্যবাহারতন থল্লব ;
মরুপ মপাং ঙাক্তনি, থৌদোক ৱাথোক কয়াদ
ইচা ইশু লৈরিক লৈরাক থন্ন পাল্লকই পুন্সিদো
শিরোই নারোইদবগুম খল্লুই, নুঙাইরকখিনি শোয়দন।

হায়রুব পুম্নমক তারমই ইমুং মনুংন,
চানিং শেৎনিংব পুম্নমক ফংলমই ইপান ফরিঙৈ
তৌকব খুদিংমক শীংথাবীরমই সমাজন।
শোল্লোইদবোই খল্লুই, শোন্থরকপন হাল্লকলে
কল্লাক কূরু কারকপ চৈশু ঙাকলৌনরকলে।

থৰায়মক্লি খন্দুন পুন্সি খোঙদামিন্নবকপ,
মহাক্লসু তাথী তাওইনরকপ

খল্লুদে থোইনবু - মহাকসু থংমু নাওমুতনি।
কনানো তুংইল্লক্তুন করেম কথায়নরক্লিব ?
হেঙ্গক্তুন চৎখো - ঐদি শোল্লবনি মাঙওইনব।

ইপান ফরিঙৈদ ফংলকপ তরেৎ শেঙ্গান
লৈনিংবত লৈ - চানিংবত চাদুন
ইচা ইশুগী খন্দুন মাখোয়গীদমক হোৎনখিব
অহলগী মতম ওইরকপ, ইমিৎ ইনা চোৎলকপ
ইচা ইশু কয়াদগী শেৎকে চাগেসু হায়ঙমদ -

পীজনিংব খর পীজরকপ শেৎহন্নীংব খর শেৎহনলকপ
থোইদোক্লবু খোইখা লিনখা থারুদে ;
চাগদব চরম্ন খুইজিল্লকপ অকে অমৌ খঙলক্রব
ওইহন্নিংই অসিমতংদি - পুন্সি মমি শামলকপ -
মীনুংশি অদো ফংহন্ব - মীওইপোক্কী মীনুংশি।

ব্রহ্মামক্ল পোকচনিংব পোকঙমদ্রব মপোকনি হায়নৈ
করি য়েংদুন পোকনিংলিব তেনখ্রব মিকুপ খরদংসে
নোংমদি শোয়দন মাঙখ্রগদব মায়াগী মপোকনি
ঙাইঙমদন হাৎনরি, মাঙখিনবতা হোৎনরি
কনাগী ব্রাখলদ করিবু য়েংদুন হিংনিংলিবনো ?

অসিরা পোকঙমদ্রব মীওইপোক ?
খোঙকাপ খরদং হেন্ন থাংজিনখিবদ
মাঙদ লৈরিব লোকচপ্তু শোয়দন ওস্থ্রগনি,
অরোইব খোঙথাংন থাংদ্রিঙৈ, খুত্তগী চৈঙাক অসিন
য়ুংলমদুন, মিংচৎকী উরোং'মতদি খিল্লমগে।

খ্বাংগোল্লব অহল অমন লুকথদুন চৎপদ
চামচৎপী অম তারব্ব - কান্দুন অদুম চৎখি।

••••৫••••

# * ঙরাং, ঙসি, হয়েং *

(১৫-১০-২০০৭)

ঐহাক বিজ্ঞানিক অমসু নত্তে,
ঐহাক ইতিহাস ইবসু নত্তে;
করিশু খণ্ডদ্রব ঐন খঙলুগনি করম্ন -
লীশাং শিংন লীথরকপ ৱারী ৱাতাই
অখং অহৈশিংন - হৌথ্রব ইপা ইপুশিং
খোংচিল্লম্ব ৱারেং শৈরেং, ইতিহাসকী লামায়শিং
তারু উরুরগ, খন্ন নৈনরুরগ
খঙলুব খরন অখণ্ড অহৈগুম চাওথোকচকই।

ঙরাংগী মতমদ - কয়াম কুইরবগে শীঙথাঙমদ্রব
মালেম অসি শেল্লকঙৈ, কদায়দগী করম্ন
চহি কোটি কোটিন খুজিং ওই
মৈবুল ওইন পাইরিব মৈবুলগী মচেৎন
তাশিন খোমজিন, ইঙথরক্লগ
ওইরকলিব, নহাক ঐহাক্কী তূংনফম
তাইবঙ শেম্ব মহাক্ল থৱায় পাম্ব পান্নব
মালেম লৈকোয়বুঙ শেমখি হায়নৈদো।

তাইবঙ শেম্ব মপুন খাইথরকখিব মৈবুলদগী
ইশিং নুংশিৎকী অরূম-অয়াং হন্ন হন্ন ওন্দুন
থৱায় পানবন পামজব, তঙাইফদব চিঙ্গাকশিং
ফংননব শেমলকখিব লৈকোল হৈকোল কয়া কয়া
উজনীংলুই, খঙজনীংলুই, মতমদুগী জীব ওই;
করম্ব জীবন হান্ন শেমখিব-লোম্বোক্ত্রব তাইবঙদ
তাইবঙ মী, হিংচা য়াইতম্ব, তীল-কাঙ, উচেক-ৱায়া
করি খুদম চাংদম্ন পাল্লকখিব মালেমথক - অঙকপনি !

চীক্ল-মালেমথকসিদ হঙা শৈন শৈহৌব
তাইবঙ চীন্দমঙৈ, অমৃত খৌবুম থক্কুন

নোংদম্বন তমলকপ নোংমগী চরা নোংখন্ন
হিংননবগী লানফমদ খোঙথাং খুদিংদ অশিথোঙ
অৱাবতন থল্লব পুন্সিদ করি অপাম্ব লৈদুন
হিংনিংদুন, হিংন'উপাই থিদুন
লেল্লকখিব পুন্সিদো, য়েংলকখিব মিৎয়েংদো
তিঞ্জনিংলুই, অকে অমৌ লৈত্রিব পুন্সি পন্দুপতুদ।

থৱায় পাম্বতন থল্লব মালেম লৈকোযবুঙ
ৱাখল পুব ঙম্ব লুচিংপুবেল মীওইপোক
লাইজ ইবোন্নুংদ তাব মশাগী শক্তম উজবদ খল্লুব
খন্থখিব, ৱাখলগী মপাল নাইদ্রব ইপাকুম
নোংম নোংমগী চাংয়েংদ শেমগৎ শাগৎলকপ থৌবাংশিং
ফিজেৎ লৈতেং শেমগৎপ মহৌশাগী পোখোক্ল
যেক্ল' মাযবোং য়ানব শেমগৎলকখিব খুৎলাইশিং
য়েংজনিংলুই, তিঞ্জনিংলুই, খুন্নাইদুদ।

চহি চা কয়াদ মাযোক্লরকখিব অৱা অনাদ
নোংম নোংমগী হাপকৎলকখিব মীওইবগী জ্ঞান
ইমুং মনুং, ইচা ইশু, কৈবোয লৈকায়, নুংশিবব সমাজ
খুদম চাংদম কয়ান অনিংব ফোঙদোক্লব লোন
অফ-ফত্ত, অৱা নুঙাই খুদিং খঙনরকখিব
নোংম নোংমগী চাওখৎপগী থাক্ত কাখৎনবকপ
খঙদ-উদ, লৈরমদব কয়া কয়া পুথোক্লরক্লুন
শেমগৎলকখিব সভ্যতাশিংগী মরক্ত তিঞ্জনিংলুই।

হঙা হায়ব শৈহৌদগী রাগ রাগিনীগী ইপোমলক
খোঞ্জেল ফব কনান নুংশিরব খোঙ্থাং পী,
ৱাখল লৈব কনান খোর্জে খুত্ত পায়দুন
কলা-সংস্কৃতি, বৈজ্ঞানিক্কী লনগৈ তানশিম্ব
ওইজনিংলুই খুৎমাব, মীথোই মীহেম্ব'ম

পুথোকনিংলুই, অনৌ অনৌব পুথোকখিব'ম
অকল-অথৌমক নৎত্রবসু, য়াওজনীংলুই অকম্ব লাঞ্জং
ইশাগী কাংলুপপু কঞ্জনব মজাতী নীংব'ম॥

অদুঙৈগী মতমদ লৈকৃ-লৈরাইদ, শুরুংদ
চঙদুন, লোত্তুন হিংলকখিব তাইবঙ পুন্সি -
অখাক অরাও, নোংলৈ নুংশিৎ, মৈগী চীঙজাও
শাহিং চাব হিংচাবশিংন তমলকখিব শারাক্ত
মাঙহল্লগে, তাকহল্লগে মতাগুম তেমশিংনখিব
শিনাইদ্রব, মুৎনাইদ্রব লিশাংশিংন পাঞ্জনব
শেম্বীরকপনি, মীওইপোক, শেম্বগীসু লোইনাইদে;
ঙসিদি ওইররে জীবশিংগী নিংথৌরেল।

মপাল নাইদ্রব মীওইবগী ব্রাখল লৌশিং
ঙসিগী মালেমথকসিদ তারি উরিব লোইনাইদ্রব
মালেম শেমলকঙৈ মীহৌরোলদগী হৌরক্ল'
ইতিহাসকী লামায় কয়াদ পুরানগী ফিজন নাইরিব,
বিজ্ঞানিকশিংন পুথোরকলিব চঙদব য়াদ্রব পোৎলমশিং
শীংথাঙমদ্রব, মপাল নাইদ্রব খুজু খুৎলাইশিং
শেৎন চানব, হীদাক লাংথক চৎন থোক্ল উপাইশিং
কনানবু শীংথানি, লোইনাইদ্রব ব্রাখলগী মথেলশিং

মালেম শীনথুংন চাওখৎপগী খম থেংলব
ওইনিংবত ওইব ঙল্লব কম্পুটরগী যুগসিদ
গ্রহ-উপগ্রহ কয়া জয় তৌবা ঙল্লক্লব
শংবানরব অতিয়াগী মকোয়দ কোইপাই পাই
থিরি হন্ন হন্ন করি করম্ব লৈরিব-অনৌব।
পাইরক্লি, লান্দারকলি হন্ন হন্ন
তাইবঙন খঙ্ঙমদ্রব ইউ. এফ.ও.
মীওইপোকপুসু থিরকলিব, খঙজনিংলি থেংনদুন।

ঙসিগী মতমদ চাওখৎলবনি মীওইব খমথেংন,
তৌনিংব থবক কোঙ্গায় নীঙবগ তৌঙমলব;
অব্রাবদি, নুংশি চান্নন হিংমিন্ননব শান্তিপুর
পুকমান্নদব কয়ান মান মান নীঙবন চুমজব
য়াথং কয়া পীরকপদ য়াদব য়াদে নম্ফুনি
য়াদ্রগন হাত্তোক্কনি, হাৎনরি - মশীং থীঙমদন
অচুম অবান খঙদে খান্বীনবসু লৈতে মীওইব -
অসি খল্লুবগদি হিংনিংলুবগী মহাও কাওখরে।

অখঙ অহৈতন থল্লব ঙসিগী সমাজদ
শিংব তান্নবদ, মশাগী ওইজবত থিনবদ
মীনুংশি হায়বদু লৈরক্লব অপুন্ব শক্তম্ভু কাওরক্লব
মথং মথং মাঙহন্নরকপদ কয়াম্ন মাঙখ্রবগে খঙদ্রব -
মালেমগী লাঞ্জাওদগী হেন্ন তমথীন লাম্থীনরুব
ভাঙব ফবতন অচুম্ব শক্লব খুন্নাইসিদ
অওক অথোংনরুবদ উৎলক্কনি থৌনাশিং
বিচার লৈতে, আইন খঙদে, শিখিব নত্তন।

তাইবঙদ খুন্দা লৈতারক্লব চাওখৎলক্লব মীওইপোক
শান্তিগী পাওজেল পুদুন ধর্ম্মগী য়ুম্ফম কয়াদ
শায়ন তৌরকখিব অহিংসাগী পুজারিশিং
মহাত্মা, মহাপুরুষ, যোগী ঋষি কয়া
যুগ যুগকী অবতারদ মীওইপোক্তগী অথোইব
রাম, কৃষ্ণ, যিশু, অল্লাহ, বুধ, শীঙথাঙমদ্রব শায়নশিং
হিংচা য়াইতম্ব, ধর্ম্ম চেন্দ্রব কয়াবু মাঙহনখিব -
হেন্ন হেন্নদুম চোংথোরকলে, মীনুংশি লৈত্রব কয়া।

মচীন্দ মৈ হৌরব লৈবাক্কী অঙম্বশিংনি অঙম্ব,
মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক লন্নাই লনগৈ লেপশিল্লি;
ফোংন ফোংন, উন উন শগুন তৌনরি;
ফোঙদোকলুবদ, ব্রাকৎলুবদ বিচার লৈতে -
চপ চাব বিচারদি - লমন খুম্ব, শিবগী দণ্ডি

বিচারপতিবু বিচার তৌহন্দ্রবদি কনান ৱায়েল কাটি পায়গনি ?
মালেমগী অপুন্ব সংস্থানগী মরুমদ উংখৎনব
লাল্লোং শীন্নরি মচেৎ মচেৎ তান কাপখায়নব।

ফিদমদগী শাজৎন হেন্ন লুন লৌনরব কাল
কোয়ন চাকশিল্লক্লব লম্মৈলক্কী য়ারৌগুম
শোয়দন শিরগনি খঙ্গন কনঙমলরোইদব
তেল্লব মালেমথক্কী শতাব্দীগী পুন্সি মমৈদ
হয়েংগী মিকুপ খরদং পোখাব ফংজনব
মালেমগী লম মচেৎ অমতং লৈজবগ য়াহিপ্ন-
অসি মতম যৌরবদ - যমরাজগুম তান্নরক্লি
ওক্লে তোক্লসি, হাৎন শুনব, মথংগী মপোক্কীদমক।

মীওইপোক্কী য়েল্লৌঙৈ মখোঙ মবি পাম্ব জীব ওই
করিশু খঙদ্রিব অঙাং নাৱাগী পান্দমগুম
চেন চোংন শান্নদুন পুন্সি নৌন শেমগৎলকপ
লাই-ন থাব হৈকোলদ তাওজিং হৈবাংচা
চাদা নাওদা নাইহল্লক শাগৈ নাতৈ শেমলকপ
মাঙলমচৎপু কাওদুন তুংলমচত্ত অশাম্ব মিৎয়েং-থা
ৱাখলগী ইপাক্ত তাওদুন ফংহন্নিংবতবু তাল্লকপ
পুন্সি পন্দোম লোমখিব হিংনিংলুব থৱায়ন পেনখিদে।

কনাদবু হায়রুনি, কনাদবু ৱাকৎলুনি
তেল্লব মিকুপ’মগী মপোকসে - নীংব থুংহৌদ্রে হায়ন ?
ঐগী করিসু লৈহৌদ্রে, ঐগীনি কনাসু লেপ্লদ্রে -
মালেমসিন মৈবুল ওন্দুন চাকথেকলকপদ - তাম্থিত-
লেঙদন লেপলিব অমখক্তন - হয়েংগী নুমিদাংৱাই
খুৎলাম তোয়ব খুৎখত্ত কৌশিন্নীনি ঐহাক্তবু
অৱা অনা পুন্নমক কাওহন্দুন - নিংশিংব থোক্তন
তাইবঙবু শেম্বীরিব শকখঙদব মহাক্ল।।

••••৫••••

 

# * কবি সম্মেলন *

ঐহাক কবি অমসু নচ্চদে,
শৈরেং অমত্তসু শকওমদে,
ৱারেং অমত্তসু ইওমদে ;
পামজবদি মহানি, কবিনি কবি।

কদোমদগীনো খওহৌদে
লাকলি, ৱাখল অমদি,
নিংথিরব চে-কলম খুত্ত পায়
শেগাদ ফজরব খাওজাও অম য়ান

চীঙ লেন্নব কা-ঙগী খোঙথাংদ
মিংয়েংন শজি মিত্তা ঙমজন তথক্ল,
মহৌশাগী শক্লোনবু খোংচিঞ্জনব
অশুকপ জঙ্গলদ, অহাঙব লমহাংদ-

শারব কালেনগী মৈশা, নিংথমগী উন
অখাক-অরাও নোংথাংগী জগোইলক
ইহৌরব ইপাকথক্কী থাজগী মঙালদ
হৈনম লৈনম নুংশিব, লিরিব মালংন হুমলকপ

তাল্লব লৌবুক লমহাংদ শৈরাংবী
তাম্লাগী তাল্লব নুংশি শৈহেক,
চীঙ্খোঙ্ চীঙয়া শৈরাংবী থৌনাইদবী হারিশিং
চীঙজুম লাইজগী চিরোন্নব ৱারীশিং

খোংচিনহৌগে থনখিব কবি কল্পনাশিং
শৈশক শৈদমজুনব - কবি সম্মেলনশিং ;

অৱাবনি, তারকখিদরে কংলব মুক-ন
শেগায়খরে শিংকুপ শান-অঙৌব চেবাংদো।।

২৯-৩-২০০৯

**কম্লনাগী ইচেলন ইমায় চোম্ল চেম্বরকপ**
**মরুভূমীগী লৈঙোইলক্ত ইচুপখি খৌগংনন।।**

•••••☙•••••

## । থিরক্কনি ঐহাকপু খোৎচিনখিব চেনাত-ন ।

থিরক্কনি ঐহাকপু খোৎচিনখিব চেনাত-ন,
হয়েং মতম অমদ নিংশিংব থোক্কন -
তুংলমচৎকী নাওদা-ন, মাঙলমচৎকী পু-ৱাবী
অঙৌব চেনাশিংদ হকপ্লব থমোইগী ৱারীশিং
পারী কনাগী খুৎখৎনো, পুরী কনাগী শৈবোম্লো ?

ঐগী থৱায়ন চৎপ্লব, অকাও পরৈ চনপ্লব
মৈতাল-ন ৱাখৈনদুন অচম্ব মোংফম থাদুন
লৈচীল খোঙনেৎনপ্লব, শু-ল তিঙা পাংপ্লব
শতাব্দী কয়া ননপ্লব, নিংশিং পরৈ তৎপ্লব
থিরক্কনি ঐহাকপু খোৎচিনখিব চেনা-তন।

অচাওরম কাব তাইবঙনি, কনানসু খঙবীরোই
হিংলিঙৈগী পুন্সিনি ঐত শিখিবন ফরবনি
কনানসু নুংশিরোই, কনানসু শিংথারোই
ঐহাক অম মাঙখিবদ নাচুংবীদ্রব সমাজলক
থিরক্কনি ঐহাকপু খোৎচিনখিব চেনাত-ন।

ইতিহাসকী লামায় কয়া মথং মথং ফাকলকপ
থেংনরুবদ মমি শামলক্লব, মুৎশিরব ময়েকশিং
লৈকাং চারব য়েনগাইথকী পুরানগুম
মীগী থমোই লকানুং 'মুব কালি তাপ্লব
থিরক্কনি ঐহাকপু খোংচিনখিব চেনাত-ন॥

•••••◆••••

## ০॥ সনা কৈথেলগী লাইথি খ্বাংগোন্বী ॥০

ঙসি ঐন থেংনরুই সনা কৈথেলগী লুকমাইথক
মঞ্জুনরব য়োম্বদ শিৎত্রব লাইথি খ্বাংগোম্বী,
মতম কুইন শিৎত্রব কনানসু লৈগে হংবীদ্রব
নুঙাইন তুমখুম তান্দুন লৈরক্লবী ফিরুক-নুং
চাদ-থক্তন ঙাংজেনরবী কুমজা কয়াগী মাহিং কারবী
তৎকদৌরে চরীসু, চৈশু-ত ঙায়রে ঝাৎলিব।

নিংশিংলকই ঙসিদি পুক্সিগী নুমিদাংবাইসিদ
অদুঙৈগী মতমদ, মতম ফব নহাগী পুজাশিং
খোইখোইনব মিৎচিনে লিরুংশাব পিশুম-খা
লাইবক্তন শিন্দুর, ঙাঙ্গ্রান্নব চিম্বাননে
থেক্ক-থেক, নৌগ-নৌ জগোই খুৎথেক তমদুন
লুকমাই মতোন ঙান্নরৈ অরোম্ব থমোই হূখিব -

ঙসিসু মাঙদরি - হৌপ্লব পুক্সিগী শক্তম-লাং!
কুমজা কয়া ওনখিদুন য়ুম্লাক শাগৈ ওনপ্লবসু
তাইবঙ কৈথেল কাদুন তরেৎ শেঞ্জা তান্নব
কোরৌন ময়ুম চঙদ্রিঙৈ পুক্সি কৈথেল খমদ্রিঙৈ
শিৎপরা য়েংখিনি অমুক্তংগ মায়াবীগী লুকমাইতোন
সনা কৈথেলগী লাইথি খ্বাংগোম্বী।

•••••◆••••

# * ধ্রুব তারা *

ধ্রুবতারা নংন লেঙদন লেপলিব
কনাবু য়েংলিব কনাবু ঙাইহৈরিব !
মল্লব অহিংগী তাল্লব অতিয়া
নোংদোন পক্ল লেঙদন ফমদুন
ঋষি তরেৎন থৌগল তৌ
মালেম মাগী জগোই খুৎথেক
লৈন-লৈন নুংশিব তাম্থা-দ
নিংথৌ তুরেল তোর্ব্বান্দুদ ফম
যুগ কয়া তুমিনতুমিন য়েংলিব
কনাবু য়েংলিব, কনাবু ঙাইহৈবিবা ?
রাশি তরানিথোইন লৈতেংলব রাসমণ্ডলদ
গ্রহ, উপ গ্রহ, থৱান কোটিন তনিক্ল
বৈকুন্থগী লৈকোন্দা শাৎলিব লৈরাংগুম
অচৎ-চত্ত কয়াগী লমজিং-খা
মুনি-ঋষি কয়ান য়ৌঙমদ্রব
খঙ-ঙমদ্রব মণ্ডলদ চিন্তাগী পোৎলুম থোং
লম্মাংনরব থৱায়বু খুলাম তোয়ন কৌ
মহাক নত্তন অতৈ লৈতে তাকলিব
লমজীংবীরোইদরা ঐহাকপু নহাক্কী মণ্ডলদ
ধ্রুবতারা নংন কনাবু য়েংলিব, কনাবু ঙাইহৈরিব ?


১১-৩-২০১০

••••◆••••

 

## *— তাইবঙ খোঙচৎন খমলকপদ —*

ঐগী পুন্সি মমৈ ঙ্গায়রকপ
তাইবঙ খোঙচৎন খমলকপদ
কনা লৈরি ঐবু নুংশিব -
কনা লৈরি ঐবু খাম্বীনব ?
লৈতে কনা ইচা-ইশু, ইমুং-মনুং
পীজ পীথকনিংব কনা লৈতে ;
নুঙাইহন্নিংব কনা য়াওদে -
ঙ্গাকৎলুবদ তাবীনবা কনা লৈতে।
শোল্লি মখোয়ন মুরুম-মুরুম
শিঙ্গ্রবদি ফরনিদ মহাক অসে !
মতম অমদ নুংশিজরম্ব সমাজ
শান্নজরম্ব ইতীক থৌনা ফুদোক্কুন
তেংবাংনদুন হিংমিন্নখিব পুংজাশিং
ঙসিদি ইম্ভোকপীরে মীরেমখাক্কি মীরেমখাক।
ঙ্গাহে 'মতং ফোঙদোকলুবদ
তাবীখিদ্রে কনান-ঙ্গারেমনি ;
মতেং অমতং নিরুবদ
পীরকখিদ্রে চৈঙাক তুরোই ঙামলোই।
নিংশিংলকই অদুঙৈ ঐহাক্ন ঙাংখিব
নাকোং কয়ান মুন্ন মুন্ন তাখিব
থৌদাং খরদং পাঙথোকলুবদ
মীথোই মীহেম্ব ওইখিব
হায়রু 'চৎলু খুদিং হবাও মথোইনখিব
ওইরকখিদৌবোই নিংলুই ঙসিসু।
ওইররে ঙসিদি ঐবু উবদ - লাক্কবদি ফরনি,
চিবোন চিবোন শোন্নরি কৈদৌবৈ হিংলিনো ?
লৈতে হায়য়ু, লৈতে হায়য়ু - থোঙ লোনশিল্লু -
চৎহনখরো খর থুন - পুন্সি সন্ধ্যা ওইরকলে।
নিংশিং মমি শামলকপ, ঙ্গাখল লম্ফেচৎলকপ
ঐগী পুন্সি মমৈ ঙ্গায়রকপ
কনা লৈরি ঐবু নুংশিব -
কনা লৈরি ঐবু খাম্বীনব ?



# * বিশ্ব-শান্তি *

মীন শা চাই, শান মী চাই -
করিগীদমক, হিংননবগী লানফমদ।
লেঙলি - পাল্লিব তাইবঙন
প্রকৃতিগী মতেংন হিংজরি,
মহৌশা লাইরেম্বীগী খোঙথাংদ
লেঙলি পাল্লিবশিংবু মাঙহল্লি।
হিংসাতন থল্লব তাইবঙপাল
কদায় শান্তি - কৈদনো বিশ্ব শান্তি ?

ত্রেতা, দ্বাপুর, কলি, সত্য
যুগ কয়া কয়াদ জীবশিংগী মৈহৌরোল
হিংচা য়াইতম্ব, শাহিং চাব জীবশিং
সাধু বৈষ্ণব, ধর্ম্মবতার কয়া কয়া
ইতিহাসকী লামায় খুদিং কাংদন
হাৎন-শুনব, শারাক তম্ব - অশান্তি
হিংননবগীদমক চাবনি, চাননবগী হিংবনি
হাৎনখিব, শুনখিব - প্রলয়গী মশক্লি।

তাইবঙ শেম্ব মপুন সংসার অম শেমলকখি ;
কল্লকপ, য়েংথিনব, অপাম লাংন কুপ্তুন
অকম্বন অচুম্ব শক, অচুম্বন তুংদ থম
তুশোন মানশোন্নবন লোংন-তা
শেমলকখিব বিশ্ব শান্তিগী সভ্যতাশিং
মশা মশা কন্নব শেমগৎনরকপ খুৎলাইশিং
বিশ্ব-শান্তিগী খোল্লাওশিংগী মরক্ত
পৈখৎনরকলি - অশান্তি - প্রলয়গী মশকনি।

নিংশিংব থোক্তুব মতমদগী ওইরকখিব
অশি খয়াত্তগী কন্ননব তাইবঙশিংন

মশা ঙাকথোক্লবগীদমক শেমলক-শারকখিব
মাঙহনখিগনি করম্ন অশান্তিগী লানফমদগী !
হায়নে তাইবঙশিংগী মরক্ত-অখণ্ড অহৈ
"শান্তি পুরক্লবগীদমক অশান্তিগী উপাইশিং
ইশাগীত কন্নব য়েক্লবশিংবু মাঙহন্নব তঙাই ফদে
ওইরকলিব ঙসিগী প্রলয় ঙম্ব মৈচাকশিং"।

হৌরকপ অম নাইরবদি অরোইব অম লৈগনি
নুঙাইন লেনগে খল্লবদি অৱা 'লাম্বেংনগনি।
ঐন হিংননবগীদমক মহাক শিব তাই,
মহাক শিখিনবগীদমক ঐহাক শক্তি লৈবা তাই;
ঐন শক্তি হেল্লবদি বিশ্ব শান্তি মাঙখিব তাই।
ইখুত্ত পায়রিব তেন, থাং-তা
নখুত্তগী নোংমৈ শিঙজঙ মাঙহনখিদন
শোল্লগুমসি শান্তি - বিশ্ব শান্তি।

শোক্লখি মালেমগী অশংব নারক্ত
শারব মরুভূমিগী লৈঙোই শেক্তা মরক্তা
পাক্লব সমুদ্রগী ইমাইথক
শংবানরব অতিয়াগী মপাল নাইদ্রব মকোয়দ
অকিব ফংলব প্রলয়গী লানফম কয়া
অরিব যুগকী রামায়ন, মহাভারত
অনৌবা যুগকী আমেরিকা, জর্ম্মন, ভিয়েটনাম
খুদম চাংদম্নরব পৃথিবীগী লাঞ্জাওশিং।
য়াম্থংলি, কাপখায়রি, পোকখায়রি, হাৎলি তুপলি -
শাগৎনরি, পৈখৎনরি, প্রলয়গী খুৎলাইশিং
হনব লৈতে, তুহৎনরি, জয় - পরাজয়
চিম্বানথোংদন মুরুম মুরুম - শান্তি, শান্তি !
লিংখৎনদুন ওইরোইদব শান্তিগী বিচার লোয়শঙ
পীদুন শঙ্গ লৈবদ শান্তিগী চাওরব মনাশিং
শোয়দন পুরক্লগনি - মালেমসিদ - শান্তি
নারোন্দন কবাক থাঙ্জন লুশমদ থৌগল্লি।

ইতিহাসকী মঞ্চুনবব চেনা কযা হাইদোকলুবদ
থেংনখি শক্তি লৈবব মহাপুকষ কযা;
শিংথা'ঙমদ্রব মঙালতন ঙাইহাক্কী মতম ঙাল্লমলগ
ঙম্ন মাঙখি, ঙম্ন তুখি য়েক্লবগী মখুত্ত।
মাখোয়ন শকলম শোল্লম্ব শান্তিগী পাওজেলশিং
খোম্থাং ওইন মাঙখবে, অখাক অবাও মবক্ত।
য়েক্লবশিংন খেক্ল খেক্ল নোকলি
মালেমবু জয় তৌব ঙম্ব শক্তিনি খন্ন।

পাক্লব প্রসান্ত মহাসাগবন নোংপোক নোংচুপ
ব্রাংলব হিমালয় চীঙজাওন খা-ব্রাং
শাবব বিশুববেখাগী লৈযিন পন্থিং ওই
ফন খন্দুন, ফন থিংদুন, ঙমলোই
থিংব-প্রলয়গী নুংশিৎ, প্রলযগী চৈনা
মীশা চানিংব, মীনু নম্ব
নাশোন্দ থৌবব তাশোন্ন লেং -
লেপত্রিমখৈ কল্লক যেংথিনব।

থাদোকচবে ঙসিদি খুৎশু থাঙ, তিমেন তা,
থাদোকলো নহাক্কীসু শেগাদগী মৃতুশ্বব
শেংদোক্লসি থমোইদগী যেংথিনবগী লৈকাং
হিংচা যাইতম্বগী হৈনবী থাদোক্লগ
হেন্নদুম পুন্সিব, নুংশাংব - জীবশিংগী শক্তম -
মপুন থাবকপ পোলোই যৌনব
হিংগনি নুঙাইন - নুংশি চান্নন সংসাবদ
বিশ্ব প্রেমগী লিপুন্ন পুবকপদ বিশ্ব শান্তি ॥

•••••◆•••••



## * হুরানব *

২৯/৭/১০

হুরানব ! হো হুরানব !
নকোক্ত নাপী পকলে, হুরানব।

হুরানব মচান অহিংদ হুরাল্লি;
শ্বর য়েংদুন যাত্রা তৌই;
কিন কিন চংলি
মীরং নারং মুন্ন মুন্ন য়েংই
মপু-ন উখিগদ্রা চিংনজৈ।

কিরুপ কিরুপ নুংশা থবেং থবেং
তাপ পায়, গুরুং চেন
ফংবু ফংলবদি লেম্ন, থাদে,
মপু থেংনদ্রগ লোইরে
'মপুগী নোংম'তবু নাম্ভোকপদ লাইনিংনি।

হুরানব অচৌব ! হো হুরানব !
নমায়দ মায়খুম, নখুত্ত খুংলাই !

মতম নাইদে, অরোম্ব লম্বী লৈতে
লৌনিংব মতমদ খুসি-কনান কৈদৌজরনি।
মীয়াম পুল্লব, মপু য়াম্ন লৈরব
কনাবু কিব লৈতে ফোংন ফোংন থাংখিনি
ফাগে তৌরুবদ থবায়-ত পোম্বা ওইখিনি

অওম্বন হুবদি চেজেত্ত ইশ্রগ লোইরে
পীরকউ থারকউ হায়শ্রগ লোইরে,
পুরক্কদব লম্বী থিংজিনগনি

অথিংবদ ফোংন, লেম্ন পুরক্কনি;
হংলুবদ অধিকার লৈতে, লৈত্রে হায়রগ লোইরে।

হুরানব অচৌব, হো হুরানব -
থিগংনব বিচারসু নখোয়ন অদুম তৌজৌ।

অপাম্ব শেল, পোৎলম নমদুন হেক্ত লৌবীয়ু
পীয়ু য়াদ্রগ থিগৎলকলগ হেক্ত হাত্তোকউ;
কনান থিরক্কনি মখা তান, নহাক্কীনি নহাক্কী।
হায়নব লৈ - হুরানববু হুরানবন ফারবদি
কনান বিচার তৌগনি ?

হুরানব অচৌব, হো হুরানব
নকোক্ত কোয়েৎ পকলে, হুরানব॥

করিগীনো ভক্তশিংন ঈশ্বরদ ব্রানোমলিব
তরেৎ শেঙ্গা কত্তুন নুঙাই য়াইফব পীনব ?
করিগীনো অগুম্বশিংদ ব্রানোম চৎনোম
নুঙাইন পুন্সি হিংনব মীরমলেনসিদ ?
লৈত্রবরা প্রেম ভক্তি মীওইপোক্কী ?

•••••◆•••••

 

## ☆ লাক্লদব শতাব্দী ☆

হৌখিব কুমজা খরদংগী মনুংদ,
মফম খণ্ডদ্রব মণ্ডলানগুম মথং মথং
নীগুগ-মাগুগ শম্নদ্রব থৌদোক কয়ান
অওম্বগী অওম্ব ঙাক্ত থকখা ওল্লে তাইবঙসে।

ঙরাংত হরাও মীনোক তমদুন চৎলম্ব ইপা ইপুশিং
ঙম্ন চৎম্রে, ঙম্ন তূমম্রে অচম্ব মোংফমথক;
মীশিং য়ামদ্রিঁঙদ চাখিব তরা লুক-কোয়শিং
কৈদ মাঙম্রে ঙসিদি চরি তৎলব চাকখুম্মাঙ ?

শতাব্দী তঙ্খায়'মগী মনুংদ খুন্নুংলোন মুৎপ্রব
ৰাংলব ফুঢ়া-দলালতন চক্রিক নাক্রিক চৱাইবী
লৈরক কোঞ্জাং মাঙম্রে লম্মাংনরব ইরৈকাইদ
মীগীমী ঙাক্ত থেঙ্গায়নরি নীঙ্গ-মাঙ্গ, নেৎখায়বীগনুকো ।

সন্ধ্যার্ত্তিগী মতমদ শারিক মখোল তাখিদ্রে
নাকোং শিঙজা য়ৈরম্ব ফিশাকোনসু তাখিদ্রে;
ইমা ইবেলশিংগী কৈথেলগী মৈনম মুৎখরে
মৈরা পায়বীশিংগী মৈরাত-ন নিংথৌতুরেল ওনম্রে।

নাৱা ঐগী মতমদ থ্রী কাপ্পী, চৈতেক-কোৎপী
ঙসিন পোকলাওবী বম্মুলাগী অখাকখোন
চীঙখোঙ চীঙয়াদ কেকু লোৎপী শান্নব
ৰারম্ননি তূমলরো কৌরকলি ইমা-ন।

খুৎহৈব কয়াগী খুৎশা পূম্ব তেক্লব
চিত্রকার কয়াগী নুংশি তুরীন চাইথ্রবদ

শুফম চৎফম লৈত্রব কয়াগী হিংনবগী লানফমদ
ঙসিন ভিক্ষারী, হয়েংন শংলিব ঙাক্ত ঙায় -

লায়র চুদৎনব কয়াগী ঙালহন্নিংদ্রব ইনুং'দ
খমদোং য়াইতোংব কয়াগী তিম্থংন থল্লব মোল্লাংথক
মঙহন্নিংদ্রব মঙলানগী মঙফাওহন্নিংখিব মিকুপ্তু
করিগী কল্লকউনি লাকদব শতাব্দীগীদমক ?

ঙসিগী অরোইব শতাব্দীগী পুংজাশিংদ
ঙম্ম মাঙখ্রে ঙাতোন, পেঙবা, খাবক, মৈতৈ শরেং
অঙনফৌগী চংলৈ, কুম্বী - নিংশিংবত ঙায়রে
ফংলবসু ঙম্নরোই মপোকসিদ - চরাব্রানব ।।

কম্পুটর, কম্পুটর ! খুদোম্বীগী লাল্লোংদ -
শৃনিংদবগী লায়না চেল্লব ঙসিগী সমাজদ
ঙম্ম মুনবীখ্রে, ঙম্ম মাঙহনখ্রে - জিবিকা
য়াইতোং খমদোংবশিংন খোংলি ইপাম্বাগী হঙোইগুম।

ওল্লকলিব যুগসিগী অরি অনৌ শিন্নব
হৈজ শিংজদ্রব কয়ান তাকখ্রে ইপাকথক্কী কোঙ্গোলগুম,
মীথোই মীহেম্ব কয়ান শেম শাদুন লৈখরে
মথংগী সভ্যতাগীদমক য়ৌঙম্নরোইদব শতাব্দীদ।

খঙলরোই, উররোই নঙ ঐদি !
তাইবঙ কনান করি তৌরক্কদব, অঙকপ পুন্সিদ -
করম্ব জীব ওল্লকনি, করি চাদুন হিংলক্কনি
বিজ্ঞানিকশিংগী মঙলানগী খঙ্ঙমদ্রব শতাব্দী ।।

••••◆••••

## ✻ সমাজ সেবা ✻

৪/৮/১০

ধর্ম্ম লৈব কয়ান
হরিনাম শোন্দুন
লানবীগে লাকলি জীবশিংবু;
পাপ চেল্লব কয়ান
রাজনিতীগী মাযখুম উপ্তুন
মীরক্ত লোত্তুন খাঙলি॥

•••••◆•••••

## ॥ সহরগী লমহুই ॥

১১-৮-১০

অরাপ্প লৌবুক লম্মাঙ শুক্রব জঙ্গল
থেক খোয়নরব তোর্ব্বানগী মঙফমগী নাকচিদ
অথেংব অহিংগী মীচিক মীরাওখোন থুগায়দুন
অরোৎপ শকলোন্দ হয়ান লাল্লাওনরিব
হু-ব্বা, হু-ব্বা, করি হয়াম্ব ব্বাফমনো ?
নহাক্কী পাওজেল লাকপদ
তাওব হুইখোলতন খোঙ্হোংনরিব
মকুগী পাওজেলতন অচিকপবু থুগায়দুন
নীংব কায়ব কনাবু অকি তুজুংনহললিব
তারমদাইগী থাজন নোংচুপ ব্বাখোঙ লোল্লবদ !
ঙসিদি তাখিদরে, ঙসিদি উখিদরে
অকি তুজুংনরব মহৌশাগী অরোৎপ শক্তমশিং;
নোঙাল্লমদাইগী লিরি হুম্ব মালংগী তাম্বাদ,
নোংপোক হারমদ চিঁখ্রে ফিদুপ ফিবৌনরকপ
নোংদোনথক্ত শজিক থাবান ঙাল্লকপ

অরাপ্পগী মঙ্গল আর্তিগী শরিক তাম্থারক
য়াহৌ ঙম্বী চেক্লাশিংন শিম্থা পাওজেন্নরকপ
লৌরাং শূব কনান লাঙ্গোন লেংথোংনরকপ
শিগ্মী থৌমীশিংন তাইবঙ শিম্থা পায়রকপ
সহরগী লমহুই কয়াসু থোরক্লি চীঙলেম্ব খোঙথাংদ।
নিংথিন পুথোরকলি পাক্লিনুংগী শেঙ্গাশিং
চবান থানবী, চাকথুংনবী, লৌজনাম পুজনাম
ফোংন হোল্লি, ফোংন চিংলি পুক্কে লনগৈ কংদ্রিমখৈ
অশেংব কারবারনি, মপু-ন চাম্ব মনাইনি
কনান খঙলুনি মাইখুম খুন্নব লমহুইশিং ?
অরোৎপ লৈতে ফোংন হুরি কোরৌ মৈশারক
হোনজিল্লি, পৈশিল্লি লমহুই মখুন থন্নব
লায়র চুদৎনবশিংগী চরম মেত্তুন
য়াইতোং খমদোঙবশিংগী পুক্কে ময়েং তানব -
থেংনরুবদ লমহুই মখুন-সনাগী সনা ঙাক্ত।।

••••◆••••

## মালেমগী জীব

১২-৮-১০

মালেম ইমাগী তম্পাক্ত হিংলিব
শীংথা 'ঙমদ্রব জীবশিং
কুপগ্রব তীল কাঙদগী হৌরগ
চাওরব শা-ঙা, উচেক ব্রায়া
ব্রাখল খম্ব ঙস্ব তাইবঙ মীওইব -
মশা মশাগী ওইজব তাইবঙপাল
অমমম লৈতব নত্তে - সংসারদ

পীকপগীসু পীক্ল, চাওবগীসু চাওন।
ব্রাখল খম্ব ঙমদ্রব অপিকপ জীবশিং
করিগী মীরায়বীরি করিশু লৈতবনি হায়ন;
মাখোয়গী সংসার, সভ্যতা লৈতে করম্ন খম্বীব -
জীব মচা অমবু মাঙহনখিবদ
মালেমসিদ করিশু লৈতবগুম তৌরি;
ব্রাখল খম্ব ঙস্ব তাইবঙমী অম মাঙখিবদদি
সংসার অসি মুৎশ্লগদবগুম খল্লি
সভ্যতা অসি মাঙখ্রগদবগুম উরি
তীল কাঙ অম মাঙখিবদ
কনান তেংথা নাওইবীবগে -
মাখোয়গ হিংমিন্নরম্ব, লৈমিন্নরম্ব কনান
থমোই কায়ন অব্রা-ফোঙদোকখিবগে ?
মাখোয় অম মাঙখিবদ
মালেমসিগী খল কয়াম কায়বগে ?
পীকশ্রব জীব অম মাঙখিবদ
চাওশ্রব সংসার অমদি লোইশ্রবনি।
পীক্ল-পীক্লব নৈখায়বীশ্রব জীবশিং
হিংননবগী লানফমদ থব্রায় খুবাক্ত হাপখিব
মাখোয়ন শেমগৎচরম্ব মতিং লৈরব সমাজ
শুনিংব, মীনুংশি অপুম্বগী শক্তমশিং -
তাইবঙ মী ঐখোয়দসু হিংচা য়াইতম্বন শারাক্লরকপ,
প্রলয়গী মৈরীন চাকলকপদ উৎ ওইন
ঙম্ন মাঙখিনি চাওরব মীওইপোক্কী সভ্যতা
পীক্লব জীবশিংগী তাইবঙগ পাম্মকনি ।।

••••ঌ•••••

# * শকয়েং মিংশেল *

১৭/৯/১০

অদুঙৈ,

মাঙদ খিন্দুন হন্ন হন্ন য়েংজখিব
য়েংবগীসু পেন্ব নাইখিদ্রব মায়থোং
মায়থোং থাজ নিংথিব খোইখোইনব পিশুম-খা
চেপ চেপ য়েংব মিৎচিগী লাংথাক্ল
খোইরুম মোমোন মিনোক্ল নুংশি লিপুন্নখিব
কাওঙন্নরোইদব পুন্সিগী চাকচামাঙগী ৱারীশিং
তাখিব শকয়েং মিংশেলগী মুৎনাইদ্রব শক্তমশিং
নিংশিংলকই॥

নিংথিজৈ,

উরুব মীপুম খুদিংমক্কী থমোইদ য়েকখিব
নুংশিজব শক্তমশিং - নাপগী নাচোমলৈ
লুতুংতাব শমজীগী ইকাইথীবী শমজীরৈ,
তনিক্ল তনিক্ল নুংশি শ্বরতন ফুল্লব
থমোইন - মীপাইথিরবী শজিগুম
লৈতাফম খঙখিদ্রব পুংজাশিংদ
য়েকখিব শক্তমশিং - চিত্রকারগী টুরী-ন
কাওঙমদ্রি॥

ঙসিদি,

চহিন নল্লব কন্নাক কুরু কারব
চৎপদ শদৌনরব -চনিং চমাং শম্নদ্রব
মাইথোং থাজ লংলম্ব শামী-লাম্মী-ন খল্লব,
লাইবক্ত অমুব চন্দন, নাপ-দ চিল্লিব নির্ম-ল
হরিনাম মহামন্ত্রন থমোই পেন্ন থকচরিব
চেপ-থ চেপ-থ মমি শামিগুম য়েংজরিব -
উরকলি, অদুঙৈগী লংলব মিংশেলগী প্রতিমা -
মুৎনাইররোইদব॥

খেন্নরেদকো,

খেন্নব য়াবা খেন্নরে, কনানবু খঙবীরনি -
নুংশিজরম্ব, কায়ননিংদ্রব কয়ান খঙবীররোই
উরুরবসু চে-দ য়েকপ মুর্তিগুম নিংথিরব।
রাধে, রাধে, হায়ব মিঙ্গৌ-ন শুপচিনখিদুন
চিতাগী মৈখু-ন খাপ্রব পনগী ব্রাংমদ
থুপচিনপ্রগনি পন্দুপ কয়া কায়-ন মৈব্রায়নরকপদ
মতমগী ইচাও নংলব সনা হিদাক্ত কোকপ্রবদ
শকয়েং মিংশেলদগী।।

•••••✿•••••

## প্রকৃতিগী খোঙচৎন হোংলকপদ

১৯/৯/২০১০

মালেম ইমান লৈন লৈন জগোইগী খোঙথাংদ
তাইবঙবু শেম্বীরিব কোরৌ মাগী রাস মণ্ডলদ
ঋতু তরুকপু খায়দুন পুংজাগী তাম্থাদ নেত্তুন
তাইবঙ কুম্মে ওইনব জীবশিংবু য়োকপীরিব
শোয়নাইদ্রব প্রকৃত্তিগী হোংফদ্রব খোঙচৎনি।
নোংদোন অতিয়াথক্ত লেঙদন থোক্লিব ধ্রুবতারা
যুগ কয়া কয়া হরিনাম শোন্দুন কোয়রিব ঋষিশিং
নোংমতসু খোঙফম হোংলক্ত্রি সপ্তঋষি
শেন্নরি, য়েংলি, গ্রহ-উপগ্রহ রাশিমণ্ডল কয়া
হোংনাইদ্রব প্রকৃত্তিগী কায়ফদ্রব খোঙথাংশিং।
চীঙয়া নাপোমদগী হুমলকপ লিরিব মালংব
নুংশিরব হৈনম লৈনম্ম থমোই কয়াদ য়েল্লরিব

বসন্তগী মতমদ চোংলিব য়েন্নিং, শাৎলিব লৈরাংশিং
ইপান্থাগী মতমদ চীঙখোঙ চীঙয়াদগী চেন্থরকপ ইচেলশিং
কুন্বী কালেন নাইদন শৈশকলিব চেক্লারোয় -
নিংথমগী উন্ন ফিজঙ থা-ন খল্লিব
অশিৎ অৱান্থাগী চৈথেং নংলিব উপাল-ৱাপাল
কোরৌগী মঙালবু উজবদ ইকাইথিবী লৈচিন্ন খন
মালং ফৌরোয় য়েংদুন ইমাগী থৌগল কায়ফদ
ইঙ-ন চীক্ল পাঞ্জরকপী মালেম ইমানি নুংশিথোই।।
অদুবু ঙসিদি - লেঙদন লেপলিব হিমালয়,
খা-ৱাংগী অহিং নুংথিল খায়দ্রব উনগী লমদমদৈ
চেন্থরকপ ইথক নাইব ইচেল কয়া,
শারব লৈকংলাশিংগী শকহোংলব নোংলৈ নুংশিৎ
উপাল য়াওদ্রব জঙ্গলগী থৱায়শিংন তেংথারিব -
প্রলয়গী মশকপুব মৈগী চীঙ্গন মনীঙ তমলকপ,
চীঙজাওগুম হ্বার কারকলিব সমুদ্রগী ইথকশিং;
নোংদোনথক্ত হুমলিব মালংন চাইথোকশ্রব
কুন্বী কালেন ওন্নরব, ইপান্থাগী ইকং-লাং
করম্ন খামলুনি প্রকৃত্তিগী খোঙচত্ত।।
ঙসিদি কায়রকলে মালেম ইমাগী তান্থা -
নুংশি-ন শকখিব বসন্তগী শৈরোন
তোয়ন তৌরকলিব পুঙমদ্রব 'ভুমি - কল্প'
নিংথমথাগী অখাক অরাও, বরিষাগী উনগী মপৈ
শোক্লরকপদ পুকফত্তবশিংগী ব্রহ্মাস্ত্রগী লাল্লোংদ।।

ΩΩΩΩ

## একাদশী ব্রত !

২-১০-১০

মালেমসিদ পোক্লরব জীবশিং
চহি কুমজা খরদং লেল্লিব পুন্সিদ
তেল্লব পুন্সিদ অন্নাব চৈথেংতন থন
মিকুপ অমতং নুঙাইবদ অন্নাবশিং কাও
নত্তব লমচৎ শাজৎ চৎপন পেন্নরিব
কনান ফোয়দৎলি চদৎনবশিংগী চাকখাও
কনান তৌরি নুংথিলদ শগুন
চরী তৎলবশিংতন থনখ্রে লম্বী শোরোক।।
সাধু বৈষ্ণব শাবন কোঙ্গায়'ম
সমাজ সেবারি মানব-ন পংতি পংতি
ব্রাজাও ঙাংবশিংন অচুম্ব-শা
মীয়ামগী য়াইফনব চখ্বরকলিব অরোম্ব কৈথেল
নোংমদি শোয়রোই পোকখায়রকপদ বাক্সিদো -
লিশিং চৎপী, চামঙা চৎপী-ন খৎনরকপদ,
ব্রত তৌরিবশিংগী চরম্বু মেৎপীরিব,
চাবীনব লৈত্রব একাদশী নুমিৎসিদ।।

••••❁••••

## ০।। লাই কৈথেল কারগ সলাই লুকতিম্ব ।।০

অরিব মতমগী লাইরোল ব্রারীনি,
ইতিহাস লৈত্রিঙৈ নিংশিংব থোক্রুব;
হায়নৈ অসুম্ম মীগ লাইগ শম্মঙৈ
পা-ন পু-ন লীথরকপ চাকঙাই ব্রারীশিং।।
মীরুপ লাইরুপ অনিগী য়েংথীনব
সুম সুম হেঙ্গৎলক তোৎন তিন্নরক্রুব

করম তৌরে হায়রগ লৈমিন্নব য়াগদগে -
হান্নগুম হ্রাও নুঙাইমিন্নব য়ানব,
উপাই কয়া য়েংনদুন
মীগ লাইগ খুন্দিনপুণ্ড খন্নখি।
লাইয়াম খুন্দিন মরক্তগী
চোংথোরকখি থৌদাং থৌপুননব
লাই নুঢ়াবী নিপাল-ন -
পুকশিখোম্বী, অঙাইবী, থোংঙাইবী,
থিংলাই লোইখোম্বী, কোতিংলৈম
থারৈম, য়ু চেংলৈম, চেংলৈম
খোয়ুম খুন্দিন পুঙ
নোংমাই কৈথেল কারকখি।
ফিঙাং ফিদা থাদুন
তাইবঙ লুরেন থেন্দুন য়োল্লকখি।
অসি মখা তাবদ
তাইবঙ ফুরুপ্ন হৌদোক্তুন
মীসু লাইসু য়ানব
পোংলম কয়া য়োল্লকপ
পুল্লপ পুন্ন লৈমিন্নরগ
কংলৈখোম পাখংবগী য়াথোকফম
কুমজা লাকয়েন তাইফমদ
চাকচা হৈজামিন্নখি;
পুক্সি নুংশাংন পানমিন্ননব
ব্রাশক পন্দোম লোম্নখি।
মৈডিঙু নোংদা লাইরেন পাখংব
সনা হাক্তক্তগীদি
তীল-খোঙ, লাইখোঙ থিদুন
তাইবঙ চনু নিপাল-ন
পোংলম শুন য়োন্দুন
লাই কৈথেল কানখি।
পোংলমশিং অসি লৈরগ
তরা লুককোয় শেল্লগ

মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম,
মোইরাং, খাবা, ঙানব, শরাং লৈশাং
পিবাশিংগী চাকলুক নিপাল
থারগ, মথং মথং তিনশিন্নৈ।
খাব, ঙানব, অনি-ম পুনশিন্নৈ,
খাব ঙানবগ শরাং লৈশাংগ পুনশিল্লে
খাব ঙানবগী চাকলুক্ক অঙোমগ'মুক পুনশিল্লে,
অঙোমদগী লৌরগ মঙাংগীদ তিনশিল্লে;
অসিগীসু মথক্ত - খুমনগী
লুৱাংগী, মোইরাংগী চাকলুক অহুম
চাকলুক তরুক শেমখ্রবদ
খাব, ঙানব, শরাং লৈশাংগী শরুক্ক
লেমহৌব মঙাদ তিনশিল্লে ;
চাকলুক মরি অমন মঙাংগীদ তিনশিল্লে।
অসুম্ন পাঙথোরক্লিব থৌরমশিং
সলাই লুকতিন্নব হায়ন খঙনখি।
মৈহৌরোলগী মতৌগুম চত্থরকপ
লাই কৈথেল কাবগী থৌরমশিং
খ্বাই নোংজেং পিবাগী মশাইগোন
কংলৈখোম পাখংবগী য়াথোকফম
লমদা কুননি পান্বদ
শোয়ফদন পাঙথোরকলি।
যুগ কয়া হৌখ্রব
কুমজা কয়া লেনখ্রব
কুমশীঙ ১৮০০ লোইরমদাই
তংদু লৈতাদ্রব মতমদ - লৈবাক্কী
রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মতোন ইবুঙো
নোংপোক লৈরিখোম্ব পুন্সিব
শীল্লকখি য়াইফ থৌরাং কয়া -
অরি অনৌ লাইনীং লোনচৎ খেন্নব
পুন্ন চেম্বরকপ ইচেলগুম তিন্ননব
লংদাই অম শেমগত্তুন

লাই কৈথেল কাব সলাই লুকতিন্ন
লৈবাক ইও-ন পান্ন ওন্ননব
অনৌব যুগকী লাইনীং লাইশোন্‌গ
য়েক সলাই মৈহৌবোল শোন্দুন
কুমজালাকয়েন তাইফমদ লেঙশিল্লিব
শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী লাইমাঙদ
ব্রাশক ব্রাবেপ্পবগী থৌবম কয়া
হলক্কাব কুম্মৌ পাঙথোক্লি শোইফদন।।

(Composed – 2008-2009)

••••✿••••

## * মৈরানবী *

১৪-৩-২০১১

মৈবানবীন অবংব মঙাল, মৈবী উবগ
পাইশিল্লি, হন্ন হন্ন শিদ্রিফাওব ;
অঙম অথৌ, শেঙ্গাও পাযবশিংন
চেনশিল্লি, হন্ন লৈতে -
সনা, লুপা, অথোন অবঙ তম্ন
শিগনি নাগনি খল্লুদে,
মাদুতন পঙ্খেনি অচম্ব পম্লুংদ।।

••••✿••••

# আশা

তাইবঙ জীব ওইন পোক্লরব
পুক্লিং, হকচাং অম পুদুন খোঙদোয়রকপ
ব্রাখল খন্ব থমোইগী পাওদমখোল
জীবশিংন হিংজরি আশাগী মঙালদ।

আশাতন লমজীংলি পুন্সিগী খোঙচত্ত
আশা অম তৌরুবদ অব্রাব কোঙ্গায়
মথং-মথং নিংব থুংগনি খাজদবশিং
হৌনদুন লাকখিব শদৌ থোংলব লম্বেলসিদ।

হঙা শৈহৌ শৈদমঙে পলেমগী তম্পাক্ত
ঐন হয়েং চাওরগ চাওর শারেপ ফারগ
পলেম পম্বৌগী লমন শিংজব
মীওইপোক্কী মিংচৎ উরোং খিঞ্জব,

শামান লেংমান্নব ইমানলক্ত তিঞ্জব
নুংশিজরুব থমোইন নুংশি চাক্তামিন্নব
জীব ওইন পোকলুবগী শেৎপ চাব নিংথুংনব
খঞ্জখিব, তৌজখিব আশাশিং -

কায়খ্রবদ আশাদো কৈদনো পুন্সিন -
মহাক্তনি খঞ্জখিব মমতাজগী নুংশিব
মাঙখ্রবদ তাইবঙদগী, সহাজাহানগী পোলোই ওই
য়াহিপ্পখিব নত্তন তাজমহলগী মোংফমনুং।

অঙোম নোংবান কোংয়াম্ব থাদোই মশুংলাংগীদমক
শাগৎচখিব আশাগী দলালন নিঙ্খায়রক
ইকাই ফিরুক খুমদুন খোইরেন্তাক্কী লমদমদ
পাম্ব য়াখোং তম পুন্সি পিখম্মখিদো।

কনান শক্তিতবু পামজব ঐন মহেল্লে নিংজব
অচৌবত ওইনিংব অকম্বত পামজব
শক্তি অদুম লৈরমদ্রব আশাদুন কায়রবদ
করম্ন হিংলুনি কংলব উজাওগুম ?

লায়র চুদৎনব কয়ান শেৎন চানবগীদমক
উপাই অমতং ফংননব খঞ্জখিব আশাশিং
মরিক অমতং ফংজবদ নুংশাংলনি নিংজখিব
ময়োলদুন কংখিবদ তাকখ্রগনি কোঙ্গোলগুম।

য়াখল চাওব কয়াগী মপাল নাইদ্রব পুক্কৈদ
ফংদব, খংদবত তাল্লুবদ ঙাল্লকখিব মঙালদো -
পুক্লিংন নিংজখিব আশান মথং মথং লাকখিব
পাঙ্গলদুন মাঙখ্রবদ কৈদনো পুন্সিদো ?

ধৰ্ম্ম লৈব কনাগী জীবশিংবু ঙাক শেঞ্জনব
য়েল্লকখিব মীনুংশি অদো মপাল নাইদ্রব
হিংচা য়াইতম্ব, য়েংথিনবগী পল-ন খল্লকপ
করম্ন হিংলুগনি তাইবঙসিদ, মুৎখ্রবদ আশা-ন !

••••❦••••

## -: নুমিদাংৱাই :-

*****************

নোংমগী নুমিদাংৱাইনি,
অতৎ অখম লৈতন চুখিব নোংন
হাংখ্রবদ, থোরকখি পুক্লিং হুন-নোংজাবী;
তারমদাইগী নুমিৎকী মশেক্ল য়ৈবদ
ঙাড্রোম্নব নোংজাবীগী সনা মহী-ন হৈরব
মালেম অম ওল্লবনি ঙাইহাকী পুন্সিদ।

থেংনরুই নুমিৎসিদ কল্লাক কুরু কারবী মহাক
মহাক্কি, অদুদৌংগী চহি হুম্ফুগী মমাঙদ
নুংশি শ্বরতন ফুনগৎচরবী - ইকাইথিবী
মথোপ কারকপী, লাইজ ইপাল লাংলুবী
মহাক্ক ঝাদি ঙাংনদ মিৎচানখিব মিকুপ্ত
ফোঙদোকখিব থমোইগী ঝারোলশিং নিংশিংলকলি।

ঙসিদি, লাইবক্ত চন্দন অমুবন লৈতেং ওই,
খুত্ত চৈশু, খ্বাঙদ খ্বাঙজেৎ, নাপদ নির্ম-ল
হরিনাম মন্ত্র শোন রামায়ন মহাকাব্যগী
কায়ন পিরাংলক্কী নাম শ্রবন তৌরুব
থেংনরুই, উজরুই, নোংজাবীন চামথোকখ্রব
খুইরব মাইথোংদো লৈহাও লৈরেন্ন ইকাইজব।

ঙসিসু ঙমদে কৌজরুব, ফোঙদোকলুব
মথোপ কারকপগী নুংশি শ্বরতন ফুনখিব -
পুন্সিগী অরোইবা মিকুপসি ফাওবদ;
থোরকখি খোম্থাংসিদংদি - "জয়রাধে, বৈষ্ণবী
হরিনাম শ্রবন তৌবীরুবরা ?' - 'অহোয়'
মাসি-ন অরোইব ঝাশকনি চহি চামগী নুংশিব।।

•••••❁•••••

## * থোং নম্বোনবী *

চহি চা কয়াগী মমাঙদগী
উরেপ উয়ুং তমখিদুন
লেঙদন লেপলিব পুন্সিব,
তেকখিগনু, কায়খিগনু, লৈবীখো
নম্বুল খ্বাংগোম্বীগী খুনিংথেক
পুন্সি কয়াগী লান্ন-থোং !

হায়নৈ, খাগী লৈবাক্কী শিন্নাইরোয়শিং
মতম অমগী অয়ৌব সভ্যতা
অনৌব যুগকী নিয়মগী ৱাংমদ
শারমখিব কালোক উচন নাই
লেঙদন লেপলকলি ঙসিফাও
মতমগী ইচেল কয়া মায়োক্লন।
মতম'মদ নহাক্কী থোংখোঙদ
য়োল্লম্ব তল শামু, চিনি চফু
কৈদ মাঙগ্রে উচালগী মৈরান মুৎখিবদ ?
লাঞ্জাও কয়া নংখ্রব
শগোল শামু কয়া লানখ্রব
ইরৈ কয়া মায়োক্লখ্রব
হাদ থোং-ও নম্বোনবী
নঙগী ননম অপোম্বদ
তাইবঙ পুন্সি কয়া কয়া
নাওশুম ইশৈ তাজখিব
ঙম্ম চৎখ্রে, ঙম্ম হুন্নখ্রে
নহাক্তনি - লেপহৌরিব নিঙাইদন ।।

২০-৩-১১

•••••

## অঙাওব !!

হো অঙাওব, হো অঙাওব
লাও সিদ
চাক চারবরা নহাক ?
কনানো, ঐবু অঙাওব !
অঙাওবনবু চাক চানবরা ?
চরিতৎলব ঐঙোন্দ
চাক চারবরা হংলিব নহাক
কয়াম কুইরে ঙাওব ?

•••••

খানা সুবারীগী

! অরোইব পাউখুম !

২৩/৩/২০১১

কোয়ন চৎলুই, থিরুই
নিংশিং নিংশিং হৎজরুই,
খঙ্‌ন চান্নব, মরুপ মপাংশিং।

অৱাবনি, লাকখি -
পাওখুমশিং মথং মথং
'ঙরাং নহাল-ত লৈখিদবনি'
'কুইরে, লৈখিদব মহাক্তো' !!

'পাবুংদি লৈবিরিদন -
পুন্সিবিখো'

'করিগীনো ঙম্নমক চৎপ্রবদ
ঐহাক্ন লৈহৌরিব ?
পাপ-লা পুন্যরা !!'

অরিব মরুপ মপাংশিংনদি
ঐহাকপু
লাইশুম্ন তৌবীখি;
অনৌব মীরোলনদি
খঙবীদ্রে ঐহাকপু।
কৈদৌঙেনো
মথংগী, মপোক্ন লাক্কদব !

•••••✿•••••

## ॥ ওলাংথাগী মৈশারক্ত ॥

১৮/৪/১১

শজিবুগী অঙাওব নোংলৈন মপুম ফারব থাজবু
হুমদুন পুম্ব্রগে থৌরাংলকপ বসন্তগী লৈকোন্দৈ,
কালেনগী অৱাওব অতিয়াগী মখাদ মৈশা পুঙমদ্রব
কোরৌন চায়রব মতমদ তেংথাজরিব
হুংক্রোক চেক্লা-ন হুন্ন হুন্ন নোংজু পাওজেঞ্জরিব,
নীংব কায়রব খাইন মৈশা লাংজরব পি থাদোই-ন
থৱায়গী পম্বুংফম মায়কৈ য়েংজরকপ,
শারী কম্বোংগী ইখৌ লাংব কোক্লব ৱাকৎশিং
নাকোং শীঙজা য়ৈরব হারীগী মীকপখোল
শোঞ্জরবী লৈবাকলৈন কংলব লৈমায়দ লৈশাৎলক'
তাবীখিদ্রব ৱাকৎশিং ওলাংথাগী মমৈদ
ঙম্ম কোকলগনি, ঙম্ম চামম্ব্রগনি ইঙাগী নোংজুলক;
ইঙেল পুর্নিমা খিরুম্বী থাবলগী ফিজংন খল্লকপ
লৌচি কোয়ঙমদ্রব লাংবনগী নুংশান পম্খে ওইরবদ॥

••••✿••••

## নুংশিব থিব

২০-৪-১১

শোয়দন শিরগদব শজি মচা অমগীদমক
মমা-ন কপচরি থমোইনুংদ মরোলদি থোক্তন;
পামেল ফৈরাদ তোংলিব উচেক অমোম্ন
তেংথাজরি শাদানবগী তেঙ্গাদ মশাবী মহাক্নীদমক
তাইবঙ কয়াগী পুন্সিদ শাবী শানৌগী খাইন মৈশা
মচা কায়নরবী মচা-ন ওন্ন থোইন খাঙলিব,
মায়োক য়াব লানফমদ মায়থীরব লাম্মী কয়াগী

ইমুং মনুংগী হৈকৎ লৈকৎ স্মৃতি লৈকোন্দুদ
কায়ননিংদন কায়নগ্রব মরুপ মপাংশিং
অরেম্বদ তারগদ্রা নুংশিব থিব তাইবঙগী।

শাবী শানৌগী নুংশি লাংথাক্লবতন নুংশিব নত্তে,
পলেম পম্বৌগী নুংশি লিপুন্তন নুংশিব ওইদে।
তুশোন মানশোন্নব লোম্বোক্তব কয়াগী অরোম্ব ব্রাকৎ
মীনুংশি খঙদ্রব কয়াগী মীওৎ মীনৈরক্ত শিন্থরিব পিরাং
লেঙলি পাম্লিবশিংগী থবায়ন নীংতম্ম হিংজনব
মীৎয়েং অমতং, মীনুংশি অমতং খুদোল তমলুবদ
হল্লক্কনি শোয়দন থুপ্লব কাচিন্দগী থমোইনুংগী নুংশিব।
মালেম ইমান লৈন লৈন জগোইগী খুৎথেক তমলিব
অচৎ-চত্ত খুদিংন হরাও মোমোন্নন নুংশি খুদোল তমলিব
করম্নবু শিংথাসিগে ফংজরুবদ নুংশিব থিব ।।

•••••৫•••••

## * থোঙাক অশিপুর *

মতম অমদ, অউ অউব হাংনব
টেক্সাসকী মীহাৎ কিব-ন নিক্লরমই ;
হৌজিক্ত, লুম্ন-লুম্নগ হুরান মীহাৎনরিব
করিদবু কিখিসিগে সমাজসেবা মীহাৎত !!

সমাজ সেবানি, প্রজাশিংগীদমক তৌরিবনি
দেশ সেবানি, নিং-খা তম্ম পাঞ্জনব থৌরাংনি,
হাত্তোকখ্রবদি লোইরে, অব্রা অনা লৈতন নীংতমলে ;
শিরবদি কোকলে বিচার লৈতে, দোষ লৈতে।

ভরাং অম, ভাস অম, হয়েং আন
দোং দোং দোং অমুক হল্লক্করোইদব !
তরেৎ শেঞ্জা-ত মতীক চাহনখো -
হযেং, হংচিৎ, মশেম-মরাইন কাওজখিনি।

করি মরাল লৈবগে, মীহাৎপ দণ্ডি পীয়ু
মান-নি হাৎলম্ব, ফাও, বিচার তৌ -
কনাগী বিচার - শোয়দ্রবরা - শাক্তি লৈতে
থাদোকখ্রো - মবাই-ন কাওজখ্রনি - চবুনলক্ত।

খোঙজঙ, খোঙজঙ, কৈদৌবগী -
খোঙজঙ কয়াগী য়াওখ্রবগে করি মায পাকপ ?
শিখিব মহাক্তি শিখ্রে, লৈহৌবন কান্নহৌরে
অসিরা গনতন্ত্রগী লেঙদ্রব চৎন পথাপ ?

•••••❀•••••

## ☆ থমোইগী মণ্ডিরনুং ☆

২৬/৪/১১

চহি শীঙকক্তন মণ্ডিরনুংদ
ঈশ্বরমক্লি নীংন লাৎচরিব
লেঙদব শকলোন অথোইব,
তাইবঙ থমোইশিংগী তুংনফম
নহাক্তবু নীংজব থবায় কয়া
ভক্তি রসকা লোয়নন
পুন্সি পিথম্মখ্রবদ তাইবঙপালদগী
লেঙদন লেপলি নহাক্তি মোমোন্নন ।।
চহি চা কয়া হৌখ্রব
মীরোল কয়াগী থবায়শিংন

লেপনাইদন নখুয়াখাদ
থবায় হকচাং পুম্ব কৎচখিব
তাইবঙ কয়াগী মীনুংশিন থন
ঙসিসু য়েংলি মোমোন্নন
থৌজালগী ইরিক খিকপীদুন
কৌশিল্লি খুলাম তোয়ন ভক্তশিং ।
মাঙলমচৎকী যাত্রী কয়া, ভক্ত কয়া -
নুংশিব চাম চামগী উজনিংব শক্তম
পেন্বীগ্রব নহাক্কী পেন্বীহৈব থৌজাল-ন
মাঙহনগ্রবসু তাইবঙদগী লৈহৌনি অমতং
থমোইগী মণ্ডিরনুংদ প্রেমগী তুংনফম
কুমওন কয়াগী নুংশিজব ভক্তিরস ;
নহাক্ক শাক্কিনি মপোক কয়া কয়াগী
হৌগ্রব মতমশিংগী অবা নুঙাই পুংজাশিংদ।
মীনুংশি অমতং ফংলুবদ পেঞ্জখিব -
শাতাব্দি অসিন লোইগ্রবদ নিংশিংলরোই
প্রেমী অমগী প্রেম রস
থমোইগী মণ্ডিরনুংগী মুর্ত্তি-ন ॥

•••••

## * পুন্সি লমজেল *

৪/৫/২০১১

প্রলয়গী মশক পুব নোংলৈ নুংশিৎলক
ইরোন্নুংগী থবায়গী মশক পুদুন
পাক্লব ইপাক লান্দুন খোঙদারক'
তাইবঙদ হঙা শৈহৌ শৈদম্ন
লাকলে ঙসিদি অবা' পোৎলুম পুদুন।

ফজবসু খঙলুদে, অথীবসু উরুদে
অচুম্বন করিনো অরাম্বন কদায়নো ?
পলেমগী মীনুংশি পম্বোগী মথৌজাল
নুঙাইব চাম-ন খুজিং ওই, অব্রাবন তুং ওইন
তাইবঙ খোঙদোয়নরকলি মীওইপোক্কী মীওইব।

নুঙাইব ইপাক্ত তাওদুন কুমজা খরদং লেল্লকপ
লৈতঙ্গায়গী লৈমায়থক কুদ্রুক কদ্রাকপ লম্বীদ
শারী কাংদোং ফারকপ অফ-ফত্ত খঙদন
নীংজব পঙ্খা থুংনব খোঙকাপ লাওন থাংদুন
চেনশিন্নরি মায়াগী লাং থাকনুংদুদ।

পুন্সি লমজেল অয়াঙব চেন্নরিব পম্বুংতম
পজেং ফিরাল-ন কোকথক্কী লৈতেং ওই
মীথোই মীহেনব, লুচিং পুরেল কাখিব
পোকচমনগী মহয় য়ানখিব
য়াওখিদব নত্তে ফংঙমদ্রব মপোক্কী।

কনান নীংব কায়বগী মৈশা লাং
লৈত লায়রগী চৈথেংদ ফিজেৎ ফিগায় শেৎ
চরা নাম-ত চা মীমান্নদ্রব পুন্সি মহিংদ
তুংগী আশা উদন মাঙদ চৎখৎসি চৎঙমদ
শ্রো শ্রো চিংব খোঙচত্ত ব্রান খাঙলি মীওইপোক।

মরৈবাক নীংব দেশ ভক্ত শাব কনান
ইকুমথাগী হঙোইগুম মথৌ পোঙ-ন খোংদুন
ওইদবন অওই-শা ঙাংনিংবত ঙাংদুন
পুন্সি খোঙলোয় কয়াগী চরম্বু মেৎ
লুচিংপুরেল শারি লম্ফাংলব পুন্সিগী।

নুংশি শ্বরত-ন ফুল্লব খাইন মৈশা লাংলব
শাবী শানৌ কয়ান শরি পন্দোম লোম্নখিব

লানঙমলরোইদব পুন্সিগী ইপাক ব্রাংমদ
বিদায়গী পোৎলুম পুদুন মিৎয়েং পখ্নে লানখিব
মপোক লাঙোল অমদ ঙাইরম্নব পাওমেঞ্জরি।

কম্লক মীহৌচাওব, ঐন নীংবত-ন চুমলে মখম্ব -
মীওইপোক্কী মীনুংশি অমৃত মনম চেন্দ্রব
ঐত ফরগ লোইরে খন খোঙলোয় কয়াবু পিখম্লহম্ব
প্রলয়গী মৈরী চুখক্তুন তাইবঙপাল থাদুন হনম্রব
মীওইপোক্কী মপোকসে পুন্সি পন্দোম লোম্লবরা ?

তেল্লব মীওইপোক্কী অরোইব পখ্নেদ
চিতাগী মৈরী-ন মৈব্রায়রক্লবদ
থৌদাং কয়া পাঙথোক্তুন চিংখহৌরব তোর্ব্বান্দুদ
কনা-ন লাক্তুন থোঙ্গৎপীরক্কনি পোৎলুমসে -
মথংগী মপোক অমগীদমক পুন্সি লমজেল খন্নবদ !

••••✿•••••

**“অহল ওইরব হায়বসিদি শিখিগদব কুইদ্রবনি**
**য়ারিবমখৈ অব্রাব থবকশিং শিজিন্নহৌরো॥”**

# পুর্ণিমা, হো পুর্ণিমা

পুর্ণিমা, হো পুর্ণিমা
থাবুম তরানিথোইগী পুর্ণিমা
ইঙ-ন মেঙ-ন থোকলিবী
মপুম ফারবী পুর্ণিমা,
তাইবঙ থমোইবু হুরানবী
শাবী শানৌগী নুংশি মৈচাক মুৎহন্বী
থাবল্লে লৈরাংগী মতারোই
থোকপীরো লেপনাইদন, ঙালহন্বীরো
পুন্সিগী মল্লব অহিং কয়াদ- খোঙচৎ হোং
কোরৌ মাগী মতৌগুম - ইনুং ঙান;
খায়বীরনু থাশি পুর্ণিমাগী অহিং
থোকপীরো পুক্লিং হু-ন সন্ধ্যাগী অতিয়াদ
কোরৌ-ন ময়ুম চঙখিব মিকুপ্তগী
ঙালহন্বীরো মল্লব থমোইগী কাচিন কোয়া।।

নিংশিংলুবদ য়াওশঙগী পুর্ণিমা
শজিবু কালেনগী নোংলৈসক্কী পুর্ণিমা
ইঙা ইঙেলগী খিরুম তৌবী পুর্ণিমা
থবান লাংবনগী পুর্ণিমা চেপ-চেপ্লী
নিংশিংদুনত লৈরবী মেরাগী পুণিমা
লাইনীং চেৎপী হিয়াঙ্গৈগী পুর্ণিমা
পোইনু লৌবুক্ত ফিঙৌ ফৌবী পুর্ণিমা
ৱাকচীংগী উল্লেন নংলবী পুর্ণিমা
ফাইরেন লমদাগী অঙাওব লৈচিল্লক্কী পুর্ণিমা
থোকপীরো নোংখন্নদন থমোইগী 'তিয়াদ।
অমম্ব অহিংগী অৱাব কোক্লব থানখিব
দিপানিতাগী মৈরা পরেং পরেং
পামজদে ফন ঙান্নব হোৎনরবসু শুক শুরব সমাজদ
থোকপীরো থমোইগী পুর্ণিমা হো পুর্ণিমা।।

••••✿••••

# লৈবাকলৈমগী তেংথাখোল

২২/৫/১১

কপলি ঙসিদি
লৈবাক লৈম ইমা-ন,
শারব কালেনগী মৈশারক
নিংথমগী উনখা-ন শৌদোরকপ
মনীং তন্নব নোংলৈ নুংশিৎ
খোইশাওনরব সাগরগী ইথকশিং
মৈগী চীঙজাও-ন পোকখায়রকপ
লৈরোন কয়া-ন তোয়ন নিকলকপ
শান্তি লৈজব চীঙনুং মাননুং
অশাও খান্বী মৈব্রায়নব,
কল্লক য়েংথীনব কয়াগী লাল্লোংদ
তাইবঙ জীবশিং পিখম্লখিব।।

অদুঙৈ, মমা শিজ-ন লৈশারিঙৈ
মেরা হিয়াঙ্গৈ থাবল্লক
তৌদ্রি বাঁশিগী খোম্থাংন
লৌবুক লমহাং নিনখিব
ইঙব-ন থক-খা নিক্ল-থা
চরু খোক খোঙ্গুল-লী
লৈপুঙ ব্রারীদ পেঞ্জখিব থমোইশিং
শরেং ঙারেন-তবু থব্রায় পেন্ন চান-থা
উনপুব নিংথমগী নুংশিৎ-ন হুমলকপ
হিমালয় নিঙ্খায়রে হায়খিব মতমদো
কৈদ মাঙগ্রে কদোমদ হুমগ্রে
লৈবাক লৈমগী শারব পিরাংলক ?

হৈকোন লৈকোন উমং ব্রামং কয়া
মরুভুমিগী ইথক্ত লুপখ্রব,

ইঙলব নুঙগুম কল্লব উনগী মপৈ কয়া
ইমায়থক্কী কোঙ্গোলগুম চিক মাঙনখিব
অইং অশা থক-খা ওন্নরক্লব
পাক্লব-সাগরগী তাংথক নাইব ইপোম্ম
লৈকংলাগী লমদমবু ইচাও-ন ইথুম্নরব
তোল্ল-তারব কয়াগী চঙজ-খোঙবু থিংখ্রব
তাইবঙ থব্বায় ওইরিব মালংন অকি শকলোন্নরকপ
ঙাকপী শেম্বীনব লৈত্রব ঙসিগী সভ্যতা-ন মনীং হল্লকপ
প্রলয়গী মতৌগুম খোঙকাপ লাও-ন থাংজিল্লকপ
লৈবাক লৈম-ন তেংথাজরকপ করম্নবু তারসিগে ?

•••••✿•••••

## ইদোম তরক লাকপনি
## ইদোম তরক হল্লগে ।।

অব্বা নুঙাই কয়া-ন থল্লব তাইবঙ-দ
পোকঙমদ্রব মীওইপোকনি হায়দুন
খোঙদারকলিব, খঙ্ঙমদ্রব কয়াদগী
ইদোম তরক লাকপনি লোয়নরক্তে কনাগ,
করিমতসু পায়রক্তে য়েৎ ওই অনিমক
লৈতেংলক্তে করিশু, ফিজেৎ'মসু খোংলক্তে
হঙা শৈহৌ শৈদমলক প্রেম ভক্তিগ লোয়ন-ন।

নুঙাইগনি খন্দুন থাংজিল্লুব খোঙথাং খুদিং
অব্বাব চাম চাম-ন তুংইন্নরকলি ইমিগুম,
নুংশিবীগনি খন্দুন লৎনখিদ্রব মীনুংশি
কল্লক য়েংথীনবতন খঞ্জিল্লক্লব - লৈচিলগুম
চদংনবশিংগী চৈশু-ন ঙাকলৌনব ভিক্ষারী

করম্ন থৈগনি লম্ফাংলব লম্বীদে
ইদোম তরক চচ্চরি য়ৌঙমদ্রব পন্থুংতম !

লমখাঙগী লমদমদ থাকলম্ব মায়াগী লাংথাক্ত
পুক্কে লনগৈ, হু চেল্লব অমৃতবু কল্লকহন
শরু পোলাংদ য়োন্নব নুংশিজরব শক্তম লাং
মীথোই মীহেম্ব, অচাওরম কাজনিংব থৌদোকশিং
ওম্ন চাইথ্রে নোংলৈ নুংশিৎ অম লাকপদ;
চঙজফমসু লৈতে মরুভুমিগী পাক্লব লৈঙোইলক
পাইখৎখিবসু ওমদে হাঙলব অতিয়া মকোয়বুঙ।

ঐগীদমক লেপ্পিরম্ব পলেম পম্থৌন হনগ্রবদ
ঐগী খোঙলোয় ওইবীরম্ব শেংনগ্রব নুংশিব
নুংশি শৈরোন শকখিদ্রব লৈরাং লৈনম তাখিদ্রব
মিকুপতুন লাকপদ করিবু লেমহৌরি থব্বায়সিম নত্তন !
অমম্ব অহিংগী লমশাংদ ইদোম তরক লাকচব
নিংথুংদ্রব মৈরী-ন ব্বায়রক্লব কিম্থুরব পোলাংতগ খাইনদুন
খঙ্ঙমদ্রব পন্থুং অমদ ইদোম তরক হল্লগে !!

•••••❀•••••

## ✳ মাঙহন্নিংদ্রব নুংশি ব্বারী ✳

মোইরাং থোইবী,
"হো ইপু, খোইরেন্তাককী
পাম্ব কৈ কনান ফাগ্রবগে ?"
তাথিরব ফুবাল্লা হনুব,
"ইবেম্মা ! নবেন্ন উতি থোংব হাওগ্রেদ !!"

★ ★ ★ ★ ★ ★ ★ ★ ★ ★

# ✽ লোক্তাক পাৎকী শৈরাংবী ✽

১৭-৬-২০১১

লাও মরুপ নুংশিব,
পলেম ইমাগী থেলোংদ
থাংজিং চীঙশাং নাপোমদ
মোইরাং ফিজন নাইরব
ফিঙৌ ফৌবগুম শল্লিব
ইশাই মাপনগী শাওংদ
লংন ঙাল্লিব ইপাকসে
তাইবঙ থবায় ওইনব
নুংশিব চাম-ন পুল্লব
লোক্তাক পাৎনি য়েংখিশি।

য়েংবগী পেম্বসু নাইররোই
থাবগী লোইবসু নাইররোই ;
অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনব
ইশৈ হৈব কয়া-ন
খুন্নুং শৈহেক শৈদম্ম
নৌগী তাম্বাপীদুন
ঙারম চাম তাল্লিব
লম্মৈ থানবী কয়ান
ময়াদ মৈবুল চীক্কুন
লোক্তাক খোঙবান কোয়রিব।

চিঙ্খৈ ফিরুক হাংলকপ
কোরৌ মশেক মঙাল-ন
থাঙ্গ চীঙগী নাপোমদ
লংন ঙান্ন থোরকপ,
য়াহৌ ঙখী চেল্লা-ন
তাইবঙ য়াকায়রোল শকলকপ

মেঙলব ইথক মচাশিংন
লৈন জগোই শারকপ
চীঙয়া নাপোমগী নামিব
কাইদ হুমলি নুংশি লৈনম।
সেন্দ্রা, থাঙ্গ, কারাং চীঙ
ইথৎ মপৈন ইপাকয়ায়
পাত্ত তাবী চেক্লা-চা
শাইদাংবীশিংগী শাইগোন ওই,
ইপাল্লাংগী ইথক ইপোম
হৈকক য়েল্লি মরক্ত
লৈ-ন জগোই শারিব
নুংশি শৈরোল শকলিব,
মালেমগী চেক্লা কয়ান
কুমওন চাক্তা তমলরিব -
নুংশি লমজাও কৈবুলথক
চেন্ন চোংন শান্নজরিব
শঙাই লাব অমোম-ন
নুংশি পাওমেন্নজরিব,
তাম্না চেক্লা শৈথারোল
পি থাদোই তেংথাখোল
শাখপ তোয়বী লাংমৈদোং,
হারি' মৈচ্রাং পাওজেলশিং
য়েংশি লাও, তাসি লাও
লোক্তাক পাৎকী ইশাইগোন ।।
নিংশিংলকই অদুঙৈগী
শাবী শানৌ কয়াগী
মুৎনাইদ্রব নুংশি ঝারী।
কদেং থাংজ, লাইজীংলেম্বী,
খোইরোন মাগী য়াইথিং কোনু,
হেঞ্জুনহা লাইরৌলেম্বী মশুংলাং
লমজা অমুদোন নোংয়াইগী
থাদোই সনা থোইবীদো

নুংশি শৈশক তমখিব
থমংখোংগী ইশাইগোন।।

থাংজিং লাইগী লাইমাঙদ
লৈন জগোই শাখিব
শাগৎলুদ খম্ব, শাগৎলুদ থোইবী !
মালেম শীজুংগ্রব তাম্বানি ;
মুক্লা যাত্রা খুমন তোম্পোক
ইকোপ পাংকী কাওফাঙে
মমোম লাংলেন থোইবীবু
থাজ য়োঞ্জখিব পুংজাশিং
নুংশি কোলোই শকখিব
কাওঙমলরোইদব খোম্বাংনি।

থোইবী মশুং লাংগীদমক
ইকাই ফিরুক খুমগ্রব
অঙোম নোংবান কোংয়াম্ব
তুম্ব-চাব খঙদন নীংজখিব
পাম্ব-ন য়াথোং তম
থব্বায়ন পোম্বা পীখিব
লাংওন অম ওনগ্রব
পি থাদোই চেক্লামক্ত ওই
শকচরি শোঞ্জরি ঙসিসু
পি থাদোই, পি থাদোই !

কৈথেল সনা শকহেম্বী,
অউন কৈথেল শামু খোঙয়েৎঙৈ,
লোক্তাক খোঙবান্দ লেঙদন লেপলিব
আজাদ হিন্দগী থৌবুরেল
শকলি ঙসিসু নিংতম শৈথারোল।
লোক্তাক খোঙবাল ব্বাংমদ
লাওখিব লাল্লাওশিং লোকপ চীঙদ

ৱৈরকলি খোঙ্খাংসে ঙসিসু
লাইমতোন চীঙশাংন শাক্কি ওই
খুৎলাম তোয়রি থৱায়শিং।

নিংতম্ন হিংজনিংব থৱায় কয়ান
শাইদাংজরি নশাইগোনসিদ,
ঙংজরি শৈরোন কয়া পলেমগীদমক ;
তুজুংব লৈত্রব ইচেল কয়ান
চেন্থরক্লুন তিল্লরি ইপাকসিদ।
নুমিদাংৱাইগী নোংজাবীন ঙাঙ্রান্নন
মচু শঙখ্রব ইথক্কী জগোইশিং
তাম্থা চান শৈশকলিব শৈহেক্তে
তাসি লাও য়েংসি লাও
লোক্তাক পাৎকী শৈরাংবী॥

•••••❀•••••

"কথোকখ্রব থৱায়শিংন হিংদুন লৈরি মালংসিদ॥"

## নোঙাল্লমদাইগী শিঙ্গারৈ

শিঙ্গারৈ কৌবী লৈনুংশি,
অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদ
তাইবঙন চাক্ত তমদ্রিঙৈ
নোঙাল্লমদাইগী লিক্লা-ন তারকপ
লিরিব মালংন হুমলকপ
চিথ্থে ফিরুক হাংলকপ
কোরৌ মৈশা-ন লাংদ্রিঙৈ
লৈরাং ফুগায়ন শাৎপবু

খোইমু শঊম কিবরা ?
কল্লক চাওব কনাগী
যেন্দায়দ হাপখিনি কিবন
লৈরাং-লৈখোক লোয়দুন
লৈমায়থক্ত কেনবরা ?
ইনুং তৈন লৈশাংগী
নতাবোই থরো থারিকথা
শজিক থাবা মমোমলোই
অপুম্ব জগোই খুংথেক্ত
অমম্ব অহিংগী লৈকোন্দ
থেক্ক থেক, নৌগ নৌ
জগোইগী তাম্থা পীরকপ,
চরোয়ন তে তু খোংলকপ
কোরৌগী মঙালন শল্লকপ
মালেমগী অমম 'থৌদা কোক্লব
শিঙ্গারে লৈরাং লৈকংপরা ?

•••••❧•••••

## * মঙারক কানবী *

১৮-৫-১১

পোইরে সনা লৈময়োন
লাঙ্গোন চীঙশাং খুনিংথেক
চীঙয়া নাপোম অচিকপ
নীংব কায়ব মৈশা লাং
থবায় চেক্লা খাইনব্রব
তূম্ন তাব হকচাংশিং
মালেম লৈরোনসু চন্দ-ন

খাম্বী মৈনসু মৈরায়-দ
লান্ন থৌরমসু থৌগায়-দ
নিংশিং খুভমসু থমদন
চেক্লা শৈরোনসু তাদন
নিংশিংলরোইদব মপোক্কী
য়াহিপ্লখ্রব য়াতাবুং
মণ্ডারক কানবী মিংথোন্ন
করি ৰারীবু লীরিব ?

শিঙেল লৈরাংসু শাৎত্রব
লমইন পেনাসু খোংদ্রব
পাম্ব-ন য়াথোং তম
লমহুই খোঞ্জেলতন নিললব
অশৈব কনান শৈথাবীদ্রব
ৰারী শিংবুম কয়াদ
মৈশা লাংখিব থৱায়শিং
কায়ন মৈরায়নখিব পুংজাদ
তুংকচ্চনখিব থৌদোক ৰাথোক
লৈরোন চনখ্রব ৰারী শিংবুন
অমমমত ওইন উরি মমি শামি।
তাররোই, উররোই, খণ্ডলরোই
থুপচিনখ্রব পন্দুপ -সে -
নিংশিংলুব নত্তন লৈজরকপ অশিথেল
পুন্সি কয়াগী য়াতাফম মণ্ডারক কানবী।।



# তালিগী খোঙচত্ত

খঙলকখিদ্রব লমদম অমদগী
মল্লব শুরুং অম ফাওন চেল্লকখিব
অনানব তালিথক্ত লেপনাইদন
য়াঙন চেন্থরকলিব তালিগী গাড়ী-ন
ইনুং ঙাল্লব মতমদ ঝক ঝক তাম্থাদ
লৌবুক লম্মাং কয়া লান্ন থেক্ল খোয়ন
পল্লেপফম নাইদন পোখা পুংজাকয়াদ
অবা নুঙাই কয়াগী লম্বী বারী শানদুন
নুংশিজব খোঙলোয়শিংগ কায়ননিংদ্রব
পম্বুং অম তম্ন চেল্লকলি জ্ জ্ জ্।
লমখাঙদ থেংনখিব লেঙ্ঙমদ্রব কয়া
চীঙজাও, পাৎ, তুরেল, উমং বামং
ঙম্ন লৈহৌরে কায়ননিংদ্রব খুৎখৎক -
তুংহন্নন চেনখিবগুম মালং ফৌরোয় য়েংদুন।

শৃৎ নানব তালি-ন পুরকলি
খোঙচৎ অসিম পল্লেপফম খঙদ্রব
কোরৌন মঙাল ফরিঙৈ নুমিৎ-ন ময়ুম চঙদ্রিঙৈ ;
অবা নুঙাইবন থল্লব খোঙচৎনি পুন্সিগী
নুঙাইব চাম-ন লাকপদ অবাব চাম ইল্লব
থোকহন্নিংদব থৌদোক্ল খুরৌনখিব কয়া
লৈহৌরে লৈহৌনিংদন পম্বুংসু য়ৌঙমদ
কায়নরে কায়ননিংদ্রব খোঙলোয়সু লমখাঙদ
কোরৌ-ন ময়ুম চঙখ্রব মল্লব লোকচপসিদগী
থেংনররে মাঙদ মল্লব শুরুং অমসু
চেনশিল্লি তালিথকসিদ নুংশিৎকী মমাঙ থাদুন
ইনুং অম ঙান্দ্রিফাও পম্বুংসিম য়ৌদ্রিফাও
শারব, লংলব মঙালতন থুমহৎলব
তালিগী খোঙচৎন লেপখ্রবদ পম্বুং'মগী মৈশারক।।

••••✿••••

# শিনাইদ্রবদো কনানো !!

থবায় অম পুদুন
তাইবঙপালসিদ পোক্লবব,
শকওং শাদা অম পুরদুন
কাংলুপ কাংলুপ তিঞ্জরবব
শিনিংখিদ্রব মপোক অসিমখক্ত
শিখিদনব শাজং কয়া চংনরক
শেমলকখিব চংনরোল নুংশাংনব
ওইবকখি মাগী মাগী ধর্ম্মনিতি।

থাজবগী মখাপোন্ন নিংখিব
মুর্ত্তি অমবু থোইদোক্লব মপোক্কী
লৌনখি ঈশ্বর হায়বদু অসিনি,
তাজখি মাঙোন্দগী পাওতাক কয়া
হিংননবগীদমক মীনুংশিগ লোয়নন
পুন্সি অম য়েংথীনব লৈত্রব ;
কাংলুপ কাংলুপকী চংন পথাপ
জাতি জাতিগী ধর্ম্মনিতি শোয়ফদ্রব।

মশিং খঙদ্রব কাঙলুপশিং তাইবঙগী
মশিং খঙদ্রব ধর্ম্মশিং জীবশিংগী
লম্ফাংলব পুন্সিগী পম্বুং অমগীদমক
জাৎ-বিজাৎ, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম কয়া
ঐগীতন অচুম্বনি খঞ্জখিব
ইম্বোক কাওথোক্কদরা মহাক্কী লাইনীংদো
রাজনিতীগী চৈঙাক লৌদুন
হাক্কঞ্জখিব ধর্ম্মনিতী কয়া'ম ।

হিন্দুশিংগী হিন্দু ধর্ম্ম
মুসলিমশিংগী ইসলাম ধর্ম্ম

খৃষ্টানশিংগী খৃষ্টান ধর্ম্ম
বুধিষ্টশিংগী বৌদ্ধ ধর্ম্ম
পোকওমদ্রব শায়োনশিংগী
লোইনাইদ্রব ধর্ম্মনিতীগী চৎনরোল
লিশাং শিংন ঈশ্বরমক্নি নিংজবকপ
কদায়দ লৈ শিনাইদ্রব ঈশ্বর অদো !!

হায়নৈ ধর্ম্ম লৈব কয়ান
হিংসা য়াওদ্রব পুন্সিগী খোঙচত্ত
জীবশিংবু হিংজনব খনখিব,
মশাগী ওইজব থাবব ঝাখল্লোন্দ
থৱায়পান্বশিংবু হিংমিন্ননিংখিব -
অচুম্ব অম থিবদ অরাম্ব কোঙ্গায় মায়োক্ল
অরূবন মতাইদ, অনৈবন ময়ায় - চেন
পুন্সি পিখম্নখিব, মাঙোন্দনি চঙজখিব।

ধর্ম্মনিতী থৱায়পান্বশিংগী ধর্ম্মনিতী
অহিংসাগী ধর্ম্মন জীবশিংবু পন্দোম - য়ৌ
হিংসা তৌব ধর্ম্মন খাঙুথক্ত পিখম্ন
মহাক্তগী মফমদ চঙজখিব -
চঙজখিব মফমদো অমম্বগী
শায়োনশিংনসু মথং মথং মাঙনখিব
স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল মরোল অহুম্মক্ত
অমদি লৈরিব - শিনাইদ্রবদো কনানো ? !!



"অঙাম্ব অম লৈরবদি অমম্বদ
অমম্ব কোঙ্গায়ন মাঙহনখিনি অঙানবদো ।
অঙাম্ব অদু করিনো - অমম্ব থমোইন খঙদ্রব ?"

## * নুঙগী মুর্ত্তি *

৬/৭/১১

খিন্নীরক্কনু ইকাইজে নুঙগী মুর্ত্তিদো
ঐগী থুপচিনখ্রব পুন্সি ৱারীগী মোংফমথক,
মীনুংশি অমত্তসু পীরুনব পাঙ্গল য়াওদ্রব
ইমা ইপা, ইচা ইশু, মরুপ মপাং খাইনখ্রবদ।

তাইবঙগ কায়নখ্রবনি মৈরিন শাক্কি ওই
লাক্ল লাক্ল খোংখিব ক্বাককী পাওজেলন বিদায় পী
লেঙলি পাল্লিব পামেন্ন লিক্লাগী পিরাং শিন্থুন
লৌবুক লম্ফাং চীঙয়া তময়া মালংগী শউম্ন

খাইন মৈচাক মুৎনব হুমলকখিব লমজাওখোন,
তাংথক নাইরব ইচেলদুমগী ইপোম্ন
পুথরক্লুন ইপাক্ত তিনখ্রব লেমহৌখাক
ঙম্ন মাঙখ্রবদ, ঙম্ন কাওরবদ করিগী মুর্ত্তি ?

লোম্বোক্লব মুর্ত্তিন অচম্ব মোংফমথক্লুদ
মীগী থমোই কয়াদ চিরোন ৱারী লীদুন
নিংশিংলুবন কৈদৌনি ইরান চাম লোত্তুন
নুঙগুম কল্লব থমোই অম পুদুন হল্লক্করোইদব ৱারীশিং !

অরাপ্পদ, অনকপদ, মফম খুদিং সহরগী
নিঙাইদন তুমখুন তানখ্রব মুর্ত্তিগী মোংফমথক
লৈশি লৈথোন্দুন শাগৎনরিব নুঙগী মুর্ত্তিশিং
কয়া য়াম্ন ওইখ্রবগে দেশভক্ত, সমাজ সেবারী ?

চেনখিবরা মাখোয়গী থমোইদ, মীওইপোক্কী মীনুংশি
কনখিবরা তোল্ল-তারবশিংগী মাঙখ্রগদব পুন্সিশিং ?
থাগৎপগী লোইনাইদ্রব ৱারী কয়াদ শিংথানরকপ
খাঙঙমদ্রব মুর্ত্তিশিং অনিথোক্ল চিংখায়রকলে।

হিংলিঙৈগী মতমদ কনানসু শিংথাবীদ্রব কাম্ব থাঙ্গুম
খঙবীখিদে, তাবীখিদে, উবীখিদে - মীরেমখাকনি;
খাইন মৈরী-ন ঝায়প্লব তুংদদি নিংশিংলকলে
শোন্নরকলে, শিংথাবগী লোইব নাইদ্রে - মহাক্তনি।

থাগৎ ঝাহে অমদগী থাগৎপ চাম চাম
নিংশিং নিংশিং কুইর কুইরগ লাই ওইরক;
খিন্বীরক্নু ইকাইজে নূঙগী মুর্তিদো
ঐগী থুপচিনপ্লব পুন্সি ঝারীগী মোংফমথক।।

—: (0) :—

## * অরান খুভম *

৮-৭-১১

সাধু ঋষি কয়ান
অচিকপ মফমদ চত্তুন
অশুকপ বন-দ চঙদুন
অরান খুভম ফংননব
লাইনীং পরে চেৎনরিব,
শোয়দব ঙমদ্রব পুন্সিদ
করি অরাম্বশিং তৌরুদুন
মপু মাঙোন্দ ঝানোমলিব?
লান্দব ঙমদ্রব মীওইপোক্ত
মরাল-ন মপোৎ ফারকপ
পুন্সি খোঙলোয়মিন্নবশিংদ
মশাগী মরালবু য়াজব
লৌথুপ লৌকোয় লৈতন
শেংদোকচবন মুক্তি অদু ফংগনি।

● অঙান্বশিংন মমশিল্লকপাদ ঙালহন্বীরিব অমম্ব কৃষ্ণনি। ●

## ☆ লৌরাং শূরিবী ইচলখোয় ☆

নোংজু নুংশা খণ্ডদন
লৈখোম লৈনাং ইতে তৈ
কোক্ত কোকশেং, খ্বাণ্ডদ খ্বাণ্ডজেং
ইকাই ইকি খণ্ডদন
লৌবাং শূরিবী ইচলখোয় ;
লৌহোন খুদাপ পায়
উকায তক্লব লৌবুক্ত
লৌবিং জগোই শাদুন
নুংশি ইশৈ ঙংলিবী
হৈথা পোখা চারগ
পঞ্চম শুববু ঙমজন
খুন্নুং ইশৈ শক্তুন
লৌবুক্কী থবায় হাপলিবী
লৌরাং শূরিবী ইচলখোয় !

পোৎপু শম্পোৎ লাক্তুন
লাঙ্গোল লিকলম ফাৎলিব,
নোংজু নুংশা মরক্ত
উকায় থুংন তক্তুন
লৌহোন লেংখোংনদুন
লৌরিংলিবী ইচল ইচে
নতেং ইতেং পাংনব
লৌরাং শূরিব ইয়াম্ব,
পোইনু থান লাকপগী
মোমোন মিনোক্কদব পুংজাশিং
ইখৌলাংজব থমোইন ঙাইজব
হমাং ইরী ইহে-ন
অব্রা-অনা কাওদুন
তৌদ্রি বাঁশী খোঙ্গচৈ।

হিয়াঙ্গে পোইনু লৌবুক্ত
লিরিব মালংন হুমলকপ
পাক্লব ইপাকথক্ত হৌরকপ
ইথক ইপোম্ম জগোইশাবগুম
ফৌনা-ন জগোই শাজব
লেং লেং চৎপ ফৌনারক
ইচলগী থব্রায়ন শান্নব
লৌতাংশঙগী শগাই তোং
উচেক ব্রায়া ঙাকচব,
থাঙ্গোল জগোই শাদুন
পোইনু লৌরোক লোই
লৌয়ে তাম্থানবী ইচল-ও !
শাগৎলু লৌখাও জগোই
নিলহল্লু লৌবুকসে কুমগী নোংন লাক্রিঙৈ।।

•••••❦•••••

## নিঙ্খায়রক্লব মঙলানগী ফুড়া

১০-৭-১১

মতমগী ইচেলন কন্ন চেম্থরক্লব
ইচেল'মগী তোর্বান্দ শাগৎচখিব ফুড়াদো
মচেৎ মচেৎ কিম্থরকলে নিংশিংদন মাঙখ্রনি।
শারব মরুভূমিগী লৈঙোইগী লম্ফাংদ
তাশিন খোৎচিন্দুন শেমজখিব লৈঙোইগী মুর্তিসু
অশাব লৈঙোইগী নোংলৈন কুপশিন্দুন মাঙখ্রে।
উন্ন কুপশিল্লব হিমালয়গী চীঙমায়দ
হকচখিব অঙৌব ইঙলব নুংশি মুর্তি
শৌদোক্লুন ইচেল ওনখ্রে গঙ্গাগী ইমায়দ।
নুমিদাংবাইগী নোংজুগী অতিয়াদ থোকখিব
মচু তরেৎকী লিরুংশাব চুমথাঙ-ন শামখরে
কোরৌগী মেঙলব তারমদাইগী মশেক্ল মুৎখ্রবদ।

ইচীক হুল্লব মেরাগী পুণিমা অহিংদ
শকচখিব অহিংগী চেক্লাগী অৱাব শৈরোনশিং
ঙম্ন তাখিদরে মঙ্গল আর্ত্তিগী শরিক খোঞ্জেলদ।
প্রলয়গী মতৌগুম অখাক অরাওগ লোয়নন
হুমলকখিব নোংজুগী অমুব লৈচীল-ন
খুমজিন্দুন মাঙহনগ্রে চমকিগুল্লব থৱানশিং ।
নিংজব আশাগ লোয়নন শাগচ্চরব
মঙলানগী ফুঢ়াসু নিঙ্খায়খরে পুমতোই তোইন
খাইন মৈশা লাংলব নিংব কায়বগী চৈথেংদ।
ঙল্লরোই অমুক শাগচ্চব ৱাখলগী লৈরাং শাৎত্রব
নুংশি মুর্ত্তি মুৎপ্রব, থমোই অম লাক্কব
থিংঙমদন নিঙ্খায়রক্লবদ মঙলানগী ফুঢ়া ॥

•••••

## ০ ॥ চেনফদ্রব লানফমদুদ ॥০

থাঙ পায়দুন চেনশিন্নসু নৎত্রব
তা পায়দুন লানঙাকপসু নৎত্রব
লাঞ্জঙলরোই য়াদ্রব লানফমসিদ
মায় পাকপ অমতং থেংনবদ
তৃম্ব য়াদ'মখে নুঙাইখিব
খুদোংথীব'মতং খুদিনরুবদ
পোখাফম খঙদন ৱাজখিব
পুংজাকয়া লানফমনুংগী
শেনবীনব লৈত্রব সেনাপতিগুম
তাখিব লাল্লাও খোন অৱা নুঙাই
ইঙাং পাক্কক্ল ইমু পামফেন্ন
শরা শনগ্নব থৱায়গী মোংফমথক
তুংদ হনসি হনঙমদ, থাংজিল্লুব খোঙথাংদ
কৈদৌঙেনো পুংজাদো, কদায়দনো পম্বুংদো !!

•••••

# * খুদোল অম *

" তাইবঙ শেম্ব মপু-ন ঐঙোন্দ
পীবিরকই খুদোল অমা
পুন্সি খোঙলোয়শিংবু নুংশিনব
তোল্ল-তারবশিংবু তেংবাংনব
লাল্লবশিংবু ঙাকপীনব।"

•••••❀•••••

# নিংঙমহৌদ্রব পুন্সিগী পন্দুপ্ত

'ঐন হয়েং চাউরগ
চাউর শারেপ ফারগ
পম্বৌগী য়াথং ঙাকনি
পলেমগী সেবা তৌগনি'
অসি ব্রাখল খন্দুন
ঙাইঙমদ্রব মীকুপশিং
কান-কান্দুন চেনখৎলক
পল্লেপফম খঙদ্রব পম্ফুংতম,
কোরৌগী মঙালন লংলিঙে
ব্রাখল লৈকাং চাদ্রিঙে
নিংথিব চাম হুন্দোকলম
য়াইফ লিশিং থাদোকলম,
ফংজনিংব খরতবু মিকাদুন
অচুম অরান খঙদন
পাপকী লম্বীদ খোঙদারক -
হন্ন'মুক্তদি য়েংখিসি।

নিংহনফদ্রব খোঙজেলনি,
অপাম্ব, অরংব, মীথোইব
ফংলম্ব য়ারব পুংজাশিং
খল্লব ঙমখিদ্রব ৱাখল-ন
হন্দোক্ত-ন পুম্নমক অরেম্বদ
চেনখৎলকলি খোঙকাপ লাও-ন
হনফদ্রব পুন্সিবু তুংওইনন
নিংঙমহৌদ্রব পুন্সিগী পন্দুপ্ত।
নহা ওইরিঙৈ পুন্সিদ
ৱাখল অমত্তসু খনঙমখিদে,
পাঙ্গল শক্তি-ন লৈরিঙৈ
থৌওইখিদ্রব থৌদোকশিং
মথং মথং মাঙহৌরবদ
মৈরাম্বীন মৈরীদ পাইশিঞ্জখিব
অৱাব পুন্যাশিং থাদুন
নুঙাইজব পাঙ্গলতবু কল্লকপ
পুন্সি অম লেপ্লকপ
অরোইব পুংজা'ম য়ৌরকপ
তুংহন্নন অমুক্তং য়েংলকপ
ৱাখলগী ইচেল-ন কংলকপ
পামু পামু হন্দোকলম
খুনগৎখিদ্রব তাওজিং হৈরা
তকসি শোন্দুনত তোকচরে,
নিংঙমহৌদ্রব পুন্সিগী পন্দুপ্ত।।

••••☙••••

## পরেং তরা খক্তং

রাজনিতী ৰালা অম-ন নোংম
ঐঙোন্দ য়াম্ম নুংশি-ন কৌখি,
য়াম্ম লুনসু তৌখি, করিগীনো খঙদে;
মী অম ওইরবোই নীংখি ঐহাক
নুঙাইন হিংলদবোই নীংখি শোয়দনমক।
অৱাবদি, মতম্ম পুরকপ থেংখাঙ'মদ
রাজনিতী তোক্লব মহাক্র লুকথদুন চৎখি,
লুন তৌবগী মহুত্ত কৌফাওব কৌখিদ্রে;
মরুম থুপ্পুন হিংলগনি খল্লম্ব ঐহাক
লমহুই লৌশিংন দিক্ষা পীরমলে।।

••••৵••••

## ❋ আরব সাগর ❋

চাংজৌ নাইদ্রব আরব সাগরগী তোর্ব্বান্দ
লেঙদন লেপলিব ভারতবর্ষগী থোঙ্গালদ
নুমিদাংৱাইগী কান্দুদ
ফমদুন মিৎয়েং শানখিব
লানঙমদ্রব পাক্লব ইপাকথক
ৱাখলগী হিনাওদ তোংদুন
অসুম অসুম হোঞ্জরুব
লক্ষদ্বিপ, মালদ্বিপ-ন
পাক্লব সাগরগী ইমায়-দ
ইথক ইপোমগী তাম্হাদ
লৈ-ন জগোই শাজব,
লোইনাইদন শনখ্রব আরব সাগর
নোংচুপ হারম পাংবদ
কোরৌন ময়ুম চঙলমদাই

ঙাঙ্গানব নুমিৎকী মশেক্ত
সিগল-ন কোইপাই পাইজব
মাদাগ্যাস্কর ইথৎন চীঙলেম্ন লেপলিব,
পাক্ল শনখ্রব আফ্রিকাগী তোর্ব্বান্দ
চীঙগুম ব্রাংলব সাগরগী ইপোম্ন
লুপা মহী চেম্বগুম নিক নিক লাও
ঙাথ থেংথ শান্নব লাইগী জগোই শাবীগুম
করম্নবু কাওসিগে কাওজন থীব থমোইন।

খারোমদগী অব্রাং পাং
বিষুবরেখাগী লৈই ব্রাংমদ
ধ্রুবতারাগী মশাইগোন
ইজিপ্তকী পিরামিড মখোঙদ
লেঙদন লেপলিব ফারো সিং
নিংশিংলি ইতিহাসকী লামায় কয়া।
প্রকৃত্তি কৌবী লাইরেম্বী
নাইল তুরেল-ন খ্বাংজেৎ ওই
লৌবুক লম্ফাং উমং ব্রামং কয়া ফাও
মিংচৎ লৈবী ভিক্তোরিয়া
মালেম ইমা-ন জলকেলি শান্নব;
ইশৌ লাংলব আরবকী লৈকোয়বুঙ
মক্কা মেডিনাগী ইঙ্জরব লাইফমলেন
মুসলিমশিংগী শেংলব মফমনি
অল্লা হো অকবরগী খোঞ্জেল-ন নিল।
নোংপোক তোর্ব্বান ইব্রাং'ম
ভগবান কৃষ্ণগী বৃন্দাবন
খুৎলাম তোয়ন কৌজরি ভক্তশিং
ভক্তিরসকা লোয়নন মীওইপোক।
আরব সাগরগী ইথক ইপোম্ন
মালেম শীন থুংন শনখিদুন
য়েক্লি থমোইশিংদ বিশ্ব-প্রেম।।

•••••

## ।।০।। চেংজেলদুগী ৱাংমদ ।।০।।

তাইবঙ চেংজেল লোইদুন
ঐন হয়েং শিগ্রবদ
থবায় চেক্লামক্ত ওই
শারব কালেন মৈশারক্ত
পি থাদোইন শৈরাংজব,
লাংবন নুংশা মরক্ত
চদৎনরব লমখুনুগী শৈহেক্ত
ননাক নকপ উফৈথক
পুন্সি ইশৈ শকচব
নকালাংদ ওৎচব
তাম্বোকপীগনু ঐহাকপু ।।

•••••

## ।। ইখৌলাংজরব ইঙাগী লৌবুক ।।

শারব কালেনগী লৈত্রক চৎলব
কুমদম নোংখোং তমদ্রব লৌবুক লম্মাং
ইথে লৌখোং কয়ান শিন্থুরক্তব পিরাংগুম,
নোংঙাল্লমদাইগী খৌগংনরব লিক্লাগুম
ইখৌ লাংজরব ইঙাগী লৌবুক্ত
মংলখিদ্রে নোংপুব অঙাওব লৈচিন।

কুপলখি মরক মরক্ত লৈচিন নোংফাই
হঙোই লমহেন কয়ান মখৌ পোঙন খোংজখি,
নোঙৌবী চেক্লা-ন ইকৌজরকপ পুংজাশিং
মংলম্ব নোংহৌদো নোংজাবীন চাত্রব
ইরী চেল্লগদব ইঙাগী নোংজু লেপখরে
ইখৌ লাংজব লৌবুক্ত কপচরি।

অথিংব লৈত্রব, অইংব নুংশিৎ শিৎত্রব
শাগৎলব অতিংকোয়দগী হুমদোকখ্রব
খৌগংলব ইপান্থাগী ইরিকশিং
উরুম লৈম চঙখ্রব চীঙনুং মান্নুং লান্ন পাই
লমজাও খোনগী লম্মৈ-ন উৎকী মপৈ ওইখ্রব
কোগোক্লরব উমংন তেংথা নাওই কপচরি।

চীঙলোন লান্ন পাইখ্রব কুমগী নোংপু লৈচিল-ও
তাদ্রবরা মালেম লৈমগী নিংঙমদ্রব ব্রাকৎশিং,
উদ্রবরা থরায়শিংন ওন্ন থোইন খাঙজরিব ?
লৌরাং শূব কয়াগী খোম্থোক্ত্রব মীকপখোন
নোংথাং জগোই শাদ্রব, নোংজু ইশৈ তাদ্রব -
ইখৌ লাংজরব ইঙাগী লৌবুক থক॥

•••••ꠀ•••••

● **লৈই অম** ●

**॥ জ্ঞানগী পুক্কে ওইদ্রবনি খঞ্জব ঐগী ব্রাখলদ ঐবু মীওইবনি হায়বিরি ॥**

## ব্রারী শিংবুনগী পুক্কেনুং

১৫।৭।১১

নোংম চঙলুই ঐন চাওরব শঙলেন'মদ
য়েংজরুই মিৎকুপ্ত-ন, পুক্লিং পেন্ন
মুর্তি কয়া পরেং পরেং লোম্থোক্ত্রবশিং
লীদুন পুন্সি ব্রারী কয়া মীওইপোক্কী
ফিজেৎ লৈতেং, খুজু খুৎলাই, অপান অরং
যুগ কয়া কয়াগী অব্রা নুঙাই শিঙ্কত্তন
পাওদমজরিব থমোইনুংদ তুমিন তুমিন।

খুৎনাইব কয়ান হক্কুন শাজখিব মুর্ত্তিশিং
চিত্রকার কয়াগী তুরী-ন খোৎচিনখিব শক্তম লাং
ময়েক অমসু ইঙমদ্রব লোম্বোক্তুব ঋারীশিং
নিংশিংলি হন্ন হন্ন থমোইশিংদুন খঞ্জখিব
উৎচনিংব শক্তমশিং পাউদমলিব থৌদোকশিং
চহি চা কয়াগী ঋারীনি নিংশিংবদ ঋারব
অমগী মথংদ অম, মথং মথং উজরি।

মতমগী ফৌরোয় তুংইন্ন থঋায় পোম্বা পীখিব
মরৈবাক নিংব অথৌব - খুত্ত পায়ব খুৎলাইশিং
থাঙগী জগোই শাখিব, থৌশাখিব তিমেন-তা
ঙম্ন য়াহিপ তানখ্রবদ ঙসিসু লেঙদন লৈহৌরিব
তাবুনুংগী পোৎলমশিং ঙসিসু মখোল থোরকলে
নাকোং শীঙজা য়ৈরব লাল্লাওখোন্ন
খোম্থাং য়ৈরবী তনিক্লব থমোইনুং।

শাবী শানৌ কয়াগী নুংশি ঋারীশিং
থুপচিনখ্রব লামায়দগী মতম ফৌরোয় তুংইন্ন
মথং মথং হাইদোরক্লি নিংশিংদুন অঋা নুঙাই,
ফিজেৎ লৈতেংন শাক্কি ওই, পামু খুদোল তমখিব
নিংশিং ফুঢ়াগী মরুমদ থুপচখিব থঋায়শিং
ঙসিদি থোরক্কুন লেপ্লরি মমি শামিগুম
লীররি নুংশি নুঙোল - কায়ন পীরাংলক্কগী।

কবি কয়ান শৈথারম্ব মতমগী শৈরোল
ইতিহাস ইব কয়াগী খোৎচিল্লম্ব শাক্কিশিং
লেঙদন লৈহৌরিব ইপা ইপুশিংগী খুৎনাইরোল
মফম মতম খুদিংগী উহৌদ্রব থৌদোকশিং
মথং মথং উরকলি চহি চা কয়াগী শক্তমশিং
মখোল থোরক্লবদ তাবুনুংগী ঋারী-ন
লীরক্লবদ শিনাইদ্রব থঋায়শিংগী ঋারীশিং ॥

 

# সনা লৈবাক্কী লমকোয় ব্রারী

অনৌব যুগকী অনৌব ইতিহাস অম শেমলকপ
লমকোয় ব্রারীগী হৌরকফম্নি সনা লৈবাক্কী।
প্রকৃতি ইমাগী নিংথিজরব খুদোলশিং মচাগী
অশংব লৌবুক লম্দাং, চীঙয়া তমযা
থেক্ল খোয়ন চেল্লিব চবাম্নরব তুবেলশিং
পলেম্ন মকে শেমজরিব শকয়েং মিংশেল লোক্তাকপাৎ
মেঙ-ন থোকলিব কোরৌগী মঙালদ মালংগী শউম,
কেজরবী ফিগে শেৎ, মোইরাং ফিজন নমদ থোং
সনা কৈথেল কারিবী - মালেম ঙান্বী ইমা কৈথেল,
সন্ধ্যার্তি মতমগী বাসলিলাগী তাম্থান
তাইবঙ থমোই শুম্নাৎপ, মিৎফম হোংব য়াদ্রব
শগোল কাংজৈ, মুক্না কাংজৈ, সিরোই চীঙগী মমোমলোই
থরো থোইবী শকহেন্বী - মালেম ইমাগী নাচোমলৈ
শঙাই-ন জগোই শাজব-লোক্তাক পাৎয়া কৈবুলথক।

নিংশিংলকই অদুঙৈ - শতাব্দী অনি মমাঙগী
নিংশিং ব্রারীনি, ধর্ম্ম, সংস্কৃতি, চৎন লোনচৎ কযা
লিংখৎচখিব জগোই ইশৈ নৌজরবী মালেম শীন্থুংন
বাজঋষি ভাগ্যচন্দ্র বৈষ্ণব ধর্ম্মগী পুজাবী
লিংখৎচখিব, লাৎচখিব, গোবিন্দ নির্পনগী মুর্ত্তিন
শেমগৎচখিব মহারাস লিলা-ন তাইবঙ থমোই কয়াদ
ধর্ম্মগী পাউজেল পীখিব - অনৌব ইতিহাসকী লামায়দ
ওইবরে ঙসিদি সনা লৈবাক্কী লমকোয় লমজীংলেন
লালসিংগী ভঙ্গিরস, গোপেশ্বরগী বাঁশীগী শুর
মালেম শীনথুংন শান্দোকখ্রব নুংশিব শুরশিংন
চিংশিল্লকলে ঙসিদি লমকোয়বশিং মালেমসিগী।
১৭৮০ন শাক্তি ওই, হৈক্রু হিদোংব, রথ যাত্রা, হলঙ্কার
মন্ত্রি পুন্সিব মহাকথক - অরি অনৌ শম্নব থৌরমশিং
লিকলম কায়দন চথরকলি - লমকোয় ব্রারী' লময়ানব।

নিংশিংবদ ব্রারব মতমগী তুংওইন কুনশুব শতাব্দী
অরোইব শরুক য়ৌরকপ তাইবঙ-ন শকখঙবীরকপ

শেমগৎচরকপ সনা লৈপাক্কী লমদমদ থোইদোক্লব
খেবচীঙগী নাপোমদ, খোংজোম লানগী মপাথৌ,
মরৈবাক্কীদমক পোন্থা পীগ্রব লাঞ্জাওগী থৱায়শিং
লোক্তাক খোঙবাল মোইরাংগী, নেতাজিগী সমাধি
কেক্রু পাৎকী য়াতাবুঙ য়াহিপ্লগ্রব থৱায়শিং
শেমগৎ শাগৎখিব নিংশিংদব য়াদ্রব খুভম্ন
খুৎলাম তোয়ন কৌরিব লৈরাং অমতং কৎনব,
লোক্তাক পাৎকী মশাইগোন কৈবুল লমজাও নুংশিবী
শঙাই লাব অমোম্ন নুংশি ৱারী শাদুন
লমকোয়ব লমকোয়বী কনাগী মিৎয়েংতবু ঙাইজব,
খম্ব থোইবী অনিগী নুংশি ৱারী লীজরিব
তাবীনব লাকলনি সনা লৈবাক্কী ৱারীশিং।

অনৌব মতমগী অনৌব আশাগ লোয়নন
শেমগৎচখিব লমদম লমনুংশি
চীঙ-তম অনি পুন্ন খুৎলাম তোয়জরিব
মাও, মোরে সনথোঙগী মঙ্গল ঘট
অকোয়বদ লৈরিথ হৈরাং লৈরাংগী হৈকোন লৈকোন
অঙকপ শুরুং, নিংথিজরব ইশিং চাইবী
সেন্দ্রা চীঙগী নাপোমদ তারমদাইগী কোরৌ মশেক
হিরাওখোন্ন নিল্লব ইমায় চোল্লব ইপাকথক
সাইবেরিয়াগী উচেক শঙ্গুরক চাক্তাররিব থমোইশিং
পুঙগী পুঙলোন কয়াদ জগোই খুৎথেক তমলিব
লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক মনি মুক্তান থাম-লব
অকল অথৌগী পোক্লফম পজেং ফিরাল থেৎনপুঙ
হে লমকোয়ব, চোকথরব নহাক্কী পাঙ্গল লৌশিংন
পোখারখো মিকুপ'মতং লীজখিগে লমকোয় ৱারীসে॥

—(০)—

" শারব কালেনগী লম্মাংথকসে
খাঙব ঙমদ্রে মৈশা-ন চাকথেকলে,
উরুম মচেৎ'মতদি পীয়ুগব হিংজনব
লাইজ ইরিক'মতংদি খিকপীয়ু নোংমদোন লিক্লান॥ "

 

## ~~~~~~ সমুদ্রগী ইমায় ~~~~~~

মালেম ইমাগী অয়াম্ব শরুক্ত
পাক্ল, শন্ন, লংন, নিক নিক লাও
ইমায় চোন্ন শংবানরব অতিয়াগী
মখাদ শংবানন শনখ্রিব
তাইবঙপালগী থবায় ইশাইকোন
নোংজু নুংশা কুমগাংজদ্রবী
কোরৌগী মৈশা খাঙঙমদন
লৈচিল নোংফাইমক্ত ওই
মালেম শীল্লুংন কোইপাই পাই
লাইজ ইহৈনদুন লৈকংলা
পুঙমদ্রব পৃথি ইমাগী মৈশা নেম
চেন চোংন শান্নজরি চাংচৎ'মগী তান্থাদ।

পলেম-ন লৈ-ন জগোই শাজব
জগোইগী শউমদ মালংগী ইপোম-লাং
কোরৌগী মৈশা খাঙজবদ বাজরবী
অশাব ইনিলবু কোয়ন হুম
উমং বামং চীঙজাও কয়াবু
কেজ-মৌজ-ন শীজখিব ইরাওখোন
হৈরাং লৈরাং কয়ান হ্রাও মীনোকচখিব
উপাল বাপাল কয়াগী অনৌব য়েন্নিংশিং
ইখৌলাংলব থবায় কয়াগী
পিবুক থনজখিব পুংজাশিং
লৌবুক লম্খাং কয়ান নোংজু ইশৈ শকচব
কৌজেং হারৌ কয়ান ইমাগী কোলোই শকচরি।

ঙসিদি, মালেম ইমাগী অনৌব শক্তম
শাইদাংব-ন মশীং হেন শাইদাংফম্ম বাৎলব
বসন্ত ঋতু কায়নব্রব লৈকংলাগী লৈরাংগুম
নোংদোন লিক্লা তাখিদ্রব অহাঙব মালংপানসিদ
খাঙঙমদ্রব মৈশা-ন শুল-তিঙা পাংথ্রব

খামলুগনি কনান শেমলুগনি খোঙচৎসে !
অশংব ফিজোল থোন শাজরিব জগোইসে
বসন্ত চা-ম লাকসনু নোংজু ইশৈশু শকসনু
মঙালফব কোরৌগী মৈশারক
উমং ঝাংমং কয়াগী শউম্ন
নোংখোং জগোইগী তান্থা-পী
পাইখৎপ্রব ইমায়সিন হৈথরো চুথরো।।

••••✿••••

## ০। কেতুকী লৈরাং ।০

লৈনম চাওবী কেতুকী
তাইবঙ থমোই শুস্কাৎপী,
কে কু লোৎপী শকহেন্বী
ফোং ফোংনরিবী নারকনুং;
য়েক্লবন লাঙ্গোয়চন
তিঙ্খাংন চয়োম শাদুন
কল্লক চাওব কয়াগী
মিৎয়েং কারন ঝাংমদ -
নৈহৎলনি কিবন লোৎচরিবী
কয়াম কুইনবু লোৎকনি ?
য়েক্ল' তিঙ্খাংগী ঝাংমদ
খোইমুন ঙংন পাইজরিব
লৈরাং লৈহিসু চুপঙমদ
শিঙেল অরেম্বদ তাগদ্রা ?
শাৎলু লৈরাং লৈনুংশি,
লৈরাং নংবু হেক্তুন
লৈম নিংথৌ য়ৌদ্রবসু
থমোই হুবী মালং-ন
নুংশি লৈনম য়েন্দু-ন
তাইবঙ থমোই শুস্কাৎলু।।

•••• ২৩-৭-২০১১ ••••

 

## • লৈবাক লৈ •

কালেনগী শারব নুংশারক
কংলব লৈতঙ্গায়লক্ত লৈবাক লৈ,
শিঙেল মমান কনা য়াওদন
পলেমগী নাওকোনফিশু থোংদন
থোংচরবী, নৌজরবী, কেজরবী
লৈরাং লৈনা-ন থিনগায়দুন
লৈতঙ্গায়থক্ত লৈশাং তম -
কায়দোংফম খিজরি খোইমু-ন
পামুজরবী লৈনাবু শোক্লিংদ
নুংশি লৈনম্নু মাঙহন্নিংদ ॥

•••••◼•••••

## নুংশিজব শক্তম

২৯-৭-২০১১

য়েংউনে চংলিব ভক্ত অনিসে
মাঙদ উরিব মণ্ডিরসে তম্ন
থাংঙমদ্রব খোঙকাপ্ত চিং চিং
খুত্ত চৈশু-ন চৈঙাক ওই
মতম'মদগী নুংশি খোঙলোয়নন।

ঙসিসু কাওদরি নুংশিজব মতৌ
"মাঙদ চংলো লাওনে, সুম লৈহৌই"
"ঙমজদরে, তুংদ সুম ইঞ্জরক্তে
য়ৌবকান্দ য়ৌজসনু,
চংমিন্নরিদন ঐখোয় অনি।"

মতম অমগী, "শানৌ ইবেম্মা -
কল্লকপ য়ামই, কল্লাওব য়ামই
মাঙদ থারো লাও"
"শাবী মাঞ্জ, পাঙ্গল শোম্বী-ন
হৈ-না নতুং ইঞ্জরক্কে, ঙাইবীখো।"

চৎলি পুন্সি খোঙলোয় অনিন
তৎন থানদ্রব লিচিংদ খুৎশম্ন-ন
অচুম অরান, অফ-ফত্ত খণ্ডন
কুণ্ডো পরেংন লিচিং ওই
পম্ভুং য়ৌনব, নুংশিজব শক্তম-পু।

ঙসিদি ওনগ্রে শক্তম অদো কাওঙমদ
নুংশি নুংশি থমোইদদি মুৎনাইদ
লেমহৌরি মচেৎ অমত্ত ওইরবসু;
শরুক চাম চাম মাঙখ্রবসু
শদৌ থোংজরব পোলাংগী মনুংদগী।

মাঙদ চৎখৎলু, তুংদ ইল্লকউ
কনান দর্শন হানগনি ফংজনিংব মুর্ত্তিসে
কায়-ন পিরাংন শেংদোকচরব মণ্ডিরনুং
হুকচখিব কুণ্ডো পরেং অনিন থাইনগ্রব
মিংন কুপ্পদ মাঙখ্রগনি নুংশিজব শক্তম।।

•••••✿•••••

 

# মিৎস্না

তাইবঙ মী ওইন পোক্লরব
লাইবক ফরব ঐগী লাইবক্ত
পাল্লিব হে মিৎস্না অনিমক
লাইবক ফৈদকো উব ফংজরিব !
নহাক্কী নপাল-ন খঙদ উদব লৈত্রব
শকখঙদব মহাক্ল শেমলকপ
তাইবঙপালসিদ লৈরিব পুম্নমক
অনকপ, অরাপ্প, অমম্ব, অঙাম্ব
উব ঙমলিব, খঙব ঙমলিব -
করি পোৎন, করম্ন শারকপনোকো ?

লাইনীং চেৎপ ধ্রুবতারা-ন
ঋষি তরেৎক লোয়নন যুগ খুদিংগী
নিংথৌ তুরেল তোর্ব্বান্দ ফম
থবান কোটিগী মৈরা থান
শেন্নরিব তাইবঙপাল মালেমসিগী
উহল্লি, খঙহল্লি, মিৎন উব-ন শাক্কিনি;
তত্তন খঙহল্লকলি তাইবঙ থমোইদ
সংসারগী সংসার ঙাক্ত য়ৌঙমদ্রব মফমদুদ।
করম্ব থবায়ন, হিংজব, শক্লোন অম পুদুন
পাতালদা, স্বর্গরা, লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক ?

নক্লবদ পিশুমখাগী মিৎস্নাগী মঙ্লান
শেংফাৎত্রব সংসার অমগী শক্তমশিং,
লাপ্লবদ, মগোক চামদসু য়ৌঙল্লরোইদব
অতিংকোয়দ থোক্লিব অরংব থবানশিং
ঙম্ন উরি, ঙম্ন খঙলি, মমি শামি

থমোইনুংগী লায়ুমদ তারকলিব শক্তমশিং।
বিজ্ঞানিকশিংন যন্ত্রগী মতেংন থিজিল্লিব
উরিব, খণ্ডলিব লমদমশিং য়ৌগল্লরোইদব
অরেম্বদ তারগদ্রা নিংশিংব থোক্তন
মিৎয়েং শাঞ্জরিব মিৎয়া থম্বাল অনিন !!

•••••✿•••••

## ॥ তাইবঙ মী ॥

ঐ, নঙ, মহাক, মাখোয়
মীওইবনি হায়দুন পোক্লরিব
মালেমগী নাউশুমথক অসিদ
হঙা শৈহৌন নুংশি শৈরাংজ
অহান অকোন থংমু নাওমু
মরী মরী খোঙদারকলিব
কনান করিগীদমক থারকলিব
শিননব পোক্লরিবরা ?
পোক্লবনিন চাদবদি য়াদে
চাননবগীদমক নোম্ব তাই;
কয়াম কুইন কনানবু থাকপীনি
চাননবগীদমক হিংফদ্রব পুক্সিদ ;
মিংচৎ অম তান্নব, মীকোক থোং
লানজীং পুরেল কানব হোৎনজ
নীংব কায়ব, নীংথুংদ্রবগী মৈখুরক
কায়ন মৈরী-ন মৈরায়রক
করিগী পিখম্নহনলুনি খাঙুথক
পুক্সি পুংজা শুদন পম্ভুংতম !
খোঙথাং কয়াদ লোয়নরকলিব মা ঐ

খোঙলোয় অম ওইবগী প্রেম ভক্তি,
তাইবঙদ পোক্লরব জীবগী মরক্ত
পুনবীরকলিব লিপুন অদো -
মীনুংশি অম থমোইনুংগী
করম্ম মাঙহল্লুনি হিংচা য়াইতম ।
মাঙদ চৎখিব ইয়াম্ব
য়ৌঙমদন পোত্থারম্ব লম-খাঙ
তুংইল্লকপ ইনাওন
থাংঙমদ্রব খোঙথাংদুদ
মাঙলমচৎপু ঝারৌজ, নিংশিংজৈ
তুংলমচৎপু মিকাজ, কল্লকচৈ।
অয়ো শৈন শৈরোয় ওই
অরোইব পুংজা তমলকপ
চোৎলব পিরাং তৈথোকচ
য়েংজনিংদ্রব মিৎম্নান পোত্থাজৈ।।



## ।। তূম্নগে ঐদি হৌদোকপীরনু ।।

তূম্নগে ঐদি হৌদোকপীরনু
নিঙাইব লৈতন মল্লব শারংনুং,
লিরব তাবুনুংগী পানিংদ্রব লামায়শিং
হাংবীরনু, খুমজিম্বীরো মখুম চেৎন।
চৎনদ্রব, থাজনিংদ্রব ঝারীশিং লীবীরনু
অনৌব যুগকী অনৌব আশাগী লামায়দ
চাহম্বীরনু, মল্লব, মোৎলব লৈকাংশিং
চীকহম্বীরনু, মতমগী তীল-ন মফুৎ মফুৎ
কনানসু থাজররোই, মোৎহঙ্গব নত্তন।
নিংশিং নিংশিং নিংশিংলকপ মিকুপ্ত
পীবীরনু ঐঙোন্দ নুংশিশম্নব মীনুংশি।।



চহি-ন নল্লব লেঙঙমল্লব
ঐগী কাম্মদ নিঙাইদন তুমলিব
নোংমতসু ফেঙবীল্লব কোল্লিং চারব
মতম'মগী ঐগী মরুপলোই
কনা-ন লাকুন শেংবীরনি,
কোকপীরনি মিংচল্লো "কাম্মথাঙ"।

•••••✿•••••

## * য়েন্নিং হুন্দ্রব লৈকোন *

খৃতু তরুক্ক যৌগলজবী
ঐগী পুক্লিংগী লৈকোন্দ
শাংলকলি শিঙেল লৈরাংশিং
অনৌব য়েন্নিংগ লোয়নন।

শজিবুদ শাংপী লৈরাংশিং
মেলৈ লৈন্না লৈনুংশি,
লম্ফেল নাবা কোম্বীরে
চৈরাও লৈচন কুমশুমলৈ

ইপাম্বাগী ইপাল-লাং
থরো থম্বাল থারিক-থা
লৈনম চাওবী কেতুকী
উরিরৈ, মাধবী, মালিকা,

মেরা থাগী শনারৈ
থাবল ইপোমগী থাবল্লে
পুম্রি মপান ঙান্নরৈ
নাচোম লৈরাং তখেল্লে,

লৈহাও লৈরেন নুংশিথোই
থমোই কায়বী কবোকলৈ
নুংশি লৈপুন কুণ্ডোরৈ
শান্তি পুবী গুলাপলৈ,

ঙসিদি, ঝাকচীংগী উল্লেন নংলব
নাকেম্বাগী মালং শউমদ
ঙম্ন কেনখ্রে, ঙম্ন কংখ্রে
চোংখিদ্রে অনৌব য়েন্নিং।

য়েন্নিং থান লাক্লবদ
হৈপাল লৈপাল কয়ান
অনৌব য়েন্নিং চোংলনি,
শিঙেল লৈরাং শাংলনি।

অরাবদি, ময়োল খুইরব লৈকোন্নুং
অনৌব য়েন্নিং হুল্লরোই
শিঙেল লৈরাংসু শাংলরোই
নুংশি লৈনমসু তাররোই ॥

**********

## ৱারোইশিন

"ঐগী কলমগী মুক্ত কংগ্রবদ
ঐগী ৱাখলগী ইচেলসু লেপথরে।
হল্লরোই অমুক অনৌবা য়েন্নিং
বসন্ত চাম চাম-ন লাক্লবসু -
কংগ্রবদ লৈরাং লৈখোক
থুইগ্রবদ ইন্দ্রি ময়োল।"



